বিলাস মনোহরগী

# নেগাল

লম্বক্কী

শাশিংবু মীওইবনা

য়োকপদা থেংনরা

তোপ-তোপ্পা

ৱারীশিং

হন্দোকপা

সলাম রূপচন্দ্র

বিলাস মনোহরবগী

# নেগল

লম্লক্কী
শাশিংবু মীওইবনা
য়োকপদা থেংনবা
তোপ-তোপ্পা
রারীশিং

হন্দোকপা
সলাম রূপচন্দ্র

নেগল : ইং ১৯৯১ দা গ্যাটি লোন্দা অহানবা ফোঙবা,
ইং ১৯৯৮ দা ... এ ভিবকশনা ইংরাজীদা হন্দোকপা,
ইং ১৯৯৯ দা হিন্দি (বাল) উধর্ববেগেনা হিন্দীদা হন্দোকপা
ইং ২০০৩ দা ইংরাজিদগী সলাম রূপচন্দ্রনা হন্দোকপা।



ফোঙবা

**স্পিরিচুয়েল ষ্টডি সোসাইটি,**
**ইম্ফাল।**

মখুম :-
ওইনাম শ্যামানন্দ
(ফোটো থম্ফম শীনবীবা)

ফোটো :-
কলরগী তরা (মনুংদা)

থম্ফম :-
আর:ডি: সন্স প্রেস,
খোয়াখোং বাজার, ইম্ফাল।

মমল :- লুপা ১১০/- (মখুম অপাবা)
লুপা ১৫০/- (মখুম অথাবা)

# কচচরি

ইমারোমদগী পুরোল তরেং,
ইপারোমদগী পুরোল তরেং,
পলেম-পম্মৌ অনিগী মফমদা।
তাইবং মালেমসিদা
তাইবংমী ওইনা পোকপীদুনা
তাইবংগী নীংথিবা,
অঙকপা, অরা-নুংঙাই
উহনবিবগীদমক।

সলাম রূপচন্দ্র

# ৱাহৈ খবা

মণিপুরী লোন্দা অহোম্বা লোন কয়াদগী লাইরিক কয়া হন্দোক্লে মক ওইনা মণিপুরীগী শাহিত্য শানিংঙাই ওইহনবা নৈচল উপন্যাস, ড্রামা, ৱারীমচা, শৈরেং, কাব্য, শাস্ত্র কয়া হন্দোক্লবা কয়া। অদুবু মত্রকী শা উচেকশিংগী মবমদা ইবা লাইরিক হন্দোকপদি ... নাদ মাইকৈ অদোমদা মেংলুববদি সলাম রূপচন্দ্রগী অনুবাদ অসি ... লাগনিংঙাইনি। মহাক্না হন্দোক্লবা লাইরিক বিলাস মনোহরগী 'নেগল' হায়বসু থোংইদোকপা মখলগী লাইরিক্নি। লম্নক্কী শা-উচেক্কী মবমদা লাইরিক কয়াদগী খোমজিন্দুনা নত্রগা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইনা থজিন্দুনা ইবা বাইওলোজিকেল সাইন্সকী মদা নকশিন্নরা অদুগুম্বা লাইরিক নত্তে। মশানা চহী কয়াগী মমাঙদগী হৌরকপা প্রোজেক্ট অমদা লেদুনা শা উচেক কয়া যাক্লুনা মদুদা হকথেংননা থেংনরকখিবা অম্না নুংঙাই যান্নবা থৌদোক বাথোক কয়া, মখোয়গা অসুম লৈমিন্নবদগী মখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, মখোয়গী কল্লক-মিহৌ অপাম নুংশিগী মবমদা নীংথিবা খঙদবা ৱাহৌ কয়া অইবনা যাম্না মরু অদুবু পারকপদ যাম্না নুংঙাইবা ... লাইরিক অমিদা ইবি। বিলাস মনোহরনা মহাক মশামক্কী মইবা নত্তে হায়না নোল্লুকানা হায়জে। অদুবু মহাক্না ইবিবা লাইরিক অসিদি সাহিত্যগী ফজবরা পোথোক শমান। থোরকখিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া ড্রাইবিগী মওংদা নুমিৎ থাপা লোয়নননা ইরবসু যাম্না ড্রাইবি হায়বগা চাউবাক্না খঙনবিবা অদুমক্কি নত্তে, ড্রাইভিং ওইনবা শান্তিগী নকুন চেনবা ড্রাইভারনি।

মীওইবা ঐখোয়না লম্নক্কী শা কৈ উচেক ৱায়াগী মরমদা ... খঙদে। ... মখোয়গী মবমদা লোন্না খঙবা নত্রগা ... কোঙ্গাইদনা শা কৈশিংবু হুংবা যাহৌবা, মীনুংশি, ... অঙম-অংম্বনা হাত্তোক চাথোক্লবা ওইনা ঐখোয়না উই। মীওইবগসু মখোয়শিংসে উন্নবা যাদবগুম লৌমন্নবা যাদবগুম খল্লি। অশিংবদি মদু নত্তে নোংশা, কৈ, কবোকৈ, শওম, শজী, যোং, শনম্বা, শাবৌ, ৱাহোং মযনা-অসিনচিংবা শা কৈ উচেক-ৱায়াশিংসে যুমশাদৌনা লোইবা যাই। মখোয়বু পুনশিন্দুনা নত্রগা শাবংদা ফাজিন্দুনা থম্দ্রবা ফাওবদা মখোয়বু যুমশাদৌনা যোকপা অমদি মীওইবগা লোয়নবা যাই। তৌবতবু মখোয়বু পিক্লিংঙদগী মীনুংশিগা লোয়নননা লুনা চান্না তৌবিবা তাবা, লোয়নবিবা তাবা। মীওইবদা চেল্লিবা পুক্নিং ৱাখলগী ইহুল কয়া কল্লকপা, নুংশিবা, হবাওবা, শাউনীংবা, কপনীংবা, নোকনীংবা, ওইনবা, খন্নন-চাউবা-অসিনচিংবা কয়াসু মখোয়দা ফাওই হায়বসি খঙবা তাবা। মখোয়গী অসিগুম্বা পুক্নিং ৱাখলগী ইহুল অমদি লমচৎ শাজৎ খঙবা হায়বসি অবায়বদি নত্তে, অদুবু মদু খঙনবা হোৎনবসিসু অৱা-নুংঙাই যান্নবা থবক অমনি।

মহারাষ্ট্রগী লাপ্পবা উমং অমদা বাবা আমতেনা লিংখৎপা চীংমীশিংগী চাওখৎ থৌবাংগী প্রোজেক্ট অমদা লাইরিক অসি ইবিবা বিলাসকা মহাক্কী মকপ প্রকাশকা লৈমিন্নবকখি। মখোয়গী মক ওইবা থৌদাং পাঙথোক-পাঙথোক্লা মখোয়না লম্নক্কী শা-ঙা, উচেক-ৱায়া কয়া যোকই। অহানবদা শা মশীং পংযাম যাম্নমদে, অদুবু চহী খবগী মনুংদা মখল, মখা কয়াগী শা-ঙা লৈবকখি -নোংশা, কবোকৈ, শওম,কৈশাল, হাইঈনা, যোং, শাবৌ, কোবিয়াল, ৱাহোং,মযনা-অসিনচিংবা। অয়াম্বদি চীংমীশিংনা পীবকপনি। খবা চাউবগা পীবকপসু যাওই,পিশক পিক্না পোকপা নীনি হুম্নিতা ঙার্যাববা মচাসু যাওবকখি। পিক্লিবা শা কৈ মচাশিংদু মমা যাওদনা চাউননবা যোকপা অবায়বা থবক ওইখিদে। বোটলদা শঙ্গোম হাপ্লগা খোমচুপ

চুপহল্লগা হিংননবা তৌবদা চাং খঙদবগী শিখিবসু কয়ামনি। চিঙ্গাব ওন্ন তৈনবদগী নাবক যেক্লকপা অমদি চাউগন থীবা কয়া যাওখি। খবা চাদোক্লগা মখোয় মশেন নত্রগা মখোযবু যোকাপবিবাশংণা শান্নবদা পোৎচে থুগাইবা, মমুং-ফিবোন শেগাইবা, কবিগুম্বা মতমদা খুজিন্না থোৎখিবসু য়াওখিদবা নত্তে। কবিগুম্বা মতমদা শাওম, কবোকৈ অমদি যোংগা লোয়ননা লাপ্লা লাপ্লা কোযথোকমিন্নবদা নোংমা ফাদোকসু মাঙখিবা যাওই। অমা নত্রগা অমা মাঙখিবদা মখোযনা নুংঙাইখিদবা, অদুদগী অমুক ফংবদা হায়নিংঙাই খঙদনা নুংঙাইখিবা থৌদোক কয়াসু যাওখি। শা ঙা অযাম্বা মীবোল খঙবদৌনা মিৎযেংদা হঙ্গিংতা লোযনবকখি অমদি হাযবদাইন্দবা পংযাও যাওখিদে।

প্রোজেক্ট অদুদা যোকপা শা-ঙা থুদিংমক্কী মামিং অম-মম থোনবিখি। নেগলে হাযবিবসি কবোকৈ লাবা অমগী মমিংনি লাইবিক অসি মাগী ব্রাবীনা খর মপৃং ওইবগুম তৌই। নেগলতো নত্তনা শা ঙা অতৈসু মাগী মাগী মমিং লোইনা খঙই। মমিং খঙবতা নত্তনা অদু তৌ অদা তৌ হাযনা ইঙ্গিং তৌবদা খঙই।

অইবনা শা কৈশিং অসিগা লৈমিন্নবকপদা অব্রা-নুংশি যান্নবা থৌদোক মচা মচা কয়াগী ব্রাবী লী। কালু কৌবা হূই অমগা পিল্লু কৌবা যোং অমগা যাম্না লুনা তিন্নৈ, মখোয অনী শুকথা থানদে কালুনা পিল্লুবু অযাম্বা মতমদা মনঙ্গন্দা পোন্দুনা শান্নৈ, লাপ্ল-লাপ্লবা মফমদা কোযনা চৎলে। নোংমদি শনবী অমনা কালুবু ব্রাউবদগী কালুনা শাউদুনা শনবীদুগী মচা শন্নাও অদু চিকখি। চীংমীশিংগী শা শন শোকপা হাযবসি কালুগী চাউববা মবাল ওইনা লৌদুনা মাগী মবাল অদুগীদমক মাবু নাগপুরদা থাখি। কালুগা কাযনবদো পিল্লু খাঙবা ঙমখিদে কালুবু নাগপুরদা থাদোকখিবা নুমিৎ ১৫ নি মতুংদা নোংমা অঙনবা অযুব অমদা পিল্লু মাগী মঙক্কী মোৎলন্দা যান্দুনা শিবম্বা থেংনখি। অইবদা থৌদোক অসিনা যাম্না নুংঙাইহনখিদে। ব্রাহং কয়া মঙেন্দা চোংথোকখি। নুংশিবা কাযনবগী অব্রা মৈশা লাংবাস শা-ঙাশিংসু ফাওবা জাৎলা? কাযন মৈশা খাঙবা ঙমদদুনা মতোমতা শিনীংবগী পৃক্লিং ইহুল অসি তাইবংমীদা লৈবগুম যোংদসু লৈবা জাৎলা?

অসুম হাযনা নোংশা মচাগা হূইনাও মচাগা নুংশিননা হৌমিন-কামিন্ন হৌরকপগী নুংঙাইববা ব্রাবীসু অহবনা লীনি। মীওইবগী লমচৎ শাজত্তা নুপা-নুপী খম্বন-চাউনবা হাযবসি মহৌশানি। শা ঙাশি দসু মাস লৈতবা নত্তে। যোং লাবা অমদা অমোম অনিনা খম্বন-চাউনবগী ব্রাবীসু লাইবিক অসিদা থেংনাবিগনি।

শম্না হাযববদা লাইবিক অসি নম্লক্কী শা ঙা উচেক ব্রাযা মখল মখা কয়াগী নুংশিববা ব্রাবী কযানা থল্লবা অদুগুম্বা লাইবাক্ক। অসিগুম্বা লাইবিক অসি তশেংনা অতাঙবানি। উপন্যাসমক নত্রবসু উপন্যাসকুম্না পাবদা নুংঙাইবা লাইবিক্লি।

লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা হাযবসি অবাযবা থবক নত্তে। চুম্না অর্থখক্তং হন্দোকপা হাযবদুনা অমনি। সাহিত্যগী মবেক-মহাও যাওহন্না হন্দোকপা ভাববদি হন্দোক্লিবা মীশক অদুদা সাহিত্যগী মগুন চেনবতা নত্তনা হন্দোক্লিবা লোন অদুদা খুৎলোযননা ইবা হৈবসু তাই। রূপচন্দ্রসু চেকশিন্না হোৎনজৈ, যাম্না চম্না হন্দোকই, পাবদা হন্দোকপনি হাযবা থোইনা ফাওহন্দে। অসিদনি অনুবাদ অসিনা ফজবিবা। মাস হায হাযদুনা অসিদগীসু হেন্না ফজনা হন্দোকপা যাবোই হাযবমক্তি নত্তে। রূপচন্দ্রনা খবগা হেন্না চেকশিন্না হোৎনবগদি হেন্না ফজবা অনুবাদ পুথোববকপা ঙমগনি হাযবগী থাজবা লৈ।

জুলাই ১৬, ২০০৩ নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# মনিপুরীদা হন্দোকপগী ৱারোল

হেমলকসা হায়বা মফমদা ইং ২০০০দা চৎপা ফংজখি। মফম অসিদদি লম্লক্কী শাশিংবু মীওইবনা যুমশাগুম্না যোকই হায়না মমাঙদা তাবা ফংবদু মীৎনা উববা মতুংদদি তশেং-তশেংলকই। মীওইবা মবক্তা অমা ওইবিবা ঐখোযসু শা-উচেকশিং অদু যেংনিংদুনা মফম থুংনা পৌবপ যেংলগা লাকচখি। তশেংনমক্কীদি মফম অসি সবকাবনা লিংখৎপা নৎত্রগা শেলগী মতেঙ যাম্না ফংবা শাযোকশঙ অমদি নত্তে। কযাম কুপ্নবু হংনিংলুগনি, হংদনা অদুম লাকখি।

মমাংঙৈদা উন্নখ্রবা মকপ বিলাস মনোহরনা ঐখোয উন্নবদা কযাদা নুংঙাইবা ফোংদোকখিবা। মানা লাইবিক অনিখক পুথোবক্তুনা ঐঙোন্দা অমা অমদি চৎমিন্নবা মকপ অমদা অমা পীবকই। মদু অতৈ অমা নত্তে, 'নেগল'নি। মহাক্না মফম অসিদা প্রোজেক্টকী থবক্কীদমক চহী কযা লৈবকপদা লম্লক্কী শাশিংবু যোকপদা থেংনবা থৌদোক ৱাথোক কযা অদু ফোংদোক্তুনা ইথোকপা লাইবিক্লি। ঐঙোন্দনা হিন্দীগী অদুগা মকপুদনা ইংবাজিগী কোপি থুংই। ঐনা পল্লুবা লৈতনা মানা যাম্না থৱায যাউনা মদু মনিপুরীদা হন্দোকউ হাযবকপদা ঐনা 'হোয' হাযবন্রগা লাকখিবনি।

হযেং তৌগে হায়বা ৱাফম্বু কন্না লাকশীনবা ঙমহৌদবদগী চহী খবদি মীৎমাঙদগী উনা উনা হৌজীনখি। তকশি শোন্দুনা তোকই। হন্দক্তি তৌদবা যাদ্রে খন্না ইংবাজি কোপি ৱাযবগা খব হৌগৎলুবা মতমদদি অদুক্কী মতিক থুনা লোইশীন্নিংবগী মচাক কযা লাইবিক মনুংদা ফুমদুনা লৈবম্বা থেংনৈ। কবিগুম্বা লাইবিকসিবু খব থৱায যাউনা মমাঙদা পাবা হৌবম্রবদি নহান্না ফোংদোক্লম্বসু যাই। অদুবু কোন্না অমদি হযেং কযানা লাকহৎখিবনা তেল্লবা মীওইবগী পুন্সিনি নীংশিংলুদবনি। অইবনা মপী-মপা লৈজদ্রবা লম্লক্কী শাশিংবু যোকপদা থেংনবকপা থৌদোক ৱাথোকশিং ইথোক্তুনা মীওইবা অমদি শাশংগী লমচৎ শাজৎ চাংদম্নদুনা ৱাহং কযা হংলি। পাউখুমদি অপাবদা লৈবে।

ইংবাজিদগী হন্দোকপদা ৱাখল থেনবা মবম্না ইমাবোন্না ইনাক খুন্দুনসু চানবা ৱাহৈ-ৱাতা থিবা তোকখোক্তুনা ৱাহৈ খবদি অদুম্মক ইংবাজিদা হাপ্পবা হোৎনজে। হন্দোকচবিবগী অশোনবনি। হেমলকসা হাযবা মফমসিদা যোক্লিবা শা অযাম্বগী মমিং থোল্লি। মিংদু কবম্বা শাগীনো হাযবা খঙননবা, পাবদা নুংঙাইনবা হাযদুনা মনিপুরীদা হন্দোকচবা অসিদা মিংদু থোনবা শাদুগী মবমদা খৱদি লাইবিক্কী মমৈদা অমুক হন্না পীজাবি।

মতোপ্পা ৱাফম অমনা পৃথিবীগী লোল অমা ওইনা লৌনম্বিবা ইংবাজি ৱাহৈ খবগী খোন্নোক মনিপুরীদা হান্ননা খব শেরান্ননা হাযনৈ খঞ্জদুন' ওথোবিতিদা যুম্ফম ওইবগা খয়মখৈ খোন্নোক চুম্না ইনবা হোৎনজে। লান্না-লান্না চৎনখিবা কযাদুনা তুংদা হৌবক্কদবা মীবোলনা মালেমগী লমজেজদা যাউবদা নোপহঞ্জনিংদদুনা তৌজবনি। হান্না চৎনখ্রবা কযাদগী খব নাখৈনা শোযদনমক উবা যাই লৌজৈ। মসি হন্দোকচবিববু লান্না লৌবিবোই হাযবা ৱাফম্না পুক্লিংদা থমজবা মবম্ননি।

শীনফম্না মবম ওইদুনা খজিক চিঞ্জবা অমদি লাইবিক পুথোক্লিংবগী ৱাখলদি নাথৈহনবা ঙমজদবদগী লাইবিক অসিবু যাম্না থুনা পুথোক্লনবা হোৎনবদা মতেঙ পাংবিখিবা ইচল কুমারি কৈসাম সোবোধোনি দেবী, ওজা শ্রী থোংবম মৈধ্যে সিংহ অমদি পাবুং শ্রী বা. কু: যাবট বিহারী সিংহবুসু ঙমখৈ লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

অমুক্কসু লাইবিক অসিবু মীয়ামগী মাঙদা ফোঙদোকপিবিবা স্পিরিচুয়েল ষ্টডি সোসাইটি, ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট শ্রীথোংবম মৈধ্যে সিংহবু থাগৎপা ফোংদোকচবি। মনিপুরীদা হন্দোকচবিবা অসি পাবিবগা রাহৈ অমা অনিদং থম্বিযু হাযজকবদা হবাও হবাও য়াবিবকখিবগীদমক ওজা শ্রী নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, প্রসিদেন্ট, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদপু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি। লাইবিকসি মনিপুরীদা হন্দোকউ হাযবিবকপা অমদি মসিদা যাউবা ফোটো পীবিবকপগীদমক ঐগী মীরমদমগী মকপ-মপাঙশিংদা নুংঙাইবা ফোংদোকচবি।

অবোইবদা হন্দোকচবিবনা লাইবিকসিবু মনিপুরীদা শুকশোয শোযদনা হন্দোক্কবা অমদি যাম্না থুনা ফোঙদোক্কবা যাদে খঞ্জংগী মতাঙদু লাইবিক অসি পাবিবগা খবদং ওইববসু খঙনবা হোৎনবিববদি মনিপুরীদা হন্দোকচবগী মহয যাল্লে লৌজংগনি।

সলাম রূপচন্দ্র

# ইংরাজিদা হন্দোকপগী ৱাহোল

মরাঠিদা ফোঙবা নেগল ইং ১৯৯০ গী দিসেম্বর থাদা ফংলে। ঐনা লম্লক্কী শাশিংদা ঐগী পামজবা লৈজবনা মদু খুদক্তা লৈখি। মসি পাবদা ঐনা লেপ্পিংদবা, নুংঙাইবা অমদি ৱাখল খন্নিনিংঙাই ওইবা মচাকশিং থেংনখি। অইবা শ্রীবিলাস মনোহরনা মতাঙ কযাদা মী অমদি শাশিংগী লমচৎ-শাজৎ চাংদম্নবগী মওং ফোংদোকপদু মানা লীবিবা থৌদোকশিংনা চুমহন্না উহল্লি। কনাগুম্বা শাশিংগী পুন্সিবু কুপ্না যেংলিবশিংদসু লাইরিক অসিদগী শাগী লমচৎ শাজৎকী মরমদা অনৌবা মঙাল অমদি পীগনি ঐনা খঞ্জে। ঐনা মাগী ৱাঙাংশিং অদুম্না অসুম থম্রে।

অসুম্না আশা দামলে হাযবা মকপ অমনা গ্রন্থালিগী মন্থৎ শীন্দুনা ঐঙোন্দা লাইরিক অসি ইংরাজিদা হন্দোকপা পামগদ্রা হংলকপদা ঐনা খুদক্তা যাথোক্লুই। মসি নুংশিবগী অৱাবনি। নুংতিগী থবক অসি পাযখৎনবা হোৎনবদা খুদোং চাদবা লৈখ্রবসু ঐহাক তশেংনা নুংঙাইজে। নুংতিগী লেপ্পুনা শীজিন্নবা যাবা কম্প্যুটর অমা ফংদবা মর্মদ ঐ ইশানা মসিদা যাম্না নৌজবা নবম্না ট্রান্সলেসনগী থবক লোইশীন্নবা হোৎনবদা থেংথবগী মচাক ওইখি। ঐনা খুদোং চাদবা অসিদগী নাহোক্লবা ফাওবদা থবকসি তৌবদা অপনবা লৈখি। কাযনথংদা লাইরিক অসি পুথোকপা ঙমজরে।

ঐবু পুক্নিং থৌগৎপা অমদি মথৌ হাপ্লিবা, মানা থাগৎপগী মওং, তঙাইফদবা মতমদা মহাক্না পান্ডতাক অমদি মতেঙ পাংথিখিবা কযাদুগীদমক ঐনা আশা দামলেদা লমন লোনাশঞ্জে। মহারাষ্ট্র গভনমেন্টকী রেভন্যু অমদি ফোরেষ্ট লোযশঙগী এক্স ওফিসার ওন স্পেসল দ্যুটি শ্রী নিটিন কাকোডকরবুসু লাইরিকসিদা যাউরকপা তোযনা থেংনদবা থরায পানবা কযাগী ইংরাজিগী মিং পীবিদুনা ঐবু হৈনিংনা মতেঙ পাংবিবগীদমক থাগত্তবা ঙমদে। য়ু. এস এ. দা হৌখিবা চহী তরাতরেৎ লৈরক্লবা ঐগী ইচানুপা বাজেসনা মতম কাযথোক্লুনা আমেরিকন ইড়িযমগা প্রিন্ট আউট চাংদম্নবা হোৎনবিবগীদমক ঐনা মাবু থাগৎলি অমদি অবোইবদা গ্রন্থালিগী শ্রী দিক্কব গঙ্গালনা ঐঙোন্দা পীবিবা থাজবা যাউদর্নদি লাইরিক অসি মসিগী মওংদা পুথোক্লম্লোই। ঐনা মাবু যাম্না তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

ঐনা অপারবশিংনা লাইরিকসি পানিংগনি অমদি মসিনা মথোযগী শাশিংগী তাইরংদা খঙনিংবদু মকা লামহনগনি খল্লী।

*এস. এ. ভিবকর*

# অইবগী ৱারোল

ইং ১৯৭৫ দা ঐহাক অহানবা ওইনা ডোক্তৰ প্রকাশ আমতেগা থবক শুমিন্ননবা হেমলকসাদা লাকখি। হেমলকসা হাযবসি মযায থংবা ভাবত্তা লৈবা মহারাষ্ট্র রাজ্যগী নোংপোক্তা লৈবা গড়চিরোলি দিষ্ট্রিক্কী চীংমীশিংনা তাবা য়াম্না শূকপা উমংগী লমদমনি। হাযবিবা মতম অসিদা ঐহাক অমদি জঙ্গলগী শাশিংগা লৈনবা মবী হাযববু ঐনা শাদানবনি। ঐনা হেমলকসাদা লাকপা মতমদা প্রকাশকী নাক্তা শজি ১, যোং ১, খৈরোই (ভাবতকী অচৌবা মখল) ১, অমদি চিক্কু কৌবা হূই অমোম (লেব্রদব মখল ) অমখক্তমক লৈবমখি। মসি লোক বিরাদরি প্রোজেক্ট (মীওইবগা মচীন-মনাও ওইবা) হায়বা চীংমীশিংগী চাওখৎনবা থবক ঐখোযনা পাযখৎপগী চহী অমগী মনুংদনি। মতুংদসু চীংমীশিংনা প্রকাশকী নাক্তা হিংলিবা শাশিং পুবকপা হৌবকখি। শাশিংদু শাবং মনুংদা থম্লমদে। চৌশিংঘ (শজি) না প্রকাশকী লোযনবী মন্দাভাহিনিনা চৎপা মফম খুদিংদা মতুং ইল্লি। অহানবদা নুমিৎ খবদি ঐহাক শুপ্লতগী অযেংবা অমা ওই। ঐনা পুনেদা মিনুংশি যাউদনা শা তানখিবশী মতাঙ নীংশিংলুবদা ইশা ইতোমতা শাউজখি। চিক্কু যেংবদা যাম্না ঙকই শাদানবশিংনা হার্যবিবা হূই মখলাসি থওইনা শীজিন্নৈ। পুনেদসু ঐখোযনা শা তানবদা 'বেঞ্জৱ' কৌবা হূই অমা শীজিন্নখি। ঐখোযগী নোংমৈ কাপ্পগী মখোল হেক তাবদা বেঞ্জৱনা খুদক্তা শা শিববা যেংবা চৎখি, শিবমদ্রবসু মহাক্না হাত্তোকই, মতুংদা জীপ মনাক্তা হল্লকই। মফমসিদাদি চিক্কুনা শজিদু হাৎপগী মহুত্তা নুংঙাইনা শান্নমিন্নৈ। মফমসি যৌবকপদা ঐনা হান্না থল্লম্বা ৱাখল অদু অদুক্কী মতিক ওন্ননা থোকখি। বেঞ্জৱনা ঙৌবগা চিক্কুনা মুবা মবম্না মখোযগী মবক্তা খেন্নবা শাজৎ লৈবা ওইবা যাই ঐনা খনখি। মতম্না হৌখিবগা লোযননা কুচু খেন্নবনা কবিসু ৱাখল খেন্নহন্দে, মখোযগী লমচৎ শাজত্তি মখোযনা লৈবিবা মফম মফমগী মথা পোল্লি হাযবা ঐনা খঙলকখি। লম্লক্কী শাশিংনা মখোযগী অকোযবগী ফীভম অমদি মীওইবগা নক্কবগী মতুং ইন্না শাজৎ হোংই। প্রকাশ অমদি মন্দাভাহিনিগা লোযনবদা তমথিববা লম্লক্কী শাশিং ফাওবা অমনা অমবু নুংশিবা তমই।

হৌখিবা চহী খবগী মনুংদা মহৌশা খুৎশেম্বু নুংশিজবা মীওইগী মশিং যামখৎলকখি, মখোযগী মনুংদা অযাম্বনা শা তানবগী হোঞ্জনবা থবক্তা হৈনবম্বা ঙাক্তনি। ঐনা মখোযগী মবক্তা থিজীন্নিংবা ইযাউ যাউদবা অদুগা অতৈনা শাশিংবু শাবংদা থমগনবা পাম্বা ওইনা থেংনৈ। লম্লক্কী শাশিংনা লম্লক্তা খ্বাইদগী নুংঙাইনা

শোনবদা খোয়জংদে, অমবোমদনা মখোযগী মচাক-মথুম মবাঙ কায়হন্দে, অঙকপা আইন থম্মী অমদি লোযশঙগী চৎনবিদগী করিমত্তা নাথৈদে। মবম অসিমক্তা আইন্না থিংলবসু শা তানবা হাযবসি থিংঙমদনা চত্থবি। মফমসিগী চাংমীশিংবু অদুক্কী মতিক যেংশীনবিদে মদুদি মখোযনা শা তাল্লগা শা চাবা ফংই, মসি তৌহৈদ্রবদি মখোয মবুক হাংনা লৈবা তাই। মখোযনা নুংঙাইবগী নত্তবা চবা তান্নবগীদমক শা তানবদা তোঙান তোঙানবা পাম্বে শীজিন্নে। লাইশোন তিনশোনগা মবী লৈনবা থৌবমদা মখোযনা অখন্নবা শা হাত্তুনা কৎলি, মসিগীদমক মখোযনা মীযাম পুন্না শা তাল্লি। অদুম ওইনমক মখোযনা শা অমত্তবু মশা চাবোইদবদা মউনগীদমক কৈদৌঙৈদা হাত্তে।

লাইবিক অসিদা ঐনা শাশিংবু নুংশিজনা চহী ১৩ লোযনবকপগী রাবীশিং ফাংদোক্লবা হোৎনজৈ। ঐদি অইবা অমা নত্তে, তৌবদবু ঐনা থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক ঈশিন্দুনা থমজবকই। প্রকাশকী থৌদোক খুদিংমক্কী মথং- মনাও কাযদনা ইশিনবা মচাক্তা ঐঙোন্দা যাম্না কান্নখি। মাদি যাম্না থেংনববনি। মাসিগীসু মথক্তা মাগা শাশিংগা লোযনবনা হেন্না নকশীন্নে। মঙোন্দা তঙ্গা যাবা শাশিংগী রাবী মপৈ মপৈ লৈগনি ঐনা থম্মোয শেংনা থোকখিবা থৌদোকশিং ইথোক্লবা হোৎনজৈ। লম্লক্কী শাশিংসু ঐখোযনা ফংবগুম হিংবগী হক লৈ অমদি নুংশিবা অমসুং লুনা লোযনবা খঙবা ঙমই হাযনা ঐনা খঞ্জে। মখোযনা জঙ্গলদা যাম্না ঊমথি হাযবসি যুম্ফম যাউদবা রাবীনি। শা ফাবা হাযবসি মখোযগী মথৌনি অমদি অসুম তৌনা মখোযনা হিংই। অসিমক ওইদুনসু লম্লক্কী শা অমত্তনা মবুক লামদবা নতমদা কনাগুম্বা অমবু হাৎপা নৎএগা রাহনবা তৌদে মানা মীওইবগুম্না পৈশিন্দে। ইশাগী কবাম্বা ফংনবা নুমিৎ খুদিংগী ঐখোযনা মখোযগী ঙমখৈ তকশীল্লি। লম্লক্কী শাশিংনা ঐখোযবু ঙাকথোকচবদা মখোযনা মবোল থোক্তবা, খুৎলায যাউদবা অমদি ঈ-পাউদা যৌঙমদবা মবম্না লান্দাগনবনি হাযনা ঐখোযনা মমিং থোনবি, ডোক্তর প্রকাশনা শাশিং অসি অঙাং যোকপগুম্না যোক্লকই অমদি ঐনা মাবু মতেঙ পাংই। মখোযগা লোযনবদা ফংবা নুংশিবা অমদি হবাওবা, ঐখোযদা লাইবক ফখিবা ঐখোযনা কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমদে। ঐনা মখোযশিংদু পাবিবিবশিংদা যেঙ্গোকচবি।

লোক বিবাদবি প্রোজেক্ট ইং ১৯৭৩ দা ইকাই খুম্ননিংঙাই ওইববা বাবা আমতেনা হেমলকসাদা চীংগীশিংদা হীদাক লাংথক, মহৈ-মশিং অমদি লৌউ শিংউবগী পাম্বে পীননবা লিংখৎখি। ডো. প্রকাশ আমতে অমদি অতোপ্পা মীওই কযাগী মতেঙগা লোযননা ঐখোযনা থবক অসি পাযখত্তুনা লাক্লি। ঐখোয়গী সহাংবা মতমদা ঐখোযনা শাশিং অসি যোক্লকই। লোক বিবাদবি প্রোজেক্টনা

ঐখোযদা মতেঙ ওইববসু চীংমীশিংগীদমক্কি হায়না ফংহনবা খুদোং চাবা অমত্তসু ঐখোয়না শাশিংগীদমক শীজিন্নবক্তে। হৌরকপদগী শ্রীকমলাকর কুলকরনি, শ্রী মুদুকুব অমদি অতৈ অতোপ্পা কযানা শেলগী মতেঙ পাংলক্কি। ঐখোযনসু ইশামক্কী পৈশা শাশিং অসিগীদমক শীজিন্নে। কনাগুম্বনা শাশিং অসিগী নোংমগী চংবা মচাক, শাবং শেম্নবা অমদি অনৌবা শাবংনচিংবা শানবা শেলগী তেঙবাং পীবিবদা ঐখোযনা হরাওনা লৌজগনি। কবোকৈ নংত্রগা নোংশা অমগী থা অমদা লুপা ৫০০/- চংই। ঐখোযনা শাশিং অসিগী মতিক চাবা লৈফম অমদি থংনবা মফমশিং নান্না লৈহন্নবা হোৎনদুনসু অনৌ- অনৌবা শারংশিং শাদবা যাদে। অপীকপা শাশিংগী অকনবা যোৎকী শারং অমা শাবদা মহৌশানা লুপা ৫০০০/- চংই। কনাগুম্বনা মতেঙ তৌনবা হোৎনবিববদি মতেঙ তৌবিবা নংত্রগা কম্পনিগী মিং তুং কোইনা অনৌবা শাবংদা থেক্তুনা থমগনি।

জঙ্গলশিংসি যাম্না থুনা কোকশীল্লক্কি। ঐখোযনা পান্নবসু পামদ্রবসু অনৌবা মীবোলনা শারংদা লৈবা শাতমক থেংনবা তাই। কবিগুম্বা সরকাবনা ডোক্টব প্রকাশকী থেংনরকপশিং অমদি লৌশিংগী কান্নবা লৌববদি সঙবদা লৈবা শাযোকশাঙ কয়া হেন্না যংগৎহনবা ঙমগনি। লম্লক্কী শা খর্বদি জঙ্গলদা হলহর্নাখিবা ফাওবা যাগনি। আইনগী অথিংবা লৈবমদবা তারবদি ঐখোযনা অসুম্না তৌবা যাবনি। পান্দম অসিগীদমক মীযাম্নসু মখোযগী অপুনবা খোল্লাও লাউগদবনি। মহৌশা খুৎশেম্মু নুংশিবা মীওই কযা লৈ। মখোযনসু কযা অমা তৌবা যাই। ঐনা লাইরিক অসিনা অহৌবা অম ওইনা থমজবি। গ্রন্থালি-'অপাবশিংগী খোঙহৌ' - অসিনা মপুং ওইবা শরুক অমা ওইগনি। ঐনা লাইরিক অসিদগী ফংবা শেলফম খুদিংমক পান্দমদুগীদমক কখোক্কনি।

শেলগী তেঙবাং মখাগী লৈফমসিদা থাবিবকপা যাগনি:-

ডো: প্রকাশ আমতে, ব্লাইন্ড লাইফ অসাইলম এইদ সেন্তর, লোক বিরাদরি প্রোজেক্ট,হেমলকসা, পোষ্ট ভামরাগড়, দিষ্ট্রিক্ট গড়চিরোলি, মহারাষ্ট্র, পিন ৪৪২৭০০

মরুপ-মপাওশিংবু থাগৎপা হাযর্বসি হৌনশা ওইনা লৌবা যাজববসু ঐনা মার্কাতে চিত্তম্পল্লী, সুরেস দ্বাদাসিরব, সুধিব শিরদেকব অমদি নৃপেন্দ্র পোলনা লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবদা হৌবদগী পুক্লিং থৌগৎপিবা অমদি মতেঙ পাংবিবদু পঞ্জবা তাই। প্রভাকর জাটিযা, কমলাকব কুলকর্নি,নৃপেন্দ্র পোল অমদি সুভাস বোখেনা

ফোটোগ্রাফি অমদি অতৈ অতোপ্পা মতাঙদসু মতেঙ পাংবিরকখি। লাইরিক অসিনা ঙসি অসুম্না লাইরিক ওইরিবসি ডোক্টর প্রকাশ অমদি ঐখোযগী শাশিংগী মপান্ননি। মকুপ- মপাঙশিংবু ঐখোয়না থাগৎনবগী মহুত্তা তৌবিমল নুংশিবনা ফোংদোকই।

লাইরিকসিদা মতাঙ মতাঙদা ঐনা মীওইবগী লমচৎ -শাজৎপু শাশিংগী লমচৎ শাজৎকা চাংদম্নে। মখোযসি ঐগী ইশাগী ৱাখলনি। লোক বিরাদরি প্রোজেক্ট অমদি মসিগা মরী লৈনবা মীওইশিংনসু হাযরিবা ৱাখলশিং অসি মান্ননা লৌগনি হাযবা লৈতে। ঐনা শাশিংবু মীওইবদগী হেন্না ফৈ হাযবা নত্তে, অদুম ওইনমক ঐনা চেৎনা লৌজবদি ঐখোযনা ফংবগুম্না মখোযগীসু হিংবগী হক লৈ হাযবসিনি। কনাগুম্বদা অতম্না খন্দবা ৱাহৈ - ৱাঙাং অমনা অকাযবা পীরবদি ঐনা মসিগীদমক মাঙজৌননা ঙাকপিনবা হায়জবি।

বিলাস মনোহর

# নেগল

ওগষ্ট ৯, ইং ১৯৮৫ ঐখোযদা কাউবা যারবোইদবা নুমিৎনি। প্রকাশনা অযুক্কী পূং ৬ তা কৌথোবকই। মাগী অহৌবা খোঞ্জেলদা লোৎপা যাদনা নুংঙাইবা অমদি হৰাও-মথোয কাবগী মমি তাই। ঐহাক নেগলীগী শাৰং তম্না চেন্থোকখি। মহাক অযুক অঙনবদা মচা পোক্লম্মী। ঐ না অহিংদা অনিবক মকোন্দা চংখি অদুবু মতম অদু ফাওবদি মহাক মচা পোক্তবনি। মমাঙগী নুমিদাংৱাইৰমদগী ঐখোযনা মাগীদমক শেম্বীবা উপাক্লা শাবা কুনফমদা মতোমতা চংদুনা লৈখিবনি। ঐখোযনা পাবদা মমাঙগী থংনবা নুমিত্তা মহাক মীবোনবা নুমিৎ ৯০ শুম্রে অমদি মতম অমদা হেক্তা মচা পোক্লগনি হাযবসিনি। হৌখিবা নুমিৎ মঙানমুক্তি মহাক যাম্না খেংদে অমদি ঐখোযগী ইনাক্তদা লৈখি। মচা পোকপগী মতম যৌশিল্লক্তুনা মানা ঐখোযগী মতেঙ লৌনিংলম্বা যাই।

কবোকৈ হাযবসি যাম্না নমথাক তৌগনবা শা অমগুম লৌনৈ। হৌজিক মহাক্কী মচা লৈববনিনা কবোকৈ অমোম নেগলীনা ঐখোযবু মনাক্তা চংহল্লবোই অমদি মাগী মচাশিং নানবিনবা হোৎনবদা ঐখোযদা খৎনবা হৌবক্কনি হাযনা মীপুম খুদিংনা কিবা ফাওনৈ। ঐখোযনা হৌখিবা চহী ২দা থেংনবদা মসি চুমদ্রবসু অতৈনা হাযবদগী ঐখোয খজিক্তি ওইথোকপসু যাই খনখি।

নেগলী ঐখোযগা হৌখিবা চহী অনিদগী লৈমিন্নবকই। মহাক্না ঐখোযনা চৎপদা লোযনৈ, পুন্না চাক চায, মকোক্না ঐখোযগী খুকউদা ঙাদুনা তুমই। মহাক তশেংনমক ঐখোযগী কবোকৈ লাবদগী খব হেন্না থুনা শাউগল্লি, অদুমকপু হৌখিবা চহী অনিসিদা অমুক ফাওবা মানা ঐখোযদা খৎনবা হৌখিবা লৈতে। মচা পোক্ত্রিঙৈদা অসুম্না তৌববসু হৌজিক্না মতাঙ অমা........? ঐখোযনা শাবংদুবু কাখল অহুম থোকহনখি। কা অনিদি মনুংদা চিংথোক-চিংশিন তৌবা যাবা যোৎকী

থোঙ পাল্লম্মী। কা খুদিংগী মপান্দা য়োৎকী থোঙ অমমমসু পানখি, মচা পোল্লবা মতুংদা কবোকৈ লাবদু মঙোন্দগী তোখায়না থম্লখা অমদি ঐখোয়না মনুং নৎত্রগা মপান্দগী য়ৌনিংবা মফম য়ৌবা য়ানবা শীনখি।

ঐনা শারং মনাক য়ৌবদা প্রকাশনা নেগলীবু উপাক্কী কুনফমদগী হেক থোরকপা মতুং ইকান কান্নদনা কা অমদা চংহনখি। মহাক্না মনিং থংবা থোঙদগী চংলম্মী। ঐসু অসুম্না তৌখি। কা মনুংদা মচা অমতমক উই, ঐনা মনুংদা চংদুনা মদু পুথোরকখি। মদু পীশক পীকই, মমীৎ শুকপাং-পাংথোক্তে অদুগা খুবামদি অদুক্কী মতিক নুংশিনা তিংথোরকই। ঐখোয়না মাবু য়েংদুনা মতম খর ফম্মী। নেগলীনা থংনবা কাদগী ঐখোয়দা য়েংলকই। মহাক্না ঙাইহাক ঙংখি অদুবু অশাউবদি উৎখিদে। ঐখোয়না মচাদু ওনবদা গ্রাম ৪৫০ লূমখি। কবোকৈ লাবনা মফমসিদা পুরকখিবা মতমদা মাসু গ্রাম ৪৫০ লূমখি। পোল্লবা মতুং চয়োল অনি ফাওবদি শা মচাসিগী লাবা-অমোম খঙদোকপা য়াম্নমক ৱায়। অহানবদা প্রকাশ অমদি মতুংদা ঐনা য়েংবদা মচাসি লাবা ওইরম্মী। উপাক্কী মকোন মতাইদা থম্বদা মা মতোমতা মনুংদা চংশীনখি। নেগলীবু মনম নমহন্নবা প্রকাশনা থোঙ মনুংদা মখুৎ থিংজীনখি। মহাক্না মসি করিসু খন্দনা তৌই, ঐদি হায়রপ কিজখি। নেগলীনা য়াম্না থুনা মাগী খুৎ লেক্তুনা মচাগী মনম মাঙহনখি। মহাক হান্নগুম অদুম্মক মরুপ ওই। অদুম ওইনমক ঐখোয়না মহাক উদ্রিঙৈদা মচা পম্বগীদমক মাগী মীৎয়েংদা নুংঙাইতবা ফোংদোকপা উই। মানা য়াম্না ঙকপা কিনিংঙাই ওইবা খৌনাওদা ঙংবা খোঞ্জেলদা ঙংলম্বদু মচানা উপাক্কী মকোন্দগী খোংলকপদা নেমথখি। মদু মানা মচাদা ঐখোয়গা লোয়নবদা করিসু কিনিংঙাই ওইদে হায়না হায়বা ওইরম্বা যাই।

নেগলীনা ওগষ্ট ১, ইং ১৯৮৩ দা লাকখিবদা মহাক থা অহুম শুবনা তাক্লিবদি মা থা কুন্তরুক চংবদা চপ চানা মচা পোকই হায়বসিনি। মসি রেকোর্দনি। কবোকৈবু ঐখোযনা ফাজীন্দুনা য়োক্লগা মচা পোকহনবা ঙম্রে। ঐখোয তশেংনা নুংঙাই। পান্দম অসিগীদমক

প্রকাশ অমদি ঐহাক খুদোংথিবা কয়া থেংনখি অমদি ঐখোয়দা চৈবা অমদি ইকাইবা কয়া অমা খাঙবা তাখি, অদুম ওইনমক হৌজিক্তি নুংঙাইবগী শরুক ওইরে। ঐখোয় চানবিরবনি লৌখি। নেগলীনা মশাদা করিমত্তা অৱাবা লৈতনা শোয়-ঙামদনা মচা পোক্লে অমদি কনাদসু খুদোংচাদবা থোকহন্দ্রে। মচা অমতমক পোক্লবসু য়াম্না ফরে। মসিনা মশা ফবা মরম্না নেগলীবুসু হরাওনা লৈবদা মতেঙ ওইরনি । ঐখোয় অনিদি ৱারী শানবদা অদুক্কী মতিক কা হেন্না নুংঙাইখি। ঐখোয়দা হেঙ্গৎলকপা থৌদাংগী মবমদা খল্লদুনা ঐনা যুমদা লাকখি। হৌখিবা চহী তরাগী মনুংদা ঐখোযনা থল্লকখিবা শাশিংগী মরমদা নীংশিংলুবদা ৱাখলদা মরোল মরোল লোনশীল্লকখি।

ইং ১৯৭৫ দা মহারাষ্ট্রগী গডচিরোলি দিষ্ট্রিক্ট ( মতমদুদা চন্দ্রপুর) গী ভামরাগড় টহশিলদা লৈবা হেমলকসাদা চীংমীশিংগীদমক পাযখৎপা প্রোজেক্ট অমদা ঐহাক প্রকাশকা থবক শুমীন্ননবা লাকখি। মতমসিদা লম্লক্কী শাশিংগা ঐগা লৈনরম্বা মবী হাযববু শাতানবখক্নি। ঐনা মদুগী মরমদা ইবা তারবদি মদু যাম্না খেন্নবা ৱারী অমা ওইগনি। মতমদুগী শাতানবদা জীপ নৎত্রগা মোটৌব সাইকল তোংদুনা অচৌবা মৈঙাল, ৩১৫,৩০৬, ২২ বোর রাইফল অমদি ১২ বোর নোংমৈ শীজিন্নৈ। নুমিদাংদা শাশিংনা মচীঞ্জাক নৎত্রগা ঈশিং থিবা থোরকপদা শা কাপ্পী। মসিনা ফোংদোকপদি ঐখোযগা শাশিংগা লৈনবা মরীদি শা তানবগা শানা শিববা তুংগনি।

ঐনা হেমলকসাদা থুংবা মতমদা প্রকাশকী মচী মবি পানবা শজি অমা, বোনিট যোং অমা, ভারত্তা ফংবা অচৌবা খৈরোই অমা, ঢিক্কু কৌবা লেব্রদব হূই অমোম অমা, কাল্য (কালুবু নুংশিনা কৌবগী মওং) কৌবা হূই অমা লৈবমখি। প্রোজেক্ট লিংখৎপা মতুং চহী অমগী মতুংদা চীংমীশিংনা হিংলিবা শাশিং পুরকপা হৌরকখি। শজিদুবু ঐখোযনা 'পেন্টী' অমদি খৈরোইবুনা 'রেখা' কৌখি। শা অমত্তা শারং মনুংদা থল্লমদে, পেন্টীনা মতম পুম্নমক্তা মন্দাভাহিনিনা চৎপা মফমদা মতুং ইন্নৈ। যাম্না ঙকপদি পেন্টীনা অতৈ হূইশিংগা যাম্না নুংশিননা শান্নবা

অসিনি। মতম খরদি ঐ যেংদুনা লৈ। মখোয়না তৌরিবা মওং অদু ঐগী মীৎনা পাক হেক থাজবা ঙম্লমদে। পুনেদা ঐখোয়না তমখিবা মওংদা শা তানখিবা অদু খল্লুবদা ঐ অমদি মরুপ মপাঙশিং অদুবু ইতোমতা চৈজে। ঐনা চিক্কু হাযবা লেব্রদর হূই অমোমদুবুদি তশেংনা ঙকখি। লেব্রদর হাযবসি শা তানবা য়াম্না হৈ-শিংবা হূই মখল অমনি হায়না লৌনৈ। ঐখোযনা পুনেদা শা তানবা চৎপদা 'রেঞ্জর' হায়না কৌবা অঙৌবা লেব্রদর অমা মতম পুম্নমক্তা লোযনখি। ফীভম চানা জীপকী মথক্তা মহাক্না ফম্লদুনা নোংমৈ মখোল হেক তাবদা কাপখিবা শাগী লৈফমদা চেনশীনগনি অমদি শিরবা শা অদু পুদুনা লাক্কনি। করিগুম্বা শা অদুনা শোকপতমক ওইরবদি মহাক্না হাত্তোক্লগা পুরক্কনি। অয়াম্বা মতমদা মানা অকোনবগী অসুম হায়না তৌই। মফম অসিদদি য়াম্না তোপ-তোপ্পা মওংদা চিক্কু হায়বা রেঞ্জবগী মখল অসিনা শজিবু হাৎপগী মহুত্তা শান্নমীনৈ। ঐনা অহানবদা খল্লম্বদি রেঞ্জরনা মচু ঙৌবা অমদি চিক্কুনা মুবা মরম্না মখোযগী লমচত্তা খেন্নবা লৈবা ওইগনি হাযবসিনি। মসিগী মতুংদগীদি ঐনা শাগী লমচৎ, হৈনবী অসি মখোয়না লৈবা মফম অমদি মখোযবু লোযনবিবা মীগী মথা পোল্লি হাযবা খঙবা ঙমখি। মীওইবদি মানা-মানা তিন্নরুবনা পুই হায়বা অদু শাশিংদসু চপ-চানা লৈবা তাই। প্রকাশ অমদি মন্দাভাহিনিগা লোয়নবদা শা তানবদা শীজিন্নবা হূই ফাওবা অতোপ্পা থব্রাযপানববু নুংশিবা তম্বা ওইগনি।

অমুকখক প্রকাশনা মাগীদা থুংলবা মীওই খরবু মাড়ীযা চীংমীশিংগী লাই 'ববলাই' যেংহন্নবা উমংদা পুখি। চীংমী খর শা তানবা চৎলুবগী বোনিট যোং খরগা লোযননা হল্লকই। যোং লাবা অমোম অনিমক শিরে অদুগা পোকপা নুমিৎ ৪/৫ শুরগদবা মচা অদুদি হিংলি অমদি মমাগী পুক্তা চেৎনা কোন্দুনা লৈ। মবাইবক থীরবা মচা অদুদি মমা শিরে হাযবা খঙদে। হৌখিবা চহীদগী প্রকাশপু মনাক অমদি যুমথংনবদা লৈবিবা খুঞ্জাশিংনা খঙলকখি। প্রকাশনা মখোযদা যোং

মচাদু পীযু হাযবদা মখোযনা ঙাইহাক ঙাংনরবা মতুংদা পীরকখি। মহাক্না মদু যাম্না ব্লানা যোক্লকখি। মহাক্না মসিবু শঙ্গোম ইন্দুনা অমদি মনাক্তদা থমদুনা যোকখি। নুমিৎ খরনিগী তুংদা যোং মচা অসিনা মমা কাউবদুনা প্রকাশপু মমা ওইনা লৌখি। যোং মচা অসি অমোম্নি অমদি মসি 'ববলাই' চৎপদা ফংবনি হাযদুনা মাগী মমিং 'ববলী' থোনখি।

ববলী ঐখোযগা চহী মাপল লৈমিন্নবকখি। চহী ১০ গী মনুংদা ঐখোযনা শা ৫৮ ফংখি। মখোযগী মবক্তা খবদি মফমসিদা পোকপনি। ঙসি ঐখোযগীদা হিংলিবা শা ৪৭ লৈ অদুম ওইনমক ববলী (যোং), বানি (শওম), বাজা (লম ইবোই) অমদি নেগল (অরাংবা কবোকৈ) বু ঐখোযনা যাম্না নুংশিনা অমদি পামজনা যোকখি। ঙসিসু শওম রানিদি হিংলি।

ববলীদি হৌবকপদগী খব ঙাওশীন্নে। মহাক্না প্রকাশকী লেংবান্দা তোংই, পাম্বোমদা যাল্লি নৎত্রগা মখ্বাংদা কোল্লি। প্রকাশ লৈতবা মতমদা মানা ঐখোযদা কোল্লি অমদি অতোপ্পা মীওই ৫ গসু লোযনৈ। প্রকাশকী মথংদা মানা খ্বাইদগী যাবসি যুমগী থবক ইনখাং শূবী শান্তাবাইনি, মাদি মহাক্না (ববলীনা) মাঙহল্লবনি। মানা শান্তাবাইগী মখোঙদা যানগনি। যোং মচা খুদিংমক মমাগী মখ্বাংদা যানবনি। শান্তাবাইনা মাগী থবক চৎপা ফাওবদা ববলীনা মখোঙ শুকথা থাদোক্তে। যোংনা অতৈ শাশিংদগী খব হেন্না শিংবজাৎলা? শিংগদবা মাল্লি অমদি ঐনা মখোযসি খ্বাইদগী তাৎ হৈবা ওইনা লৌই। ঐখোযনা অঙাং ওইবিঙৈদা মবৌ লৈবা কৈশালগী ব্লাবী কযা, ঈশোপকী ফুঙ্গা ব্লাবীদা পাখি। ঐখোযগী নাক্তা কৈশাল কয়াসু অযাম্বা মতমদা লৈ। যাম্না তঙাইফদবা মতমদা মশা হিংনবগীদমক মচা ফাওবা হাৎলগা চায অদুবু মখোযদি ঐখোযনা মবৌ লৈনা উদে। ঈশোপকী শাশিংগী ব্লাবীদা যোংনা মবৌ লৈবগী ব্লা যাউদে। মবমদি ঈশোপকী শাশিংগী ব্লাবীগী মতমগা হৌজিক্কী মতমগা ব্লাখলগী ফীভম খেন্নবম্বা যাই নৎত্রগা

ঈশোপনা য়োং হায়বসি মীওইবগী মপা-মপু ওইগনি হায়বদু হান্নানা খল্লম্বা য়াই। মরম অসিনা মসিগী ৱারী য়াউহন্দবা ওইরম্বা য়াই।

ববলী ঐখোয়গা ইং ১৯৮২ ফাওবা লৈমিন্নখি। প্রোজেক্টকী থবক চাওখৎলকপগী মতুংইন্না মাড়ীয়া অমদি গোন্দ চীংমী চা কয়ানা দিস্পেন্সরিদা লায়েংবা লাকপা হৌরকখি। অশোক- অপন থোক্তনবা ঐখোয়না শা খরদি শারংদা থমদবা য়ারমদে। ববলী লৈবগী খ্বাইদগী কান্নবসি মাগী য়োং তাৎ উৎপদা চীংমীশিংনা নুংঙাইজবদুনি। মহাক পুম্নমক্কা পামজবা হায়বদু ওইখি। মহৌশানা কনা অমত্তনসু ববলীদা শাউদে, কনাগুম্বনা শাউরবসু মঙোন্দা মদু চংদে। মানা মী অমনা অতোপ্পদা ৱাকৎনবা থোংগনি। মদুদা মাবু তপথহন্নবা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা শাউশিন্নৈ। মাবু য়েংবা লাকপা চীংমী খরদি মমা-মপা হাত্তুনা চাখিবনি। অদুম ওইনমক হৌজিক্তি মখোয়না অহিংবা থৱায় পানবা অমনা কয়াদা কান্নবা পীবা হায়বদু খঙবা হৌরক্লে। মখোয় মশেল মসিগী মরমদা ৱারী শান্নবনা ঐখোয়না শাশিংগী তাইবংবু নুংশিবগী পাউজেল পীবদা মতেঙ ওইহল্লে। মসিগী মতুংদগীদি শা তানবা চৎপদা ফংবা শা মচাশিং ঐখোযদা পীবা হৌরকখি। চীংমীশিংনা চীঙ্গাক্কীদমক নৎত্রগা লাইনিং-লাইশোনগীদমক শা ফাদুনা হাৎপা অরানবনি খন্দে। মখোযনা শা তানববু তৌদবা যাদবা অমগুম পাংথোকই অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয়দা মপী-মপা হাত্তোকখ্রবা শা মচাশিং মখল খাযদনা খুৎশীন্নবা হৌরকখি। মখোঙ পানবা অচৎপবু ওইরবদি মখোয়না চাদবা লৈতে। খুল অয়াম্বগী মীশিংনা মখোয়না শা তানবদা ফারকপা শা মচাশিং ঐখোয়দা শীন্নবদা ঐখোয়দগী করিগুম্বা খর ফংগনি হায়না খন্দে। অদুম ওইনমক ঐখোয়না মী খুদিংমক্তা করিগুম্বা খর মনা ওইনা পী। বষ্টর দিষ্ট্রিক্টতা লৈবা অম্বুঝমাড় চীংগী বড়া মাড়ীয়াশিংনসু শা খর পুরকখি অমদি করিগুম্বা খর মহুৎ ফংবা পামখি। মসিগী মরমদি ঐখোয়গী লৈফম য়ৌনবা মখোয়গী খুলদগী লাকপদা পূং ২ দগী ৪ ফাওবা চৎপা তাই, অতোপ্পা মরম অমনা মখোয়দগী শাগী মউন অমদি মোইনা উচেক-নচিংবা শেল পীরগা লৈবা লল্লোনবা কয়া লৈ।

ইং ১৯৭৫ দা কুমারগুড়া খুঙ্গংগী মীওই খরনা ববলীগা মখল মান্নবা য়োং মচা অমা ঐখোয়দা পুরকখি। ববলী লৈবনা মরম ওইদুনা য়োং মচাসিনা মফমসিদা য়াম্না থুনা লৈবা হৈনখি। হৌজিক ফাওবদাঐখোয়গী য়োং মচা ৮ দগীনা ১০ ফাওবা লৈখ্রে। মখোয়গী মনুংদা লঙ্গুর মখলগী অমুবা অনি অহুমসু য়াউই।

য়োংগী মরমদা ঐখোয়দা কুপ্না খিজীনবগী তাঞ্জা পীরিবসি 'পিল্লু' হায়বদি অপীশক হাযবা য়োং অসিদগীনি। লোয়নবদগী ঐখোযদা তশেংনা তাক্লিবসি যোংশিং অসি ঐখোয়গী ইপা-ইপুনি হাযবসিনি। মতমগী খোঙচৎ মতুংইন্না যোংদগী মী ওনবদা শাওং শাদা অমদি ৱাখল লৌশিং হোংলবসু মাগী লমচত্তি থোইনা খেন্নবা লৈতে। ঐখোযগী ইপা- ইপুশিংগী লমচৎ -শাজৎ ঐখোযদা লোযনমক থংথরকপা লৈতে। মসিনা থংথরকপদা কাযরকখি অমদি লমচৎ- শাজৎ মান্নদবা মীওইশিং পোকখি। মীওইবগী শুমহৎপা, মান্নদবা লৌশিং তাৎশিং যোংদা উই। নুমিদাংৱাই খুদিংগী পেন্টী, হূই অনি, য়োংশিং, প্রকাশ, মন্দাভাহিনি অমদি ঐ চাউরাক্লা কিলোমিটর অহুম্রোম চৎলগা লৈবা তুরেলদা হেক -হেক কোয়বা চৎলি। মফমসিদা পার্লকোটা, যামুলগৌতমী অমদি ইন্দ্রাবতী তুরেলগী ঈতিনফম লৈ। লম্বী য়াম্না ফত্তে, মসি চহী অমগী মনুংদা থা ৬ খক চৎনবা য়াই। মমাঙগী চহী ফাওবদি কুমগী অহানবা নোংজু হেক লাকপদা মপানগা ঐখোয়গা থা ৮ দি হেক্তা পাউ ফাওনবা ঙমদে। লম্বীগী নাকন্দা লৈবা মাড়ীযাগী লৌ উনবা লম খর নত্তনা অতৈদি য়াম্না শূকপা জঙ্গলনি অমদি ঙসি ফাওবা অদুম্না অদুম লৈ। পেন্টীনা মন্দাভাহিনিগা নক্লনা চৎলি অদুগা ববলীনা প্রকাশকী লেংবান্দা তোংলদুনা চৎলি। চিক্কু অমদি কালুনা মতুং কোঈইন ইন্নৈ। পিল্লুদি পীক্লিবনিনা মতম পুম্নমক্তা কনাগুম্বা অমনা পম্বিবা তাই।নোংমদি কুম্মৈগুম ঐখোযনা পিল্লুবু কালুগী নঙ্গন্দা থাঙ্গৎখি।অহানবদা কালুনা যানিংদে অদুবু ঐখোযনা মাবু নানবিদুনা থেমখি।অহানবদা পিল্লুনা কালুগী নঙ্গন্দা চেৎনা কোল্লম্মী অদুবু মমৈদদি সুম-সুম যাম্না নুংঙাইনা শগোল তোংবগুম তোংখি। মসিগী

মতুংদগীদি ঐখোযনা পিল্লুগীদমক ঝানিংঙাই ওইদ্রে। মঃ ঙ্গা মতমপুম্বদা কালুগী নঙ্গন্দা তোংই অমদি কালুনসু চেকশীন্না শেন্নৈ। ‘নুমিৎচুপ্পা অমা প্রোজেক্টকী মফম, শীনবা থুংনা মখোয অনি থাদোক্লদনা কোযনা চৎলি। মমৈদা পিল্লুনা কালুবু জঙ্গলদা পুথোকপা হৌখি। শম্না হাযববদা সিনবাদকী অহংনা ওইনবা নুপাগুম পিল্লুনা কালুগী নঙ্গন শুকহাং হাংহন্দে। মখোয না মবক্তা কনখ্রা মবীনা পুনখিবনো ঐখোয খঙদে। অসুম্না কালুনা মসিগী মতুংদগীদি পিল্লুবু মতোমতা শুকথা থাদোকখিদে। জঙ্গল চৎপদা যোংনা কবিগুম্বা চাবা যাবা খব উবদা মানা হান্না চেনখত্তুনা কালুবু নীংশিংদনা চাবা হৌই, সিনবাদকী শত্তম লৌবিবা কালুদি উ পাম্বী মখাদা মাবু ঙাইবা তাই।

নোংমগী নুমিদাংৱাইবমদি লখা অনাসিনা ঐখোযনা চৎপদা যাউখিদে। নুমিৎ তাববা ফাওবা মখোয অনিমক হল্লক্লমদে। ঐখোয নাবা হৌখি মখোয়না ঐখোযগা লৈনবা মবীদু থদৎপাদি মাদে। ঐখোযনা অমম্বদা মখোয থিবা চৎপসু কান্নবা ফংগদবা মানখিদে। অশূকপা জঙ্গলদা কনাগুম্বনা কদোমদা চৎখিবনো থিবা অবাইবা নত্তে। নুমিদাংগী পূং ১১ তাবদা ঐখোযনা কালুনা খোংবগুম্বা অমা তাখি, চিক্লুসু খোঙ্গৎলকখি। মদু ফনা কুইনা তাবম্মী। কালুনা মবম ওইদুনা চিক্লু নুংঙাইবমদে মবমদি মনা খোংলকপদু ‘ঐখোযগী থৱায কল্লু’ হাযবগুম্বনি। মানা ঐখোযদা নম্বী অমা তাকপগুম্বনি। মতম অসিদগী ঐখোযনা খুত্তা থাউমৈ অমদি শীঙজাং পাযদুনা খোবকখি। খুদক্তা চিক্লুসু ঐখোযগী মুং ইল্লকখি। ঐখোযনা কিলোমিটর অনিমুক চৎলবা মতুংদা মহুং পানবা ঙ অমগী মখোঙদা কালু থেংনখি। কিবদুনা মহাক্লা উখক্তা যেংদুনা খোংবা থেংনৈ। ঐখোয উবদা মহাক হবাওখি। ঙাওশীন্নববা পিল্লুনা কালুগী মনাক্তা হল্লক্লবা কন্না হোৎনবা ঐখোযনা কাউবা ঙমদে। মমশীনখিবদগী পিল্লু উদগী কুমথবা কিবম্মী অমদি কালুনসু মাগী মফম্লু অমম্বদা মতোমতা মফমদুদা হুন্দোক্লম্বা পাম্লমদে। ঐখোযনা কৌবা হেক তাবদা পিল্লুনা ঙংলদুনা কুমথবকখি অমদি কালুগী নঙ্গন্দা চোংখৎখি। ঐখোযনা শাউবগানি

খণ্ডবদা মানা মদু কাউনবা চিক্কুদা হন্না হন্না মমায ওনশীন্দুনা লৈখি।

ইং ১৯৭৫ গী খুদোংথিবা অমনা য়োংগী মবমদা খঙনিংবগী থেংনবকপা পুন্না মাঙহনখি। মহৌশাগুম নুমিদাংব্রাইবমদা কোয়থোকপা চৎখি। লৌ লোক্লখ্রবনা অহাংবা লৌবুক্তা শা-ষন খবদমক লৈবা উই। পেন্টীনা প্রকাশ অমদি মন্দাভাহিনিগী মবক্তা চৎলি, সিনবাদ- কালু অমদি তোংলিবা - পিল্লুনা মাঙদা খব হেন্না চৎখৎলম্মী। মহৌশাগুম ববলীদি প্রকাশকী লেংজুমদা তোংই। চিক্কুনা ঐগী নাক্তা ইন্নখি। ঙাইহাক্তুদা কবি থোক্লবগে খনবদা ঐখোয মিপাইখি। কালুনা শোযবদগী ষন্নাও অমগী মনাক্তা নকশীল্লুববা খঙদে, ঐনা যেংথোকখিবদা ষনবী অমনা কালুদা ব্রাইগে তৌবা উখি। মহাক্লা কালুবু লৈমাযদা নমশীনখি, মাযকৈ অদোমদা ঐনা লাউদুনা চেনশীল্লম্মী। ষনবীদুনা কালু থাদোক্তুনা চেনখ্রে। ঐখোযনা কালুগী নাক্তা চেনশীনখি। চিক্কুসু মাগী শাগৈ কন্দবা যাদে মতাগুম ঐখোযগী মাঙ গানা চেনশীনখি। কালু হৌগৎলক্লবা লাক্লে অদুবু মহাক তশেংনা কিবে। অব্রাবনি। পিল্লুদি লোইবল্লগনি হাযনা খনখি। মদুমক্তি ওইদ্রে, অদুবু কদাযদনো ? ষনবীসু হনখ্রে। কোঈযেং যেংই। যোংগী মবমদা ঐখোযনা খঙবদগী কালুনা হেন্না খঙই। মহাক্লা উ অমদা যেংখৎপদুদা ঐখোযসু যেংখৎখি। কবিমত্তা নাচুংদনা পিল্লুনা উ অমগী মতোন্দা তোংদুনা লৈবা থেংনৈ। মশা কন্নবা মাদি চেনবনি। খুদোংথিবা অমত্তা লৈত্রে খঙলবা তুংদা ইনুং নুংঙাইনা কালুগী নঙ্গন্দা চোংথবকখি। ঐখোযনা শাউনিংদনবা মানা ষনবীনা চৎখিবা মাযকৈবোমদা মখযাৎ চীক্তুনা মশোং ফন্দুনা থোংখি। নুমিত্তুমা ঐখোয মখা তানা কোযবা তোক্তুনা হল্লকখি। জঙ্গলদা লাঞ্জাবগী থবকসি তিতিহৈবী উচেক ১দি যোংশিংনা তৌই হাযনা ঐনা লাইবিক্তা পাখ্রে। হন্দক থেংনবা অসিনসু মসিগী মবমদা হেঙ্গৎহল্লে। কবিগুম্বা মখোযদা খুদোংথিবা অমা লৈববদি যোংনা মখোয মশাবু হান্না ঙাকথোক্লবা হোৎনগনি মতুংদা অতৈদা লাউ-খোংদুনা চেকশীন্নবা হাযগনি। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মহৌশা খুৎশেম্না মখোযদা লাঞ্জাবগী থৌ পীবিবনি, খৎনবগীদি শুকাযাউ যাউদে।

থৌদোক অসিনা ঐঙোন্দা অকনবা মমি তাহনখি। ঐখোয় যোংগী মচা মশুনি। ঐখোযদসু অসিগুম্বা মতাঙ থোক্লবদা মরুপ অমগীদমক ঐখোযনা কবি তৌগনি? ঐখোযনা মরুপকী মতেঙ পাংগদ্রা নৎত্রগা চেনগদ্রা? মীওইবদি হেন্না-হেন্না ফবা ফীভমদা লৈ। মাগী অশিংবা ৱাখল লৈবা মবম্না মানা কৈদৌঙৈদা মশাবু লানবা যাহন্দে।মানা মাগী থৌওং খুদিংমক অতোপ্পদা তাইশীল্লি অমদি মশাদি মবাল লৈহন্দে। ঐঙোন্দা বাখল অমা লাকখি মদুদি মরুপ অমগী থাজবা মাঙহনবগী হৈনবী অমদি খুদোংথিবা মতমদা চেনবা হায়বগি লৌকবা নত্তে, পীথোবক্লবনি। মসিদা কনিসু নুংঙাইতনিঙাই ওইদে।

তুংদা ইং ১৯৭৫ দা কান্নুনা মন্নাও অমা শিনা যানা চিকংই। মন্নাওদুনা পিল্লুদা অকাযবা থোকহনখিবা লৈব্রা? ঐখোয় কনিমক্তা খঙ্ডুখিদে। কান্নুনা অসুম্না মমাংদা অমুক্তা লৌশিন্দ্রে। মসিম অসিনা ঐখোয় নুংঙাইখিদে। ঐখোয়না মফম অসিদা চিংমীশিংগীদমক থবক তৌবনা মখোয় নৎত্রগা মখোযগী শা-ষন্দা, ঐখোযনা নৎত্রগা ঐখোযগী শাশিংনা কবিগুম্বা মখলগী অৱাবা অমত্তা পীদনবা হোৎনৈ। ঙসি ফাওবসু থাজবা অদু মাঙদ্রি। মবম অসিনা কবিগুম্বদা কনাগুম্বা মীওই নৎত্রগা শা অমনা অকাযবা থোকহনবদা মহাক্তু ঙাকপিদে। থম্মোয কাযনা ঐখোযনা কালুবু নাগপুবদা চৎহনখি। মমৈদদি শওম অমদি কবোকৈ নচিংবা লম্লক্কী শাশিংবু থাদোকপদা কবিসু তৌদ্রবসু ঐখোযগী অপাম্বগী মাযোক্তা মখোযবু শারংদা থম্বা তাখি।

মহৌশাগী খুৎশেম থিজীনবশিংগী খুৎপু কযা মফমসিদা লাক্কখি। মফম অসিদা লাক্লিৰৈগী মমাঙদদি মখোয ৯০% দি শাদানবা ঙাক্তনি। মখোযগী মনুংদা অযাম্বনা শাগী লমচৎ খঙনিংবা অমদি মহৌশা খুৎশেম্বু নুংশিবা খব ৱাৎখিবা ঙাক্তনি। ঐখোযনা লম্লক্কী শাশিংবু শাবংদা যোকপা উবদা মখোযনা শাউবম্মী। ঐখোযবু লম্লক্কী শাশিংনা জঙ্গলদা লৈবনা হেন্না ফৈ খঙদে খনবজাৎলা? অদুবু ঙসি শাশিংনা জঙ্গলদা নুংঙাইনা লৈবা ঙম্লিববা? পুম্নমক্কী মথক্তা শাশিং অসিদি ঐখোযনা ফাকবা অমত্তা নত্তে। মখোযদি যাম্না পীক্লিৰৈদা পুবকখিবা ঙাক্তনি।

ঐখোযনা থাজবদি মখোযবু মফম অসিদা পুরকপদা লৌহৌদ্রবা নৎত্রগা জঙ্গলদা থাদোকখিবা মতমদা মখোযগী মমা-মপাগী মতৌগুম মীওইবগী চাকথাওদা চংখিবা শোযদ্রে হায়বসিনি। মসিনা মরম ওইদুনা মখোযবু ঐখোযগী মফমসিদা থম্লিবনি।

কালুবু নাগপুবদা থমখিবা নুমিৎ ১৫ নিগী মতুংদা নোংমা অঙনবা অযুক অমদা পিল্লু মাগী মঙক্কী যোৎলিদা যান্দুনা শিবা থেংনখি। মসিদা ঐখোয যাম্না নুংঙাইখিদে অমদি মদু লুনা লৌখি। পিল্লুনা মশাগীতা খনবা, হিংবদা ব্রাবা অদু মতোমতা শিজরগা কোক্কনি লৌখ্রবরা? নৎত্রগা মকপ যাউদনদি মহাক মতোমতা হিংবা ঙম্রোই খনখিবজাৎলা? ব্রাহংশিং অসি ঐঙোন্দা লাকখি। যোংগী কোক্তা মতোমতা শিজবা ঙম্বগী ব্রাখল লৈবজাৎলা? ব্রাফমসি নৈনবা অমদি মসিগী মরমদা লাইবিক ইবশিংনা খন্নবা ঙম্রবরা ? ঐঙোন্দদি মসিগী পাউখুম অমত্তা লৈতে। ঐখোযনা শাশিং লোযনবদগী খঙবদি মীওইবনা শাশিংদা নুংশিবা উৎলবদি মখোয়নসু মান্নবা মওংদা অফবা মওংদা নুংশিবা উৎলকই হাযবাসিনি। অদুম ওইনমক হাযবিবা চাং অসিদা শা অমনা অতোপ্পা মখলগী শা অমবু নুংশিবা ঙম্বা জাৎলা? মীওইবনা শাবু নুংশিবদি মশাগী ওইজবা থিবগীনি। মমাঙঙৈদগী মপু শিবা মতমদা হুই অমনা নুংঙাইতদুনা শিবগী ব্রাফম ঐখোযনা তায। অদুম ওইনমক মীওইবনা মাগী নুংশিনা তৌজবা শা অমা শিবদা মহাকসু মতোমতা শিজৈ হাযবদি ইতা তাদে। ওইথোক্লবদা শাদুগী নীংশিং খুদম অমা শাবা নৎত্রগা মানা পামজবম্বা খব যেন্থোকপগদি তায। অসুম তৌদুনা শাশিংনা নুংশিজবা অমগীদমক মতোমতা শিবা ঙম্বজাৎলা? ঐ অতোপ্পা শাগী নৎত্রবসু যোংগীদি যানিংই। অদুম ওইনমক হাযবিবা অসি যোংদি ঐখোযগী পাবী-পুবীনি লৌদুনা যানিংদবদি যাই। শাশিংনা মতোমতা শিজবগী খুদম কযা লৈ। ঐখোযনা আসামগী জাতিযা আতম খুঙ্গংদা উচেকশিংনা অকক্লবা নুমিৎ অমদা মৈবীদা মশা খপুনা মতোমতা শিজবগী ব্রাবী পাখ্রে।

তাবগাওদগী ইং ১৯৭৫ দা বার্কিং দিযাব মচা অমা ফংখি।

অদুবু মসি অহানবদা মখল অসিরা হায়বদু খঙদোকপা ঙমখিদে। মতমদুদা ঐখোয়দা লাইরিক লৈতবা মরম্না ঐখোয় চমম্নখি। ঐখোয়না মসি মশাদা লাংদবা মরম্না শজি অরাংবা নত্তে, চিনকারা (শাদানবা হল্লকপদা ঐনা লম্বীদা হাৎখিবা ইন্দিয়ন গেজেল) সু নত্তে, নীলগায (অচৌবা মচী পানবা প্রকাশনা মমাঙ্দা সোমনাথ প্রোজেক্টতা য়োকহনখিবা শজি মখল) সু নত্তে হাযবা খঙখি। অসুম্না অতৈ ওইদ্রবনিনা মসি বার্কিং দিয়ার অমনি হায়না মশক লেপখি। হৌরকপদা ঐখোযদা লম্লক্কী শাশিংগী মবমদা ইবা লাইরিক লৈরমদে। মমৈদা মীযাম্না ঐখোযগী শা যেংখি অমদি ঐখোযগী অৱাবা খঙবিদুনা মখোযগী মরক্তুগী কনাগুম্বনা লাইরিক খর খুদোল ওইনা থারকপা হৌরকখি। নাগপুরগী শ্রীজেদ প্রভাকরনা ঐখোযদা লাইরিক মযাম ফংহনবা অমদি শাশিংবু ফোটো কাপ্পগী মতেঙ পাংখি। বার্কিং দিযার মহৌশানা মচী মরি পানবা শজিদগী খব নেমই, য়াম্না কিগল্লী অমদি মী উবদা যাম্না ইকাইথী। মাগী তুংগী খোঙনা মাঙগী খোঙদগী হেন্না শাংই অমদি মরম অসিনা মখু কোল্লগা চৎলি অমদি য়াম্না যাঙনা চেল্লি। লাবা খক্তদা মচী পাল্লি। শজি অরাংবা অমদি শাজলগুম্না চহী খুদিংগী মচী অনৌবা শীল্লি। মসিগী মমাযদা 'ভী' মওংগী অমুবা ময়ি অমা মনাতোন্দগী মমীৎ অনিরোমদা চীংই। মসিনা মশা খিংবা নৎত্রগা নুংঙাইবা মতমদা মাঙগী খোঙনা লৈমাযদা যৈদুনা চৎলি। নাতোন মখুল মখাদা তোঙখৎপা মফম অনি লৈ, মসি অশেংবদি মাগী অনিশুবা নাতোন্নি। কবিগুম্বদা পূংদা কিলোমিটর ৬০ গী চাংদা থৌবা গাড়ী অমদগী কোক লীৎথোকপদা নুংশিৎকী শাফুনা য়ৈবদগী ঐখোয়না নুংশাশোর হোনবা রায। মসি ঙাকথোক্লবা মহৌশা লাইরেম্বীনা যাম্না য়াঙনা চেনবা অরাংবা শজি, বার্কিং দিয়ারনচিংবা শাগী অনিশুবা নাতেন অমা পী। যাম্না যাঙনা চেনবা মতমদা মখোযনা তোঙখৎপা অসিগী মথক্তা লৈরিবা অহোবদা নুংশাশোর হোল্লি। লাবা অমদি অমোম্না লোযনবদা মখোযগী নুংঙাইবদু তোঙখৎপা অসি চাউথোক্তুনা ফোংদোকই। শজি খুদিংমক্না অকক্লবা খোজেল অমদি মনম খঙবা

ঙমই। ঐখোয়গী তুকারাম্মা শজিক অমদি পাম্বী মচাশিং জঙ্গলদগী শজিগীদমক হেক-হেক লৌরুই। মসিগী অকক্লবা মতম লৈজে। করিগুম্বা মরম অমদগী তুকারাম্মা থেঙনা লাকপা মতমদা শজিশিংনা নুংঙাইতবা হেক-হেক ফোংদোকই।

নোংমা শজিগী শারং মনাক্তা চংবদা বার্কিং দিয়ারদু নুংঙাইতনা লৈবা উথি। মরুওইনা ঐ উবদা মহাক মহৌশাগুম ইনাক্তা নকশীল্লক্তে। ঐনা মনাক্তা লিনগুম্বা অতৈ পোৎ লৈরবরা খনথি। কুপ্পা যেংবদসু করিগুম্বা অমত্তা লৈবা উদে। ঐখোযগী 'বিন্টু' কৌবা বার্কিং দিযার অসিদি করিগুম্বা অমা লৈবা উবদা মফমদুদা য়েংদুনা লৈগল্লি। মপান্দা মনম নমদুনা মানা য়েংবা উই। মাগী মখা থংবা মনাতোনসু ফনগৎলি, মসি খঙজীনবা তঙাইফদে। বিন্টুদি লাবনি, মখোযগী মখলগী অমোম অমত্তা ঐখোযগী মফমসিদা লৈবমদে। শজি মখল অসিগী অমোম অমগী ইবাং লাকপগী মনম জাঙ্গল ফাওদুনা মঙোন্দা যৌরকপগী ওইবম্বসু যাই। ঐনা মাবু ইনাক্তা কৌশিন্দুনা শঙ্গোম পীথকখি। থুনমক মানা ইনাক্তা লাক্কুনা মনম নমই অদুবু ঐগা শান্ননিংবা ব্বাৎপগী মওং উৎখি। মহৌশানা মকোক্বা ঐঙোন্দা অমুক অনিরক ব্বাইদনা তোক্তবনি। মখোঙনা লৈমাযদা যৈদুনা মহাক চখোক খি। করি তৌরবনো হাযবসি ঐগী ব্বাখলনা লাম্বা ফংখিদে। মতুংদা ঐনা পেন্টীদা যেংখি। মহাকসু যাম্না খোইরাংই, মঙক ইন্থোকই, মনা থাঙ্গত্তুনা করিগুম্বা খব ঙাইরম্মী। মখোয অনিমক কনাগুম্বা অমা ঙাইবম্মী। খুদক্তা মখোয়না থোঙলোমদা চংশীনবা হৌথি। তুকাবাম্মা শজিক মপুন অমা পুবগা চংলকপদা চিংনবদু কোক্লে। তুকাবাম ঙসিদি খর থেংলকখি। শজিশিংনা মাগী মনম খঙই অমদি মা লাকপগী খোঙথাং ঙাইহাক তায।

মতুংদদি মখোযনা অযুক খুদিংদা তুকারাম্বু খৌরাংনা ঙাইবদু যেংবা পামখি। কনাগুম্বনা শজিগী শারং মনাক্তা লেপ্পবদি পূং কযা মখোযনা নুংঙাইনা শান্নবদু যেংবা ঙমগনি। মখোযগী শাথেক্তগী ঐনা তুকারাম ফর্লোং অনিমুক লাপ্পদা লৈগনি খঙবা ঙম্মী।

ঐখোযগীদা থুংলবশিংদা অসুম্না তম্বদা মখোয চমম্নে। ঐনা করম্না অসুম্না হাযরিবনো হাযবা মখোযনা খঙবা ঙমদে। শাশিং অসি প্রকাশ, তুকারাম , দাদাপঞ্চাল, বাবন, কাভদু অমদি মনোহর যেম্পলরবগা চান্ননা লোযনৈ। মখোযনা অবাপ্পদা চৎপদু শাশিংসিগী লেঙ-ওৎপা মওংদগী ঐনা লাকশীনবা ঙমই। শাশিংগী চেন-চোংবগী মওং যেংলগা ঐনা যুমদা ফম্ন-ফম্না পুম্নমক খঙবা ঙমই। ঐনা জঙ্গলসিদা লাক্কুনা মীত্রং খব খঙবা ঙম্নে হাযনা অঙকপা রাখল অমা থুংলবশিংদা ফাওখি।

শা খুদিংমক্কী মশাগী নুংঙাইবা ফোংদোকপগী তোঙানবা মওং লৈজে। মসি মাবু নুংশিবা মীওই অদুগী চাংগী মতুংইন্না লেপ্লগুম তৌই। শাশিংগী মরক্তসু নুংশিবগী চাং খেন্নবা লৈ। খুদম ওইনা হাযরবদা প্রকাশ অমদি ঐনা ঐখোযগী কযোকৈ নেগলগী মনাক্তা চংবদা মহাক্না প্রকাশকী খুৎ হান্না লেক্কনি। মদুগী মতুংদা যাম্না থুনা ইনাক্তা লাক্কুনা ঐগী অমুক লেক্কনি অমদি ঐখোযবু শারং মনুংদা নুংশিবা খোঞ্জেলদা কৌশিনগনি। ঐখোয়না খব তপ্না চংলর্ধদি মাগী মশানা শাবংগী যোৎচৈদা তক্কনি অমদি পুক্লিং নুংশিনা খোংগনি। ঐখোযনা মপান্দা রারী শাদুনা লৈথোক্লবদি শাবংগী কাচিন অমদা নুংঙাইতনা চৎখিগনি অমদি শাউগনি। ঐখোযনা থওইনা মহাক শাউনবা থৌশাদবা তারবদি মানা শাবং মনুংদা লৈবা উজাউ অমদা থেংগনি, মনা তুকথগনি, মমীৎ উইশিনগনি অমদি রারীদু তাগনি। মঙোন্দা থরায চংদবা মতমদা মানা ঐখোযনা খঙলোইদবা মতমদা চোংশীন্নিংবগী অপাম্বা উৎলি। মরম অসিনা থওইনা ঐখোয মঙোন্দা থরায চংদে, ঐখোযগী রারী চথবি উৎনবা হোৎনৈ। মসিগুম্বা মতমদা প্রকাশতি মঙোন্দা মুন্না হেক হেক যেংই। মঙোন্দা সুম যেংলগা নেগলনা কবম্বা মতমদা ঐখোযদা চোংশীল্লক্কনি হাযবা প্রকাশনা হাযবা ঙম্মী। মতুংদা ঐনা যাম্না খুনা কোঙ্গইচেন চেল্লি অমদি নেগল কিনবা হেক-হেক লাউই। করিগুম্বা মতমদা অমুক চোংবদা শাবংগী অতোপ্পা নাকল যৌবা ঙমই। মঙোন্দা লাউবদু তাবদা মহাক অদুক্কী মতিক কি, মদুদা মাগী ফীভম কাযগনি অমদি তুগনি। মসিদা ঐখোযনা নোক্লুববা

মানা শারংদা অনিরক-অহুম্লক থেংজিনগনি ১দি যৈশিনগনি। মহাক ঐখোযনা নোকপদুদা ইকাইবা ফাওরম্বা য়াই। মতুংদা মহাক্তা ঐখোযবু করিমত্তা নাচুংদনা ঐখোয়দা মতুং ওনশীল্লগা ফমগনি, অমুক অনিরক কৌবদা তাশীন্নরোই, মতমসিদা প্রকাশনা মনুংদা চংগনি। অসিগুম্বা নেগলনা শুকথবা মতমদা ঐখোযবু ওকপগী মওংসি মতম পুম্নমক্তা থেন্নে। খজিক্তুং মফম হোংবদা প্রকাশনা মনাক্তা চংগদবনি,নোক্তনা নেগলগী ঙক অমদি নঙ্গন নানবিগদবনি। শাউরম্রবদি মহাক্তা প্রকাশতা অদুক্কী মতিক কন্না ইল্লক্কনি মদুদি প্রকাশকী ফীভম কাযগনি। মতুংদা মহাক্তা খজিক্তুং চংলক্কনি অমসুং প্রকাশতা চেনশীন্দুনা মাগী মখোঙ ফাগনি অমদি লৈমাযদা ইল্লুনবা হোৎনগনি। মতম অসিদা প্রকাশনা মঙক অমদি নঙ্গন্দা নানবিরবা, নেগলনা খুদক্তা তপথগনি অমদি প্রকাশকী মখোঙ-মখুৎ লেকপা হৌরক্কনি। কবিগুম্বা প্রকাশনা লৈমাযদা ফমথরবা নেগলনা মাগী খুকউনা কুনগনি নৎত্রগনা প্রকাশকী তম্পাক্তা মকোক ঙাদুনা মশা তিংথোক্কনি। অসুম্না শান্নবা অসিদা মহাক্তা কৈদৌঙৈদা মাগী খুবাম তিংথোকপা তৌবোই। কবোকৈনা মহাক্কী খুবাম পুল্লপ তিংথোক্তবা ঙমই। খজিক তপথহল্লবা মতুংদা ঐহাক মতমদুদা শাবংগী মপান্দা লৈ হাযবা মহাক্তা খঙগনি। মহাক্তা শাউথিবদু ঐখোয অনিনা নোকপগীনি হাযবা মানা নীংশিংবা ঙম্মী। মহাক্তা শাবং চংফমদা লাক্কনি অমদি ঐবু মনুংদা কৌশিনগনি। মাগী মাযথোংদা যাম্না ঙকপা ফীভম অমা উৎকনি অমদি ঐনা শাবং মনুংদা হেক চংলকপা মতমদা চৈবাক ফংহনগনি হাযবগী মীৎযেং উৎকনি। মাগী মাযথোংদা উৎলিবা ফীভমদু খঙবা পাম্বা মীওইনা যামদ্রবদা মফমসিদা থা অমা মাগা লৈমিন্নবা তাই অমদি খুজীন্না থোৎপগী মফম খবগীদমক শেম-শাবা তাই। ঐনা চেৎনা থাজৈ মদুদি থৌনা খর লৈববা অমদি শাশিংবু থাজরবদি কনাগুম্বনা হাযবিবা অসিমক থেংনগনি।

ঐনসু থওইনা মনুংদা চংদনবা হোৎনগনি। মসিদা মানা প্রকাশকী মনাক্তা হন্না চত্তুনা মাগা শান্নবা হৌগনি। মসি ঐবু মানা শারং মনুংদা চংলক্লবা থেম্বা অমদি ঐনা চেকশীন্দবা মীকুপ্তা চোংশীল্লক্লবা তাঞ্জানি খঙই। অসুম ওইজববসু ঐনা মাবু নুংশিজবনা পামদ-পামদ শাবংদা

নকশীনগনি। মদুদগীদি শেন্নহৌদবা মীকুপ খরদা মানা ঐঙোন্দা মনিং ওনশীনগনি অমদি করিনো খঙদ্রিঙৈদা অদুক্কী মতিক থুনা মযুং হাঞ্জিল্লক্কনি, অসুম্না ঐবু মাগী নুংশিবসিনা পুমচোৎ চোৎহনগনি। পাখত্তুনা ঐনা লাউগনি। হৌজিক্কা ঐনা শাউবগী শরুক অদুগা নেগলগীনা নোকপগী মতম্মি, প্রকাশনসু মঙোন্দা মতেঙ পাংশিনবনা ঐবু লাংতক্কহল্লি। মসিগী তুংদা নেগলনা হরাওনা চোং-ফন তৌগনি। ঐনা মতুংদা শারংদা চংগনি। অসিগুম্বা মতাঙদা নেগলনা ঐঙোন্দা চোংশীল্লক্কদবা মরম লৈবনা চেকশীনবা তাই। মানা ঐগী খোঙ অনিমক কোন্দুনা ইন্থুনবা হোৎনৈ। খুদোংথিবা থোক্তনবা ঐনা লৈমায়দা ফমথে অদুবু মহাক করিসু কাউবা লৈতে। ঐবু তুংদগী কোল্লগা লৈমাযদা পুমইন - ইন্থুনবা হোৎনৈ। ঐনা লৈমাযদা তশেংনা তুরবা মতুংদা মানা নুংশিনা ঐগী খুৎ লেক্লবা হোৎনগনি অমদি চথোকখিগনি। মহাক প্রকাশনা থাগৎপা ঙাইদুনা লৈগনি। মসি উবদা মানা মমৈ লৈমাযদা হাইথদুনা য়ৈগনি অমদি মদু খঙঙু হাযগনি। ঐ মানা চোংশল্লীক্তিঙৈদা চেকশীনবা অমদি চথোকপা তাই। নেগলনা ঐখোযগা অসুম শান্নখিসি হাযবগী মওংদা খোংদুনা লৈহৌগনি। করিগুম্বা মতমদা মানা ঙমদুনা ঐখোয অমুক মাগা ফমথমিন্নগনি। অসুম্না শান্নবা অসি তোকপা পামদ্রবসু ঐখোযনা মতমগী মমল খঙদবা যাদে। হৈনবী ওইনা ঐখোযনা ঢাকচামাঙদা ইরুজগনি নৎত্রবদি নেগলনা ঐখোযদা লেপ্পা লৈতনা যেৎকনি। ঘড়ী যেংলদুনা ঐখোযনা শারং থাদোক্কনি।

ইং ১৯৭৫ গী অরোইবা শরুক্তা পল্লী খুঙ্গংগী মীওই খরনা ঐখোযদা খৈরোই (ভারতকী অচৌবা মখল) অমা পুবকখি। ঐখোয়না মাবু 'রেখা' হাযনা থোনখি। হাযরিবা খৈরোই অসিনা মপুং মবৈ ফারবা মতমদদি হৌদোং মপীমুক চাউই। ঐখোযনা যাম্না হৈনদবা উৎলবা ফাওবদা মখোযনা লোযনবা পাম্মী। নহাক্কা মখোযদা শান্নবা হৌরুরবা, মতম পুম্নমক্তা মখোযনা শান্নবা পাম্মী নৎত্রবদি মখোযনা লেংজুমদা তোংলগা শম নৎত্রগা না ফোযগনি। মখোযগী মশিং অসি হৌজিক্তি যামদ্রে। খুল খুদিংগী মীওইশিংনা চহী খুদিংগী কালেনগী কুম্মৈদা

খৈরোই অমমম হাৎলি। মফমসিদা চাউরাক্লা খুল ৯০ মুক লৈ। খন্দুনা য়েংউ, কয়াদা মাঙহল্লগদবা? হরাও-কুম্মৈগীদমক হাৎপদা নত্তনা মখোয়না চানবগীদমকসু খৈরোই হাৎলি। হাৎপগী মওং অসি অদুক্কী মতিক তমথি মদুদি পাকশন্না জঙ্গল নৈখায়। ভারতকী অচৌবা খৈরোই মখলনা মখোয়গী মকোন অকংবা উশাশিংনা ফুট ৫০/৬০ ৱাংবা উদা শাই। খৈরোইদি য়াম্না মশা খিংই অমদি মখোয়না উ অমদগী উ অমদা ফুট ২৫/৩০ চোংবা ঙমই। খুঙ্গংগী চীংমী খুদিংমক্লা শরেন চন্নবগীদমক খৈরোই থিবা য়ুমদগী থোক্কনি। য়ুম খুদিংগী মীওই অমমম্ খৈরোই তানবদা শরুক য়াবা তাই। করিগুম্বা অকক্লবা উ পাম্বী অমদা খৈরোই অমা লৈরে খল্লবদি ফুট ৫০ না কোনবা মফমদা হৌবা উ পাম্বী পুম্নমক য়াম্ফৎলি। মসি তৌরবদি খৈরোইনা উ পাম্বী অমদগী অতোপ্পা উ পাম্বী অমদা চোংবা ঙম্নরোই লৌই। মতুংদা মীওই অমনা উ মথক্তা কাগনি। অতোপ্পা মী নিফুমুক্লা ঙংদুনা লাউ-খোংগনি। মসিদা খৈরোইদু লৈমায়দা কুমথরক্কনি। মতম অদুদা মখুত্তা থাঙ-তেন পায়বা মীওই ৩০/৪০ লেপ্পুনা লৈগনি। মশিং মান্নবপ তৌনা হূইসু য়াউগনি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা খৈরোইনা নাম্থোকপা ঙমদে। করিগুম্বদা মসিনা নাম্থোকখিবা তারবসু অতোপ্পা উ ১৫/২০ সু নৌনা য়াম্ফৎলি। চীংমীশিংনা খৈরোই তানবা থোবক্লগা অমত্তা ফাদনা হনবা হায়বসি ইকাইনা লৌই। তঙাইফদ্রগদি মখোয়গী পান্দম ফংনবা নুমিৎ নিনি হুম্নি ফাওবা জঙ্গলদা লৈথোকই।

ইং ১৯৭৬, ঐখোয়গী শা মশিং হেঙ্গৎপদা নত্তনা থেংনবদগী ফনা য়াম্না খঙলকপা মরম্না য়াম্না চাওখৎপা চহীনি। ফোরেষ্ট গার্দনা তেদবা লম্নক্কী শওম অমা ঐখোযদা পীরকখি। ঐখোয়না ঙসিদি য়াম্না তাঙনা ফংলবা মাউস দিয়ার অমসু ফংলে, ইরোয়ননা সরকারদগীসু ঐখোয়না লম্নক্কী শা উচেকপু আইন কায়না ফাজীন্দুনা থমই, শাশিংদু মখোয়দা পীথোরকউ হায়বগী চে অমসু লাকখি।

ইং ১৯৭৬ সিমক্তদা ঐখোয়না খাংপোক্তা লৈরম্বদগী খর ফজনা শারবা য়ুমদা লৈবা হৌখি। মফম অসিদা তাইলনা কুপ্পা য়ুম অনিথক

লৈ। অমদনা প্রকাশ, মন্দাভাহিনি অমদি রেনুকা লৈ অদুগা অতোপ্পা অমদুদনা দাদাপঞ্চাল অমদি ঐ লৈ। য়ুম অনিগী মরক্তা লৈবা ফুট ২৫ x ১৬ কী অহাংবদু নাকল অনিদা ৱানা খাদুনা ঐখোয়না শারং শেম্মী। পেন্টী, বিন্টু, ববলী, তেনৱা, লমখুনু, উচেকশিং, লঙ্গুর অমদি লিম্বু পুম্নমক মফমসিদা পুন্না থমখি। প্রোজেক্টতা লৈবা মরুপ-মপাঙশিংনা য়ুমদা শা থম্বা পাম্লমদে। ঐখোয়না তৌরিবা অসিদি শাশিংবু য়ারিবমখৈ ঐখোয়গা নক্কবা তম্নবা হোৎনবনি। প্রকাশ অমদি ঐগী য়ুমগী মায়োক্কবা থোঙনাওশিং হাংদোক্তুনা থম্বনা ঐখোয়না শারং মনুংদা চংনিংবা মতমদা চংবা ঙমই অমদি শাশিংবু শেন্নবা য়াই।

ইং ১৯৭৬ হৌরকপদা ঐখোয়না হরিয়াল উচেক ৬ ফংখি। হরিয়াল হায়বসি লমখুনু মখল অমনি। মসিগী মচু মুরৈননা শংই অমদি মবুক্কা হঙ্গামপাল মচুনি। মফম অসিগী শা তানবা মীওইশিংদগী ঐনা তাবদি হরিয়ালনা কৈদৌঙৈদা মখোঙ লৈবাক তাদে অমদি শিরফাওবদা মনঙ্গন্না লৈবাক তারগা মখোঙনা মথক ওনখৎলি হায়বসিনি। মসিনা পোন মনুংদা লৈবা অমদি চাক চাবা ঐনা তুমিন্না হেক হেক য়েংলম্মী। তুমিন্না তৌদবা য়াদবগী মরমদি ইকাইথীমনবনা মসিনা কনাগুম্বা মীওই অমা লৈরবদি মখাদা কুমথরক্তে। লেপ্তুনা পূং ৫/৬ য়েংদুনা লৈরবসু মখোয়না মচীঞ্জাক চাবা অমদি ঈশিং থকপা কুমথরক্তে। অসুম্না মখোয়বু পোন্দা থম্নবনিনা শুকশোয় শোয়দনা মশানা কুমথজরক্কনি হায়না লৌবা য়াদে (ঐনা তুমিন্না য়েংখ্রবা)। ঐখোয়দা হরিয়ালশিং পীরকপা মীওইশিংনা তুরেল মপান্দা লাংনা কুপ্তুনা মখোয়বু ফাবা উখ্রে। অদুবু ঐনা হায়রিবা ৱারীশিং অসি অতৈনদি থাজদবা য়াই। চহী ১০ সিগী মনুংদা ঐনা ৱারীশিং অসি খঙলকই। হায়রিবা হরিয়ালশিং অসিনা চহী অনিমুক ঐখোয়গা লৈমিন্নবা মতমদা ঐখোয়গা মরুপ ওইদে। মসিগী মতুংদগীদি হায়রিবা উচেকশিং অসি অমত্তা ফংদ্রে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐখোয়না উচেকপু পোন মনুংদা থম্বা পামদে।

জঙ্গলদা মতম পুম্নমক্তা লিন য়াম্না মবাঙ কায়। ভামরাগড়গী

জঙ্গলদা লিন মখল ১২ মুক ফংই। মখোয়গী মনুংদা খারৌ, অরাংবা তাংলৈ অমদি লিন্দুদি মহূ চেল্লি, অতৈদি মহূ চেন্দে। মীওইবনা লিন হেক উবদা লোয়না হাৎনিংবগী ৱাখল লৈ। হেমলকসাদা লাক্লবা মতুংদা ঐনা প্রকাশতগী লিন ফাবা অমদি মখোয়গী মখল খঙদোকপা তমখি। ইং ১৯৭৬ তা ঐখোয়না প্রোজেক্ট মফমদগী খারৌ অমা ফাখি। ঐখোযগী চাকশঙদা লৈরম্বা মরম্না ঐখোয়না মাবু ফাবা তাখি। মদু জালি লোনবা মফমদা থমখি। মফম অসিগী মীওইশিংনা লিন্না কামখ্রবা অমদি মাগী মকোক ফন্দোকপা থেংনরবদি শিরগনি থাজনৈ। চীংমীশিং অসিনা ঐখোয়দা চিংননা হেক-হেক য়েংই। ঐখোযনা মখোয়দা লিন্না মী চীক্লবা মতমদতা শি হায়। ঐখোয়দা হীদাক লৈবা মরম্না লিন্না চীকপা মী শিবদগী কনবা ঙমই, লিন্না চীকপদা লাইশঙদা চৎপগী শরুক্তা ঐখোয়দা লাকউ হায়দুনা হীদাক উত্তুনা তাকই। অদুম ওইনমক মীওইশিং অদুনা ঐখোয় হিংলিব্রা হায়না য়েংবা লাকখি। হৌজিক্তি লিন্না চীকপগী ৱাফম অমা লাকপদা মখোয় ঐখোয়গী নাক্তা লাক্লে। খারৌ নৎত্রগা অতোপ্পা লিন অমা মখোযগী য়ুমদা থেংনবা মতমদা মখোয়না ঐখোয়বু কৌরকই। ঐখোয়না হূ চেনবা লিন্না মীগী য়ুমদা লৈরম্বা মতমদতা লিন ফায়। ঐখোয়গী য়ুমদা লৈরম্বা অদুদি গেহু মচুনি অমদি মকোক্তা থৱানমিচাক মওং অহুম লৈবা উই।

খাবৌদা নত্তনা শা কযাগী মান্নবা মওং মতৌশিং ঐখোয় মীওইবদসু লৈ। মখোয়বু খঙনবা হোৎনবা হায়বসি মথৌ তাই। ঐখোয়গী খারৌসি নুমিৎ ১০/১২ ফাওবদি মপাঙ্গল শোন্থদে। কনাগুম্বনা মনাক্তা চংলুবদা মসিনা মকোক ফন্দোরকখি। নুমিৎ ১২ গী মতুংদা মসিনা তুকথরম্মী। ঐখোয়না মসি মচীঞ্জাক চাদদুনা শোম্থবনি লৌখি। মরম অসিনা ঐখোয়না মাগী মচীঞ্জাক থিবা হৌখি। অকোযবদা ঊচি কযা লৈজরবসু অদুক্কী মতিক শিংবনা ফাবা ঙমদে। মমৈথংদা ঐখোয়না কন্না হোৎনরবা মতুংদা অপীকপা অমখক ফায় অমদি মদু লিন মকোন্দা থাজীনখি। মথংগী অযুক্তা য়েংবা মতমদা ঊচি অদুসু অদুম লৈবা উখি। নুমিৎ নিনি হুম্নিগী মতুংদা য়েংবদসু

মখোয় অনি অদুক্কী মতিক চান্নদা লৈমিন্নবা উই। মসিদগীদি ঐখোয়না মখোয় অনিমক্কী মাবা হৌগনি। মরিনি শুবা নুমিৎকী অয়ুক্তা ঐখোয়না মকমদুদা অঙকপা অমা থেংনখি। মীওই খুদিংমক শাবং মনাক্তা লাক্লখি। লিন অদু শিরম্মী অমদি উগা অদুনা মাগী মকোক মথাদা তোংলগা মাগী শাদোং চাদুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মসিনা মীপুম খুদিংমক তুমিন-তুমিন লৈহনবা অমা ওইহনখি। ঐগী মীংনা তৌবিবদো কাল্লনো থাজবা লৈমাখনে। মদি ঐখোয়গী অশোয়বনি, লিন অদুগী মকু হুগদবা মতাংদা। মকু লৌবা মতমদা লিন্না কাউমত্তা চাদে অমাম ডবা ঙমদে। উচি অদু নুমিৎ ৪ নি ঐখোয়না কাউমত্তা পীদনা চাদনা লেবা তাখি। উচেক মখল শুনা চাবা ওইবনা হিংনবা কাইগুম্বা পল হেক্তা চাগে। মাসিগী মতুংদগীদি অশোয়বাস ঐখোয়না অমুক হন্না থেক্তনবা হেংহনৈ। ঐখোয়না থাজো, তাংলে অমাদ লিন্দু কম্না থোকই। মখোয়না উগা পীরে, অদুম ওইনমক উচিদনা কল পীজে।

মার্চ ১৪, ইং ১৯৫৬ তা তারগাওয়গী শাওম মচা অনি পোক্লবা পাউ তাকই। লাইরেংনা ঐখোয়গী ঙাওবদা মদু লৌনা চৎখি। শাওম মচা অনিদু মাগী পোলাংদা থম্লম্বা থেংনৈ। মখোয় হৌখিবা নুমিৎতা খুলগী মীয়াম্না শা ঙনবা চৎপদা কংখ্রনি। নুমিদাংবেমদা শাওম অনি অদু পুদুনা হল্লকই। মখোয় থেংনবা মী য়াম্না তৌনাখি। মীওই খুদিংমক্না মাস তৌগনু, মদু তৌগনু, শাওম্না মায়কৈ চুম্না উবা ঙমদে, মখোয়না মীবু তোক হোত্তনা হাংখিলে, মকোক্তা মথা ওল্লগা উ কায় অসিনা তিংবা কয়া লেপ্পা নৌতনা ঐখোয়দা হায়। য়াদ্রে খুদিংমক অসি মীখইশিং অদুনা শাফগদবা মফমদা লৈরগা হায়রকপা ডাক্তনি। খ্বাইদগী মকওইনা তৌগদবা থবক্তি শাওম মচা অনিদু পোলাংদগী লৌথোক্লগা শঙ্গোম পীথকপানি। মখোয় নুমিৎ নিনিদগী মবুক লাপ্লকপনা মখোঙ খোঙশা ফাওবা চুপ্পা হোরে। পোলাংদু খজিক্তং লেঙলুবদা মখোয়না অশাউবা উংলকখি। মমেদা পোলাং মখুম লৌথোক্লুনা খর চেপথবা মতমদা অমুবা কাঙক্রুগুম্না মখোয় অনি মায়কৈ খঙদনা চেঙ্খোরকখি। কুম্মৈ য়েংলম্বা মযামদু কাযদুনা চেন্নে। মখোয়গী মরক্তগী খরনা মনাক্তা

লৈবা উদা কাথৎলি অমদি মখোয়বু করম্না পোলাংদা হাপচিনগদগে হায়বকখি। শওম মচা অনিদু য়াম্না নুংঙাইতনা কিনা থোংই। মতুংদা ঐখোয়না মখোযসি মমা কায়নহনবা মরম্না নুংঙাইনা থম্বিবা তঙাইফদে খল্লম্মী। অকিবা থাদোক্কুনা প্রকাশনা অমা মঙক্কা পায় অদুগা ঐনা অমা অঙাং পঞ্চগুম্না পমখি। ঐনা খুৎনা মমীত্তু খুমজিনখি। লেমায়দা খোঙ কারন চন্দুনা ফমখে। মাসিনা খোঙদা য়াম্না থুনা হীপখে ঐনা মঙক খাঙ্কৎলগা ঐগী খুৎ শত্তোকখি। অসুম তৌবদা মঙাল উবদগী হৈনদদুনা মানা ঐগী ফৈগন্দা চিংকখি। ঐগী কোক্তা খাঙডমদনা নাবা ফাওখি। ঐনা মমীৎ অমুক খুমজিন্দুনা মঙক্কা নাল্লম্মী অমদি অতোপ্পা খুৎনা মবুক্কা নানখি। তপ্না তপ্না শওন মচা অসি তুমিন লৈখি। মাগী খুমাঙ মচীন্দা খমদুনা তপ্না বুক্তে। হৌজিক ঐ খব নুংঙাইরে ঐনা লাইবক্তা কাবনা হুমাং নৈখোয়বা ঐগী খুৎ শংদে। নংদ্রানা খুৎ থাদোকপগী থৌনাসু লৈরমদে। প্রকাশতা লৈবা শওন মচাদু কমদৌনা য়েংনবা ঐনা নাকন্দা লৈখোকখি। মাগীদি য়াম্না শাফরে, মানা মদু মমীৎ খুমজীল্লগা মখুৎ চুপহল্লম্মা। এখোয় অমনা অমদা যানে হন্নেনা ঙক নোম্নে। য়েংলম্বা ময়ামদু কারিসু তৌদ্রে খঙবদগী হন্নখে। মখোয়না ভক্তিবাস শওমদা নত্তে, ঐখোয়দান। ঐগী ফৈগন্দা শোকপদু য়াম্না থীনা নাবা ফাওরম্মী। ঐহাক খাগৎপগা মনা হান্নবা ফংখ্রে। খাগৎপনা মীওইবগী থম্মোয়দা অনম্বা কোকহনবা ঙম্বা মখে নুংঙাইহল্লি। খাগৎলিবা মীদুদনি করিমত্তা মাঙবা লৈতে। কল্লকপনা শাউজবা মীওইশিংদা মসুম্না তৌনবা হোৎননাদবান। খাগৎপিনবা মীগী মশিং য়ামদ্রবসু ঙাংগনি হায়বদি লোয়না খঙই।

হৌজিক্তি মীওই পুম্নমক্না মতেঙ পাংবা হৌরে। কনানা শঙ্গেম অমদি চাক পুখম পুরকই। শওম মচাসি ঐখোয়না চেকশীন্না পুখম অমগী মমাঙদা থম্মী। লাপ্লদুনা মখোয়না চাক্কু মখোয়রোমদা মচীনা চিংশীনবা হৌই। শওমসি চবদা খ্বাইদগী করাম্মী অমদি মোৎলি, চাক অয়াম্বা তাদুনা মাঙই। মখোয় হৌজিক্তি য়াম্না তেরে। ঐনা চংশীনবা মতমদা খোঙ অনিগী কারক্তা লেপ্লরে। মখোয়গী খুমাঙনা

ঐগী খোঙ ফায়। মখোয়গী খুজিল য়াম্না থৌই। ঐনা মঙক পায়গে হায়না কুন্থবদা অমনা ঐগী খুকউদা চীকই। ফমথদুনা ঐনা মাবু খুকউদা থম্লম্মী অমদি খুৎশা চুপহনখি। ঙাইহাক্কী মতুংদা তুমথখি, মতম অসিদদি মীওই পুম্নমক মখোযগী মশা শোক্লবা থোরক্লে। ঙাইহাক্কী তুংদা মমীৎ পাংলদুনা ঐঙোন্দা নুংশিনা য়েংলকখি। ঐনা মনঙ্গন্দা নুংঙাইনা পোপ পোপ য়ৈ, খুৎনা মমৈদা নানবদা মসিনা নুংঙাইবগী মওং উৎলি। মাগী খোংবদুনা করি হায়রিবা হায়বদু মমৈথংদা খঙবা ঙম্মী। মসিনা ঐগী তম্পাক্তা মথী ফায়জীল্লি। অসুম্না তৌজরবসু ঐনা মদু অৱাবনি করিমত্তা খন্দে। মমশীল্লকপদা ঐনা লুম্লনবা মোজা খর হাপ্লগা মখোযবু পোলাংদা হাপ্তুনা ইরুজফম কা অমদা থমখি অমদি নুমিদাংগী পূং ১১ তাবদা অমুক হন্না চাক পীজৈ অমদি শঙ্গোম ইনখি। অনিশুবা নুমিৎসু মান্ননা ফৈ। শওম মচাশিং অসি ফংবগী নুংঙাইবনা প্রকাশকী পাম্বোম মথক অমদি খুবীদা অদুগা ঐগী ফৈগন অমদি খুবাক্তা শোকপদু করিসু লৈতনা লৌরম্মী। মমাঙগী নুমিত্তা ঐখোয়না পীজবা মচীঞ্জাক্তু মখোয়গা চান্নদ্রে হায়বদু খঙখি। ঐখোয়না মখোয়বু অহুম্লক ইরুজবিখি। নুমিৎযুংবা মতুংদা ঐখোয়না মখোযবু থাদোক্তুনা মনাক্তা ফনা কুইনা ফম্লম্মী। হুম্নি শুবা নুমিত্তসু কবিসু তৌদ্রে। মতমসিদা মখোয়না ঐখোযবু মনম অমদি খোঞ্জেলনা খঙবা হৌবদা নুংঙাইখি। মরিনি চনবা নুমিত্তি কোক মৈ খঙদবা নুমিৎনি। অযুক্তা ঙন্না ঐখোযনা হৌগৎপদা মখোল অমত্তা তাদে। ইরুজফম কাগী খোঙদু হাংলম্বা থেংনখি। শওম মচাসু লৈরমদে। নুমিত্তুমা ঐখোয চাগনি থক্কনি হাযবা খঙদনা মোংশোং অমদি মখুল অহোবদা মখোয় লোৎপ্রা হাযনা কোযথি থিরম্মী। ঐখোযনা মায় পাক্তনা অমদি চোকথনা নুমিদাংৱাইরমদা হল্লকখি। নুমিৎ হুম্নিসিগী মনুংদা মখোযনা ঐখোয়বু চীকপগী মহুত্তা নুংশিবনা হেল্লে ঐখোয় খঙজখিবনি। মখোয় ফংদবগী অৱাবনা ঐখোয়দা মখোয়না শোকহনবদগী হেনখি।

মীওই খরনা শওম মমাগী খোঙ্গুল থেংনৈ অমদি মমা লাক্তুনা মচাশিং অসিবু ঐখোয শোকহন্দনা পুথ্রবদি ফগনি হাযরম্মী। ঐখোয়গী

লৈমিন্নবশিংনসু শজি, খৈরোই অমদি য়োং থম্বদি করিসু কাযদে অদুবু শওম অমদি কৈনচিংবা থম্বদি খুদোংথিনিংঙাই ওই হাযরম্মী। মখোযগী মমা হিংবা তারম্লবদি শাশিং অসি ঐখোয়দসু লাক্লম্লোই। মখোয়না হায়বগুম্না মমানা নুমিদাংদা লাক্লগা ইরুজফমগী থোঙ হাংদোকখ্রবজাৎলা? কনাগুম্বনা ইরুজফমগী থোঙদু অহিংদা হাংদোক্লগা শওম মচাশিং থাদোকখিবা ওইরম্বা তাই নৎত্রবদি অসুক পীকপা মখোয়না তেনখ্রবা মতম অসিগী মনুংদা করম্না অসুক য়াম্না থাপ্না চৎপা ঙমফম থোকপগে? ঐখোয়না থংনবা খুলশিংদা মাইল মরিমুক থিবা চৎখি। মমৈদা ইং ১৯৮১ দা মাড়ীয়া অনি খৎনরকপা মতমদা মখোযগী মনুংদা অমনা লৌবুক্তগী শওমশিংদু ফারগা চাথোকখ্রে হায়বা খঙখি। মখোযনা মতমদুদা শওমদু ঐখোযগীনি হায়বা খঙলমদে। ঙসিদি করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না য়োকপা শাশিং নাম্বোকখিবদা চীংমীশিংনা হাৎলরোই অমদি চাররোই। থা অদুমা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখিদে। বিশ্টু হাযনা খঙনবা বার্কিং দিয়ারগী শারংগী থোঙদু য়াম্না পীকই। নোংমা রেনুকানা মনুংদা চংদুনা অরেম্বা মনা-মশিং খর থম্লুবদা বিশ্টু থোরকখি। ইঙক ঙক্লদুনা বিশ্টুনা শারংগী মপান্দা লেপখি। মহাক্লা ঐখোযগা থা ৮ লৈমিন্নরক্লে অমদি ঐখোয় মরিবু ফজনা মশক খঙলে। প্রকাশ, মন্দাভাহিনি অমদি ঐ, ঐখোয়গী থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐখোয মযাম্না বিশ্টুবু ফজনা কোযশীনখি অদুবু লাঙলোইদবনি হাযবদুদি খঙলমদে। ষন হোইবদৌনা ময়াম্না মাবু মকোন্দা হোইজিন্নবা হোৎনৈ। বিশ্টুনা মখোয় মযামদুগী মরক্তগী রেনুকাদমক মশক খঙই। অতোপ্পা মীওইশিং অদুনা তুমিন্না লৈরম্লবদি রেনুকানা মমিং কৌদুনা মাবু শারং মনুংদা চংহল্লম্বা যাবনি। হৌরকপদগী বিশ্টু য়াম্না কিগনবা অমদি পাঙদবা ওই। অসুক যাম্বা মীওইগী অযাকপা খোঞ্জেল তাবদা অমদি মযামদু উবদা মহাকপু কোযশীল্লিবা অদু নমখাযদুনা লাপ্না চেম্থোকখি। মীযাম্না মতুংদা তান্নবা মরম্না মহাক মখোযগী মমাঙদগী মাঙখি। ঐখোযনা মফমদু যৌবা মতমদদি যাম্নমক লাপথোকখ্রে। মতুংদা অতোপ্পা থৌদোক কযাদসু শজি অমদি অতৈ

শাশিংনা মকোন্দগী থোরকখি। অসিগুম্বা মতাঙদা মীওই পুম্নমক্না শা অদু কোযশীন্দুনা থম্লগা তুম্মিন্না লেপ্পুনা লৈগদবনি হায়না তাকই। মসিগী মতুংদা শাদুনা খঙবা মীওই. খুদম ওইনা প্রকাশ, ঐ ইশামক নংত্রগা অতোপ্পনা মনাক্তা মানা খ্বাইদগী পামজবা মচিঞ্জাক হায়বদি অৱাখবী মনা পাযদুনা চংশীনগদবনি অমদি মহাক্না মদু চাবিঙৈদা মকোন্দা পুশিনগনি। শজিনা শারং মনুংদা খুদোংথিবা লৈতনা চংখিগনি। শা খবদদি অসুম্না তৌবদা খুদোংথিবা থেংনৈ। শওম নংত্রগা কবোকৈনা মপান্দা থোরক্লবা কন্নামত্তনা মখোযবু কোযশীন্দুনা চখোকহন্দবগী থৌনা লৈতে। হায়রিবা শাশিং মসিদি অদুম ওইনমক মশানা যাজনা প্রকাশকী যুমদা চংলক্কনি, মসিগী মতুংদাদি মখোযবু ঐখোয়না ইবায-লাযনা মখোযগী মকোন্দা চংহনগনি। ঐখোয়দগী মনাক নকপা জঙ্গলদা নাপ্পোক্নুনা চেপ্পোকখ্রবা নিংটগী মঙক্তা ফি মচেৎ অমা পুনখি। ঐখোয়গী অকোযবদা অশকপা জঙ্গল লৈবনা মহাক্না মচীঞ্জাক থিবদা কবিসু ৱাবপ্লেই। মহাক চট্টী অমখোম ফাববা মনয়া মতোমন্তা হিংজবা ঙম্লগনি। মানা থেংনগাদবা খুদোংথিবা হাযববু শান্দানবা থক্কনি। অনিশুবদা চাউরবাক্তা চট্টী মনুংদা হাযবিবা ফি মচেৎনা মঙক লাকশীনগনি মসিনা ঐখোয়গী লৈমিন্নরম্বা তাববদি ঐখোযনা ফি মচেৎ কোমথোকহন্নাম্বা নংতেনা লংশোকখিবা যাবনি। চাউরাক্লা খা মাখোংদা মরুপ্পা জঙ্গলদা ফি মচেৎনা মনম ওইদুনা বিনুংদু ঐখোযনা থেংনবা মশর লাকশীনবা ঙমখি।

খা ১৯৭৬ কী মার্চ থাদা কোসফুন্দি খুলগী মীওইশিংনা কৈশাল মচা অমা পুরকখি। মাগী মমে মতোন্দা মতু চবুল হৌই অমাদি অপীকপা মটীন পাল্লি। যেংবদা যাম্না নুংশি। অহানবা নুমিত্তগী মসিনা চাক চায ১দি শঙ্গোম থকই। যাম্না কনবা কুইনা চৎকদবা শওমগী মকোন অমা হান্ননা ঐখোযনা শাখে অমাদি মসিদা কৈশাল মচা অদু হৌজিক থমজিল্লে। থা অমগী মনুংদা মাগী অকম্বা হেঙ্গৎখি। মীযাম্না কৈশালদি যাম্না হৈ-শিংবা অমদি মবৌ লৈবা শানি হাযনবসি যেৎননিংঙাই ওই। তশেংনা মসিদি যাম্না পাঙজদবনি হাযবসিদি শোযদ্রে। মহাক্না নুমিৎচুপ্পা

অমা মকোন মনুংদা চৎলি অমদি অপীকপা খোঞ্জেল অমা তাবদা কিজবা উৎলি। নুমিদাংৱাই অমদি অহিংদা কৈশালনা য়াক্লা খোংই। কৈশালনা খোংবা তাবসি ফত্তবা খুদম্নি হায়না লৌনৈ। ঐখোয়দি মসি চহী ১০ রোম তাদুনা লাক্লে, অদুনদি কৈশালনা ঐখোয় অমদি ঐখোয়গী থবকপু মীয়াম্না ঙাংনবদা চেকশীন্নবা হায়রিবজাৎলা? খৈরোই উবা হায়বসি অফবগী খুদম্নি লৌনৈ। ঐনা নুমিৎ খুদিংগী খৈরোই অমা উই। অফবা অমদি ফত্তবা খুদম্না অমগা অমগা যেৎশীন্নবা ওইরম্বসু যাই।

জঙ্গলদা কৈশালগী খোঙবু অমা লৈবা মতমদা মখোয় মশেল অমগা অমগা কৌনৈ। মসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী কৈশাল অসি শাউরম্মী অমদি য়াম্না হৌনা খোংলম্মী। অসুম্না নুমিৎ ৪ নি হৌখি। অসুম তৌদুনা মমৈদদি ঐখোয়দা কান্নবা ওই। কৈশালনা হামেংশিংবু য়াম্না ওৎপি। হামেং শঙ্গু অমা জঙ্গলদা শজিক চাবদা নাইতোম তাবা নৎত্রগা অপীকপদি কৈশালনা চাখোকই। কৈশাল শঙ্গু অমা লৈবদা মখোয় মশেল য়াম্না হৌনা ৱারী শানৈ। মসিনা অহিংদুমা মখোয় কদায়দা লৈবগে অমদি কদোমদা চৎকদবনো হায়বা তাকই। মসিগী মতুংইন্না ঐখোয়গী হামেং অতোপ্পা মায়কৈদা থাদোকই। অসুম্না কৈশালনা ঐখোয়গী হামেং চাবা ঙমদে।

কালেম্বা অসিমক্তদা হেমলকসা অমদি বোটনফুন্দিগী মীওইশিংনা ববলীগী মখল মান্নবা যোং মচা অনি পুরকখি। মখোয় অনিমক লাবা ঙাক্তনি। ঐখোযনা অমনা 'রাজু' অমনা 'নাগু' হায়না মিং থোনখি। য়োংনা মমিং য়াম্না থুনা খঙবা ঙমই। মখোয়না অকক্লবা মীশক অমনা কৌবা নৎত্রগদি শাউদুনা ফেৎ-ফেৎ লৈথোকই নৎত্রগনা মখোয়না খোংবদু পুক্লিং চিংশীন্নবা হোৎনৈ। মখোযনা মনাক্তা মচীঞ্জাক পীজগনবা মী লৈ হাযবা খঙবা ঙমই অমদি মনাক্তা নকশীল্লি। করিগুম্বদা মীওই অসিনা শাউরবদি মাবু পেন্নবা অমদি মাগী মতেঙ ফংনবা মাগা যানদবা মীদা খৎনবা হৌই। মী নৎত্রগা শা অদুনা ফনা চাউদুনসু যোংনা মপু নিংবসি ফীভমগী মতুংইন্না হোংই। ঐখোয়না মখল অসিগী বোনিট য়োং কয়ামরুম ফংখি। মখোযনা চাউরবা মতুংদা ঐখোয়না জঙ্গলদা

থাদোকই নৎত্রগনা অতোপ্পা মফমদা পুহনখি। ঐনা তেববা য়োং খর চাউরবা মতুংদা সোমনাথ নাগেপল্লীদা লৈবা ঐখোয়গী প্রোজেক্টতা পীখোকখি। মফমদুদা হেক চৎপা মতমদা ঐ লাকই খঙলবদি মখোয়না ইনাক্তা লাক্লগা শান্নরৈ। যোংদা নত্তনা শজি, শওম অমদি কবোকৈ ফাওবা মখোয়গা পীক্লিখৈঙেদা লোয়নরকপশিং মতুংদা খক কাউদে।

ঐখোয়না শুমাঙদা উখোঙ ৩ য়ুংলগা মদুদা উপাক য়েশীল্লম্মী। উখোঙ অমগা অমগগী মরক্তা ফনা ফজনা থাপ্লহন্দুনা য়োংগী য়োৎলি য়েৎশীন্নহন্দে। অদুম ওইনমক উখোঙ ৩ দু অমগা অমগা শম্লহল্লি। মখোযবু ঐখোয়না নুমিৎ চুপ্পা শান্নমিন্নবা ঙমদবা মরম্না মসি তঙাইফদে। মখোয অমনা অমগী মতু শেংদুনা অমদি খৎনদুনা নুমিৎচুপ্পা মতম লেল্লি। পিল্লু (য়োং) মখৌরি লাকহৎপদগী নৎত্রগা মতোমতা শিখিবরা? মরম অসিনা য়োৎলিগী মতাঙদা ঐখোয়না য়াম্না চেকশীনখি। নুমিৎচুপ্পা য়োংনা উখোঙদা কাখৎ-কুমথ তৌদুনা লৈ। কনাগুম্বনা য়োৎলিনা ফংবা মফমদা চংলুবদা মখোয়না খোৎলকই অমদি চীল্লকই। মখোয়গী শান্নবা য়েংদুনা ঐখোয়না পূং কয়া লেল্লি। যোং লাবা রাজুনা ইকুই-কুইদনা খ্বাইদগী হেন্না তৌবা ঙম্বা উৎলকখি। মহাক য়াম্না শিংই অমদি য়াম্না থুনা মাগী যোৎলি করম্না লৌথোক্কনি হায়বা খঙবা ঙম্মী। মশা মতোমতা নাম্বোক্লগা মানা ইমুংদা চংদুনা পোৎ-চৈ কয়া মাঙহল্লি। অকোনবদা মানা অতোপ্পা য়োংশিংবুসু নাম্বোকহনখি। মতম অসিদা ঐখোয়গী হূই 'নেল্লী' পুনেদগী লাক্লে। রাজুনা মাবুদি কি। রাজুবু ফাবদা মহাক্না অয়াম্বা মতমদা মতেঙ পাঙলম্মী।

ইং ১৯৭৬ কী এপ্রিলদা ঐ পুনেদা লৈখি অমদি মেদা হল্লকখি। থা অমগী মতুংদা শারং মনুংদা চংবদা শাশিংনা ঐঙোন্দা করি তৌরকপগে হায়বদু য়াম্না খঙনিংখি। পেন্টী চেনশীল্লকই অমদি ইনাক্তা কুল্লে। কৈশাল, খৈরোই অমদি কবোকৈনা হরাওবা ফোংদোকই। অদুবু ঐনা য়াম্না হরাওজবদি খারৌনা ঐ খঙবদুনি। ববলী, রাজু অমদি নাগুসু ফনা কুইনা লোয়নৈ। ঐহাক নুমিৎ কয়ানি চথোকলুবদা অতোপ্পা মীওইগুম তৌখ্রবরা হায়না মখোয়না খঙনবা হোৎনবা ওইবসু

যাই। বন্নলীনা ঐগী লেংজুমদা ফমদুনা হীক কাযনবা হোৎনৈ। (ঐগী কোক্তুদি হীক লৈতে)। মানা অদুক্কী মতিক খম্বন্দুনা অতৈদা মযা খিগত্তনা থোৎনবা হোৎনৈ। ঐনা মফমসিদা লাকপা মতমদা মাউস দিযাবগী মবমদা কযা অমা তাখ্রবসু অমত্তদি উদ্রি। চীংমীশিংনা মখোযবু 'টুর্বৈ' হাযনা খঙনৈ। মপুং মবৈ ফজনা ফাৎবা মাউস দিযাব অমনা হৌদোংদগীদি খব পীকই। মাগী অশাংবা মতুদা অঙৌবনা শাংনা অমদি পাক্লা লাংই। মসি যাম্না ইকায থীগল্লি অমদি খুৎনা শঙ্গোম পীথল্লবা ফাওবদা লাযনা তেহনবা ঙমদে। কবিগুম্বা শঙ্গোম পীথকপা লেপ্লবদি থা অমমুক্তি পাযকবা যাদে। হৌজিক ফাওবদা ঐখোযগীসিদা মাউস দিযাব মশিং ৪ শুগ্রে অদুবু ২ দি লৈবি। লাইবক্তা তম্বগুম্না ঐখোযনা মাউস দিযাব অনি অনি থেংনবদা লাবা ঙাক্তা নৎত্রগা অমোম ঙাক্তা হেক্তা ওই। মবম অসিনা ঐখোযনা ফাজীল্লগা থম্বদা মচা পোকপবা নৎত্রগা পোক্তববা হাযবা খঙদোকপা ঙমদে। ঙসিসু শা-তানবা লেপ্তবনা মখোয মাঙখিবা যাবগী অকিবা লৈ।

ইং ১৯৭৬ কী মে থাদা গোপনাব খুলদা মাউস দিযাব মচা অমা লৈবে হাযবা পাউ ফংখি। মোহন্না ট্রেক্তবদা চত্তনা মসি পুবকখি। মসি ঊচি মপীমুক চাউবে। ঐখোযনা শঙ্গোম বোটল শেল্লগা প্রকাশনা পীথকপা হৌই। অদুবু মসিনা মচীঞ্জাক চাবা পামদে। প্রকাশনা ঐঙোন্দা বোটলদু পীবকই অদুবু কবিমত্তা কান্নবা লৈতে। মতুংদা মানা থোমচুপ মচীন্দু পাযদুনা মাউস দিযাবগী মযাদা থল্লগা ঐঙোন্দা মমৈদা তপ্না নান্নবা হায। অসুম্না তৌবদা ম'গী মতুসি যাম্না মোল্লি হাযবদু খঙই। মীকুপ খবগী মনুংদা মযুং হাল্লকই, ইবোযননা থোমচুপ চুপ্লগী মখোল তায। মিনিট খবগী মনুংদা শঙ্গোম আউন্স অমবোম থকই অমদি থোমচুপ মচীন থাদোক্তে। মতমসিদা মযুং অমুকসু হাল্লি অমদি ঐগী খুবাক্তা মথীসু ফাযজীল্লি। অসুম্না নৌনা পুবকপা শা মচাশিংদা কবম্না মচীঞ্জাক পীথক্কদগে হাযবা খঙই। মহৌশানা কৈ অমদি শওম য়াউনা শা অমোম খুদিংমক্লা মচাগী মথী-মযুং থোম থাযদ্রিবা ফাওবা লেকথোকই। হাযবিবা অসিনা শা মচাদা মমা মনাক্তা লৈ হাযবগী

শাফবা ফাওহল্লি অমদি শঙ্গোম থকপদা অকায়বা পীদে। অতোপ্পা মরম অমসু লৈরি। শা খুদিংমক পোকপা মতুং নুমিৎ ১০ নিমুক মমীৎ পাঙথোক্তে অমদি জঙ্গল মনুংদা মমানা মচাশিংবু লোৎলি। মখোয়গী মচাশিংদু নুমিৎ খবদি কদায়দা লৈ হাযবা অতোপ্পদা খঙহনবা পামদে। থব্বায় পানবা খুদিংমক্কী যেক্লবা লৈ, মমানা মথী অমদি ময়ুং লেকথোকপিবা মরম্না যেক্লবনা মনম থিরগা মখোয় ফংবা ঙমদে। ঐখোযগী শাশিংসু মচা যোকপদা অসুম্না তৌই। মরম অসিনা নৌনা পুরকপা শা মচাশিং যোকপদা ঐখোয়গী খুৎ মোৎলি। চাউরাক্লা নুমিৎ ৪ নিগী মনুংদা শা মচানা মনম খঙবা অমদি খুৎনা শোকপদা খঙবা ঙমগনি অমদি মখোযনা পামজবা চাংদা শঙ্গোম থক্কনি। মাউস দিযার অদু চাং অমদা চাউখৎলকই। মসি য়াম্না পীকপা মরম্না ঐখোয়না য়ুম মনুংদা থমখি। চয়োল ২ গী মতুংদা মসিনা অথোৎপা নাপী শায়বা হৌরকই। মাবু ঐখোযনা 'মেন্টী' কৌরম্মী। হায়রিবশিং অসি চীংমীশিংগী মীঙ্গৌনি। শা পুরকপা মীওই অদু নীংশিংনবা ঐখোযনা মাগী মিং নৎত্রগা অমোমদনা মাগী নুপীগী মমিং থোল্লি।

ইং ১৯৭৬ কী জুলাইদা ঐখোয় জঙ্গলদা শিরমদৌরে। জুলাই ৪দা বেজবুর খুলগী মনাক্তা লৈবা জঙ্গলদা প্রকাশ, মন্দাভাহিনি, রেনুকা, ঐ অমদি অতোপ্পা খর কোয়বা চৎলম্মী। লৈচিন থাংলবা নুমিত্তুগী নুমিৎযুংবা অদুব্রাইদা য়াম্না নুংঙাইনা ব্বারী শানা শানা অঙম্বা অমা কাখৎলম্মী। মাঙদা কনাগুম্বা অমনা 'শজি' 'শজি' হায়না লাউরক্খি। ঐখোয় মাঙদা চেনখৎলি। বার্কিং দিয়ার অমা ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্তুনা লৈ। ঐনা খুদক্তা মসি থা মঙাগী মমাঙদা মাঙখিবা ঐখোয়গী বিন্টুনি হায়বদু খঙবা ঙমখি। প্রকাশ, মন্দাভাহিনি অমদি রেনুকানসু খঙখি। য়াম্না ময়েক শেংহনবা পোৎ অমনা মাগী মঙক্তা কীখিবা ফিজেৎ অদুম য়াউরি। মহাক মশা ফনা অমদি ফজনা চারবগুম্না উরে। করি তৌগদবনো খঙদদুনা ঐখোযনা মমিং কৌরম্মী, মানা ঐখোয়গী খোঞ্জেল তাবদা চংশীল্লকখি অমদি নাকন অমদা লেপ্লে। মানা খঙদবা মীওই কয়াসু য়াউরি। মীওই পুম্নমক্লা মহাক্কী মীৎয়েং খঙনবা হোৎনৈ। তুংদা

লাকহৌবশিংনা চেল্লক্লম্মী। ঐখোযনা মাবু কযাবক হন্না কৌবদা ঐখোযবু লাহোক্কুনা নাকল অমদা লেপ্লম্মী। মানা ঐখোযবু খঙবগী মওং উৎলি।মীয়াম থোমজীল্লকপদা মহাক তুং হন্না যেংলম্লগা মীৎযেংদগী মাঙখি। মহাক হিংলি অমদি ঐখোযবু নীংশিংবা ঙস্লি খঙবদা ঐখোয যাম্না নুংঙাইখি। লেপ্তুনা চংশীনবদা ঐখোযনা ঙম্লপ তৌবা চীংমাযগী মতোন যৌবা ঙমখি। কবি থোক্লিবনো খঙদ্রিঙৈগী মমাঙদা ঐখোযনা যাম্না থুনা হন্দোকখি। চীংমাযগী মখাদা চীক্কনবা খোইগী মপৈ অমা পাইবকখি। তুবও - শোকপও, লম্বী-মাঙবও, ঐখোযনা নুমিদাংদা যুম যৌবকখি। মী অমদি ব্রানবু ব্রান্থখি। মাবু ষন গাডীদা পুবকখি। মীওই খুদিংদা খোই চাম্মগী মথক্তা চীক্লম্মী। থা ১০ মুক্তা ঙাযবিবা প্রকাশকী মচানুপাসু খোই ৫০ মুক্লা চীকখি, লাইবক ফবদগী মহাক হিংহৌবনি। থৌদোক অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয থা অমা থবক চীনখি। ফরবা মতুংদা ঐঙোন্দা ব্রাখল অমা লাকখি। বিস্টু মাঙদা লাক্লম্লগা করিগী অতোপ্পা মাযকৈদা চৎখ্রিবনো? মানা খুদোংথিবা মাঙদা লাক্কদৌবে তাকপা ঙম্বজাৎলা? ঐখোযগী মবক্তা প্রকাশ অমদি ঐখোয অনিদং ওইবম্লবদি ঐখোযনা শজিগী মতুংদা তান্নরম্বা যাবনি। কবিগুম্বদা হৌদোংনা লম্লানখ্রবদি নঙগী থবক ওইররোই থাজনৈ। শজিনা লম্লানখ্রবদি মাঙদা খুদোংথিবা লৈরে ঐখোযনা খনগদবা? গোল্লাগুড়া খুন্দগী অমুবা য়োং অমা খমথেংনা নোংজুথা ওইবা মতমদা ফংখি। মসি অপীশক্লি। ঐখোযগী মনাকসিদা অমুবা যোং মবাঙ কাযদে। ঐখোয়না তুরেল মপান্দা বোনিট য়োং শঙ্গু খর উরবসু যোংমুদি উদে। মখোযদি বোনিট যোংগুম্না তেদে। মখোযনা মহৌশানা মীঙোন্দা ফত্তবা তৌদে অমদি কনাবুসু থৌশাদে। ঐখোযনা যোংমুসিবু 'লিম্বু' কৌবম্মী। যোংমুনা অতৈ যোংগুম্না নঙোন্দা হবাওনা শান্নবা হোৎনগনি। মখোযনা যাম্না কা হেন্না চীকপা অমদি খোৎপা তৌদে। মসিদা নত্তনা মখোযগা কুইনা শান্নবগী মথৌ তাদে। মখোয মশা মতোমতা শান্নদুনা মতম লেল্লি। লিম্বু যাম্না থুনা চাউখৎলকখি। মহাক ঐখোযগা চহী ২ লৈমিন্নখি। প্রকাশ অমদি ঐনা মনাক্তা চঙলুবদা

মানা প্রকাশ কৌনবা খোংলম্মী। মানা শান্নবা পামজবদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাই। মানা কৈদৌঙৈদা কনামত্তদা খোৎপা নৎত্রগা চীকপা তৌদে। যাম্না থুনা মহাক অমদি মেন্টী মরুপ ওইখি। অকোনবগী অসিনা মচীঞ্জাক চারবা মতুংদা লিম্বুগা হেক হেক লোয়নৈ। লিম্বুনা ঐখোয়গী নাক্তা লৈরিবমখৈ মেন্টীগীদমক্তদি ব্রানিংঙাই ওইদে। মানা নঙ্গলনা হীপথগনি অমদি মেন্টীবু মখ্বাংদা কোনগনি। য়াম্না তোয়না মেন্টীনা লিম্বুগী হকচাং কয়াৎ কুহ্নবা মতমদা মচীন্না চুপ্নী। ঐখোয়না লিম্বুগী ময়ুং অমুক্তা উবা ঙমদে। মেন্টীনা মাগী কয়াৎ চুপ্পদা মসি থকই। অপীশক অমা ওইনা মানা খোম চিংবগী অপাম্বদু হৌজিক্তি তশেংনা উবা ঙমই। লিম্বুনা চাউখৎলকপা অমদি ঐখোযগীসিদা য়োং অমোম অমত্তা লৈতবনা মানা মেন্টীগী থৌওংদা নুংঙাইজে। মখোয়গী অপাম্বা মপুং ফানা পাঙথোকই। শজি অমদি অতৈ মনা-মশিং চাবা থব্রায়পানবশিংনা থুম চাবা তঙাইফদে। মদু মেন্টীনা লিম্বুগী ময়ুং থকপদগী মরাঙ কায়না ফংলম্বা য়াই। ঐখোযগী কেমেরা লৈতে, নৎলমদ্রদি থৌওং অসিনা মীপুম কযাদা কুম্মৈ ওইগদবনি। জঙ্গলদা মহৌশানা থুমহী যাউবা মফম মচেৎ মচেৎ লৈ। লম্লক্কী শাশিংনা মফমসিদা চৎলগা চংদবা য়াদবা থুমগী শরুক ফংনবা মচীন্না মদু লেকই। অসিগুম্বা মফমসি মশিং যামদে অমদি অমগা অমগা লাপ্পে। শাদানবনা অসিগুম্বা মফম অসি থেংনববদি মনাক্তা লোত্তুনা লৈরগা ইরায়-লাযনা শা ফাবা য়াবগী লাইবক ফৈ লৌনৈ। চীংমীশিংনসু য়াম্না হন্নবা থাক্তা লৌনম তৌই। মাড়ীযা চীংমীশিংনা খুল মনাক্তা লৈবা চংবা ঙম্নদবা মফম খন্দোকই। মসিগী তুংদা মতম খবদি মফম অসি নুপা, নুপী অমদি অঙাংগী মপান খোকফম ওইনৈ। কালেন্দা মফমদু য়াম্না থুনা কংই অমদি লৈমাযদু থুম ওল্লি। শজিনা মফম অদুদা থুম থিবা লাকপা হেক হৌরকপদা মাড়ীযাশিংনা মদুদা হূ চাইশীল্লি অমদি শোয়বা লৈতনা মখোয়না শা হাৎলি।

ভোপালগী লাইবক থীবা থৌদোক্কী মতুংদা হূ চেনবা পোত্থোক পুথোক্লনবা ব্রাখল লাকখি। সরকারনা করম্বা মতমদা ঊচি হীদাক্লা

ঊচিখক হাত্তে, লম্লক্কী শা কয়াবুসু শিহল্লি হাযবসি ৱাখল লৈরক্কনি খঙবা ঙমদে। ঐখোয়গী অকোয়বদা অমদি বষ্টর দিভিজনগী শরুক্তা চহী খুদিংগী কবোকৈ নৎত্রগা কৈগী মশিং মান্ননা ঊচি হীদাক্লা মরম ওইদুনা শি।

কৈ অমদি কবোকৈনা চীংমীশিংগী শা-ষন মরক মবক্তা হাৎলি। মসি শাশিংগী মরাল নত্তে। মীওইবনা মখোয়গী লম লৌশীন্নবা হোৎনৈ। করিগুম্বা মতমদা য়ুমদা য়োকপা চীংমীগী শা লম্লক্কী শানা হাৎলবদি ফোরেষ্ট লোযশঙনা মহুৎশীনবা মমল পী। শেনফমদু পীকই, ফংনবা হোৎনবসু লায়দে অমদি ফংনবগী থবক্তু অদুক্কী মতিক লুহনবনা কনাগুম্বা অমত্তনা ফংবগী খুদম উদে। ফোরেষ্ট লোযশঙগী ওফিসার নৎত্রগা থবক তৌবশিংনা লম্লক্কী শা উচেক্কী য়াইফনবা ৱাফমদা তশেংনা খোয়জংদে। মহুৎশীনবা মমল তানবগী মহুত্তা চীংমীশিংনা কৈনা হাৎখ্রবা শাগী অশিবা মশাদা ঊচি হীদাক খর চাইশীল্লি। থংনবা নুমিত্তা কৈ অমদি কবোকৈনা মফম অসিদা লাকই, অশিবা শাদু চায়, মতুংদা খজিক্তুং চখোক্লগা য়াম্লা ৱানা শি । লল্লোনবশিংনা কৈ মউন অমগীদমক পীয়ু হায়বা শেল পীনিংবগী অপাম্বা লৈ। শউন থাদোক-থাজিন তৌরগা মখোয়না অচৌবা শেনফম তাল্লি।

অহানবা চহী অনিদি ঐখোয়না জঙ্গলদা লেপ্তুনা চৎলি। অসুক্কী মতিক পাক - চাউনা জঙ্গলনা শন্দোক্লবসু চীংমীশিং অমদি মখোযগী মচা - মশুশিংনা খ্বাইদগী পীকপা উচেক ফাওবা হাৎলগা চাবা মবম্লা উচেক য়াম্লা লৈত্তে। চীংমী অহল নৎত্রগা অঙাং অমগী উচেক কাপ-নবা তেন থেত্তবা য়ুম লৈত্তে। নিংথমথাদা মফম অসিদা উচেক লাংমৈদোং উবা ফংই। মসিগী মচীনগী মথক্তা অতোঙবা মফম লৈ, অশাংবা মঙক পাল্লি, মচু অঙৌবগা অমুবগা লাংই অমদি উমাইবীমুক চাউই। মসিনা উ পাম্বী অমদগী উ পাম্বী অমদা যাক্লা খোংদুনা পাই। উচেক লাংমৈদোংনা মফম অসিদা মরুম কোকপা লাকই অমদি কালেম্বাদা হনখি। নভেম্বর, ইং ১৯৭৬ তা হেমলকসাদগী 'বন্দু' হাযবা নুপা অমনা নোংমৈনা পাল্লবা উচেক অমা পুবকখি। মসিগী মঙক

অমদি থবাক্তগী ঐখোয়না অপীকপা নোংমৈ মরু মঙা লৌখোকখি। ঐখোয়না চদুম অমা পীবদা মানা মচীন্না লৌরগা মথক্তা লংখংলি,ময়া কাদুনা যাই অমদি মদু ওক্তুনা য়োংশীল্লি। চয়োল অমরোমগী মনুংদা মানা ঐখোয়বু খঙবা ঙমই। মাগী ঙকশমদা নানবিবা য়াম্না পাম্মী। ঐনা মনাক্তা চংবা খুদিং ঐঙোন্দা নানবিয়ু হাযবগুম মঙক অমদি মচীন ইম্বোরকই। চয়োল অনিগী মতুংদা অশোকপদু নাই চাদুনা মহাক শিখি। ঐখোয়না মাগী চাকখাও লৌখোক্তুনা মনুংদা চরু হাল্লগা হীদাক চাইদুনা মাঙোন্দা য়াল্লগা থম্মী। উচেক লাংমৈদোং অসি মমিং লৈরবা বোম্বে নেচরেল হিষ্টরি সোসাইটিগী শক্তাক খুদম্নি। মখোয়গী বিল্ডিং অমদি লৈফম 'হোর্নবিল হাউস' হায়রগা খঙনৈ। মখোয়গী মেম্বর অনিখক মফম অসিদা জঙ্গলগী মরম থিজিনবা ওইনা লাকখি। ঐখোয়গী শাশিং অসি য়াম্না পাকশন্না খঙনরবা মরম্না মখোয় নোংমা নুংথিল অমদা লাকখি। মাঙোন্দা মবুক হাঞ্জিল্লগা থম্বা উচেক্তু উবদা মখোয়না করি উচেক্নো হংখি। মখোয় বি.এন. ঐইচ. এস. কী মীওই ওইরগা উচেক লাংমৈদোংগী মরমদা খঙদবদুদা ঐখোয় অঙকপা পোকখি। মখোয়না মপুন্সিদা উচেক লাংমৈদোং অমা ফাওবা উবা ফংদবগী নুংঙাইতবা অমদি ইকাইবা ফোংদোকখি। মখোয়না উচেক অসি মফম অসিদা শুক্লৈ লৈতে, মসিদি আন্দমান অমদি নিকোবর ইথত্তদা ফংই অমদি মসি ঐখোয়না কদায়দগী ফংবনো হংলম্মী।

দিসেম্বর, ইং ১৯৭৬ তা ঐনা ইহান হানবা ওইনা অরাংবা তাংলৈ অমা উই। মসি খ্বাইদগী মহূ কনবা লিন্নি। মকোক্তা মায়কৈ অহুমদা চাউরাক্লা ইঞ্চি অমমুক পাক-চাউনা অমুবগা অঙৌবগা লাংবা ময়ি লৈ অমদি য়েংবদা ফজে। তাংলৈনা খারৌগী হূদগী শরুক ১৬ কনবা মরম্না মাবু অশিবগী পাখোল্লোইনি লৌনৈ। ঐখোযগী প্রোজেক্টতা অচম্বা তাংলৈ মখল ফংই। মসিদি খারৌগী হূগী শরুক ৬ লোম কল্লি। লিনশিং অমদি খারৌশিং অসি ঐখোয়গী শুমাঙ, ইরুজফম অমদি অমাংশঙদা হেক-হেক থেংনৈ। হৌজিক ফাওবদি মরম লৈতনা

লিন্না মী চীক্তবা মবম্না ঐখোযগী প্রোজেক্টতা মহূ পানবা লিন অমত্তনা চীকপগী ৱাফম লৈখিদ্রি। খাবৌনা যেক্লবা থিদুনা লৈ হাযবসি যাম্নমক লান্না থাজবনি। ঐখোযগী প্রোজেক্টকী মফমসিদা চহী ১০সিদা যামদ্রবদা লিন ৫০০ মুক্তি ফাবম্বা যাই। ঐখোযনা হূ চেনবা লিনবু শাবংদা থম্মী অমদি অতৈনা জঙ্গলদা থাদোকখি। মহূ চেনবা লিনগা পূং ১১০ নৎত্রগা মসিদগী হেন্না লৈমিন্নবগী ৱাবী তাবদা ঐখোযনা চহী কযা অসি পূংদা শাদোক্লবদি ঐখোযসু 'গিনিস বুক ওব ৱার্ল্ড বেকোর্দ' তা চল্লম্বা যাবনি। বেকোর্দ থুগাযবশিং অদুনা ঐখোযগীসিদা অমুক্তং ওইববসু লাকফম থোকই। ইং ১৯৮০ গী থৌদোক অমা ঐনা হাযনিংই। 'অশংবা সেম খব চকুদা হাপ্তুনা থুমোক্তা থন্নম্মী। থংনবা অযুক্তা মন্দাভাহিনিনা সেমদু মুল্লববা যেংখি। কবিগুম্বা হৈনদবা পোৎ অমা থেংনবগুম তৌদুনা থুমোক্তু অঙানবদা যেংনবা পুথোকখি। তাংলৈ অমনা মশা শাগৎহন্নবা মসিদা চংদুনা লৈবম্মী। লাইবক ফবদগী মন্দাভাহিনি হিংবনি। অতোপ্পা অমনা চাকথোংবনা চাকশঙদা ঐখোযগী চাক পুখমদা থিদোক্লগা হেক হেক থম্মী। ঐখোযনা চাক - চানবা চংলুবদা পুখমদা খাবৌ থেংনবদা, চাকথোংবনা কবম্বা মতমদা অহাওবসি থোংবা হৈবিবনো ঙক্লুবে।

ইং ১৯৭৭ কী অঙনবদনি, তির্কামেতা খুঞ্জাশিংনা ৱাহোং মচা মবিখক পুবকখি। মখোয যেন্নাও মচা মাল্লি। অদুবু মচা হেক ওনবদা যেন্নাওদগীদি খব হেন্না চাউই। মখোযনা নুমিৎ চুপ্পা অমা মচীঞ্জাক চায। মহৌশানা ৱাহোংসি যেংবদা যাম্না ফজে। ৱাহোং মচাশিং অসিনা যাম্না তোযনা ঐখোযগী খুকউদা তোংই। মঙক্তা তপ্না নানবিবদা মখোয মফমদুদা হেক্তা তুম্মী। ঐখোযনা চৎপা মফম খুদিং মখোয়না ইন্নে। ঐখোযনা চাক চাবদা ঐখোযগী পুখমদগী মখোয়সু চাবকপদগী চাক চাবা মতমদা মকোন্দা থমজীল্লি। ঐখোযনা হেক ফম্বা মফমদা ইনাক্তা লাক্তুনা মখোযসু যাউনবা হোৎনবৈ। খজিক্তং লেংবদা হৌগৎলি অমদি মঙক থিন্দোক্তুনা যেংই। ঐখোয মফমদুদা লৈবি খঙলবদি অমুক তঙ্গে। শা অতৈগী ওইনদি মখোযনা

হেক তুমথবদা ঐখোয় চথোকপা য়াই অদুবু ৱাহোংদদি মসি য়াদে। ৱাহোংশিংদুগী মরক্তা অমনা ঐগী কোক্তা হেক্তা কায়দোংফম ওই। মথংগী থাদা ৱাহোং অমা শিখি, লৈহৌরিবা ৩ দু ফনা কুইনা ঐখোয়গা লৈমিন্নখি। ঐখোয়না মখোয়বু মকোন্দা থমদবা মরম্না মখোয়না য়ুমথক নৎত্রগা উদা তোংদুনা লৈ। মচীঞ্জাক লান্নকপা মতমদা মখোযনা য়ুম মনুংদা ফাওবা চংই। ইং ১৯৮০ দা খুল অসিদা ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বস চেনবা হৌখি। ৱাহোংশিং অসিগী মনুংদা অমদি লাবনি। মহাক্না মতম পুম্নমক্তা লম্বী মপান্দা, য়ুমগী থোঙ্গান্দা নৎত্রগা উদা হেক হেক লৈগল্লি। ঐখোযগী ট্রক নৎত্রগা জীপ্পা ইংখোল মনুংদা চংলকপা মতমদা মানা মসিদা তোংদুনা চংলকই। মহাক্না গাড়ীগী মখোল অসুক্কী মতিক খঙদুনা ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী বসতা তোংলম্মী, বসনা থৌবা হৌরফাওবদা মহাক পাইথরক্তে। ঐখোযনা বসকী মতুংদা তান্নখি অদুবু গাড়ীদু খামখিদে। ৱাহোংদু অদুম হল্লক্রে। মহাক খ্বাইদগী ইহান-হানবা বস তোংবা ৱাহোং ওইবসু য়াই।

ৱাহোংগীদমক ঐখোযনা হঙোই ফাবা তম্নম্মী। য়ুমদা ৱাহোংনা চেঙ চায়, মপান্দনা মখোয়না নুংথিলগী মতমদা তীন-কাঙ চায়। ঐখোয়না নুমিদাংৱাইরমদা পেন্টী, ববলী, নেল্লী অমদি অতৈগা শান্নবদা মখোয়সু য়াউই। ৱাহোংনা লম্বীগী নাকন্দা লৈবা লৈখোম লৈনাংদগী হঙোই ফাদুনা চায়। ৱাহোং লাকপা উবদা হঙোইনা লৈখোমদা লোৎনবা চেনশীল্লি। লৈখোম নৈখায়দুনা ৱাহোংনা হঙোই থি। প্রকাশ অমদি ঐনা হঙোই ফারগা ৱাহোংদা পীজৈ। ঐখাযনা হঙোই যাম্না ফাবা ঙমদে। লৈখোম থোকপা ঈশিংদদি অমুক হেন্না ৱায। নুমিদাংদা অমুকখক ঐনা দিস্পেন্সরিদা অনাবা অমা য়েংবা চৎখি। হল্লকপদা ফ্লেস লাইটকী মঙান্দা ঐনা হঙোই অমা উখি। মসিনা মৈঙালদা মীৎ থক্তুনা লেঙদনা লৈখি। নোম্নদুনা ঐনা মদু লৌখৎখি অমদি ফ্লেস লাইটনা মমীৎ থকহন্দুনা অতৈ অতোপ্পা খরসু ফাখি। মমৈদা ঐনা থেব, শজি অমদি ওকশিংসু মখোযদা অঙানবা মঙাল কাপশীল্লগা ফাবা যাই হাযবা খঙবা ঙমখি। অয়াম্বা মতমদা

ঐখোয়না খুত্তা টোচ অমদি অহাঙবা টিন অমা পুদুনা হঙোই থিবা থোকই। থৌওং অসি ঐখোযনা ঙা কোবিযাল ফংলকপা মতমদা যাম্না কান্নখি। ঙসি ফাওবা চযোল অমদা অনিরক হঙোই ফাবা চৎলি। মতম অসিমক্তদা ঐখোযনা লিনসু ফাবা য়াবনা টিন অনি, অমনা হঙোইগী অমদি অতোপ্পা অমদুনা লিনগী ওইনবা পুবা হৌই। অরাংবা তাংলৈনা লিনতমক চায়, ঊচি নৎত্রগা হঙোই চাদে। মরম অসিনা ঐখোয়না মাগীদমক লিনসু ফাবা তাখি।

ঐখোযনা চিংনবা লৈতনা করম্বা মফমদা অমদি মতমদা হঙোই যাম্না ফংবা ঙমগনি হাযবা ঙম্মী। কৈদৌনুংদা ঐখোযনা লিন হাত্তে। ঐখোযগী অরাংবা তাংলৈগী শাবংদা অহিংবা লিন হেক-হেক থাজীল্লি। মহাক্না মদু চাবা লোইরবদি অনৌবা অমুক থাজীল্লি। অবাংবা তাংলৈ অসি থাদোকপা তাববদি মানা চাগদবা লিন মশিংনা মরম ওইদুনা বাইওলোজিকল ব্লার্ন্ডদা অমাঙবা পীবা যাই। শা অমত্তনা মবুক লামদ্রবদি কৈদৌঙৈদা অতোপ্পা শা হাত্তে অমদি কান্নদবদসু হেন্না হাত্তে। মীওইবগা মান্নদনা মখোযনা তুংগী উবা ঙম্মী। মীওইবদি কান্নবোইদবা মতাঙ ফাওবদা শা হাৎলি অমদি মদু ফ্রিজদা থমজীল্লি। মহাক্ন া শাশিং অসি হিংহল্লবদি মশিং যামখৎলক্কনি হাযবা খঙবা ঙমদে। মবম লৈতনা লম্লক্তা লৈবা হূইনা শা হাৎলি হাযবসি লান্না থাজবনি। ঐখোযনা তঙাইফদনা ব্লাফম অসি থিজীনগদবনি। ঐখোযগী যুমথংনবা মফমশিংদা লম্লক্কী হূই যাম্না লৈ অদুবু কৈদৌঙৈদসু মখোযনা মবম লৈতনা শা হাৎলম্মী হাযবা তাবা অমদি উবা লৈতে।

ইং ১৯৭৭ তা ঐখোযনা শজিগীদমক অচৌবা শারং অমা শাবা হৌই। চহীদুগী নভেম্বর থাদা তাবগাও খুলগী মীওই অমনা ঐখোযদা নীলগায় মচা অমা পুরকখি। মমিংদা ষন পল্লবসু মসিদি যাম্না চাউবা শজিনি। নীলগায ষনবীমুক চাউই। ষনবীগুম্না মাগী খোমজিন ৪ পাদে দ। শজি অমোম নৎত্রগা হামেং অমোমগুম্না খোমজিন অনিখক্তা পাল্লি। মাগী মথীসু ইপাক পাক্লা ফাযদে, শজিগুম্না চাউনা মতুম তানা ফায। নীলগাযনা ষনগুম্না শজিক চায। নীলগায অসি ঐখোযনা 'নীল্লা'

হায়না মমিং থোল্লি। মসি হৌজিকসু ঐখোয়গা লৈরি। মা পুরকপা মতমদা প্রকাশ মফমসিদা লৈতে। মাবু শঙ্গোম পীথকপদা ঐঙোন্দা অৱাবা ওইরক্কে। চহী মরিগী থেংনরকপনা ঐ অখঙবা অমা ওইহল্লে। নীল্লানা লাকপা মতমদা য়াল্লবদা পোকপা নুমিৎ হুমনি মরিনিগুম্বদি শুরল্লগনি। মাগী মখোইদৌ ফাওবা কংলমদ্রি অমদি মহাক হামেং মপীমুক চাউনা উই। মতুং থা নিপালমুক্তি মাবু কৈদৌঙৈদা শারংদা থমখিদে, থৌরীনা পুনখিদে অমদি ঐনা চৎপা মফম খুদিং ঐগী ইতুং হেক-হেক ইনখি। মাগী মথৌ হায়ববু ঐখোয়দা লেকপা অমসুং ঙাবনি। মমৈদা মহাক খুদোংথিনিংঙাই ওইরকখি। ঐখোয়না মাবু কোয়বা পুথোকপদা মহাক্না শজিক চায অমদি মপু লৈতবা হূইদা তান্নৈ। মসিনা ঐখোযগা কোয়থোকপগী মওংদা কায়হনখি। মরম অসিদগী মাবু শারংদা থম্লকখি।

মার্চ, ইং ১৯৭৭ তা ফোরেষ্ট কঞ্জার্ভেটরনা ঐখোযগী প্রোজেক্টতা কোয়রকখি। ঐখোয়গী শাশিংনা মশা ফনা লৈবা ১দি মখোয়বু নীংথিনা লোয়নবিবা উবদা মহাক পেনখী। মহাক ঐখোয়না আইন কাযনা শা য়োক্নুনা থম্মী হাযবা যেংনবা ফোরেষ্ট লোয়শঙনা থারকপা ওইরম্বসু য়াই। মতম অদুদা অল্লাপল্লীগী ফোরেষ্ট ওফিসিয়লশিংগী শওম মচা অমা লৈ। ঐখোয়না মদু পীযু হায়খি। কঞ্জার্ভেটর অদুনা প্রকাশনা শা লুনা তৌজবদু খঙখি অমদি শওম মচা অদু ঐখোয়না লুনা তৌবিগনি হায়বা উরদুনা শা মচাদু মথংগী নুমিত্তা থারক্কে হায়খি। মাগী মখা থাবশিংনা লোয়শঙগী চৎনবী নৈনদুনা মদুদা য়ানিংদবা উৎখি। মখোয়না শা মচাদু লোয়শঙগী শা মশিংগী মনুং চনখ্রবনিনা পীবা য়ারোই হায়বগী অকনবা মরম পুথোকখি। ওফিসারনা মসিদা খন্থরদুনা মানা শা মচা অদুগী অৱাবা খঙই অমদি মসিনা লোয়শঙদা কুইনা হিংবা ঙম্নরোই হায়খি। মরম অসিনা মহাক্না থংনবা নুমিত্তা মদু শিরে হায়রগা ঐখোয়দা পীনবা মীওইশিংদুদা হায়খি। আইনগী মীৎযেংদা শিখ্রবা শওম রানি অসি ঐখোয়গা হৌজিক য়াম্না নুংঙাইনা লৈমিন্নরি। মতমদুদা মহাক থা অমরোম শুরে অমদি মাবু

'রানি' হায়না খঙনখি। অহানবা নুমিৎ নিনিদি মহাক চাক লেপ্তুনা চাববসু হুম্নি শুবা নুমিত্তা মাগী মবুক নুংঙাইতে হাযবা ঐখোযনা খঙবা ঙমখি। নুমিৎ ৪ নিমুক্কী মনুংদা ঐখোয়না মাগী চানিংবগী চাং খঙবা ঙমখি। ঐখোযনা থেংনরকপশিং কাউবা ঙমদে। মমাঙদা ঐখোযগী শওম মচা খর লৈখ্রে। পুরকপা নুমিদাংদা ঐখোযনা রানিবু অকনবা শাবং অমগী মনুংদা থমখি। শো অমনা প্রকাশকী কাদা অমদি অতোপ্পা অমনা ঐগীদা থম্মী। কিহনবা মতমদা শওম মচানা চীকই। মখোযনা কবিগুম্বা খুদোংথিবা নৎত্রগা খোঞ্জেল অমা তাবদা মমাগী অশাংবা মতু যান্দুনা কোল্লি অমদি মতমদুদা মমানা মখোযবু অতোপ্পা মফমদা পুই। অসুম্না তৌগনি হাযবসি মখোযগী পোকপদগী পীথোরকপা খঙজবীনি। মমা যাউদনা যোল্লকপা মচাশিং অসিনা হাযবিবা অসিগুম্না তৌবা পামই। ঐখোযগীদি অশাংবা তু হৌদবা মবম্না অসুম্না তৌবদা চীকপনি। মমৈদা মনম খঙবা হৌরকপদদি মখোযনা চীক্রে, অদুম ওইনমক ইতুংদা লোৎনবা হোৎনৈ। অহানবা নুমিৎ খরদি বানিনা ঐখোয অনিবু কযাবক হন্না চীকখি। অদুবু মতুংদদি অমুক হন্না তৌখিদ্রে। শা অমত্তা বানিগুম লুনা যোল্লকখিবা লৈতে। নুমিৎচুপ্পা অমা ঐখোযনা থবক কোম্বা মতমদা মহাক শারংগী মপান্দা ঐখোযগা লৈ। মহাক্না প্রকাশ নৎত্রগা ঐগী কাদা লৈগনি। প্রকাশনা লাইবিক পানবা হীপথবদা মাগী খোঙ অনিগী কারক্তা রানিনা হীপকনি। মানা মশামক্কী খোঙবী মখোল থোক্লা চুপ্তুনা তুমথগনি। শওমদি তুম্বা মতমদসু মীৎ শিংই। বানিনা ঐখোযগী নাক্তা তুম্নিঙৈদা কনাগুম্বনা চংলক্লবদি মহাক্না কিজদুনা ঐখোযদা নুংশিনা কোল্লক্কনি। কৈ নৎত্রগা শওম মচাদি ফজনা উবা ঙমদে। অচৌবা পোৎ, অমুবা অমদি অঙৌবা মচুদা মখোযনা কিবা ফাওই।

অযুক খুদিং মহাকপু ইকজবিবদা পূং অমা চংই। মানা পম্পতা ইকজবা যাম্না পাম্মী। অহানবদা মশা চোৎপদা মানা হৈনদবা উৎলি অদুবু মমৈদা যাবকই। মীৎ অমদি নাতোন্দা ঈশিং চংবদা মহাক শাউই। ঐখোযনা অতম্না মমাযদা ঈশিং চাইশীল্লুববা মহাক্না খোংদুনা

ঐখোযগী তুংদা লাকই অমদি ঐখোয়বু তান্নবা য়াবা তান্নরে লৌরবা মতুংদা পম্পতা হনখি। মনাক্তা চংশীন্দ্রবদি মহাক্না ঐখোয়বু নুংশিনা কৌরক্কনি। ঐখোয়না লেপ্তুনা লৈথোক্লবদি মহাক্না লাক্কনি অমদি মনাক্তা লাক্লবা তক্লগনি। মানা হায়বদু তৌদ্রবদি ঐখোয়দা চোংখৎলক্তুনা খোঙদা নুংশিনা কোন্নবা লাক্লগনি। অসুম্না মমৈদা ঐখোয় মানা হায়বদু ইনবা তাই। শান্নবা মতমদা মানা ঐখোয়দা চীক্তনবা মওং থম্মী। মাগা শান্নবদা অতোপ্পা অহুমশুবা মীওই অমা য়াউবা য়াহন্দে। কনাগুম্বনা চংশীল্লক্লবদি মঙোন্দা ঈশিং চাইশীনগনি অমদি মদুদা চেপ্লোকখিবদা মানা হরাওনা জগোয় শাগনি। অসুম তৌবদা কনাগুম্বনা নমদুনা চংলক্লবদি মাগী অতেবা মওং মাঙগনি। বানিনা মশাগী অতেবা ফীভম কাউরদুনা মীতোপ অমদা চেনশীল্লি হায়বসি ঐখোযনা কুম্মৈ যেংনবা কনাগুম্বা কোযরকপা মীওই অমত্তদসু হাযদোক্তে। ব্রাফমসি মীওইদুদা খঙহন্দ্রবদি মহাক মফম অদুদা খুদক্তা তুগনি। অমরোমদা অমুক অসুম তৌগনি হান্না খঙবদগী কনাগুম্বনা চেনবা হৌরবসু মহাক্না মতুংদা তান্নগনি। প্রকাশনা 'তৌগনু' 'তৌগনু' হাযবদা মহাক্না লেপকনি অমদি তপ্না হল্লক্কনি। অদুম ওইনমক মহাক্না তুং হন্দুনা মী অদু অমুক লাকইবরা য়েংগনি। করিগুম্বা মতমদা মানা চেনবদা মতোমতা নাম্থুগনি। মদুদা ঐখোযনা হৌনা নোক্লুগনি। খুদক্তা মানা হল্লক্তুনা প্রকাশতা চেনশীনগনি। অদুবু কৈদৌঙৈদসু মাবুদি ইন্থুদ্রবসু ঐবুদি চৈরাক পীবা যাই। অপীকপা অঙাং অমদি শা মচাশিংগী মরক্তা মান্নবা কযা অমা লৈ। মখোযদা শাউবা অমদি ফুবা মতমদা অঙাং অমদি শাশিংনা ঙাইহাক্কী মনুংদা কাউথোকই অমদি ঐখোয়গা থুনা শান্নবা হৌই। অদুবু মখোযনা চাউরক্লবা মতমদা খেন্নবা অদু খঙবা ঙমই। শাগী লমচৎসু অসুম হাযনা অদুম্মক তৌই। অদুম ওইনমক অঙাংদি ব্রারৌবা, শাউবা অমদি করিগুম্বা মতমদা লমন খুম্লিংবা ওই। হায়রিবা অসি অহল ঐখোযনা অঙাংগী মমাঙদা উৎপদগী মতৌ তম্বা ওইবা য়াই। শাগী লমচত্তি অদুম ওইনমক হোংদে অমদি অঙাংগুমই। ঐখোয়গী রানি হৌজিক চহী মাপল শুরবসু য়াম্না

নুংশিনিংঙাই ওই। ঐখোয়গী অঙাংশিংগা চাংদম্নবদা শা মচাশিংনা য়াম্না থুনা চাউই। রানি অদুক্কী মতিক চাউরবসু মহাক্না ঐখোয়গী তম্পাক্তা ফম্বা পাম্মী। মশাগী খোঙবী চুপচৈ। মাগী খুজিল য়াম্না শাংলে অদুবু মসিনা মীঙোম্দা শোকহনগনি হায়বা মাগী ৱাখলদা লৈতে। শাশিংনা অঙাংগা শোকহন্দনা শান্নবা পামই। মানা নঙবু মখোয়গী মরক্তা অমনি খল্লি। মখোয়গী ময়া, খুজিলনচিংবনা শোকপগীদমক মখোয়দা নঙনা নুংঙাইতে। মখোয়না ঐখোয়বু শোকহনবা পাম্বা নত্তে। শান্ননবা হোৎনবদা ঐখোয়দা শোকপনি, মখোয়না তৌগে হায়না তৌবসু নত্তবদা ঐখোয়না শাউবা ফোংদোকপনি। শানা চাউখৎলকপগী মতুংইন্না মাগী মতু পৌরকই। মীওইবদি চাউরক্লগা মাগী ৱাখল লূম্বা হেল্লি। শাগী খুবাম থৌবা হেল্লকই। মীওইবগীনা চীন থৌরকই। মীওইবনা হকচাংগী ওইবা অশোকপা থোকহন্দ্রবসু অতোপ্পা মীদা পুন্সিগী ওইনা কাউবা ৱাগদবা ৱাখলগী চৈনা পী।

রানিনা লাকপা মতমদা গোপনার খুলগী 'মালু' কৌবা মাড়ীয়া অঙাং অমা মফমসিদা লায়েংনবা লৈরম্মী। মমা মপাদি গোপনারদা লৈখি। মহাক মতমসিদা চহী মঙামুক শুরে। অহানবদা মহাক অনাবনা মরম ওইদুনা মতম অয়াম্বদা তুমদুনা লৈ। রানিনা ঐগী কাদা তুম্বা লাকই। মহাক থা অনিদা মপুং ফানা চাউরদুনা কিলোগ্রাম ২৪ লোম লূমখি। মতমসিদা মহাক্না শান্নবগী মহুত্তা পামদবা তৌবনা হেনখি। ঐ অমদি প্রকাশ নত্তনা অতৈনদি মাবু কি হায়বা রানিনা খঙঙী। মাবু কিদুনা অতৈনা চেনবদা মহাক নুংঙাইজে। মসিদা ঐ অমদি প্রকাশনা খিংদ্রবদি মহাক্না ওন্ন-তৈনবা কয়া তৌই। শা খুদিংমক্না অঙাংবু য়াম্না লুনা তৌই। মখোয়না মখোয়গা য়াম্না ইংনা শান্নে। ঐখোয়না অঙাংশিংবু শানা চীক্লক্কনি নৎত্রগা মখোয়গী খুজিন্না খোৎলক্কনি হায়না অকিবা পোকহন্দুনা শাশিংদগী লাপথোকহল্লি। হায়রিবা অসি মখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ফাওহন্দ্রবদি অঙাংশিংনা কৈনচিংবা শাশিংগা মমান্নবগুম শান্নগনি। কৈগুম্বা শানসু অঙাংশিংগা য়াম্না চেকশীন্না শান্নমিন্নৈ হায়বা ঐনা উখ্রে। য়াম্না চুম্বা খুদমদি প্রকাশকী মচানুপী

আরতিনি। মহাক্না ঐখোযগী লূম্নবা অমদি পেনগন্দ্রবা কবোকৈ নেগলীগী নঙ্গন্দা তোংই। পুম্নমকসিগী মহয়দি প্রকাশনি।

রানিনা মালুগা শান্নবা পামজৈ অদুবু মাদি শান্ননবা শেম-শাদে। মাড়ীয়া চীংমীশিংনা কৈদগী শওম্না হেন্না কি। মসিগী মরম য়াম্না তোপ তোপ্পী অমদি তুংদা হায়রক্কনি। অদুগুম্বা অকিবা অদু মালুনা অঙাং ওইরিবৈঙদগী ফাওরম্বা য়াই। মাড়ীয়াগী লোলদা শওম হায়বা ৱাহৈসি 'আইদজু' হায়না খঙনৈ। নুংথিলদা রানিনা মালুগী নাক্তা হেক হেক চংশীল্লি। ফমুংদা ফম্লদুনা মালুনা মাবু 'আইদজু' 'আইদজু' কৌই। রানিনা মাগী ফমুংদা কাখৎপদা মালুনা ঐগী ফমুংদা চোংখৎকনি। রানিনা ঐগী ফমুংদা মহাক নত্তনা অতোপ্পা মী অমত্তা ফম্বা য়াহন্দে। মানা ঙংলদুনা মালুদা চেনশীনগনি, মসিদা অমুকখক্তি খল্লুদনা ঐ শাউখি অমদি মঙোন্দা ফুখি। মহাক্না কপ্পিংনা অমদি হৈনিংদনা হন-দোকখি। মতুংদা মালুদা চেনশীনবদা ঐনা 'তৌগনু' 'তৌগনু' হায়বদা মাগী খোঙফম হন্দোকখি। মানা মালু কাদুদা লৈতবগুম উৎলি অমদি মালুবু অমুক হন্না ঐগী ফমুংদা চংবা য়াহন্দে। মানা প্রকাশকা লৈমিন্নবা কাদা ঐনা চংলুবদা মাগী মীৎয়েং অমদি ঙংলকপা খোঞ্জেলদা নুংঙাইতবা ফোংদোক্লবসু অতোপ্পদা তৌবগুম্না ঐঙোন্দদি চেনশীল্লক্তে। শওম্না খোইহী অমদি ককচেং অঙৌবা পামই। মালু ঐখোযগা চাক চামিন্নে। থা মরিগী মতুংদা রানিনা কিলোগ্রাম ৮ অদুগা মালুনা কিলোগ্রাম ১০ লূম্মী। চহী মাপলগী মতুংদা ঙসিদি রানিনা কিলোগ্রাম ৮২ অদুগা মালুনা কিলোগ্রাম ৪৪ লূম্মী।

মালু অমদি রানি ঐখোযগী ইরক্তা চাউরকই। রানিনা ঐখোয়গা পামজনা শান্নে অমদি ঐখোযনা চৎপদা লোয়নৈ। নোংম - নোংমগী মাগী নুংশিবা হেঙ্গৎলকখি। অহানবদা মালুনা ঐখোয়গা হেক হেক লোয়নৈ। মহাক্কী অনাবা ফরবদা মহাক্না ঐখোযগী প্রোজেক্টতা লৈবা মহৈ তম্ফমদা চৎপা হৌখি। মহাক মশা ফরদুনা অনৌবা মরুপ-মপাঙ কয়া লোয়নরে। কা হেন্না শান্নবনা মহাক ঐখোয়দগী হেন্না হেন্না থাপ্তোকখি। মতুংদা মানা রানিগী মমৈ চিংবা, মনাদা চৈনা কনবা

অসিনচিংবা তৌবা হৌখি। রানিনা মঙোন্দগী থাপ্তোকপগী মরম ঐনা অমুকথক শাউখিবদুনা ওইরম্বা য়াই। মরম লৈতনা মালুনা অমুকথক রানিদা ফুখি। অসুম্না তৌবসি মমাঙদসু লৈরম্বা য়াই অদুবু নুমিত্তুদা ঐনা মসি অহানবা ওইনা উখি। নুমিৎ খরদি রানিনা মালু কিদুনা মঙোন্দগী থাপ্তোকখি হায়বা ঐনা খঙখি। ঐনা মালুদা চৈখি ১দি রানিবু অমুক হন্না ফুদনবা হায়খি। মাবু (মালু) ঐনা শোকপা ফাওবা শোক্তে অদুবু মহাক্না য়াম্না নুংঙাইতবা উত্তুনা ঐঙোন্দগী থাপ্তোকপা হৌখি। মহাক্না ঐখোয়গী নাক্তা লৈরিঙৈদা ঐ নৎত্রগা কনাগুম্বা অমত্তনা ঐখোয়না মাবু চানবিবগী তৌবিমল উৎফম থোকই খনখিবা নৎত্রগা হৌজিকসু খনবা লৈতে। ঐখোয়না তৌজবা পুম্নমক তৌফম থোকপা ইথৌনি অমদি ঐখোয়না পামজবগীদমক তৌজবনি খল্লি। প্রোজেক্টতা লৈবা অতোপ্পা মীওইদা মালুনা ঐখোয়না মঙোন্দগী রানিগা হেন্না নক্লৈহায়না হায়রম্বা ঐখোয়না তুংদা খঙলকখি, অদুবু ঐখোয়নদি রানিনা চাউরক্লগা ঐখোয়দা ওনশীল্লক্কনি হায়বদি মঙদফাওবা খল্লুদে। ঐখোয় নুংঙাইখিদে । শাশিংদি মখোয়দা ফাওবদু ঙাংথোকপা নৎত্রগা ফোংদোকপা ঙমদে। মতম অমদা ঐনা মালুগীদমক রানি ফুখি। মানা মালুদগী লাপথোক্লবসু কৈদৌঙৈদা ব্রাফম অসিগীদমক ঐঙোন্দা পেন্দবা থমদে।

ইং ১৯৮০ দা মালুনা ক্লাস ফোর পাস তৌরবা মতুংদা ময়ুমদা হনখি। রানিদি ঐখোয়গা মখা তানা লৈমিন্নে। প্রোজেক্টতা মী অমদি অঙাংগী মশিং হেঙ্গৎলকখি। রানিগী তাৎ-পাৎ, ফাগী-জুগায় লাকশীনবা ঙম্লমদে। মশাগী অরুম্বা হেঙ্গৎলকপগা লোয়ননা মপাঙ্গলসু হেঙ্গৎলকখি। মহাক্না আচার লীক্লী অমদি লৈবাক্কী চফু থুগায়বনচিংবগী ব্রাকৎ লাকপা হেঙ্গৎলম্মী। মহাক শারং মনুংদা থমদবা য়ারক্তে। মমৈথংদা মাগী অশেংবা মপাঙ অমা ফংদুনা মদুগা লোয়নখ্রবসু মানা ঐখোয় নুংশিবগী চাংদি হম্বখিদে। ইং ১৯৮০-৮১ ফাওবা ঐখোয়না মাবু নুমিদাংব্রাই খুদিংগী কোয়বা পুথোকখি।

ইং ১৯৮৫ দা মালুনা মফমসিদা কোয়রকখি। ঐনা রানি অমদি

মালুগী অঙাং ওইরিঙৈ মতমদু নীংশিংলম্মী অমদি মালুগী ব্রাখলসু খঙবা ঙমখি। খুদক্তা হৌগৎলগা ঐগা লোয়ননা রানিগী নাক্তা চৎনবা মঙোন্দা হায়খি। অঙকপনি! মহাক চৎনিংবগী অপাম্বা ফোংদোক্লমদে। রানি শারং মনুংদা থম্লবনিনা করিসু কিনিঙাই ওইদে ঐনা হায়খি। রানিবু শারং মনুংদা থম্বসি মানা মীঙোন্দা অকায়বা তৌগনি হায়বগী নত্তে। মীওইবনা মঙোন্দা ওৎপিগনি খনবদগীনি হায়না ইতোমতা লৌজৈ। মালুনা লাপ্পা লেপ্পী। রানিনা মাবু শক নীংশিংই, মাগী অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নমিন্নখিবা মরুপ কাউদে। মীওই অসিগীদমক মহাক্তা ঐগী চৈ চাখিবনি হায়বদু কাউখ্রে। মানা মালুবু নুংশিজবা লৈরি। মালুগী অশাউবা কাউথোক্তবনা মশাদা কিজবা ফাওরি। রানিনা শারংগী য়োৎচৈ মনাক্তা য়েংলদুনা মকোক নোম্থে। মালুনা মঙোন্দা নানবিবা পামখি। ঐনা মাগী শাথেক্কী ব্রাহম্ভোক খঙবা ঙমখি। অকোনবদা ঐনা চংশীন্দুনা নানবিখি। মালুনা স্কুলদগী ঐখোয়দা কান্নবা পীরোইদবশিংবু নুংশিদবা তমখি। ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে অমদি রানিসু ঐগী অব্রাবদা শরুক যাই। মাগী অব্রাবা মাগী খোঞ্জেলদগী খঙবা ঙমখি। ইতোমতা শারং মনুংদা চংখি। মালুগী মায়থোংদা ঙকপা অমদি কিবগী মমি তাই। রানিনা ঐঙোন্দা চেনশীল্লক্লম্মী। অহানবদা ঐনা মাগীদমক করিগুম্বা খর পুরকপ্রা খঙনবা হোৎনৈ। করিসু থেংনদ্রবদা মানা ঐগী খুৎ লেকপা হৌই। ঐনা খঞ্জখি----- "রানি নঙনা পামজবসি হৌজিক্তি তাঙনা থোক্লবা ফিরোলসু নত্তবা শেলসু নত্তবা নুংশিবা অদুনি"। মানা মালুদা হন্না-হন্না অমদি ঐঙোন্দনা কপ্লিং কপ্লিংনা য়েংলম্মী! তমখিবা শাশিংগা লৈমিন্নরকপা ঐগী মীত্তা পি তাখি। পুন্সিদা অহানবা ওইনা ঐগী পিদু তাফম থোকপনি খঞ্জখি। ঐনা মালুগী নত্তনা ইশামক অমদি রানিগীদমক নুংঙাইজদে। ঐখোয় অনিদি মীওইবা করিনো হায়বা খঙলে। ঐখোয় অনিদা নত্তনা অতোপ্পা অমসু লৈরি। ঐনা মফমদুদা প্রকাশ কয়াদা! লৈহন্নিংলম্বা? মহাক নাগপুরদা থবক খরগী চৎখি। ঐনা মীকুপ্তুদা মহাক হল্লকপদা থৌদোক্তু মঙোন্দা তম্লবগুম ফাওখি। মঙোন্দা ঐনা তম্বদগী রানিনা হেন্না নীংথিনা তম্বা ঙম্বসু যাই। ঐনা রানিগী শারংদা

প্রকাশ পুশিন্দুনা প্রকাশতা মালু লাকই হায়রম্লবদি রানিনা মাগী শাথেক্লা হেন্না হরাওবা ফোংদোক্লমগনি। অসুম্না শোয়দনা তৌগনি ঐনা থাজে। মীওইবা অমা ওইরুবগী হৌজিক্তি ঐহাক পেঞ্জবা শুক্লে লৈত্রে মরমদি চহী কয়ামরুম সংস্কৃতিনা শেমদোক-শেমজীন তৌবনা ঐনা কনাগীসু ইথিল য়াউদনা মীওইবা অমগী শাজৎ (অয়াম্বনা য়ানিংদ্রবসু) চৎলি হায়বসিনি। অমরোমদনা অশিংবা কয়া কয়ানা ঐনা শাশিংগা চহী কয়া লৈমিন্নবগী মরম খঙনবা হোৎনগে খন্দনা ঐহাক মীওইববু য়াম্না ফত্তনা অমদি হম্বনা লৌবা তমথিবা অমা ওইনা খঙনৈ। ঐ নৎত্রগা ঐখোয়না তেরবা শাশিংবু মীওইবদগী হেন্না নুংশিনা তৌই ইরাল শিরিবা মখোয়বু পেলহন্নবা ঐগী ব্রাহৈ লৈজদে। ঐখোয়গী নুংশিজবা শানা তৌবগুম থবক্লা উৎখোক্লবা ঐখোয়সু শেম শাজরে।

লম্লক্কী শা খক্তনা অশেংবা নুংশিবা করিনো খঙবা অমদি উৎপা ঙমই। তাইবং মালেমদা পলেমগী নুংশিবা অসি খ্বাইদগী অথোইবনি লৌনৈ অদুম ওইনমক হায়রিবা নুংশিবসি মমানা মচানুপাবু 'ঐগী' নীংথেম হায়বনা মশাগীতা খনবা ওই। মমানা মচাশিংদা কনাবু নুংশিগদবনো তম্বী, অঙাংগী মমাঙদা মানা খরনা নুংশি অদুগা অতোপ্পা খরনা তাথি। ঐখোযগা লোয়ননা শজি, ঙা কোরিয়াল, ব্রাহোং, কৈশাল, শওম, কবোকৈ. লমইরোই, হাইঈনা অমদি অতোপ্পা শা কয়া লৈ। ঐখোয়না মখোয পুম্নমক্কা পুন্না ফম্মীন্নৈ। ঐখোয়না মখোয়বু চখোকপদা পুই। মখোয়গী মরক্তগী অমদা নুংশিবা উৎলুবদা মখোয় কনা অমত্তনা অশাউবা উত্তে। মতম পুম্নমক্তা মখোয়না ঐখোয়বু নুংশিনবা হোৎনবদা মখোয় মশেল অমগা অমগা হিদান্নৈ হায়বা ঐখোয়না থেংনখ্রে। কবোকৈ অমোম নেগলী মচা পোকপা মতমদা মচাদুনা ঐ নৎত্রগা প্রকাশকা শান্নবদা মমানা ঐখোয়বু পামদবা নৎত্রগা শাউথিবা উৎখিদে। তমথিবা শাশিংগী নুংশিবদি তমথি হায়বগী ব্রাঙাং লৈজরবসু মশাগী কান্নবা য়েংদে। রানি মতমদুদা থা নিপাল শুরে।পেন্টী, মেন্টী অমদি নীল্লা শারংদা থম্লম্মী। নেল্লী, রানি, ববলী, প্রকাশ অমদি ঐনা নুমিদাংব্রাইরম হেক-হেক কোয়থোকপা চৎলি। রানিনা মরম ওইদুনা

ঐখোয়গী কাঙবুদগী কনামত্তনা ঐখোয়গা লোয়নরমদে। করিগুম্বদা লোয়নবা তারবসু চহী আনি শুরবা প্রকাশকী মচানুপা পিল্লুনি।

রানিবু ঐখোয়না কিলোমিটর অহুম লাপ্পা নুমিৎ খুদিংগী কোয়বা পুরম্মী। অহানবদা মানা ঐখোযদা খুরৌ য়াম্না থাংখি। শওমগী মনম খঙবা ঙম্বগী মওং কনবনা মসিনা শোয়বা লৈতনা লৈনুংদা লৈবা ককচেং অঙৌবগী মকোন খঙদোকপা ঙম্মী। রানিনা মখুজিন্না কন্না খোত্তুনা মখুল থিদোকই অমদি মরৈ তিংথোক্কুনা তীন-কাঙ চিংথোরকই। শওম্না করিগুম্বা খর চাবা ফংবদা মশা ফাওবা কাউথোকচবনা কনাগুম্বনা মনাক্তা চংশীনবদা খঙদে। শওম অমুবদি ইরায়-লায়না উবা ঙমদে অমদি মীনা মাগা থেংগাযনবদা শওম্না মাগী রাখল মাঙ্দুনা কিবদগী থাজদনা লান্দারকই। অসিগুম্বা লান্দাবা অসি মাগীদি মখল অমগী ঙাকথোকচবনি। অচৌবা মযা অমদি অথৌবা খুজিন্না মরম ওইদুনা শোকপদা যাম্না লুনা চংই। অসুম্না তৌববা মতুংদা শওম্না চোংথোকখিগনি। চহী খুদিংগী অসিগুম্বা থৌওং ৪/৫ ঐখোযনা থেংনৈ। জঙ্গলদদি শওম্না কৈদগী হেন্না শাথি।

অহানবদদি ঐখোয রানিনা ককচেং চাবা ঙাইবা তারম্মী। ঐখোযনা ঙাই হায়বা খঙবদগী মানা কুইথনা চাদুনা লৈথোকই। মরম অসিনা ঐখোয় চৎখৎকনি। ঐখোয় চৎখৎখ্রে হাযবসি মিনিট অমমুক লৈরগা খঙলক্কুনা মানা ঐখোযগী নাক্তা খোংলগা চেল্লক্কনি। মহাক্না ঐখোয়গী খোঙদা য়েৎশীন্দুনা ঐখোয়বু তুহন্নবা হোৎনগনি। মানা শাউরিবদি ঐখোয়না মাবু হন্দোক্লগা চৎখৎখি হাযবগিনি। ঙাইহাক ঐখোয়না নানবিরবদা মহাক শাউবা ফদুনা ককচেং অঙৌবা অমুক থিবা হৌগনি। করিগুম্বদা ঐখোয়না চৎপা হৌরবদি মানা নুংশিনা হল্লক্কবা হায়গনি। মমৈদা পাম্‌দ-পাম্‌দ মানা ইতুং ইন্নরক্কনি। ঐখোয়গী ইরক্তা করিগুম্বা নেল্লী যাউরবদি রানিনা অশাউবা তাযননবা মঙোন্দা চেনশীনগনি অমদি চীক্কনি। নেল্লী অমদি ঐহাক অমগা অমগা য়াম্না চান্নজৈ। করিগুম্বা নেল্লী লোযনবক্তবা মতমদা রানিনা মাগী অশাউবা ঐঙোন্দা তায়নগনি।মরম অসিনা মতম পুন্নমক্তা নেল্লীবু ঐনা পুবগী মরম ওই।

বানি অমদি প্রকাশ অমগা অমগা যান্না চান্নজৈ। প্রকাশপু মাগী মপাগুম খল্লি। ঐঙোন্দা উৎপা শাজত্তি মমান্নবগুম্বনি। মহৌশানা ঐঙোন্দা মাগী অশাউবা ফোংদোকপগী হক লৈ লৌই। কবোকৈ লাবা নেগলগীসু চপ মান্নবা মীৎযেং লৈ। প্রকাশনা শাশিংবু নুংশিবদি ব্রাহং লৈববোই, অমবোমদা শাগা লোযনবদা ঐঙোন্দা অব্রাৎপা খব লৈ হাযবা মতম পুম্নমক্তা ঐ খঙজৈ। মতম অমদা ঐহাক শাদানবা ওইখি। শাশিং অসিনা ঐনা হৌজিক মখোয নুংশিবসি ফত্তবা তৌখিবা অদু কোক্লবা তৌশিন্নবনি লৌবম্বসু যাই। তশেংনমক শাশিংদগী ঐনা খাঙবা কনবা তম্লে। তুংলমচত্তা ঐগী অশোযবা চুমথোকচবনি। ঐখোযনা তুবেলদা কোযথোকপদা লৈঙোই মথক্তা ফম্মী। ঐনা প্রকাশতগী লাপথোক্না ফম্মী। ঐখোয অনিগী মবক্তা লৈবা অহাংবদু হক অমা ওইনা ফংলবগুম অতৈনা হেজিল্লকপদা বানিনা খাঙবা ঙম্লমদে। মফমদুদা মানা প্রকাশকী মতম্বাক্তা ফম্মী। ঐখোযনা বাবী শান্নবদা চিল্লবদি মহাক লৈতাদবা ফাওই। ঐখোযগী মীৎযেং চিংশীন্নবা মহাক্না কবিগুম্বা অমা হেক্তা তৌই। ঐখোযনা যুম হনবা মতম হেল্লবদি মানা ঐখোয যুমদা হনবা মতম যৌবে হাযদুনা প্রকাশকী মঙক্তা খুবাম থমগনি। প্রকাশনা থৌশাদ্রবা মানা ঐঙোন্দা চেনশীল্লক্কনি। ঐনা হৌগৎলবদি প্রকাশসু হৌগৎকনি হাযবা মানা খঙলম্মী।

কবিগুম্বা মতমদা প্রকাশকী মচানুপানা ঐখোযনা কোযথোকপদা হেক-হেক যাউই। অহানবদা বানিনা মঙোন্দা চোংশীল্লি অদুবু প্রকাশনা তপ্না 'তৌনু' 'তৌনু' হাযবদা তেথৈ, অকোনবদা মহাকসু ঐখোযগা চাং নাইনা লোযনগদবনি হাযবদু খঙখি।

চহী অনিদং ঙাইবিবা পিল্লুনা প্রকাশকী মখুৎ পাযদুনা চৎপা মহাক্না যানিংদে। অমুক্তি বানিনা তুংদা ককচেং অঙৌবা চানবা হোৎনবিঙৈদা ঐখোয মাঙদা চৎখৎখি। প্রকাশনা হৈনবী ওইনা মচানুপাগী মখুৎ পাযবম্মী। ঐখোযনা খঙহৌদ্রিঙৈদা বানিনা প্রকাশ অমদি পিল্লুগী কাবক্তা তুংলোমদগী চেনখৎলকপদা পিল্লু তুই অমদি মদুদা মহাক কপ্পী। বানিনা মাগী অশোযবদু চৈবা অমদি ফুবা তৌদনা

মথন্তা খঙখি। লানখ্রে খঙজদুনা মানা ঐখোয়গী তুংদা ঙাইহাক চেক-মোক লাউদনা ইল্লম্মী। ঐখোয় শাউদ্রে খঙলবদা মানা মাগী তাৎ-পাৎ অমুক হৌই। থৌদোক অদুগী মতুংদা পিল্লু চৎপা তোকখ্রে।

রানিনা গাড়ীগী মখোল কি। জানুৱারিদগী জুন ফাওবা লম্বীনা চৎনবা য়ারবা মতমদা জীপ অমদি ত্রক কয়া ভামরাগড়দা লাকই। ঐখোয়না প্রোজেক্টতগী কিলোমিটর ৩ লাপ্পা ভামরাগড়দা তত্তনা কোয়খোকই। রানিনা ত্রক নৎত্রগা জীপকী মখোল হেক তাবদা জঙ্গল মনুংদা মতোমতা লোৎলি অমদি ত্রক নৎত্রগা জীপুনা মপা লাম্নোকখ্রবা মতুংদা থোরক্কনি। ঐখোয়না মাবু লম্বীগী নাকন্দা ঙাইগনি। ঐখোয়গা খঙনবা কনাগুম্বনা গাড়ীদা য়াউরবদি মীদুনা গাড়ী খামদুনা ৱারী শাই। মহাক্না রানি ঐখোয়গা হান্না উখিবা ওইরবদি মাগী মরমদা হংগনি। মীশিংদু ঐখোয়গা খঙনবনা গাড়ীদু লেপ্পনি হায়বদু খঙনবা রানিনা মাগী লোৎফমদগী য়েংলক্কনি। করিগুম্বা মখোয়না মতম শাংনা লৌরবদি মহাক্না খাঙঙমদদুনা ঐখোয়দা চংশীনবা হৌরক্কনি। মহাক উবদা মীওইশিংদুনা 'নখোয়গী রানি লাক্লে' হাযদুনা গাড়ীদা চোংখত্তুনা চৎখিগনি।

মফমসিদা নৌনা লাকপা মীওইশিংনা রানিবু করিমত্তা পুন্দনা কোয়বদা পুই অমদি মহাক ঐখোয়গা লোয়নৈ হায়বা খঙলমদে। মসিনা য়াম্না নুংঙাইবা মতাঙ অমা ওইহল্লি। মী অয়াম্বনা প্রোজেক্টনা মরম ওইদুনা প্রকাশপু খঙঙী। অমুকথক খঙনদবা জীপ অমা লাকখি। গাড়ী মখোল তাবদা রানি লোৎখি। গাড়ীদা তোংলকপা নুপীশিংনা অঙাংগা লোয়ননা হাথু-হাথু কুমথরকখি। য়াম্না চোংবা গাড়ীগী খোঙচৎ ওইবনা মখোয়না জঙ্গলগী লম্বীদা পোত্থাবা পামখি। মখোয়না ঐখোয় লৈরবদি কনামত্তদা রানিনা লান্দাবা নৎত্রগা শোকহনবা তৌরোই হায়রপ থাজখি। মীওইশিং অদু মতমদুগী দিষ্ট্রিক্ট হেডক্বাটরস ওইবা চন্দ্রপুরগী লল্লোনবা অমদি ঠিকাদারশিংনি, জঙ্গলদা কোয়বা লাকপনি । মখোয়গী মরক্তুগী অমনা প্রকাশ মশামক্তা ডোক্তর প্রকাশ মনাক নকপদা থবক শুরিবরা হংখি। মহাক্না মশামক ডোক্তর প্রকাশনি, হেমলকসাদা

লাকপদগী মহাক্কী ফিজোল ইচম-চম্না অঙৌবা টি সার্ট অমদি খোঙগ্রাউ অতেনবা শেৎলি শন্দোক্লা হায়খি। অসিদা নত্তনা শাশিংনা অসিগুম্বা ফিজোলসি হেক শেগায়বা ঙমদে। মসি করিগুম্বা মখলগী কথোকপা অমা নত্তে। মীশিংনা ঐখোয়গী ফিজোলবু থোইনা মগুন লৈহনখ্রে। ঐখোয়গী ফি-শিং অসি তৌরিবা থবকসিগা চুনবগীদমক শীজিন্নবনি। কোয়রকপশিংগী মরক্তা য়াউরকপা নুপীশিংনা ডোক্তুরনা অতেনবা খোঙগ্রাউ অমদি টি সার্ট শেৎপা উবদা মুরুম-মুরুম শোনখি। ঠিকাদারশিংনা ঐখোয়বু থম্মোয় চাউই, মীয়ামগীদমক কথোকই অসিনচিংবা কয়া পন্দুনা ঙাংবা হৌরকখি। শা অমত্তনা ঐখোয়বু অথোইবনি নৎত্রগা অসুম্না লৌগদবনি খনখিবা থেংনদে। মখোয়গী লমচত্তি মতম পুম্বদা তৌশিন্নদে অমদি হোংদনা অদুম উই। রানিনা লোৎফমদগী চেম্থোক্তুনা মীওইশিং অসিগী থৌনা হলহনবা কয়াদা পামজখিবা? মখোয় পুম্নমক্না লম্নক্কী শাশিংগী মরমদা তাবা অদুতমক ৱারী শানৈ। মখোয়না ঐখোয়গী শা খর লৈ হায়বসি খঙলম্মী। ঐখোয়না চৎলগে হায়বদা কাঙবু অদুগী লুচিংবনা কদাইদা চত্তৌরিবনো হায়না হংখি। ঐখোয়না মঙোন্দা কোয়থোকপা চৎলিবনি হায়বদা মাগী জীপ্তা চৎসি হায়না হরাওনা হায়রকই। ঐখোয় করিদি তৌগনি? মঙোন্দা ঐখোযগা লাকমিন্নবা অনি অমসু য়াউরি হায়খি। মানা কোয়না য়েংবদা কনাসু উদবদুদা মখোয়সু কৌরো হায়রম্মী।

মখোয পুম্নমক জীপ্তা ফম্নদুনা ড্রাইভরনা গাড়ী থৌবা হৌই। মতমদুদা রানি থোরক্লোই খঙবা মরম্না ইঞ্জিন মুথৎনবা ঐখোয়না হায়খি। ইঞ্জিন ঙংলবা গাড়ীদা তোংবা কিবনি লৌরদুনা অঙাং ফাওবনা ঐখোয়দা নোক্লম্মী। করিনোমা লোৎলিবনিনা ঐনা পুক্লিংদতা শোঞ্জে। প্রকাশ অমদি ঐনা জীপকী মনিংদা কাখৎপা হৌই। ঐখোযবু মমাঙদা ফম্নবা হায়রকখি। ঐখোয়না রানি কৌবা মতমদা নেল্লীনা তুং ইল্লদুনা মহাক লাকখি। জীপ মনুংদগী মীওই অমনা 'শওম' 'শওম' হায়না লাউরক্লম্মী। খঙহৌদনা জীপ্তু থৌরম্মী। প্রকাশ অমদি ঐ জীপকী মনিংদা উবদা রানিনা হৌনা খোংদুনা তান্নরকখি। মতম অদুদা 'মখোয়

ঐখোযগী লোয়নবশিংদুনি, গাড়ী লেপ্পু ' হাযখি। জীপ্পা লেপত্রিঙৈদা ঐখোয ফর্লোং অমা চৎখি। রানিনা তুংদগী জীপ্তা ঐখোয়গী ফমফমদা কাখৎলকখি। জীপকী মনিংদা যাউরম্বা মীওইশিংনা মমাঙ কাখত্তুনা মমাঙথঙবা থোঙদগী করম্না চেহ্নোকখিবনো ঐনা হৌজিক ফাওবা ৱাখলনা লাম্বা ঙমদে। ঐখোয়দা ঙাইহাক্কী মমাঙদা নোকখিবা নুপীশিংদুনা মচা হুজ্জেক্তুনা জীপ থাদোকখি। ঐখোয় উবদা রানিনা অঙাং মচা অনিসু ফম্লিবা জীপ্তা ফম্লম্মী। রানি করিসু তৌদে খঙলবদা মখোযগী মরক্তগী থৌনা ফবা অমনা মাবু শোকখি। কিজরবা মমাশিংনা হৌজিক মচা নীংশিংলক্তুনা থাপ্লপ্পা য়েংদুনা লৈ। মখোয পুম্নমক মমৈদা জীপ্তা চংশীল্লকই। অদুবু মতম খর ৱাদি অমত্তা ঙাংনদে।

মতুংদা অসিগুম্বা ৱাঙাং তারকই :- ''ঐখোয়না নখোযগী শাশিংগী মরমদা তারবসু শওম ফাওবা থৌরীনা পুন্দে হাযবা খঙলুদে। মখোয়দি থাজনিংঙাই ওইদে। চেকশীল্লু, শেন্নজৌ, হাযরিবা শাশিং অসি থাজবা য়াবা নত্তে।''

ৱাহৈশিং অসি ঐখোয়না তাবা শুকপাম পামদে। ঐখোযনা জীপ্তগী কুমথৈ। রানিনা য়াম্না থুনা তুং ইল্লকখি। মাসু ৱাহৈশিংসি তারম্বা য়াই। চৎলগে হায়রম্লগা জীপ্তা য়াউরম্বা মীশিংদু খোঙলৈ থুনা হনখি। 'চেকশীল্লু' শাশিংসি থাজবা যাবা নত্তে' হায়রিবা ৱাহৈশিং অসিনা ঐগী নাকোংদা লেপ্পা লৈতনা ৱাহল্লি। 'শাশিংবু থাজবা য়াদে' হাযরিবা মমাশিং অসিদি মচা হুন্দোক্লম্লগা চেনখিবনি। ঈশিং চাউবদা অৱাবা তারবা যোং মমা অমগী ফজনা খঙনরবা ৱারী অমা লৈ। ঈশিংনা মঙক য়ৌরকপদা মশা হিংনবা অপীকপা মচাবু মনাক্তগী ইহ্নোকই। অসুম্না মদু ঐখোয়না মিনুংশি য়াউদবানি লৌই। অসিগুম্বসি ঐখোয়না মতৌ তম্লিবজাৎলা? ঐ ঙকই! চন্দ্রপুব য়ৌরবা মতুংদা মীশিং অদুনা জীপ্তা মখোযনা শওমগা তোংমিন্নৈ হাযবা পাউ তম্বা মমৈদা তাবা ফংখি।

নোংজুথাদা লম্বীগী নাকন্দা ঈশিং যাম্না তুংই। রানিনা ঈশিংদা শান্নবা পাম্মী। মাগী চাউবগী চাং হেঙ্গৎলে। পম্পতা মহাক ঈরুজবা

খুদোং চাদ্রে। নুমিদাংব্রাইরম কোয়থোকপদা মহাক্না ঈথোং মচা অমদি লৈখোমদা হেক-হেক নুংঙাইনা শান্নে। প্রকাশসু ঈশিংদা কুম্ননবা মানা হাযগনি। ঐখোযনা লম্বীগী নাকন্দা হেক হেক ফম্নম্মী। অকক্নবা মফমদা মহাক্না ঈশিংদা কুমথগনি। অরুবা ঈশিংদা কুমথৈ অমদি অথেনবা মপাদা ফমদুনা মী অমগুম ঈরুজগনি। মমাঙগী খুবাম্না মাগী মায, কোক অমদি থবাক চামথোক্কনি। ঐখোযনা নোক্লুরবা মচীন্দগী ঈশিং কামশীল্লক্কনি। ঐখোযনা চথোক্লবা খুমাঙ থাঙ্গত্তুনা হরাওনা চোংগনি। মানা চোৎনা চংশীল্লকপা ঐখোয পামদে। অদুবু থওইনা ঐখোয ফানবা চেনশীল্লক্কনি। মহাক ইরুজবা নুমিত্তা অসিগুম্না তৌবনা ঐখোয চোকথৈ। নোংজুথা লোইরবদা ঈথোং অমদি লৈখোম-লৈনাং কংবনা বানিবু ঐখোযনা ইরুজনবা তুরেলদা পুবা তাই। মহৌশানা নুমিৎ যুংবা মতমদা ঐখোযনা ঙা ফানবা মচাক পুদুনা চৎলি। ঐখোয ঙা চাদে অদুবু তুরেলদা মতম শাংনা লেন্নবা অমদি শাশিংনা জঙ্গলদা শান্নজবা যানবা ব্রাখলদগী অসুম্না তৌবনি। চাকচা মতুংদা প্রকাশ, রানি, নেল্লী অমদি ঐ তুরেলদা থোঙনা চৎকনি। ঐখোযনা চযোল অমদা অনি নৎত্রগা অহুম্লক অসুম্না পাঙথোকই। অহানবদদি তুরেল যৌবদা বানি চোকথৈ। মহাক্না লম্বীদা নীংঙাই তৌদুনা ফমথগনি, ঐখোযনা চৎখৎলবা ফাওবদা তুং ইল্লক্লোই। অমুকথক প্রকাশনা মাবু পমখত্তুনা পুখি। কিলো ১৫ লূম্বা মহাক পুদুনা চৎপসি নুংঙাইবা নত্তে, অসিদসু নত্তনা রানিনা লেঙদনা খক লৈতে। মহাক্না প্রকাশকী লেংজুম মপাদা হৌবা পাম্বীগী মশা থৎকনি নৎত্রগা মমাযরোমদা ওনশীল্লগা মমাযদা কামশিন্দুনা জাৎ-জাৎ তৌগনি। প্রকাশনা মাবু খজিক্কুং চৎলগা লৈবাক্তা থম্মী। মদুদা মহাক্না খজিক্কুং চৎলি অমদি অমুক লৌখৎপিনবা হায। মহাক ফীভম হোংদে, ঐখোযনা শাউবদুনা ওইনিংবা ওইজবসনু খন্দুনা নুমিত্তুমা অমুক হন্না মাবু পম্লমদে। পূং অমা হৌখ্রে অদুবু বানিদি তুরেল যৌরক্তে। ঐখোয খোযরাংলদুনা যাম্না থুনা অমুক হনখি। ঐখোযনা হুন্দোক্লম্বা মফমদা রানি লৈরমদে। মাগী চৎখিনবা মফম ফংলবজাৎলা? ঐখোযনা প্রোজেক্ট মফম

য়ৌদ্রিঙৈদা মানা য়ুম য়ৌরগা ইরাং তৌরবজাংলা? ৱাখল মওল মওল্লি। ঙাইহাক্কী মমাঙদা রানিদা শাউদুনা ঐনা চৎখৎখি। হৌজিক্তি ইতোমতা শাউজদুনা হল্লকখি। ঐঙোন্দা করি ফাওফম থোকই? ঐ খঙদে, ঐনা নেল্লীদা রানি কদাইদনো হংখি, নেল্লী জর্মনগী য়াওশেনবনি। মহাক্না খুদক্তা জঙ্গলদা চংখি। ঐখোয়না মাগীদমক্তদি করিসু খোয়রাংদে। হূইনা কৈদৌঙৈদা মখোয়গী লম্বী কাউদে। ঐনা থুনা য়ুম্লোমদা হল্লি। খুদক্তা নেল্লীনা খোংবা তাই। ঐ লেপখি। নেল্লী মাগী মরুপ রানিনা মতুং ইন্দুনা থোরকই। নেল্লীনা মঙোন্দা হায়জরুরে। ঐ লম্বীদা হরাওবনা ফমথৈ, রানিনা ঐঙোন্দা শাউরদুনা চংশীল্লকখি। মা থেম্বদা মতম খর চংখি। অনিরক মানা ঐঙোন্দা চোংশীল্লকখি। মাগী অশাউবা ফোংদোকপা খুদিং ঐগীদি নুংশিবগী মমনি। মাবু হন্দোকপসি ঐ খক্তরা? নত্তে, অদুবু প্রকাশতি মতম পুম্বদা ঙাকপি। অদুবু নুমিৎসিদা প্রকাশসু মাগী অশোযবগী চৈরাক পীরমগদৌই হায়বসি ঐখোযনা কোন্না খঙখি। ঐখোয়না অসুম তৌবদা হরাওরুবনা মাবু মাঙহল্লে অমদি নুমিত্তুদা মদুনা ঐখোযগী অনিরকশুবা অশোয়বনি। য়ুমদা লাকপদা রানিনা পমখৎপিনবা হায়। প্রকাশনা ঙাইহাক্কী ওইনা মাবু নঙ্গন্দা থাঙ্গৎলি। য়ুম য়ৌগদবা কিলোমিটর অনি ৱাৎলি। মা পুদুনা লমশাংদু চৎপা হায়বসি ওইথোক্তে। মানা হন্নিংদবগী তাৎ তৌরম্মী। প্রকাশনা মাগা লোযননা মফমদুদা ফমখি। ঐনা প্রোজেক্ট মফমদা হল্লকখি অদুগা থৌরী অমদি ষনগাড়ীগা লোয়ননা মীওই খরগা মফমদুদা অমুক লাকখি। ঐনা থাদোক্লম্বা মফমদা প্রকাশ অমদি রানি অদুম লৈরম্মী। ইঞ্চি অমা ফাওবা লেঙলমদে। মীয়াম অমদি ষনগাড়ী উবদা শাউদুনা মানা হৌনা থোংই, মানা খৎনবা হৌবদা মীওইশিং অমদি ষনশিংদু কিবা পোকখি। ঐনা থৌরী অমা পুরকখি অদুবু মমাঙদদি মাবু অমুক্তা পুনখিদ্রি। মরম খঙলদুনা মাগী খুবাম্না থৌরীদু মতৎ- মতৎ থদৎলি, ঐখোয় তৌফম খঙলমদে, করিমত্তা তৌবা ঙমদনা মমশীল্লক্লম্মী। ঐনা মীওই পুম্নমক হনখিনবা হায়। রানি অমদি প্রকাশনা লৈরিবসি জঙ্গলগী অরাপ্পা মনুংদনি। পুন্সিদা অহানবা ওইনা মহারানীগীদমক ঐ ষনগাড়ী থৌখি

(রানি হায়বদি মহারানী)। ঐনা গাড়ীদা ফল্লগা মওং অমদা ষনগাড়ী থৌখি। প্রকাশনা রানিবু গাড়ীদা কারক্লবা মোইথেম তৌখি। ঐনা হায়বদা মফমদুদা লৈবা নেল্লীদি গাড়ীদা চোংখৎলকখি। প্রকাশনা গাড়ী মতুংদা মাবু ইন্নে। ঐনা গাড়ী থৌবা হৌই, তশেংবদি ষন্না চিংজবা ওইবসু য়াই। শাউনা মোল্লি মোল্লি ইন্নদুনা রানিনা ষনগাড়ীদা কাখৎলকই। মতমসিদা ষন্না মহাক গাড়ীদা কারক্লে হায়বা খঙলম্মী। মকোক্না প্রকাশকী খুকউদা ঙারদুনা হীপথদুনা মখুৎ চুপ্পী। মল্লবা মতুংদা ঐখোয় য়ুম য়ৌখি।

মসিগী মতুংদা রানিনা নিঙাই তৌরক্লবা ঐখোয় য়ুমদা হল্লি নৎত্রগা নেল্লীনা মাবু ঙাইবগী মহুত্তা জঙ্গলদগী থাঙ্গত্তুনা পুথোরকই। ঐখোয়না থুনা য়াংনা চৎলি। রানিনা তন্না তন্না অমদি শাউনা খোংদুনা ইন্নরকই। মাগী তাৎ কান্নদ্রে খঙলকপা মতুংদা মানা ঐখোয়গা ফজনা চৎমিন্নে।

ইং ১৯৭৮ গী অরোইবা শরুক্তা ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী রানিগা তুরেলদা চৎখি। নুমিৎয়ুংবা মতুংদা লম্বীদগী মনুং চংশীনবা জঙ্গলদা চৎলি। ঙল্লিবমথৈ ঐখোয়না ইন্দ্রাবতীগী ঈতিনফম লাম্বোক্লগা জঙ্গলদা চংশীল্লি। জঙ্গলদু য়াম্না শূকই অমদি লম্বী লৈতে। লম্বীদা ঈচেল লাম্বোকপদা রানিবু কনাগুম্বনা মতেঙ পীবা তঙাইফরমদে। ঈশিংদা মহাক লোয়নদুনা চৎপসি কিনিঙাই ওই। মাবু লোয়নরিবা মীদু খুমাঙনা পায়গনি অমদি ইন্নুরগা শান্নগনি। মসি ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না লৌশিং অমা খঙখি। ঐখোয়গী মরক্তগী অমনা তুরেল য়ৌবদা নাকন্দা চৎকনি। অদুগা রানিনা মাবু ইন্নহনগনি। অতোপ্পা মী অমনা তুরেলগী ময়ায়দা কুল্লগা রানিবু ঈশিং চাইশীন্দুনা কৌগনি। মানা মীওইদু ফানবা ঈশিংদা চেনশীনগনি। মতুংদা মীদুনা ইরায়-লায়না তোবর্বান লাম্বোক্কনি। রানিনসু মতুং ইন্দুনা ঈশিং লানগনি। অতোপ্পা তোবর্বানগী অকক্লবা মফম য়ৌরবদা ঐখোয়না ঙাগী লাং ঈশিংদা থাদগনি অমদি ফমদুনা ৱারী শান্নগনি। রানিনা জঙ্গলদা উহৈ নৎত্রগা ককচেং অঙৌবা থিবা চৎলি। মরক মরক্তা মহাক্না ঐখোয় মফম হোংদ্রিবরা য়েংবা লাক্কনি

অমদি অমুক চৎখিগনি। ৱারবা মতমদা মহাক মনাক্তা হৌবা উ পাম্বীগী মরুমদা পোত্থাগনি। নেল্লীসু মনাক অদুৱাইদা লৈগনি। মখোল অমা হেক তাবদা রানিনা হৌগৎকনি, ঐ অমদি প্রকাশকী নাক্তা ফম্লগনি অমদি মরম লৈতনা খোংগনি। অমুক্তি ঐখোযনা অসিগুম্না ফম্লিঙৈদা রানিনা লাক্লগা প্রকাশকী খুকউদা ফমখি। মঙোন্দা চেনশীল্লকপদা মহাক নুংশা থবেৎ-থবেৎ হোনখি। প্রকাশনা ইন্থোকপদা মানা ঐগী তম্পাক্তা তেংথাদুনা ফমখি। মসি খম্বনিংঙাই ওই। মহাক তশেংনা করিগুম্বা খরদা কিবম্মী, নেল্লীসু মনা যুংখৎলি। মতমদুদা ঐখোযনা উশা- ৱাশা লেঙবা অমদি যোংশিংনা লাঙবগী মখোল তাখি। বোনিট য়োং শঙ্গু অমনা রানিগী মতুং ইল্লকখি। অচৌ- মচা যাউনা চাউরাক্লা মশিং ২৫ বোম শুই। জঙ্গলদা যোংনা মরম লৈতনা শওমগুম্বা শারু কৈদৌঙৈদা লক্লদে। ববলী লোযনখিবা মবম্না যোংশিংদুনা মথক্তুম লৌবক্তবগী রানিনা শাউবম্বা যাই। শওম্না 'কিদুনা চেনবদ' মখোযনা হেন্না তানশীল্লকখি। প্রকাশ, ঐ অমদি নেল্লী রানিগা লৈ খঙহন্দগী যোং শঙ্গুদু চংশীল্লকখিদে। মখোযগী লুচিংবনা অরাপ্পদগী ফীভম য়েংবা হৌখি। মানা মতম খব মযা উত্তুনা কিহন্নবা হোৎনৈ। অতৈনা মতৌ তমখি। মরম খঙলবদা ঐনা নেল্লীদা চংশীল্লু হাযখি। মহাক ইঙ্গিত্তু ঙাইরম্বনি, অদুদগীদি হৌনা খোংখি। যোং শঙ্গুগী লুচিংবনা হৌজিক তোঙানবা খোঙ্জেলদা অতৈদু কৌখি। শঙ্গুদু লোযনমক জঙ্গলদা মমীৎ-মনা ফাক্তোক্তুনা মযা খিগত্তুনা হনখি। রানি ফমদুনা লৈ, নেল্লীসু ফমথৈ। রানিবু নানবিরদুনা ঐনা অমুক ঙাগী লাং নেমথহল্লুই অমদি ঐখোযগী ৱারী মখা চথৈ। নেল্লী যাউবমদ্রবদি করি থোক্লমগবা? যোংনা ঐখোযদসু লান্দানবা হোৎনবম্লোইদ্রা? রানিনা খোংবদা ঐখোয যেংথোকখি। নেল্লীসু উথক্তা যেংলম্মী। মুন্না যেংলুবদা ঐখোযনা যোং অমা উথক্তা ফমদুনা লৈবা উই। ঐনা প্রকাশতা ইঙ্গিৎ তৌবদুনা মদুদা যেংই। মসি অচৌবা যোং নত্তে অমদি শঙ্গুদগী মতোমতা চৎখিবা লুচিংবা অদুসু মান্দে। মসিবু ঐখোয শঙনবা থম্লম্বা জাৎলা? যোংদুনা উদগী তপ্পা কুমথবা হৌখি। ঐখোযনা

থওইনা উশিন্নদবা শাই। মসিনা ঐখোয়দগী হায়রপ লাপ্পা লৈমায় মখাদা য়ৌরকখি। নেল্লীনা মঙোন্দা চেনশীনবদা থুনা অমুক উথক্তা কাখৎখি। ঐনা নেল্লীদা তৌগনু হায়খি। মহাক লানখ্রে মতাগুম হল্লকই। মীকুপ অদুদা প্রকাশ অমদি ঐনা ''মসি ঐখোয়গী নাগুনি'' হায়না লাউখি। মঙক্তা কিখিবা ফিজেত্তু লেঙদ্রি, মতমদু নাগুনা ঐখোয়দগী চেনখীবা য়ামদ্রবদা থা ১০ গী মতুংনি। মহাক য়োং রাজুনা ওৎপদা চেনখিবনি। ঐখোয়না মমিং পন্দুনা কৌখি। মা ঐখোয়বু হান্না নীংশিংবা ঙমখ্রে। নেল্লীনা মাবু মিংদা নীংশিংবা ঙমখি। মানা লৈরিবা মফমদগী মমৈ হাইবা হৌখি। নাগুনা জঙ্গলদা হিংবা উবদা ঐখোয় কা হেন্না হরাওজখি। মাগী কাঙবুনা লৌশিনবিগনি খ'দুনা মখোয়গী মতুংদা মহাক ইন্নখি। মঙক্তা ফিজেৎ য়াউবনা মহাক শঙ্গুদুনা চংহন্দবা ওইরম্ব্রসু য়াই। মসিদা নত্তনা মহাক লাবনি নৎত্রগা মহাকসি ঐখোয়গা লোয়নরুবগী লমচৎ খর উবদা ময়ামগী মরক্তগী তান্থোকপিরবা জাৎলা? হৌখিবা চহীদগী ঐখোয়না শাশিংগী ঙক্তা ফিজেৎ কিবগী হৈনবী থাদোকখ্রে। অদুবু মাদি করি ওইগদবা? মানা ঐখোয়গী নাক্তা চংলক্লবসু মাবু হন্না পুবগী ৱাফম লৈতে অদুবু ঐখোয়না ফিজেত্তু ফাওবদি লৌথোকপিবা য়াবনি। মীওইবগা লোয়নরুরে হায়বগী মওং উৎলিবা খুদম অসি শঙ্গুদুনা মাবু য়াবিরবদি মখোয়নসু শেগায়খিবা য়াবনি। ঐখোয়না অসুম্না তৌগনি অমদি তৌরসনু হায়না খনখি। মানা নেল্লী অমদি রানিবু শক খঙবা ঙমখি। মহাক্না উথক্তগী কুমথরগা করিসু নীংঙাইদনা ফুট ২০০ মুক লাপ্না ফম্মী। মনঙ্গন্না হীপথদুনা মনিংগী খোঙ লোন্নদুনা মথবাক্তা থম্মী অমদি শুমহৎনা ৱারী শারকখি। ঐনা মঙোন্দা 'নাগু' 'নাগু' কৌখি। মখুৎনা মাগী হকচাং কয়াৎ পায়দুনা মদু উৎলকখি। মহাক শুকসোই শোয়দনা ঐখোয়গী নাগুনি। অসুম্না তৌবসি মাগী হান্নগী হৈনবীনি। ঐখোয়না চৎনবা হৌগৎপদা মানা উথক্তা অমুক কাখৎলি, উ অমদগী উ অমদা চোং - চোংদুনা ঐখোয়বু থাদোক্তে। মমৈদা তুরেল মনাক্তা হৌবা উ অমদগী মানা কায়ননবা ফোংদোকখি। মাগী মীৎযেংনা উরিবা মতমদ্

ফাওবা ঐখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌই।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়না নাগুগী মঙক্তুগী ফিজেৎ শোয়দনা লৌখোক্লগা থাদোক্কে খন্দুনা তুরেলদা মানা পামজবা গেহ্গী তল 'পোলি' পুদুনা চৎলি। ফনা কুইনা কনামত্তা থোরক্কে। চাউরাক্লা নুংথিলগী পূং ৩ তাবদা ঐখোয়না য়োং অমগী খোঞ্জেল তাখি। নুমিত্তুদি ঐখোয়না রানি পুদে, নেল্লীখক পুই মরমদি নাগু ফাবদা মহাক কান্নবা য়াইখনবা মরম্না। য়োংশিংনা উশা থুদেক্কুনা লাঙলম্মী। ঙাইহাক্কী তুংদা লাঙবগী মখোন্দু তপথখি। য়োং শঙ্গুদু ঙসিদি শোমদা লাক্কদবা মাল্লমদে। রানি পুরক্লম্বনা হেন্না ফগদবনি খনখি। য়োংশিংনা তুরেল্লোমদা লাকপগী মহুত্তা জঙ্গল মনুংদা চংশীনখি। করি তৌগনি খঙদদুনা ঐখোয় ফমথে। মিনিট মঙামুক্কী মনুংদা উ অমগী মতোন্দগী য়োংগী খৌনাওদগী থোকপা খোঞ্জেল অমা তাখি। নাগুনা ঐখোযদা মফমদুদগী কয়াম কুইনা য়েংখিবনো তাইবং মপুতনা খঙগনি। করম হায়না নেল্লী ফাওবা খঙহন্দ্রিবনো? মহাকসু ঙসিদি মীৎ-না শিংলিবনি। মহাক চপ মান্নবা ইথক ইহুন্দা লৈরবরা? নাগুনা ঐখোয়গী মীৎযেং চিংশীনখি। ঐখোয়না মমিং কৌবদা উথক্তুগী কুমথরক্লবসু লাপ্না ব্লারী শাই। প্রকাশনা পোলি মচেৎ অমা মঙোন্দা লংশীনখি, নাগুনা মদু খঙবা ঙমখি। ঙাইহাক মানা তলদু চিংননা য়েংখি। মতুংদা মনিংগী খোঙ তিংখোক্কুনা তলদা তপ্না শোকখি অমদি থুনমক অমুক খোঙফম হঞ্জিনখি। মতুংদা অমুক হন্না মখোঙ চিংশীনবা তৌদনা শোকখি। য়োংনা অসুম হায়না অনৌবা পোৎ খুদিংমক করিনো য়েংথোকই।

পোৎ অদুনা মখোয়বু লাংদা থুহল্লোই তশেংনা খঙলবা মতুংদা মদু লৌই। মতুংদা নাগুনা তল মচেত্তু লৌখৎলি অমদি মনম নম্মী। হৌজিক মানা অঙাং ওইরিঙৈগী চীঞ্জাক নীংশিংলে। হরাওনা মানা তলদু মচেৎ মচেৎ শেগায়রম্মী। অচৌবা মপাক অমা ফমজীল্লগা মহাক্না লেমহৌবা খরদু করাম্না চাবা হৌখি। মাগী ঙকশমদু হৌজিক্তি কন্না লাকশীল্লে। ঐনা মমিং কৌদুনা হৌগৎখি। মানা মতুংদা লোৎলম্বা তলদু খুঙ্গৎলগা থুনা চেঙ্গোকখি অমদি উথক্তা কাখৎখি। প্রকাশনা

অমুক হন্না তল পীখি। নেল্লীনসু হান্নবা মমাঙদা তৌবগুম মাবু ফানবা হোৎনখি। মতুংদা ঐখোয় মাগী ব্রাখল থাদোক্লে। ঐখোয়না হন্দ্রিবা ফাওবা নাগুনা ইনাক নক্লা লৈখি। থংনবা নুমিৎ মরিদসু নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়না মফমদুদা চৎখি অদুবু য়োং শঙ্গুদুদি জঙ্গলগী মফম অদু থাদোকখিরম্মী। নাগুনা মাবু হৌখিবা থা ৮ দা য়াবিনবা হায়জগদবা অসিগুম্বা যোংগী কাঙলুপ কযা লৈবনো তাইবং মপুতনা খঙবা ঙমগনি। চহী অনিগী মতুং ওগষ্ট, ইং ১৯৮০ দা ঐখোয়না মাবু অমুক হন্না উখি। তুরেলদা য়োং শঙ্গু অমা থেংনখি অদুবু য়োং অমদি মরম লৈনা ময়ামগা পুন্দে। হাইথবা উ অমদগী মকোক নোহ্নদুনা মানা ঐখোয়দা য়েঙঙী। মঙোন্দা 'নাগু' কৌবদা খজিক্তং তারম্লগা শঙ্গু মরক্তা মহাক হনখি। মঙক্তা কীবা ফিজেৎ নাহোকখ্রে, অমনা অমবু শক নীংশিংবা ঙম্বদা ঐখোয় হরাওজখি।

ইং ১৯৭৭ কী অরোইবদা ঐখোযনা মচী মরি পানবা শজি লাবা অমা ফংখি। ঐখোযনা মাবু 'জোন' কৌখি। মমৈদা পেন্টীগী মপাঙ অমা ফংজরে। হাযরিবা চহীসিদা ঐখোযনা অরাংবা তাংলৈ অমসু ফংখি। মমাঙদা ঊচিনা লিন অমা চাথোকখিবনি। হন্দক্তি ঐখোযনা খর হেন্না চাউখৎপা মকোন শাবে। মমৈদা ঐখোযনা হূ চেনবা লিন কযামরুম থেংনখি। ঐখোযনা মহূ চেনবা লিন্তমক ফায় অমদি শারংদা থম্মী। কালেনগী মতমদা ঐখোযগী মফমসি সেলসিযস ডিগ্রি ৪২.৫ ফাওবা যৌই। নোংমগী নুংথিলদা লিন মরি মথং মথং শিরম্মী। মথংগী নুমিত্তা ঐখোযনা বোড়া ময়াম শারংদা যানখৎলগা ঈশিং চাইশীন্দুনা লিনগীদমক ঈংননবা শীনখি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা লিন অনি অমসু শিবা থেংনখি। মরম অসিদগী ঐখোযনা শারংগী লৈমাযদু লৈবাক মরোন অমা চাইথায়দুনা ঈংহল্লম্মী। মসিগী মতুংদগীদি করিসু তৌদ্রে। ঐখোয়না হৌজিক শারংবু ঈংহল্লগা থম্নবা তেঙ্কী অমা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা শারে।

ইং ১৯৭৮ দা পেন্টীনা শারংদা মচা অমা পোকখি। অহৌবা নুমিত্তগী ঐ অমসুং প্রকাশনা মচা পাযবা অদুম যাই। অতৈবুদি অসুম্না

তৌবা খক য়াখিদে। মচী পান্দবা অমদি য়ুমদা য়োক্লবসু মচাগীদমক্তা শজি অমোম্না কয়াম শাথিবগে হায়বদু ঐখোয়না খঙবা ঙম্মী। অদুম ওইনমক ইন্দিয়ন গেজেল অমোমদি মচী পাল্লি।

ইং ১৯৭৫ দা প্রোজেক্ট হৌখিবনি। ঐখোয়গী মী মশিং য়ামখিদে। চীংমীশিংনা লায়েংনবগীদমক হেক হেক লাকখি। মমৈদা ঐখোয়গী সংস্থান 'লোক বিরাদরি প্রোজেক্ট' ফজনা খঙনরকখি। 'আশ্রম স্কুল' (ভারতকী অরিবা স্কুল) অমা চীংমীশিংগীদমক লিংখৎখি। ইং ১৯৭৮ দা মীয়ামগীদমক্তা থবক তৌবা মী অমদি মহৈরোইশিংগী মশিং ফজনা হেঙ্গৎখি। চীংমীশিংনা ঐখোয়বু মপুং ফানা থাজবা মরম্না মখোয়না কোয়রকপগী চাং হেঙ্গৎখি, মমৈদা শাশিংবু তপ্পা তপ্পা শারংদা থম্বা তাখি। রানি অমদি শজি খর ইং ১৯৭৯ ফাওবদি পুমথা থাদোকই। মতমসিদা ঐখোয়দা কোয়রকপা সরকারগী থবক তৌবা মীওইশিংগী মশিং হেঙ্গৎলকখি। মতমসিদা রানি ফজনা চাউরে। ইং ১৯৭৯ দা ঐখোয়না শওম মচা (অমোম) অমা ফংখি। মহাক রানিগী তুংগী অশেংবা মপাঙনি। হৌজিক্কীদি মহাক্না শান্নমীন্ননবা মরুপ অমখক ফংবনি। মহাক্না মচন্নুপী অসিবু চেকশীন্না য়েংলম্মী। চহী অসিমক্তদা তারগাওগী পাটিল (খুল্লাকপা) না অরাংবা শজি লাবা অমা (ঐখোয়দদি অহানবা ওইনা ফংখিবা) পীরকখি। লমদম অসিদা অরাংবা শজি য়াম্না লৈ। ঐখোয়না জঙ্গল ফাওবদা মখোয়বু কয়ারক হন্না উখ্রে। চহীসিদা অতোপ্পা অরাংবা শজি অমসু ফংখি। লাবদু মমৈদা নীলগায়গা খৎনবদা শিখি। অরাংবা শজিনা চহী খুদিংগী মচা অমমম পোকপনা হৌজিক মসিগী মশিং মাপল শুরে।

ইং ১৯৭৮ গী অরোইবদা ঐখোয়গী অহানবা মোইরাং শাথিবী লাহিরি খুঙ্গংদগী ফংখি। মসি লাবনি। মাড়ীয়াশিংনা মসিবু জর্পুত্র (উদা লৈবা হূই) হায়না খঙনৈ। মসিনা উদা লৈ অমদি উহৈ, য়েরুম, অপীকপা শাশিংনচিংবা চাদুনা হিংই। খরনা মসিবু 'মস্ন্যাউদ' কৌই। হৌদোং অসি লাহিরিদা শারংদা থম্বনা ঐখোয়নসু মাবু শারংদা থম্বা তাখি। কোয়রকপা মীওইদা মসি মস্ন্যাউদনি হায়বদা মখোয়না য়াম্না

থুনা অঙাং পুথোক্তুনা শারংদগী হন্দোকখি। লম্লক্কী শাশিংগী মরমদা লান্না থাজনবা কয়া অমা লৈ। মন্ত্র্যাউদকী মরমদা মসিনা অঙাংগী থোপ চায়, মী অশিবা লৈনুংদগী কোথোক্তুনা চায় হাযবনচিংবা কয়া হায়নৈ। ঐখোয়না মোইরাং শাখিবী অসি মন্ত্র্যাউদকা অমত্তরা হায়বসি চপ চানা হায়বা ঙমদে। ইং ১৯৮৫ দা প্রোজেক্টকী মফম অমদা ফুমখিবা অশিবা অমা কোথোক্লগা চারম্বা থেংনখি। মনাক্তা তারম্বা থোঙ্গুলনা শা অদু মোইরাং শাখিবীদগী হেন্না চাউই হাযবা তশেংনা তাকই। কোথোক্লম্বা লৈবাক্কী মওংদু শওম নৎত্রগা লমওক্লা তৌবগা মান্নে। মনাক্তা তারম্বা মথীদা 'তেম্ভার' মরূ য়াম্না য়াউবা থেংনৈ। অশাবা কালেনগী শাগৎলকপদা 'তেম্ভার' হায়বসি লমওক নৎত্রগা শওমগী থানবা য়াদ্রবা চীঞ্জাক্লি। অমুক্কসু তেম্ভার মরূসি কালেঙ্খাদা ঐখোয়না কৈশাল অমদি লম্লক্কী হূইগী মথীদসু থেংনৈ। মরম অসিনা করিননো তঙ তানা লেপ্পা ঙমদে।

হায়রিবা চহী অসিমক্তদা ভেংদুর খুলদগী ঐখোযনা হাইঈনা মচা অমা ফংখি, মদু লাবনি। ঐখোয়না মাবু 'বোতি' কৌরম্মী। মসি ঐখোযগা হৌজিক ফাওবা লৈরি। মসিগী মচীন হায়রপ চাউই অমদি কন্না তাশিল্লি, মসিনা ইরায়-লাযনা শাগী খোঙগী শরূ থুদেকপা ঙম্মী। হাইঈনানা শাতমক চায। মাবু জঙ্গল শেংদোকপা হাযনা খঙনৈ। মশানা শা হাৎপগী মহুত্তা অশিবা শাগী লেমহৌবা শরুক অমদি কৈ কবোকৈনচিংবনা চাথোকখ্রবা অরেম্বা শরুক চায অমদি অসুম্না জঙ্গল শেংদোকই। ঐখোযগী বোতিদি হৌবদগী চাক অমদি শঙ্গোম্না যোকই। মমৈদা চহী অহুমদি কবোকৈদা পীজখিবা শাগী অরেম্বা (খোঙপাক্কী শরুক) চাবা ফংদুনা মহাক মবাইবক ফবা ওইখি। হাইঈনানা অঙাং ফায় হাযনৈ। ঐখোযগী অকোযবদা হাইঈনা যাম্না লৈ অদুবু মসিনা অঙাং অমত্তা ফাবগী ৱারী তাদে। হাইঈনা যাম্না পঙবা শানি। শা অতৈনা জঙ্গলদা মী উববা নৎত্রগা গাডীগী মখোল তাবদা চেল্লি অদুবু হাইঈনাদি লেপ্তুনা লৈথোকই। মাগী অতপ্পা খোঙথাংদা চৎলি। মানা অঙাং ফাবা ঙম্বগী থাক্তা হৈথোই শিংথোইদে অমদি কা হেন্না তল্লি।

মাগী তুংগী খোঙনা মাঙগী খোঙদগী হেন্না তেল্লি। মরম অসিনা মানা নীংথিনা চৎপা ঙমদে। মাগী মনম পোল্লি অমাদি কৈগুম্না লাংই। মফমসিদা ময়াম্না মাবু কৈ নম্বোনবা হায়না কৌই। হায়রিবা মমিং অসি তমথি হায়বগী লান্না থাজবনি। ঐখোয়না বোতিবু চহী অমদি শারংদা থমদে। অহৌবদা ঐখোয়না মাবু কোয়থোকপা পুনবা ফাওবা হোৎনখি অদুবু অদুক্কী মতিক তপ্না চৎপা মরম্না ঐখোয়দা তন্থহনখি। মহাক্না লম্বী খঙবা ঙম্বগী মওং উদে। মহাক্না চুম্না ফুট ১০ চৎপা ঙমদে। নুমিৎ নিনিদি ঐখোয়না মাবু পুনখি। মানা ঐখোয়বু হেন্না হেন্না ৱাহল্লি অমদি য়াম্না তমথিরবা খোঞ্জেলদা হেক হেক খোংঙি। মহাক্না খোংবসি কনাগুম্বনা মতম অমত্তদা নোকপগা কপ্পগা য়ানশীন্নবা মাল্লি। অদুম ওইনমক মানা ঐখোয় অনিগা মরুপ ওইখি। হৌজিক ফাওবা মাগী মপাঙ লৈত্রি।

ইং ১৯৭৮ গী কালেন্দা ঐগী ইচানুপী মোক্সাড়া চহী অমা শুরে। নোংমা ঐনা মাগী মমাঙদা মিংশেল অমা থমখি।চিংননা মসিদা মহাক্না যেংবা হৌখি। ঐনা মহাক পমখত্তুনা মাগা লোয়নননা মিংশেল যেংখি। ঐখোয় অনিগী মমি উবদা মহাক নোকখি। মতুংদা ঐনা মমিদা মোক্সা হায়না খুৎ থিনখি। মাগী মশক কমদৌবগে হায়না অহানবা উবদা মহাক হরাওখি। নুপীনিদনা? মতুংদা মানা নুমিৎ খুদিংগী মিংশেল পামখি। জঙ্গলদা শাশিংনা ঈশিংদা মাম উরমগনি হায়না ঐনা খনখি। মখোয় কবি খল্লমগবা? অঙাংগী ৱারীদা য়াউবগুম কৈনা গুহাদা চোংথবজাৎলা? শাদা মিংশেল যেংহনবদা মখোয় করি তৌগনি? ঐনা যুমদগী মিংশেল পায়দুনা শাগী মনাক্তা চৎলবদি ঐগী নুপীনা শাগা লোযননা ঐবু শারংদা থম্লিংবসু যাই। ঐনা শাশিংদগী থবক্না ৱাহৈদগী হেন্না মক ওই হায়বসি খঙখ্রে। ঐনা ভামরাগডদা চত্তুনা লুপা ৫/- পীবা মিংশেল মচা অমা লৈরুই। যুমদা ঐ ৱাখল খন্না খন্না হল্লকখি। নুমিত্তুদা ঐগী ইনমপোনবগী অনৌবা ৱাফম খর যোংনা হায়বক্কদবা মানখি। মদু অচুম্বা ওইনা থোকখি।

অহানবদা ঐনা মিংশেল পুদুনা রানিগী নাক্তা চৎখি। ঐ উবদা

নুংঙাইনা খোংদুনা ইনাক্তা চংশীল্লকখি। ঐনা মিংশেলদু মমাঙদা থমখি। মিংশেলদা মমীৎ ইতাই তাইনা মমি তাবা উবদা খুদক্তা মানা খৌনাওদা ঙংই অমদি মতুংগী খোঙনা লেপখৎলি। মসি অদুক্কী মতিক থুনা তৌখি মদুদি ঐ মীকুপ অমা ৱাখল মাঙখি। অদুম ওইনমক মিংশেলনা লেঙদবা মবম্না মানা মখোঙ মবিনা লেপখি অমদি ইনাক্তা চংশীল্লকই। মানা ঐগী খুত্তা লৈবা মিংশেলদা মনম নম্মী। মদু চানবা পোৎ নত্তে খঙলবদা মানা ঐঙোন্দা শান্নবা হৌই। মতুংদা ঐনা হাইঈনা বোতিগীদা চংখি। ঐনা ফনা হোৎনদুনসু মহাক মিংশেল যেংউ হাযবা যাদে। যেংবা তাবন্লবসু কমদৌবগে খঙবা ঙম্লোই। মানা কবিমত্তা থৌশাদনা শান্নদুনা লৈ। মতুংদা ঐনা পেন্টীদা অমুক ওনশীনখি। মানা ইনাক্তা হেক চংলকপদা মিংশেলদু মমাঙদা থমখি। খুদক্তা মানা মদুদা যেংখি অমদি কবিনো মনা যুংখত্তুনা লাপ্না চেম্লোকখি অমদি ঐনা কযাবক কৌবদা তাবমদে। মসিগী মতুংদা চযোল অমা চুপ্না মানা ঐঙোন্দা চিংননা যেংলম্মী।

মসিগী মতুংদা ঐনা যোংগীদা অমুক চৎলি। ঐগী খুত্তা কবিগুম্বা খব যাউই হাযবসি বাজুনা হান্ননা খঙলম্মী অমদি হাযবিবা মতম অসিদা মানা অৱাংবা উপু অমগী মথক্তগী ঐনা চৎলিবা মাযকৈ খুদিংদা যেংই। মানা ঐবু অবাপ্পদগী কৌবকই। ঐনা মনাক্তা চংশীল্লগা খোঙলৈ থুনা মিংশেলদু মমাঙদা থম্লম্মী। মীকুপ্তুদা মাগী ফীভম হোংখি। মঙক্কী মতু যুংখত্তুনা অমদি মযা উত্তুনা মিংশেলদা যেংখি। মিংশেলদা উবা যোংনসু মযা খিগৎলকপা উবদা মহাক তশেংনা কিবম্মী অমদি মাগী অকিবা লোৎনবা মনাক্তা লৈবা ববলীগী নাক্তা খোংদুনা চেনশীনখি। যাম্না থুনমক চংজবদুনা ববলীনা মনিং মঙোন্দা ওনশীন্দুনা মখোঙ ৪ না লেপ্পী। মহাক্না ববলীদা কানবা হোৎনৈ। মানা অসুম্না তৌবিঙৈদা ঐনা মমাঙদা মিংশেল খাল্লি। হৌজিক মহাক্না মখোয অনিমক্কী মমি মিংশেলদা উবে। কনাগুম্বনা মকাদা হেক্সিল্লকপগী মহাক্না শাউনা মযা চীক্তুনা মিংশেলদা চংশীনখি। মিংশেলদা মযা চীকপা উবদা মহাক মিপাইদুনা কপ্লম্মী অমদি লাপ্না চখোল্লগা ফমখি। ঐহাক

ময়ামসি উবদা নোকখি অদুবু ঐনা ৱাখল খনবা হৌখি। মিংশেলনা মঙোন্দা করিমত্তা ফাওহনবা লৈতে। ঐনা মিংশেলদু ঙাক্লৌ অমগী মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থন্নগা খজিক্তং চথোক্তুনা লেপ্পী। ফনা কুইনা রাজুনা খোংই অমদি মিংশেল য়েংদনবা হোৎনৈ।

মিংশেলদা ময়া উত্তুনা মানা তপ্না য়েংই অদুবু য়াম্নদি মিপাইদ্রে। মনাক্তা লৈবা ববলীদি করি থোকখিবগে তশেংনা খঙদে। মাদি মিংশেল য়েংদ্রি। মানা মিংশেল মনাক্তা চংশীনখি। রাজু শাউরম্মী। ববলীগী মনাক্তা চংদুনা মঙোন্দা চীক্লম্মী। তৌফম খঙদ্রদুনা মহাক মমায় লৈথোক্তুনা খোংদুনা কপ্পী। রাজুনা মিংশেল অমদি মাগী মরক্তা ফম্মী। মকোক লৈথোক্রবদি মানা মিংশেলদা করিমত্তা উবা ফংলোই। তপ্না তপ্না মিংশেল য়েংবদা মশাগী মমি উবদা য়াম্না থুনা মীৎয়েং নাথৈহনখি। মশানা তৌজরবসু মহাক মিংশেল য়েংনিংবগী অপাম্বা কোকহনবা ঙমদে। ঐখোয়সু অঙাং নৎত্রগা অহলবু ওইরবসু, মিংশেল অমা লৈরবদি ৱারবসু নুংঙাইরবসু মদু য়েংনিংবগী অপাম্বা নাথৈবা ঙমদে।

মিংশেলদা অতোপ্পা য়োং অমা উরবসু মঙোন্দা খোৎকে তৌরক্তবনা রাজু খজিক্তং থৌনা ফগৎলি। মানা মিংশেল মমাঙদা ফমদুনা মশাবু কুপ্না য়েংই। মথবাক অমদি মনিং হাইথদুনা মানা মমীৎ খৎলি। মিংশেলগী য়োংনা চপ মান্ননা তৌরকপদা মহাক থুনা ফমথৈ। মহাক্না অঙকপা খোঞ্জেলদা খোংখি। মমিগী য়োংনা করিমত্তা তৌরক্তবদা মহাক শাউই। অতোপ্পা য়োংনা মতৌ তম্লক্তবদা মহাক ঙকখি। মতুংদা করিগুম্বা খর তৌনবা মাগী তুংগী খোঙনা মিংশেলগী মনিংদা থন্নগা মখোঙ মরিনা লেপ্পী। তুংগী খোঙদা য়েংই। মিংশেলদা লৈবা য়োংনসু চপ মান্ননা তৌবদা মানা মকোক থাঙ্গৎলি অমদি শোয়দ্রবরা তুংলোমদা য়েংই। অতোপ্পা য়োংদুসু তুংলোমদা য়েংলম্মী। রাজুনা কপ্প্রিংনা তৌবা উবা ঐনা অহানবা ওইনা উখি। মানা নঙ্গল অমদি মঙক হোত্তুনা মিংশেলদা য়েংদনবা হোৎনদুনা ফমথৈ। ববলীনা থুনা লাক্লগা মাগী মতুংদা য়েংই। ববলী য়াউবদগী মহাক

থৌনা ফবা ওইবসু য়াই। মানা মিংশেলদা যেংখি। ববলীসু উরম্বা য়াই। ব্রাফমসি লম্বী অমা নৎত্রগা অমদা লোইশীন্নবা মানা মিংশেল্লোমদা ব্রাখল তৌনা মনিংগী খোঙ তিংথোকখি। ব্রাখল তৌনা মনিংগী খোঙ মঙোল্লোমদা খোঙ অমা ইনশীল্লকপা মিংশেলদা উবদা মখোঙ হেক চিংশীনখি। হৌজিক রাজু মপি তারম্মী। অমুক হন্না মিংশেল্লোমদা মখোঙ তিংথোক্কুনা মদু শোকখি। কনামত্তনা মখোঙদু ফাদে অমদি চীক্লক্তে খঙলবদা মহাক কপ্পা তোকই। মুন্না খল্লবা শকফমদা মানা মিংশেলদা চংশীনখি। মশা পুম্বা হৈনদনা মচীন্না মনাক্তা নকশীল্লি অমদি মদু মনম নমদুনা লেকই অমদি ময়া খিগৎলি। অদুম্না তৌবদা খুদোংথিবা অমত্তা লৈতে খঙলবদা মনিংনা ফল্লগা মিংশেলদু মখুৎনা পায়খি। মখুৎ অনিনা মিংশেল পাযরদুনা মদু চিংলম্মী অমদি মনাক্তা পুশিল্লি। মতোমতা নক্লা য়েংজৈ অমদি মাযথোংদা তাবা মমিনা মহাক ব্রাখল খল্লি হায়বা উৎখি। মাগী মথংগী থৌওংদি তোপ-তোপ্পী, মানা মিংশেলদু খুৎ নাম্মনা মমায মমাঙদা পুশিল্লি, মমীৎ নাম্মনা মমিদা থম্মী অদুগা অতোপ্পা খুৎনা মিংশেলগী তুংদা মাদুনা মতুংদা কনামত্তা লৈতে হাযবদু তশেংনা খঙদোকখি। মমৈদা মানা মিংশেল মমায ওঙ্হোকই অমদি অতোপ্পা কনামত্তা লৈতে হাযবদু খঙদোকখি।

ইচানুপীনা ঐবু মিংশেলদা উবদা মিংশেল কবিনো খঙলমগদ্রা? মশামক মিংশেলদা উবদা মখুৎনা মিংশেলগী তুংদা কনাগুম্বা অমা লৈববা কবিগী যেংদ্রিবা? মতুংদা ঐনা অঙাং কযাদা মিংশেল উৎখি। মীওই খুদিংমক্কী ব্রাখল তোঙানখি অদুবু ঐনা মখুৎ মিংশেলগী তুংদা মাবা অঙাং অমত্তা উদ্রি। যোংনা মতম পুম্নমক্তা অনৌবা পোৎ অমা উবদা মদুদগী মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ। চীংমীশিংনসু অসুম্না হেক হেক তৌদুনা মখোযনা অনৌবা পোত্তু কবিনো খঙদোকপা পাম্মী। ঐগী নহা ওইবিঙৈ অহানবা চহী তবাদি সহবদা খুৎ-শা হৈবগী থবক্তা লেনখি। চহী অনিনা এযাব ফোর্সতা লেনখি অদুবু হৌখিবা চহী ১০ সিদি চীংমীশিং অমদি লম্লক্কী শাশিংগা লোযনবদা মখল কযাগী শাজৎ লৈবা মী কযা ঐনা থেংনবে। মী অমনা অনৌবা মী অমা অহানবা

ওইনা উবদা মিংশেলদা তাবা মাগী মমিগুম লৌবজাৎলা? চীংমীশিংনা অনৌবা পোৎ নৎত্রগা চীংমী নত্তবা অতোপ্পা মীদা য়েংবগী মীৎয়েংসি রাজুগী মতৌগুমই। লাইরিক হৈবা মীগী মরক্তা খেন্নবা শাজৎ কয়া লৈ। অয়াম্বা মীওইনা রাজুগুম্না তৌই। মখোয়না অনৌবা মীওই অমবু লৈকাইদা হংদুনা অমদি মাগী মরমদা খঙলবা মতুংদা মরুপ ওইগনি মরমদি অনৌবা মরুপ্না মরম ওইদুনা মখোয়গী খুন্নাইদা লৈবা মিংচৎ মাঙহনবা পামদে। খরনা শওমগীগা মান্নে। অনৌবা মীওই অমা থেংনবদা হেক্তা নকশীন্নে। মখোয়না মাগা চেকশীন্না অমদি হঙ্গোইনা নকশীন্নে। মঙোন্দগী করিগুম্বা কান্নবা অমত্তা ফংলোই খঙবদা মখোয়না লাপথোকই। হীরম খুদিংমক্তা অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা ত্তোংজবা থি। খরনা পেন্টীগা মান্নে, মখোয়গা মান্নদবশিংদগী লাপথোকই। মখোয়না খঙনদবা কনাবু লোয়নরুবদা মখোয়গী পুন্সি মাঙবা য়াই খনবদগী কিজবা লৈ। খরদি হাইঈনাগুম মরৌ লৈ। মখোয়না অনৌবা মীগীদমক করিসু নাচুংদে। মশাগী পামজবা মওংদা পুন্সি লেল্লি। অনৌবা মীনা মখোয়দা করি খনগদবনো করিসু থোইনা খন্দবা অসিনা পুন্সিদা নুংঙাইথোকই।

অতোপ্পা মী মখল অমসু লৈরি। কবোকৈ নেগল ঐখোয়না ইং ১৯৮৩ দা ফংবনি। অহানবা থা নিপালদি মহাক পুমথা থাদোকই। থা তরুক্কী মতুংদা মহাক ফজনা চাউখি। অযুক্তা মানা লৈকোন্দা শান্নে অমদি যুম মনুংদা থোংনাওদগী চোংশীল্লক্কনি। ঐগী নুপীনা মঙোন্দা চফুদা থম্বা অইংবা ঈশিং হেক হেক পীথকই। মহাক্কা মদু খরতমক থক্লগা অতৈদি লোইনা হৈদোকই। রেনুকানা চৈবদা চোংগনি অমদি লৈমাযদা ইশাং শাংনা হীপকনি অমদি কাউশীন্নদুনা মাগী মমায়দা খুমাঙনা থাগনি। মাবু মতুংদা রেনুকানা শাউনা চৈগনি অদুবু মকোক্তা নানবিগনি। মতুংদা মানা ঐখোয়গী তুম্ফম কাগা থংনবা কাদা চৎকনি। ফমুং অনিগী মায়োক্লবদা অচৌবা মিংশেল য়াউবা মায়খল অমা লৈ। নেগলনা তশেংনা যুম মনুংদা লৈবা পোৎ অমত্তা থুগায়দে। অহৌবদা মহাক্কা কাসিদা চংলকপদা ফমুং মথক্তা হেক হেক কাই।

ফমুংদা মাগী মোন অমা থম্মী। মদু মখুৎনা পাযদুনা ফমুংদা কাই। মোন্দু ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা মাগী ব্রাখল মিংশেলদা ওনশীল্লি। খুদক্তা মানা মনা তুকথনা অমদি মমীৎ উইশিন্দুনা তাশীল্লবা মোম্পাক ফিদক্কী মনাক্তা ফীভম শেমদুনা নকশীল্লি। অমুকথক মানা মিংশেলদা চোংশীনখি। মাযখলদু কন্না নিকখি অমদি নেগলগী মনাতোন যৈখি। মতুংদা মানা মাঙ্গোলদা থোবকখি। অসুম্না নুংতিগী তৌই। খেন্নবা হাযববু মায়খলদা মনাতোন যৈবনা মমৈদদি মদুদা মানা চেকশীন্না চোংশীল্লি। মসি খঙদবা পোত্তা মপাঙ্গল ফুদোক্কুনা লান্দানবা হোৎনবা মঙাশুবা মখলগী মীওইবনা তৌবগুম্বনি। মখোযনা যৈশীনবা নত্তনা কবিমত্তা ফংদে। অদুম ওইনমক মখোযনা মীপুম খুদিংদা কনাগুম্বগী কবিগুম্গা খব তৌবে অদুবু মহযদি যান্দে হায়গনি। মতুংদা মখোযনা অসিগুম্না হৈনিংবগা লোযননা অনৌবা মীওই অমগী মনাক্তা চৎকনি।

ইং ১৯৭৯ গী মার্চতো মধ্যপ্রদেশকী বষ্টব দিষ্ট্রিক্টকী কলেক্তব শ্রী বন্সাল ঐখোযগী প্রোজেক্ট যেংবা লাকখি। মানা লাযেংশঙ অমদি স্কুল যেংখি অমদি ঐখোযগী শাশংসু মান্ননা থবায যাউনা যেংখি। মহাক্না শাশিং অসিগীদমক মতেঙ পাংগনি হাযখি। ঐখোযনা মাগী ব্রাহৈদা থোইনা থব্রায চংলুদে মবমদি মীওই কযানা অসুম হাযনা হাযবম্লগা কবিমত্তা তৌবক্তে মমৈদা ঐখোযনা মঙোন্দা বানি মপাঙ যাউদনা মতোমত্তা লৈ হাযবর্মী। চাউবাক্লা থা অমমুক্কী মতুংদা নোংমা নুংথিলদা মীওই তবামুক লাকখি। ফিজেত্তগী মখোয বষ্টবদগী লাকপনি হাযবা খঙবা ঙমখি। মীওই তককমুক্তি চীংমীনি, অতৈনা থাকী ফি শেৎলি, অমনা পোলাং অমা পাযবকখি। শ্রীবন্সালনা শওম লাবা অমা ব্রানিগীদমক থাবকপনি হাযনা মখোযনা হাযবদা ঐখোয ঙকখি অমদি মপান নাইদনা হবাওখি। ঐখোযনা থা অমবোম শুববা শওমদু যেংনবা পোলাংদু হাংদোকখি। শওমদুনা তুমিন্না লৈ। মহাক কনাগুম্বনা যুমদা যোকপা ওইবমগনি। হংবদা চীংমী অমগা মসিনা থা অমবোম লৈমিন্নৈ হাযবা খঙখি। মহাক মপুং ফানা চাবা ফংদে হাযবদু তশেংই। ঐখোযনা মাবু 'বাজা' কৌগি। মানা ঐখোযদা কবিমত্তা ব্রাহন্দনা

চায়। রাজা মমাঙদা শঙ্গোম পীথক্তুনা য়োক্লম্বা য়াই মরমদি মফমসিদা লৈবা চীংমীশিংনা শঙ্গোম শুমদে। মহাক চবোন্না য়োকই হায়বা খঙখি।

ঐখোয়না হৌবদগী চীংমীশিংদা শঙ্গোম শুম্মু অমদি মদু অঙাংদা পীথকউ হায়দুনা লাকই। চহী ১০ গী মতুংদা ঙসি ফাওবা মখোয়না ষনগী শঙ্গোম ইশুম শুমদে। মমাঙদা মখোয়না পাউখুম অমা হেক্তা পীরকখি ----নখোয়না নমাবু শঙ্গোম শুব্রা? ষন্নাওগী মমাদগী শঙ্গোম মুনবগী ঐখোয়গী করি হক লৈ? ষনবী হাৎপা লেপ্পবা সত্যাগ্রহ (মহাত্মা গান্ধীনা পামজরম্বা অচুম্বগীদমক হিংসা য়াউদনা থেংনবা অমদি ঙাকথোকপা) তৌনৈ। অদুগা করিগীদমক্তা ষন্নাওগী শঙ্গোম মুনবিবগীদমক মদু তৌদ্রিবা? চীংমীশিং অসিনা হেন্না শিংলোইদ্রা।

ঐখোয়না চাক্তা ভিটামিন খর হাপ্লগা শঙ্গোম তোত্তুনা রাজাদা পীজৈ। থা অমগী মনুংদা মা লূম্বা হেঙ্গৎলকখি। রানিনা মাবু অঙাং অমগুম লোয়নৈ। করিগুম্বা মতমদা মানা ঐখোয়বু মনাক্তা চংবা য়ারমদে। মসি মানা রাজাবু নুংশিবগীরা নৎত্রগা ঐখোয়বু নুংশিবগীরা হায়বা ঐখোয়না খঙদে। ঐখোয়না মাবু নুংশিবদু ময়েং তাহনবা পামদবদগী ওইরম্বসু য়াই। মাগী লমচৎ অদুম্নদি তৌরোই। পোকপা কুইদ্রিঙৈ থা মরিমুক্কী মনুংদা রাজানা শঙ্গোম থকখিদবনা মমীৎ ফজনা উবা ঙমদে হায়বা ঐখোয়না খঙখি। ঐখোয়না মঙোন্দা ভিটামিন 'এ' কাপ্পী অদুবু ইকান কান্নদে। থংনবা চহীদা শওম লাবা অমসু ফংখি। মাগী তনোয় তনোয়বা ফীভমদা মাবু 'গোট্যা' (অনোয়বা অঙাংদা মরাঠি লোন্দা নুংশিনা কৌবা মিং) হায়না কৌখি। গোট্যানা ঐখোয়গীসিদা লৈহৌরগা রাজাবু সোমনাথ প্রোজেক্টতা থমখি।

ইন্দ্রাবতী তুরেলদা লাইরেন অমদি শনম্বা য়াম্না লৈ হায়না ঐখোয়না তায় অদুবু অমত্তদি উদ্রি। অমুকথক নোংজুথাদা রানিবু ঐখোয়না তুরেলদা পুখি। ঐখোয়না তুরেলদা লাং থাক্তুনা করিগী

কবোকৈ অমত্তা ফংদ্রিবনো ৱারী শান্নরিঙৈ মতমদা রানিদি জঙ্গলদা কোয়খি। ঐনা লাংদা হায়রপ য়েংলুবদা ঈশিং মথক্তুগী করিগুম্বা অমনা য়েংলকপগুম তৌখি। ঐনা প্রকাশকী নাক্তা চংশীল্লি। অরাপ্পদা ঈশিং লেংবগী মওংসু উই। শনম্বা অমনা মকোক ঈশিং লীৎখত্তুনা য়েংলকখি অমদি মতুংদা লুপথখি। হরাওমন্দুনা ঐখোয় অমগা অমগা য়েংনৈ। অমুকসু অতোপ্পা নাকন্দা শনম্বা অনি ঈশিংদগী থোরক্লগা তৌগে মতাগুম হন্দুনা চোংলগা মাঙখি। চয়োলসিদা ঐখোয়না অমুক হন্না তুরেন্দা চৎলি। রানিনা ককচেং মকোন থিবা হৌই। নেল্লীনা মনা য়ুংখত্তুনা তুমিন্না লেপ্পা অমদি মনম নম্বা উবদা ঐখোয় লেপখি। ঐ হৌজিক ইশামক শাশিংগী মরক্তা অমা ওইরে। থোক্লিবা থৌওংনা মরম ওইদুনা ঐনা মাঙদা চোংশীন্দুনা নেল্লীগী মঙক্তা ফাখি। অনকপদা শা খর লৈরে। নেল্লীনা শাদুগী মনাক্তা চংশীল্লবদি অচিকপা থুগায়দুনা চেম্হোকহনখ্রনি। নেল্লী, প্রকাশ অমদি ঐ চপ মান্নবা ৱাখলদা লৈ, অমনা অমগী পাউ তুমিন্না লৌনৈ। খুদক্তা প্রকাশনা মাঙদা চংশীনখি। ঐনা নেল্লীগী মতুং ইল্লি। ঐখোয় করিমত্তা লাঙলোইদবনি হায়বসি নেল্লীসু খঙই। ঐখোয়না মাঙলোমদা খোঙকাপ খর চংশীনবদা নাপী মরক্তা অয়াকপা মখোল অমা তাখি। ঐখোয়না অনকপদা লৈবা তুরেল তোবর্বান তম্না চংশীল্লি। তোবর্বান য়ৌবা মতমদা শনম্বা ৬/৭ মুক ১গী মথংদা ১ ইমাঙদগী ঈশিংদা চোংথখি। শনম্বনা ফুট খর লাপ্না তুংদা হন্না য়েংলম্লগা মাঙখি। মখোয় শনম্বা ইমুং অমগী মপী- মপা, মচা- মশুশিংগী অপুনবা মশিং ওইগনি।

মথংগী চয়োলদা দর্ভাগাওগী মীশিংনা শনম্বা মচা অমা পুরকখি। হৌখিবা চয়োলদা শনম্বনা ঐখোয়দা শক উৎখিবদু ঐখোয় মখোয়গী মরী - মতা, মরুপ-মপাঙ ওইরনি হায়রিবজাৎলা? দর্ভাগাওগী মীশিংনা মখোয়গী শনম্বদু বষ্টরগী মনাক্তা লৈবা ইন্দ্রাবতী তোবর্বান্দগী ফংখি। ঐখোয়গী কোয়ফম তুরেলগী মায়োক্লবদা লৈবা তোবর্বান্দা শনম্বশিংনা উ পাম্বী অমগী অহোবা মউদা মচা পোক্লমই। মখোয়গী কুনফম লৈমায় মখাদনি অমদি মসি ঈশিং মনুংগী লম্বীগা ফাওনৈ। কনামত্তুনা লৈমায়

মথক্তগী মসি উবা ঙমদে। কুনফম অসিদা উ ১ গী অহোবা মউদগী নুংশিৎ ফংই।

দর্ভাগাওগী মীশিংনা শনম্বা অমনা ঈশিং মনুংদগী উ তম্না চৎপা উই হায়। মতুংদা মখোয়না লৈবাক তৌখোকপদা শনম্বা মচা অমা ফংখি, অমনা চেনখি। মখোয়না তৌবা থবক্তুদা য়ামদ্রবদা শনম্বা মচা অমা নৎত্রগা অনিদি শিরম্বা য়াই। মখোয়গী থৌওংদু ঐখোয়না য়ানিংলোইদবা মরম্না মদুগী মরমদা ঐখোয়দা থোইনা তম্নরোই। অপীকপা মচাদু লাবনি। মসিগী মতু য়াম্না মোল্লি। মচু মুরৈনৈ অদুবু মবুক্তি ঙৌই। খোঙশা শম্নবনা অতৈ শাশিংদগী শনম্বনা খ্বাইদগী হেন্না ইরোয়বা হৈ। মসি পোকপা নুমিৎ ১৫ নি শুরগনি। মাগী খোইদৌ কেনখ্রে অমদি মমীৎসু ফজনা পাঙলে। মসিনা হায়রপ কিবা ফাওই। মানা ঐখোয়দা চীক্কে তৌরম্বদু তোক্তুনা হৌজিক্তি ঐখোয়গা চান্নরে। ঐখোয়দা চীকহন্দনা মাবু শঙ্গোম পীথকপা ঙম্লে। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা মসিনা অকোয়বগা চুশীন্নৈ অমদি ঐখোয়গী খোঙ কারক্তা শিৎ-শাৎ তৌবা হৌই।

নুমিৎচুপ্পা শনম্বনা প্রকাশকা লোয়নৈ। ঐখোয়না মাবু নোংমদা মরিরক কোয়বা পুথোকই। মসি য়েংবদা য়াম্না নুংশি। মানা শান্নবা পামজৈ, ঈশিংদি মহৈশানা য়াম্না পামই। ঐখোয়গী প্রোজেক্টতা পুখ্রি মচা অমা লৈ। শনম্বনা মসিগী অকোয়বদা চৎকনি অমদি ঈশিংদা চোংথগনি ১দি ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা ঐখোয়গী খোঙদা শিৎ-শাৎ তৌগনি। মসি য়াম্না পীক্লিবা মরম্না অয়াম্বা মতমদা লোয়নবিবা তঙাইফদে। মাবু ঈশিংদা মচীঞ্জাক থিবা তম্বিনবা লৈতবনা ওজা য়াউদনা মতোমতা হোৎনৈ অমদি করিমত্তা ফাদনা ইনাক্তা খোংদুনা লাক্কনি। নুমিৎ ৪ নি হোৎনবদা মসিনা হঙোই অমা ফাখি। মানা হরাওনা চেল্লক্লগা হঙ্রেইদু ইমাঙদা থাদৈ অমদি ঐখোয়না থাগৎলকপা ঙাই। হঙোইনা মমীৎ পাঙলকপদা খুদক্তা নোম্হদুনা ফায়। চেম্হোকখিবা য়াবা হঙোই ময়াদগী থাদোকপা মরম্না শনম্বা অদু পঙই। মানা হঙোইগী মশাদা মফম কয়াদা হোহনবা ঙম্বা ময়াগী পাঙ্গন্দা থাজখি। হিংজরবসু

হঙোইনা ইঞ্চি অমা ফাওবা লেঙবা ঙমদে। ঐখোয়না শনম্বদা নানবিবদা মদু হঙোই চাবগী অয়াবা পীরবনি খন্দুনা মানা মদু চাবা হৌই। মহৌশানা মমানা মাবু করি চাগদবা করি চারোইদবা তম্বিগদবনি, হায়রিবসি মানা ঐখোয়দগী ফংগনি খল্লম্বা য়াই। মসি ঐখোয়গী নেগলীনা মচা পোকপা মতমদা চুম্না থোকখি। নেগলীনা হামেংগী শা থা অনি চুপ্না চায অদুবু মচাদা শদুম মচেৎ অমা পীবদা মানা য়ানিংদবা ফোংদোকখি। কযারক মানা মচাগী মচীন্দগী শদুমদু মুন্দুনা মনম নম্মী অমদি মদু শায়রবা মতুংদা মচাদা পীজে। লম্লক্কী শাশিংনা মচাশিংবু করম্বা চীঞ্জাক পীজগনি চেকশীল্লি।

ইং ১৯৭৯ গী জুন ১০ দা অহানবা ওইনা ঐখোয়না ঙা কোরিযাল অমা ফংখি। মদু চুম ১ মুক চাউই অমদি ইঞ্চি ৮ মুক শাংই। ঙসিদি মহাক ফুট ৮ শাংলে। ময়া পীকচরবসু য়েত্তুমগুম্না মতোন তুম্মী। ময়া লাওনা কাথোক্লগা লেপ্পা লৈতনা মচীন্না কাম্মী। লাবগা অমোমগা খেন্নদনা উই। মদু খঙগে হায়রবদি মখোয় চহী মরি মপুং ফাবা তাই। অহানবা নুমিত্তা কলম অমা ময়াদা থম্বদা মদু মানা খুদক্তা চীকপদা য়াখুল ১০-১২ তাই। কলমদগী মুক তারকই। মবুক পায়রগা থাঙ্গৎপদা মানা করিসু তৌদে। চহী অমা ফাদ্রিবা ফাওবা মাবু প্রকাশ অমদি ঐনা নুংতিগী তপ্না থাঙ্গৎখি। ঙা কোরিয়ালদা করিগুম্বা পোৎশক অমনা শোকউবদা মহাক্না খঙবা ঙমই। মরম অসিনা মতুংদা ঐখোয়না মাবু শোকপদা খঙবা ঙম্মী। ঐখোযনা লিটর ২০০ চনবা দ্রম অমা তংখায়দা কক্লগা ঈশিং হাপ্পী, অমুক ময়াযদা নূঙ অমা ঈশিং মথক য়ৌহন্দুনা থম্মী। ঙা কোরিয়ালদু মনুংদা থম্লগা দ্রমদু জালি অমনা কুপশীল্লি। নোংমগী অয়াম্বা মতমদা মশা নুংশা য়াইদুনা মানা নূঙদা কুল্লি। খোঞ্জেল নৎত্রগা মী লাকপগী খোঙথাং তাবদা মানা ঈশিংদা চোংথৈ। অহানবা নুমিত্তগী হৌনা মানা হঙোই চায়। স্কুল অঙাংশিংনা মঙোন্দা ঙা হেক হেক লংশীল্লি অদুবু মানা হঙোইনা হেন্না পাম্মী। থা মরিগী মনুংদা মহাক ফুট ১ হেন্না শাংই অমদি কিলো ৪রোম লূম্মী। ঐখোয়না মাবু খুৎনা থাঙ্গৎখি। কনাগুম্বনা চৈ মচা অমা ঈশিং মনাক্তা

পায়বদা মদু ময়ানা ফাগনি অমদি মচেৎ মচেৎ থুদেক্কনি। অদুবু ঐখোয়গী খুৎনা ঈশিংদা লুপ্পা অমদি মবুক পায়বদা কৈদৌঙৈদা খুত্তি ফাদে। মানা ঐখোয়গী খোঞ্জেল অমদি ঐখোয়না শোকপা খঙবা হৌই। নুমিদাংদা ঐখোয়না হঙোই পুদুনা ইচম চম্না লাকও হায়বদা মানা ময়া কাখোক্কুনা হঙোই ঙাইগনি। হঙোই লৌনবা হোৎনবদা মানা কৈদৌঙৈদা ঐখোয়গী খুৎ ফাদে।

ঙা কোরিয়ালনা চাউখৎলকপগা লোয়ননা মাগী চানিংবা হেঙ্গৎলকখি। হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না অতোপ্পা শাদদি শা অমত্তা পীজদ্রি। হৌজিক ঐখোয় চাং নাইনা নুমিদাংদা হঙোই থিবা তাই। ঐখোয়না মৈঙাল শীজিন্নরগা হঙোই ফাবা হৈনখ্রে। চয়োল ২-৪ খুদিংগী হঙোই ৫/৬ ফাদবা য়ারমদে। মফমসিদা হঙোইগী য়েক্লবদি লিনথক্কনি। হৌজিক্তি ঐখোয় নৎত্রগা ঙা কোরিয়ালসু মখোয়গী অনিশুবা য়েক্লবনি। ঐখোয়গী অরাংবা তাংলৈগীদমক য়ামদ্রবদা চয়োল অমদা লিল্লবোপ অমা ফায়। লিল্লবোপ্পা অতৈনা চাবদগী মশিং য়াম্না হেন্না হঙোই চায়। ঐখোয়না অরাংবা তাংলৈদা মহূ চেন্দবা লিল্লবোপ পীজৈ। অরাংবা তাংলৈ ১দি খারৌনা চীকপদা মী শিবা মরম্না ঐখোয়না মখোয়দগী চেকশীল্লি। অরাংবা তাংলৈ য়েংবদা য়াম্না ফজরবসু মখোয়দি হূ কনবগীদমক হেন্না মমিং চৎলি।

নাকেন্থা অমদি থাবল থোক্কবা মতমদা শোয়দনা অমদি মরাঙ কায়না হঙোই ফাবা ঙম্মী। নোংজুথা মতুংদা খুঙ্গংগী পুখ্রি কংবা মরম্না ঐখোয়না ঈখোংদা চৎলি। কালেন্দা ঈখোংসু কংলবদি তুরেলদা চৎলি। হঙোই ফাবা চৎপদা ঐখোয়না য়াম্না চাউবা অরাংবা তাংলৈশিং থেংনৈ। ঙব্লিবমখৈ ঐখোয়না তুরেল তোবর্বান্দা চৎশীল্লি। অহিংদুমদি হায়নরুবা লৈতনা ঐখোয় অনি হান্নগী লম্বীদা তোঙানবা মায়কৈদা চৎলি। মনাক্তা ঈশিং কোম লৈবা মরম্না ঐনা মৈ মুখৎখি। ঐখোয়না জঙ্গলদা ১০০ রক হেন্না চৎলবা মরম্না কিলোমিটর ৫-১০ না কোনবা মফমদদি মৈঙাল য়াউদ্রবসু য়াই। উ পাম্বী নৎত্রগা কোম খুদিং ঐখোযনা খঙই। অহোয়ননা মখোয়না ঐখোয়দা ৱারী

শাবগুম্মী। মফম কয়াদা ঐখোয়না অনৌবা লিন, বৃশ্চিক, খারৌনচিংবা থেংনৈ। মফম খরদা লোত্তুনা লৈরব্বা শাশিংনা ঐখোয়গী খোঙথাং মখোল তাবদা ঐখোয়দা লক্লবগুম চেহোকখি।

ঐখোয়না ঈশিং লৈবা কোম থেংনরবদি মৈ কাপ্পী। ঐখোয়গী খোঙথাং তাবদা হঙোইনা ঈশিংদা চোংথৈ অদুবু মৈঙালনা মমীত্তা কাপ্পা হাল্লবদি মখোয় লেপ্পী। লিল্লবোপ্পা নুমিদাংদা হঙোই ফাবা থোরকই। মসিনা মরম ওইদুনা হঙোইনা ঈশিংদগী য়ারিবমথৈ লৈকংদা কাখৎলকই। অদুম ওইনমক য়াম্না থুনা অমুক চোংথৈ। হঙোইনা ঈশিংদা চোংথখ্রবদি ফাবা ঋায়, চোংথফম ঈশিংদা লিন লৈবা তারগনা হঙোইনা অতোপ্পা নাকন্দা চৎখি। অদুম্না তৌরবদি ঐখোয়না লিন ওইনা ফানবা হোৎনৈ। ঙসি অহিংদি হঙোই অমত্তা থেংনদ্রে। অকক্লবা উপাম্বী অসিগী মখাদা অসিগুম্না অমুক্তা থোক্তবা মরম্না ঐখোয় ঙকখি। অহিংদুদা ঐখোয়না হঙোই অমা পামখি মরমদি নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা ঐখোয়না লিন অমা ফাবদু অরাংবা তাংলৈদা পীজখ্রে। তাংলৈদু মকূ হুরিবা মরম্না মানা য়ামদ্রবদা নুমিৎ নিনিদি করিমত্তা চারোই। লিল্লবোপ অমদি খারৌগীদমক হঙোই চংই। হৌথিবা চহী খরদা হায়রিবা থব্বায় পানবশিং অসিদগী ঐখোয়না ফজবা খর খঙলকখ্রে। লিনখক্তা নত্তনা নুমিদাংদা ঐখোয়সু হঙোই ফাবা তাখি। জঙ্গলগী চৎন-পথাপ্পা ঐখোযদা মরম লৈতবদা থব্বায় পানবা হাত্তনবা হায়।

ঐখোয়না মথংগী ঈশিং কোমদা চংশীল্লি। মদু য়ৌরবদা প্রকাশনা মৈ কাপখি। অচৌবা তাংলৈ অরাংবা অমা মখুন্দগী থোরকই। মফমদু ঐখোয়গী প্রোজেক্টতা লৈবা স্কুলগী অঙাংশিংনা ইরুজবা চৎপা লম্বীনি। ঐখোয়না চৈ য়াউরমদে। প্রকাশনা মাগী মৈ মুত্থৎখি। চহী কয়ামরুম জঙ্গলদা ঐখোয়না পুন্না চৎপনা অমনা অমগী ইঙ্গিৎ খঙনৈ অমদি ঙাংনদনা হন্দোক্লে। য়ারিবমথৈ লাঙদনা ঐখোয়না খুৎনা চৈ শেমদুনা লিনগী মখুন্দা চংশীল্লি। ব্বা ঙাংনদনা ঐখোয় ইশা ইতোমতা করি তৌগদবনো লেপচৈ। চহী কযা লোয়নরকপনা ঐখোয় অনিগী ব্বাখল মান্নগনি খঙনৈ। প্রকাশনা মৈ কাপখি। অরাংবা তাংলৈনা মরক্তুদা

কয়াম লাপ্পা চৎকনি হায়বা খঙবা ঙমই। ঐখোয়না লিন খুদিংমক্কী অচৌ-পীশক ১দি মশক য়েংলগা ইরায়-লায়না মাগী খোঙচৎ লেপ্পা ঙম্মী। মৈঙালনা তাংলৈগী মনঙন্দা তারম্মী। মনাক্তা মোংশোং অমা লৈ। মসিনা মোংশোংদা চংখিবা তারবদি খুদোংখিরগনি। ঐগী চৈনা থুনা তাংলৈগী মনঙন্দা নম্মী। হৌজিক মহাক লেঙবা ঙমদ্রে। ব্রা অমত্তা ঙাংদনা প্রকাশকী খুৎ য়েত্তা পায়বা মৈ ঐগী খুৎ ওইদা পীরকই। প্রকাশনা চৈদু মাগী খুৎ য়েৎনা পায়রবদা তাংলৈনা মাঙলোমদা চৎখৎপা ঙমদনা তুংলোমদা হনবা হৌই। মদুনা ঐখোয়দা খুদোং চারম্মী। প্রকাশনা লিনগী মচীন্দা মাগী চৈনা নম্রম্মী। হৌখিবা মিনিট ৪/৫ গী মনুংদা প্রকাশনা অহানবা হায়রকপা ব্রাহৈসি 'য়ারে' হায়বসিনি। ঐনা লুকথদুনা তাংলৈগী মমৈদা পায়। প্রকাশনা চৈদু মখুৎ ওইদা শীল্লগা মখুৎ য়েৎনা তাংলৈগী মঙক পায়।ঐখোয অনিমক্কা মান্ননা চৈ থাদোক্লগা তাংলৈদু থাঙ্গৎখি। ঐখোয় ঙকপনা ফুম্বংনখি। মদু ফুট ৬ হেন্না শাংগনি। তাংলৈদু প্রোজেক্ট মনাক্তা নক্কা লৈরম্বনা ঐখোয়না ফাবনি। লিন অমা ফারবা মতুংদা মীদুগী খুৎশা মরিনা মঙক মখাদা থমগদবনি, লেঙবা অমদি চীকপা ঙমদনবা খুবীনা মকোক্তা নমগদবনি। অতোপ্পা খুৎ নৎত্রগা মী অমনা মমৈ পায়রবদি হেন্না ফৈ। লিনগী মমৈনা মীগী খুত্তা য়েৎলকপগী নুংঙাইতবদু অসুম্না তৌরবদি কোক্কনি। লিন অমা য়াম্না লাপ্পা পুদুনা চৎপদা খুৎশা নারকই অমদি খুৎ চোকথৈ। মমাঙদদি লিন হাপ্পবা ঐখোয়না টিন পুবনি অদুবু ঐখোয়না নুমিত্তুদি হঙোই ফাবা লাকপা মরম্না করিমত্তা পুরমদে। য়ুম য়ৌরগা ঐনা প্রকাশতগী তাংলৈদু লৌরগা দিস্পেন্সরিদা অরূম্বা ওনবদা মদু কিলো ৭ লূম্বা থেংনৈ। ঐনা খনবদু চুমখি। ঐনা কনামত্তদা হায়দনা তাংলৈদু শারং মনুংদা থমখি অদুগা অহিংদুদা অরাংবা তাংলৈ অমা ফাবগী চৈরক্তনবা ফমুংদা চংই। নোংঙাল্লগসু চৈগদৌরিবনি অদুবু মতমদুদদি চাং খর হঙ্গগনি।

ইং ১৯৭৯ দা অরাংবা শজি-পেন্টী অমদি নীলগায়না মচা অমমম পোকখি। মচাশিং অদুগীদমক মমা লৈবনা ঐখোয়না থোইনা

ৱাদে। শাশিংগী অহানবা মচা পোকপগী থাদা মখোয়গা চান্নবা হোৎনবা খ্বাইদগী ফবা মরম্না ঐনা নুমিৎ খুদিংগী শারংদা চংই। মমাশিংনসু মচাশিংনা ঐখোযগা চান্নবা অমদি শাথিদনবা করিমত্তা থিংবা তৌরমদে।

ঐখোযগী মোইরাং শাথিবী লাবা অমগা অমোম অমগা লৈ অদুবু মচাদি পোক্লমদে। ঐখোযনা মখোয় পাদোংনবা উরবসু মচা পোক্তবনা মদু করিগীনো হাযবা খঙবা ঙমদে।

করিগুম্বা মতমদা অমোমগী মবুক কংবা উরবসু মহয়দি ফংদে। মতুংদা ঐঙোন্দা ৱাখল অমা লাকখি। পোক্লবা মতুংদা লাবনা খুদক্তা চাথোকপ্রা খন্দুনা মখোযবু কুপ্না যেংলম্মী। নোংমা নভেম্বরগী নুমিৎযুংবা মতুং অমদা তুকারাম্না মোইরাং শাথিবী মচা অমা পোকপা উই অমদি লাবনা মদু চায হাযদুনা চেল্লক্লুনা তমখি। ঐনা শাবংদা চেনশীন্দুনা লাবদু ফারগা অতোপ্পা মফমদা থৈদোকখি অমদি ঙাইদুনা লৈখি। জঙ্গলদা মোইরাং শাথিবীনা অমুক্তা মচা ৩/৪ পোকই। ঙাইহাক লৈরগা মপীদুনা অতোপ্পা মচা অমা পোকই অমদি মদু মচীন্না চীকই। অতৈ শা মপীশিংনা তৌবগুম মানা মদু লেকপিগনি খল্লুই তৌইগুম্বসুং করিনো খঙদ্রিঙৈদা মানা মচাদু শায়রগা যোৎশীনখি। ঐঙোন্দা নুংঙাইতবগী ৱাখল ফাওখি। মোইরাং শাথিবীনা তশেংনা শাহিং চায। মফমসিদা ঐখোযনা মখোযবু শঙ্গোম অমদি চাক পীজৈ। মসিদগী মখোয়না মচা চারবজাৎলা? ঐখোযদা শেলগী মতেঙ পাংবিনবা লৈরমদে অমদি শা পীজবা হায়বসি ঐখোযগী তৌবঙম্বগী ৱাংমদনি। মোইরাং শাথিবীদু পীক্লিঙৈদা শঙ্গোম্না যোক্লমদ্রবা মখোয় শিরম্বা যাই। ঐখোয করি তৌগদবনো খঙলমদে। মরম অসিনা মোইরাং শাথিবীশিংবু খজিক্তং চাউরকপদা চৎহনখি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা মখোয মনাক নকপা জঙ্গলদা চৎখ্রগা মফমদুদা লৈখি।

ইং ১৯৮০ গী অহৌবদা বোটনফুন্দি খুলদগী মোইরাং শাথিবী মচা অনিথক ফংখি। মখোয যাম্না পীকই, ঊচিমুক্তা চাউরম্মী। পীক্লিঙৈদদি মচু লাংদে। মখোযগী মমীৎ পাঙদ্রি অমদি অমোনবা মতু

পাল্লি। মখোয়গী মমীৎ য়াম্না মুই। ঐখোয়না মখোয়বু য়ুমদা আই দ্রোপরগী মতেঙনা মচীঞ্জাক ইনখি। মখোয়না শঙ্গোম মিলিলিটর ৫০ মুক থকপা ঙম্মী। মতম খর লৈরগা মখোয় মতোমতা শঙ্গোম থকপা ঙমখি। ঐগী ইচানুপী মোক্নাড়া মতমদুদা চহী ৩ শুরে। মহাক্না অহিংবা শান্নপোৎ ওইনা হৌদোং মচাশিংসি পম্মী অমদি মচীঞ্জাক ইল্লি। নুমিৎ ৮নিগী মতুংদা মানা মচীঞ্জাক ইনবগী থবক তৌই। মাপনশুবা নুমিত্তা হৌদোং মচাগী মমীৎ পাঙখি। ১০নিশুবা নুমিত্তা হৌদোং মচা অমা শিখি। হিংহৌবদু লাবনি। মোক্নাড়ানা মাবু 'চিন্তূ' হায়না কৌখি। নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা মানা মোক্নাড়া, রেনুকা ১দি ঐহাক তোঙান তোঙান খঙখি। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মানা মোক্নাড়াগী নাকন্দা তুম্মী। প্রকাশকী মচানুপা অনি অমদি মোক্নাড়ানা নুমিৎ চুপ্পা অমা মাগা কোয়। মোইরাং শাথিবী নুমিদাংগী মতমদা জঙ্গলদা কোয়থোকপা শানি। মফমসিদা য়ুমদা অঙাংশিংনা চিন্তূবু নুংথিলগী মতমদা তুমহন্দবা মরম্না মখোয়না নুমিদাংদা তুম্মী। মাগী চাবগী মতম য়ৌবদা খোংলদুনা লৈরংদা চংশীল্লক্কনি। থা ১গী মনুংদা মসিনা শঙ্গোম আউন্স অমা অমুক্তদা থকপা হৌখি। মচীঞ্জাক থেঙনা ইল্লবা মচীন্দা খোমচুপ চীক্লগা লৈরংদা কাখৎকনি। নুংথিলদা শান্নবা মরম্না নুমিদাংদা তুম্মী।অদুম ওইনমক ময়ামদগী ঙন্না হৌরবদি মানা ইমুংদা চেনগনি অমদি কাংখলদা কারক্কনি। মানা ফমুং কারক্লবা ঐগী খোঙবীদা চীক্কনি নৎত্রগা ইথক্তা কারক্কনি। মীকপ থোক্তুনা ইঙ্গোক্লুরবা মানা মদু শান্নরিবনি লৌদুনা হেন্না হেন্না শান্ননবা তৌগনি। মরম অসিদগী ঐনা নুমিদাংদা মাবু য়ুমগী মপান-দা থম্বা হৌখি। অদুম ওইনমক মানা অয়ুক অঙনবদা অমুক চংলক্তুনা কাংখল মোৎহনগনি।রেনুকানা নুমিৎ নিনি খুদিংগী কাংখল শুবা ব্বাদুনা চিন্তূবু জঙ্গলদা থাদোকখিনবা তক্কনি, অদুমকপু তশেংনা হায়রবদি মহাক্লসু মাবু য়াম্না নুংশিনা তৌজৈ । চিন্তূ ঙাইহাক্তুং উদবদা রেনুকানা কোয়থি থি।নোংমদি মোক্নাড়ানা মাবু শঙ্গোম পীথকপা কাউখি। মচীন্দা বোটল চীক্লগা চিন্তূনা কোয়চৎ চৎলি। লেপ্তুনা চীকপদগী খোমচুপ মচীন তৎলি। রেনুকানা মাবু বোটলদা শঙ্গোম ইনবা নুমিত্তুদগী

তোকখি। মঙোন্দা তল পীজবা ১দি পুখম মচাদা শঙ্গোম পীথকপা হৌখি। মানা তলসু পামজনা চায়। অযুক্কী পূং ৬ অমদি নুংখিলগী পূং ৬ তা মাগী চানবা পুখম শেমদ্রবদি মানা ইমুং নিনবমখৈ খোংগনি। থা ২ গী মনুংদা মহাক ইচম চম্বা হৌদোং অমমুক চাউখি। মানা ঙাউশীন্নবসু হেনখি। মাবু চৈরুরবা নৎত্রগা খুপাক্লা থারুবদা মহাক লাম্বা ফংলোইদবা মফম অমদা চত্তুনা ফমগনি, মফমদুদগী মাগী অশাউবা ঐখোয়দা উৎলক্কনি। ঐখোয়না মাবু থৌশাদ্রবা নুংশিনা খোংদুনা কৌগনি অমদি তপথরক্তুনা ঐখোয়গী খোঙদা য়েৎকনি। লৌখৎপিরবদি ঐখোয়গী খুৎ লেক্লগা চৎখিগনি। নুংখিলদা মানা খ্বাইদগী পামজবসি গ্যাস সিলিন্দর মরুম নৎত্রগা মোন মখা নৎত্রগা মায়খলদা চোং-ফনবনি। রেনুকানা য়ুম শেংদোকপদা মানা লৈরম্বা মফম অদুসু শেংগদবা ব্বাৎলি হায়বগী মতাগুম মহাক থোরকই। মদু শেংলবা মতুংদা মহাক্লা মফমদুদা চংদুনা ফমগনি। নুমিদাংদা মানা ঐখোয়দা য়াম্না য়েৎপনা পূং ১০ মুক্কী মতুংদা মপান্দা থমখি। নোংমা অয়ুক অমদি ঐখোয়না মা উরমদে। নুমিদাংব্বাইরম পূং ৬ তা মহাক খোংদুনা লাকখি। মদুগী মতুংদগী হায়রিবসি মহাক্কী হৈনবী ওইখি। মানা য়ুমদা অনিরক মশক উহন্নবা নুমিদাং পূং ৬ তগী ৯ ফাওবা লাকই অমদি ঐখোয়বু য়াম্না নুংঙাইহল্লি। মতুংদা মানা চৎনিংবা মতমদা মতোমতা চখোকপা হৌখি। মহাক্কী নুংখিলগী লৈফম অনকপদা লৈবা উ পাম্বী অমগী অহোবা অমদা ওই। নোংমগী পূং ২৪গী মনুংদা পূং ২১দি মানা জঙ্গলদা লেল্লি অদুগা পূং ৩ না য়ুমদা চাক চানবা লাকই। মানা মপান্দা মপাঙ অমা ফংলম্বা য়াই। ঐখোয়গা লোয়নবা মতমদদি মানা মহৌশাগুম নুংশিবা উৎলি। জঙ্গলদা লৈবনা মাগী হকচাং ফগৎলে। ঐখোয়না পমখৎপা মানা পামদ্রে, থাদোকপা পাল্লে। ঐখোয়সু মদুমক পামখি। মানা মতম পুম্বগী ওইনা জঙ্গলদা লৈরগে খল্লবসু ঐখোয় ব্বারৌদ্রে।

মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা ঐখোয়দা কোয়রকপশিংনসু চিন্তুগী লমচৎ খঙখি। মানা য়ুমদা নুংখিলগী পূং ৬ চপ চানা লাকপনা

ঐখোয়দা কোয়রকপশিংনা মানা লাক্রিবা ফাওবা ঙাই অমদি চাক চাবা য়েংই। ঐখোয দীৱালি ছুটিদা পুনেদা চৎলি, থা অমরোমগী মতুংদা হল্লকখি। ঐখোয়না পুনেদা চিন্তূবু ঙাইহাক লৈতনা নীংশিংই। পুনেদগী হল্লকপগা রেনুকানা খোযরাংনা মাগী নুমিদাংৱাইগী মচীঞ্জাক শেম্বী অদুবু মহাক অদুম লাকখিদ্রে। মাঙগী থাদুমা কনামত্তনা মঙোন্দা তল অমদি শঙ্গোম পীরমদে। যুমগী অকোযবদা মহাক লাক্লম্বগী খুদম থেংনখি। মদুগী মতুংদা মহাক শুক্লাক লাকখিদ্রে। ঐখোযনা তশেংনসু মানা মফমসিদা মচা পোক্লোইদবা মরম্না জঙ্গলদা হনখিবা পামখি। মাবু ঐনা অমুকথক খোং অমগী মনাক্তা উখি। ঐনা 'চিন্তূ' 'চিন্তূ' কৌবদা মানা উশা অমদা ফমখি। মহাক তশেংনা চিম্বূনি মরমদি লম্লক্কী মোইবাং শাখিবী অমা জঙ্গলদা পাক হেক থেংনগদে। মদুনা অতোপ্পা মোইবাং শাখিবী ওইববদি মীওইবদা কৈদৌঙৈদা তাৎ তৌবোই।

অহানবা ওইনা মে, ইং ১৯৮০ দা ঐখোযনা ঙা কোরিযাল (ভেবানস গোনিটব) অমা ফংখি। মমাঙদা চীংমীশিংনা ঙা কোরিয়ালশিং হাৎলগা প্লবা কযাবক উখে। ঙা কোবিযাল অসি অসুম অসুম চাউখৎলকখি। ঙা কোবিয়ালবু মপান্দা যেংবদা লাবা অমোম মান্ননা উবা মবম্না মদু খঙদোকপা ঙমদে। ঙা কোরিযালনা চাউখৎলকপদা ঐখোযনা মদু লাবযা নৎত্রগা অমোম্না যাম্না খঙনিংলম্মী। ঐনা লেক্সিকিক কযা পাপ্তে ত্রৌইগুম্বসুং লাবগা অমোমগা চপ মান্ননা উই হাযনা পনবদমক থেংনৈ। হংবদা চেন্নাই (হান্না মদ্রাজ কৌবম্বা) দা লৈবা শ্রী ভিবেকবগা তানবা কান্নগনি হাযবা খঙখি। ঐনা মাগী অশেংবা লৈফম খঙদনা চিঠি ইখি। ঐনা ঙা কোবিযাল অমদি লিনশিংনা মঙোন্দগী হেন্না মিং চৎপবা হাযনা ঙকখি। অদুবু মহাক্না চিঠিদু ফংখি অমাদ নীংথিনা খল্লগা পাউখুম হল্লকখি। মানা মাগী বিষযগী বিসর্গ শেপত অমসু থাবকখি। মসিগী মতুংইন্না ঙা কোবিযালগী মপান থোক্লবা অমদি মথী ফাযনবা কযাৎ তোখাযনা পান্দে। হাযবিবা অসিগীদমক কযাৎ অমথক পাল্লি। ঙা কোবিয়াল অমবু চেপথহল্লগা

কযাৎসিদা খুৎশানা থিংজিন্দুনা যেংবদা করিমত্তা থেংনদ্রবদি মদু অমোম্মি, লাবা ওইবগদি মওং অমা খেংনগনি। কনাগুম্বনা মসিদা তপ্না নম্বদা মসিনা ইঞ্চি ৩ মুক শাংনা থোবক্কনি। মসি যেংনবগীদমক ঙা কোবিযালদু যামদ্রবদা চহী ৪ শুবা তাই। মবম অসিনা ঐখোয চহী ২ ঙাইবা তাখি।

ইং ১৯৮০ দা ঐখোযনা নীলগায অমা, অবাংবা শজি অমা **অমদি বার্কিং দিয়াবগী মচা অমা ফংখি। হৌজিক ঐখোয়গী শজি মবি,** নীলগায মবি, অবাংবা শজি মঙা, শওম অনি, কৈশাল অমা, ব্লাহোং **অমা, হাইঈনা অমা, ঙা কোবিয়াল অমা, খারৌ কয়ামকম, অতোপ্পা লিনশিং, মোইরাং শাখিবীশিং, শাবৌ অমা, খৈবোইশিং অমদি** অতোপ্পা শা কযা লৈ হাযবা নাগপুব, মুম্বাই ১দি পুনেদা শন্দোকপা হৌখ্রে। এম. এল এ.শিং, এম.পি শিং, সবকাবগী ওফিসাবশিং, **ফোবেষ্ট লোইশঙগী থবক শুবশিং,** চে পুখোকপা মিলগী ওফিসারশিংনা জঙ্গল অমদি শাশিং য়েংবা লাকই। ওফিসকী থবক চৎপগী মিং লৌবনা মখোযগী অফবা পাম্বেনি। ঐখোযগী প্রোজেক্ট অসি অল্লাপল্লীদগী কি মি: ৭০ লাপই। লম্বীদা মখোযনা শা অমত্তা উদবনা ঐখোযগী শাশিং অসি অতম্ননা যেংবা লাকই। নুমিৎ খুদিংগী লাকই। মখোযনা শাগী মবমদা খঙবা হাযববু ব্লাবীদা তাবদু খক্তনি, তশেংনা খঙবদগী লান্না লৌবনা হেল্লি । শাশিংদু উবদা মখোযনা নোক্লিংবা ব্লাহং কযা হংখি। মখোযনা খঙই উৎনবা হোৎনবদা ঐখোযদা নোক্লিংবা ব্লাঙাং কযা ঙাংখি। শাশিং ফাওবনা নোক্লিংলমগনি খনখি। মযামগী মনুংদা বাজু যোংনা মীগী টুপি চিংবা, মখুৎনা হেক থাবা অসিনচিংবা তাৎ পাৎ কযা তৌবনা মখোযদা খঙদবা কযা খঙহল্লম্বা যাই। ফোবেষ্ট গার্দকী মীওইশিংনা শাশিংবু ঙাক শেনগদবা মীওই ওইদুনসু মখোযনা শাগী মবমদা ইখঙ খঙদবদুদা ঐখোয তশেংনা নুংঙাইবমদে। ঐখোযগুম্বা শাশিংবু খঙবা পামজবা অমদি নুংশিজবশিংবুদি থৌশাবিদে, ওন্ন-তৈনবদা ওফিসাবশিংনা ঐখোযবু চৈবাক ফংহনগনি হায।

ইং ১৯৮০ দদি ঐখোয়গী তশেংনা তমখিবা শা অমা লৈরম্মী। জঙ্গল অসিদা কৈ অমদি কবোকৈশিং লৈ অদুবু মতমদু ফাওবদা ঐখোয়না মখোয়গী মচা অমত্তা ফংদে। ঐখোয়না শুকশোয শোয়দনা নোংমদি মচা অমা ফংগনি খনখি। শাদানবনা কবোকৈ হাৎপা ঐখোযনা তাখ্রে। মরম অসিনা কবোকৈ মচা অমা ফংবা য়াবগী ওইথোকপা লৈরম্মী। মসিদা নত্তনা মাযকৈ অসিদা কৈ মশিং যাম্না লৈতে। নোংজুথা মতুংদা বষ্টরদগী ইন্দ্রাবতী তুরেলদা চহী খুদিংগী কৈ ১/২ না লাম্থোরকই অমদি ঐখোযনা লৈবা মাযকৈদা লাকই। তুরেল তোবর্বান্দা মতম পুম্বদা মখোয়গী খোঙ্গুল থেংনৈ। অতোপ্পা ৱাফম ১না কবোকৈনা মফমসিদা নৎত্রগা অতোপ্পা মফমদা হামেং নৎত্রগা ষনবী ঙাইহাক লৈতনা হাৎলম্মী।

ঐখোযনা ইহান হানবা ওইনা কবোকৈ মফমসিদগী মাইল ১৫০ লাপ্পা চন্দ্রপুরগী জঙ্গলদগী ফংখি। ঐখোযগী প্রোজেক্ট পাযখৎলবা সোমনাথ হাযবা মফমদুদা কবোকৈ মচা ২ থেংনবে হাযদুনা শাও চেল্লকখি। প্রকাশনা মখোযবু ফেব্রুৱারী তাং ৭, ইং ১৯৮০ দা চত্তুনা লৌকই। মখোয শা ৩ শুববনা ফনা চাউনা উরে। মখোয সোমনাথ প্রোজেক্টতা লৈবা নুমিৎ ১৫ নিমুক শুববজাৎনি। অমদি লাবনি, অচৌবা মখলগীনি, মহাকপু ঐখোযনা 'বেন' হাযনা মিং থোল্লি। অমদুনা অমোম্নি, মহাকসু মখল অমত্তগী মচানি, মাবুনা 'লুসি' হাযনা মমিং থোল্লি। মখোয সোমনাথ প্রোজেক্টকী 'নানা' হাযবা নুপাদুনা মফমসি ফাওবা লোযনবকখি। হৌখিবা চযোল ১দি মহাক্না মখোযবু শঙ্গোম পীথক্তুনা লাকখি। মখোয ২ অপীকপা শাবং অমগী মনুংদা চিদাই অনিদা কুলহন্দুনা পুরকখি। ঐখোযনা মনাক চঙশীল্লুবদা মখোযগী খুবাম্না খুজিন ফন্দোক্তুনা থারকই। শারং অদু ঐখোযনা প্রকাশকী যুমগী মাঙ্গোন্দা থমখি। নানানা মখোযগী শঙ্গোম পীথকপগী মতম ওইরে হায়বদুদা ঐখোযনা মিলিলিটর ৭৫০ চনবা বিযার লীক্লীদা শঙ্গোম শেম্মী। শারং অদু হাংদোকপদা কবোকৈ মচা অনিদুনা থোরক্লগা সোফা মখাদা লোৎখি। নানানা শঙ্গোম লীক্লী উৎপদা মখোয

অনি চেম্পোরকখি অমদি মঙোন্দা চোংখৎখি। মখোয়গী খুজিন্না খোৎলক্কনি কিবনা নানাসু চোংখৎখি। ঐনা লুকখদুনা লুসিবু ফাজীল্লি। নানানা নোম্বদুনা মচীন্দা খোমচুপ ইনবদা বেন্না চীকখৎপদগী লৈবাক্তা শঙ্গোম তারম্মী। লীক্লীদু ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা নানানা অতোপ্পা খোমচুপ মচীন অমা পীরক্কবা হাযরকই। অনৌবা খোমচুপ মচীন শীজিন্নদুনা অমুক পীথকই। মহাক্না খোমচুপ মচীন ৪০/৫০ পুরক্লিবগী মরম অসিনা ওইবা তাই। হৌখিবা চহী ৫ দা ঐখোয়না শা মখল কযা য়োক্লকপদা শুপ্লতগী খোমচুপ মচীন ৪/৫ তনা য়াই। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়না বেনবু শারংদা থম্লগা অতোপ্পা লীক্লী অমা শেমদুনা লুসিদসু শঙ্গোম পীথকই। অসুম্না অতোপ্পা খোমচুপ মচীন অমসু অমুক মাঙলম্মী। ঐখোযগী লৈরিবা শা খুদিংমক, শাওম ফাওবা মমাগী মখোম থকগদৌনা খোমচুপ থকপা ঙাক্তেনি। বেন অমদি লুসিদি খোমচুপ মচীন চীকখৎলি। ববরগী খোমচুপ মচীন আস মখোযদদি কান্নরোইদবগুম তৌখি। ঐখোযনা কবোকৈ মচাগী মবমদা হান্না খঙদ্রিবনা শাখিরবা শা অসিনদি মমাগী মখোম থকপদা ঈ থোকহল্লমগনি হায়না খনখি। শঙ্গোম থকপদা মখোযগী মযা অমদি খুবাম্না তৌরিবা ফীভমদু উবদা মীযাম্না হাযনবগুম ঐখোযসু মখোযসি খ্বাইদগী তমখিরমগনি খনখি। অমুক্কসু মসি ঐখোযদা নৌনা শীংনবা অমনি লৌখি। ঐখোযগী অনিশুবা কবোকৈ নেগলনা ঐখোযনা খল্লিবদু অবানবনি উৎখিবদুনা অতোপ্পা ব্রাফম অমনি। লুসিগী মচীঞ্জাক ইনবা লোইরবা মতুংদা মাবুসু মকোন্দা থাজীনখি। অদুদগীদি কৈ মচা অনিসিনা অমনা অমগী মশাদা পকপা শঙ্গোমদু লেকথোক্লরম্মী।

মথংগী নুমিত্তসু মখোয অনিবু নানা যাউনা শঙ্গোম পীথকখি। প্রকাশনা হৌগত্তুনা শঙ্গোম লীক্লীদু ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা মখোয অনি মথং মথং থোরকহনখি। শঙ্গোম লীক্লীদু তান্নদুনা মখোয অনিমক মতুংগী থোঙনা লেপখৎলি। করিনো খঙদবমখৈ মখোয অনিনা অমগা অমগা ঙাক্লৌ পীননবা হোৎনবদা মখোয়গী খুজিন্না থোৎনদুনা শোক্লম্মী। প্রকাশনা মখোয অনিবু ওন্ন-ওন্ননা শঙ্গোম পীথক্লবা হোৎনবদা ঐনা

মনাক্তা চংদুনা অমমম কহোক্লবা হোৎনৈ। খোমচুপ মচীন্দু খবগা লাওখোকহনবদগী শঙ্গোম ফজনা তারকখি। ৩ লক শঙ্গোম এদা নুমিত্তুদদি খোমচুপ মচীন অমদগী হেন্না চংখিদে। মথংগী নুমিত্তা নানা সোমনাথতা হনখি।

থংনবা নুমিত্তা খর ঙন্না হৌদুনা বেন অমদি লুসিবু শারংদগী থাদোকপিদুনা মখোয়গা শান্নবা হোৎনখি। ঐখোয়না চেনবদা মখোয়সু চেল্লকখি। ঐখোয়না মখোয়গী খুজিন্না য়ারিবমখৈ শোক্তনবা হোৎনৈ। মখোয়বু মকোন্দা অমুক থমজীল্লি অমদি খোমচুপ মচীন মশিং থীবদা নুমিৎ ২০নিগী ৪০ খক্তা লৈবা থেংনখি। খোমচুপ মচীন লৈবা চংপদা মাইল ১৫০ চংকদবদুগী অবাকদু খল্লুরগা ঐখোয়না হান্নগী বোটলগী মচীন্দা য়োৎকী পাইপ অমা অচৌবা রবর অমনা পুনশীল্লম্মী। শওমদি কৈদৌঙ্গো রবর মচীন চীকথৎপা থেংনদে। করিগুম্বা শঙ্গোম লোইখিদুনা ওক্তবা থোক্লবসু মখোয়না ঐখোযগী খুৎ চুপ্পী, মতমদুদা অতোপ্পা লীক্লী শেম্বা ঙাক্তনি। হায়বিবসি কবোকৈ মচাদদি ওইখোক্তে। ঐখোয নোংমদা খুৎশা অমমম মাঙবা তাই। বেন অমদি লুসিনা শঙ্গোম ফজনা থক্লনবা ঐখোয়না পাইপ অদু নূঙথংনা যৈদুনা পাকখোকহনখি। অসুম্না পীথকপা মতমদদি শঙ্গোম যাম্না মাঙদ্রে। নুমিৎ কযানি শঙ্গোম হৈজিনবা মরম্না কৈ মচাশিং অসিগী খজাইগী মখাদা হৌবা মতু কেনবা হৌরকখি। মবম অসিনা ঐখোযনা শঙ্গোম পীথকপা লোইরবা মতুংদা অচোৎপা ফি অমনা মঙক তৈথোকপিরম্মী অমদি মদুদা হীদাক তৈবিরম্মী। অহানবদা মসিদা হৈনদবা উৎলকই অমদি মখোযগী চাথৎপা মফমদু শোক্লবদা খোংলকখি। মখোয়বু শঙ্গোম পীথকপদা নানানা খুবাক্কা থাবা উখি, মরম অসিমক্কা ঐখোয়না নুংশিনা নানগে তৌরফাওবা মখোযগী খুজিন তিংথোক্তুনা ঐখোয়দা খুবাম্না থাগে তৌরকই।

৬নি শুবা নুমিত্তা মখোযবু প্রকাশ অমদি ঐনা শোকপা যারকই। ঐখোয়না কৌবা মতমদা হরাও-হবাও থোরকই। মখোয়গী খুজিন তিংথোকপদু তরানিশুবা নুমিত্তা মযেং তারকই। মখোয়না ঐখোয়দা

নুংশিনা ঙাথু-থেংথুবা হৌরকই। নুমিৎ খুদিংগী ঐখোযগী হবাওবা অমদি হৈনিংবা হেঙ্গৎখি। মখোযদা পুক্নিং চংদবা মতমদা ঐখোযগী নাক্তা লোৎলৈ, ঙারদুনা চোংখৎ-চোংথ শান্নবা হৌবকখি। প্রকাশকী মচানুপা অনুসু মহৌশানা শাগা শান্নবদা কিবা পোক্তে। মোক্সা থৌনা লৈরক্তুনা অনুগা লোযনৈ। অসুম্না লুসি, বেন, প্রকাশ, অনু, মোক্সা অমদি ইশামক্কী অনৌবা তাইবং অমা লৈরকখি। অতৈনদি কবোকৈশিং অসি অশিবগী পাখোল্লোইনি খন্দুনা ঐখোযবু থাপ্না যেংঙি।

১৫ নিশুবা নুমিত্তা ঐখোযনা মখোযবু কোযবা পুখোল্লম্মী। বেন অমদি লুসি যাম্না লাপ্না চৎলু হাযবা যাদে। মখোযনা নারক্তা হেক্তা চংখি অমদি কনাগুম্বনা মখোয থিকবদা খঙহৌদনা মঙোন্দা হেক্তা চোংখৎলকই। মসি মখোযগীদি শান্নবনি। কবিগুম্বদা মখোযনা লম্বীদা অতোপ্পা মীনৌ উবদা মহাকপু ঙাইদুনা কুম্থৈ অমদি ঙংদুনা লৈ। ঐখোযগী যেংশিনফম থোকপা যেংদুনা লৈ। কবিগুম্বা কবোকৈ যোক্লবদা খুদোংথিবা থোক্ল-বদি ঐখোযবু মিংচৎ থীহনগদৌবিবনি অমদি বেন অমদি লুসিনা মসিগী চৈবাক ফংগদৌবিবনি। মখোযগী নীংতম্বা মাঙবা তাবনি। ঐখোযগী মিংচৎ মাঙবদি ঐখোয কবিসু থোইনা খল্লুদে। শাশিংগা কুইনা লোযনবকপগী থেংনবকপা কযানা ঐখোযবু লাকশীনখ্রবনি। শাশিং অসিনা ঐখোযবু নুংশিবা নতুনা কনাগীসু খনবা লৈতে। ঐখোয মাওইবনা শাশিংবু হথনা লৌবিবা অদুখক মখোযনা খাঙবা ঙমদে মবমদি মীওইবনা নংশবা যেম্থোক্লবসু কবিগুম্বা খব হল্লকপা পামই। ঐখোযনা ইশাবু হত্থনা লৌজবদা কবিসু খল্লবোই মবমদি মীওইবদগী মিনুংশি ফংলক্তবসি থেংনবকপা পুন্সিনা খুদম্নি। কবোকৈ অসিনা কৈদৌঙৈদসু ঐখোযদা খুদোংথিবা অমত্তা থোকহন্দ্রবসু মী খবনদি মখোযনা চাউবক্লগা মখোযগী (মীওইবগী) লীচৎ লৌদুনা ঐখোযদা ওনশীল্লক্কনি ফোংদোক্লি। মখোযবু শুকথা থাজবোইদবনি হাযবি। হার্যবিবাসনদি মীওইশিং অসিদি মখোযগী হৌবকফম উত্ত্রিব্রা? ঐখোযনা শাউনা হংজনিংলিবদি মখোযবু কবোকৈগী মবমদা কযা যাম্না থেংনববগে হাযবসিনি? অদুম ওইনমক

হৌজিক্তি ঐখোয়গী ইশাগী লীচৎ হোংনরক্লি। ঐখোয়না শাশিং অসিদগী খঙলিবদি মখোয়না মরম লৈতনা অতোপ্পদা অকায়বা পীদবগুম ঐখোয়না মরম চাদনা অতোপ্পদা অকায়বা পীবা তোক্কুনা ইশাগী ইথৌদা পুক্লিং চংগদবনি হায়বসিনি।

থা অমগী মনুংদা শা মচাশিং অসিগী লমচত্তা অহোংবা কয়া লৈখি। খোমচুপ পীথকপা মতমদা মচীন চীকখায়বদু তোকখ্রে। শঙ্গোম থকপগী চাং হেঙ্গৎলে। নুমিদাং খুদিংগী শঙ্গোম, চাক, পোলি অমদি য়েরুম য়ানশিন্দুনা ঐখোয়না মকোন্দা থমখি। অহানবা নুমিৎ ৪ নিদি মখোয়না মদু শোক্লমদে। মতুংদা মখোয়না অমুকথক খজিক্তুং চাবা হৌরম্মী অদুবু অয়ুক্তদি পুখম হাংলম্মী। নুমিৎ খর ঐখোয়না বেন অমদি লুসি কোয়থোকপা পুই। মতুংদা কবোকৈনা মরম ওইদুনা রানি থওইবিদ্রে খনবদগী ঐখোয়না রানিসু লোয়নখি। মতমদুদা মহাক য়াম্না চাউরে অমদি মহৌশাগুম নীংঙাইদনা চৎলি। বেন অমদি লুসিনা শান্নবা পামখি। অদুবু রানিগী কুচু অমদি চাউবগী ফীভমদা মখোয় কিজখি। মখোয়না খোঙদা য়েৎপা তোক্কুনা নাকন্দা চৎলি। খর লৈরগা রানিনা মখোয়বু খঙলম্মী। প্রকাশকা কনাগুম্বা অমত্তনা নক্না চৎপা উবদা খাঙবা ঙমদদুনা রানিনা হৌনা ঙংলগা চেনশীল্লি। লুসি অমদি বেন্না মোংশোং অমগী মরুমদা লোৎখি। রানিনা ঐ অমদি প্রকাশকী মরক্তা চৎলি অমদি প্রকাশতা অতৈগা চৎমিন্নবা ইকাইদ্রা হায়দুনা খুনিংনা থিল্লি। মতুংদা মানা ঐগী খোঙ চিংদুনা ইষ্টুরম্মী। ঐখোয়না পেলহল্লবা মতুংদা মহাক্না চৎপা হৌই। মতমদুদা বেন্না তুংলোমদগী তুমিন্না লাক্লম্মী। মানা রানিগী নঙ্গন্দা চোংশীনবা অমদি মঙক্তা ফাগে খনলম্বসু য়াই। রানিনা মাবু কন্না ইহোকখি, য়াম্না থুনা মহাক্না মোংশোংদা চংখি। লুসিনা মাগী খোঙলোয়গী খৌনা মতৌ তম্বা হৌরম্মী। মানা তুংলোমদগী চোংশীন্নবা খৌরাং তৌবদা রানিনা লৈথোরকখি। মনিংগী খোঙনা লেপ্পগা রানিনা অসুক্কী মতিক ঐ ফাওবা মিপাইবা মখৈ খোংলকখি। লুসিগী ফীভম হোংখি। মানা চেহোকখি অমদি চংজফম ফংখি। রানিনা মসি মখোয় কিনবথক তৌবনি অদুবু হৌজিক্তি মদু মখা চত্থবা

ওইখোক্ত্রে। ঐনা বেন অমদি লুসি কৌনবা ওহোক্লিভঁদা প্রকাশনা রানিগী মনাক্তা ঙাইখি। রানি ঙাইনবা অমুক কুহ্বা মতমদা মখোয় ফুট ১০০ মুক চংলম্বা য়াই। কবোকৈ মচানা ইরায়-লায়না মায়থীবা য়ানিংলমদে। ঐনা রানি কৌবদা মহাক লাকখি। প্রকাশনা লুসি অমদি বেনবু ফাবদা রানিনা লেপ্পী। কনাগুম্বা অমত্তনা মাগী মহুৎশী দুনা ঐখোয়গী নাক্তা লৈবা মানা পামদে। মওং পুম্নমক কায়রে। প্রকাশতা ঝাখল অমা লাক্লম্মী। মানা চেনবা হৌবদা রানিনা মতুং ইনখি। মদুদগীদি লুসি অমদি বেন্না হায়নরুদনা মাবু অমদি ঐনা মখোয়গী মতুংদা তান্নৈ। লুসি অমদি বেন মখোঙ য়াঙলম্মী। মখোয়না রানিগা হেক নকশীনবদা রানিগী তুংগী খোঙনা লেপকনি অমদি মখোয়দা হৌনা ঙংগনি। লুসি অমদি বেন্না মদুদা লোৎকনি। প্রকাশনা রানি কৌথোক্কনি। ঐনা বেন অমদি লুসি কৌদুনা লেপ্পবা তৌই। লুসি অমদি বেন্না লোৎখ্রবদা রানিনা প্রকাশতা অমদি লুসি, বেন অমদি ঐনা মঙোল্লোমদা চেনশীল্লি। ঐনা লম্বীগী নাকন্দা য়েংই অমদি ফনা চোকথরবসু নোকপা হৌই। জঙ্গলদগী লাপ্পা ঐখোয়গী থবক শুবশিং, স্কুলগী অঙাংশিং অমদি চীংমীশিংনা ঊগী মরুমদগী অসিগুম্বা তোপ-তোপ্পা লমজেল অসি য়েংই অদুবু মখোয়দা নোক্লিংবদি ফাওদে। অসুম তৌনা মমৈদা ঐখোয়না য়ুম য়ৌরকখি।

মথংগী নুমিত্তা রানিগী মহুত্তা নেল্লী ওইনা পুখি। নেল্লী চহী ৫ শুরে। জর্মনগী হূই ওইবনা মহাক ঝাংই অমদি কল্লী। লম্বী য়ৌবদা মতম খরদি করিসু তৌরমদে। অদুম ওইনমক বেন্দি তুমিন্না লৈবা পামদে। মাগী তাৎ-পাৎ হৌরম্মী। ঙরাংগী থেংনখিবনা মরম ওইদুনা মানা অনৌবা শাদগী অহানবদা চেকশীনবা হোৎনৈ। য়াম্না মশা খিংবা নেল্লীগী মতুংদা মানা চেল্লি। নেল্লীনা থুনা বেনগী খোঙথাং মখোল তাগনি। মাগী মকোক লৈথোকপদা বেন্না তুমিন্না চখোক্কনি। নেল্লী হৌখিবা চহী অহুম রানিগা কোয়বদা লোয়নৈ।মখোয়না লাক্ল - ফানা কয়া তৌবদু মখোয়গী শান্নজবনি। মসিদা নত্তনা রানি মাগী অঙাং ওইরিভঁগী মরুপ্নি। অকোনবা লাকপশিং অসিনা নকশীল্লকপা

নেল্লীনা পান্নমদবা য়াই। মানা মখোয়বু করিসু থৌশাদে। নেল্লীগী ফীভমদা মতম খরগী তুংদা লুসি অমদি বেন্না শাউখি। বেন্না মাঙদা চৎখৎলগা মোংশোং অমগী মনিংদা লোৎলি। শা থিবা হূই অমা ওইরিবা নেল্লীনা বেনবু ইরায়-লায়না ফংগনি। অপঙবা অসিনা মাগী মমাঙমক্তুদা লোৎনবা হোৎনৈ। নেল্লীনা চংশীনবদা বেন্না মঙোন্দা চোংশীল্লি। মাদি হান্ননা মনম খঙখ্রবনি। নেল্লীনা মায়কৈ হোংদোক্লুনা মাবু লৈমায়দা তুহল্লি। বেন শাউবনা লোই। মতৌ তমদুনা লুসিনা চংশীনবা হৌই। নেল্লীদি খাঙদুনা লৈবা শুকঙম ঙমদ্রে। মানা বেন্দা চেনশীল্লগা হৌনা খোংখি। মসিদগী কবোকৈনা য়াম্না হৌবা খোঞ্জেল কি হায়বা খঙবা ঙমখি। বেন্না লৈথোক্লগা মথ্বায় হিংনবা চেনখি। লুসি অদুক্কী মতিক তোঞ্জখি মদুদি ঙাইহাক্তি ঐনা মাবু উবা ফংদে। হৌজিক্তি ঐখোয়না তৌগদবদু মমাঙগী নুমিত্তগীদি খর লায়রে। ঐখোয়না ফমথৈ। লুসি অমদি বেন কনাগুম্বনা কনবিবা তঙাইফদে। মখোয় অনিমক ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লুনা ফমথরৈ। মনা তুকথরদুনা মখোয়না নেল্লীদা য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না য়ুমদা চৎনবা হায়বদা নেল্লীনা য়ুম হন্নবা থৌরাং তৌই। ঙাইহাক ঙাইরগা ঐখোয়না য়ুমদা হল্লি। মসিগী মতুংদগীদি ঐখোয়না চয়োলদা নুমিৎ নিনি রানি অমদি নেল্লী অদুগা নুমিৎ নিনি অমনা বেন অমদি লুসিবু কোয়বা পুথোকই। অকোনবগী শাশিং অসিগী ঙাউশীন্নবা হেঙ্গৎলকখি। মপাঙ্গল হেঙ্গৎলকপদা মখোয়গী তাৎ-পাৎ মরৌ লৈবা হেঙ্গৎলি। মখোয়না য়ুমগী ফি অমদি ফক শেগায়বা হৌখি। ঐনা কৈদৌঙৈদা মখোয়বু ফুদে অদুবু করিগুম্বা মতমদা মখোয়না করিমত্তা কিদবদা ঐনা 'তৌনু' 'তৌনু' হায়দুনা অপীকপা চৈনা কল্লি। অসুম্না হেক হেক তৌবদা মখোয়না চৈ কি । ঐনা চৈ পায়দুনা 'তৌনু' 'তৌনু' হেক হায়বদা মখোয়না হায়বা ইল্লি।

এপ্রিলদদি লুসি অমদি বেন ফনা চাউনা উরে। নোংমগী অয়ুক্তা লুসিগী মমীৎ নুংঙাইতবা ঐখোয়না উই। মমীৎ নাম্মা মপি তাই অমদি অয়ুক্তু মানা শঙ্গোম থক্কে। নুমিৎয়ুংবদা মাগী মখোঙ চিংখি।

প্রকাশ ডোক্তুর অমনি অদুবু শাগীদি নত্তে। করি তৌগদগে খঙদদুনা ঐখোয়না থব্রায় কন্নবগী হীদাক কাপখি। মনাক্তা ফমদুনা ঐনা মীৎকী হীদাক হাপখি। মখোঙ চিংবা লেপ্পবা ঐখোয়না পঙথনবা হীদাক কাপ্পী। পূং অনি লুসি রাখল মাঙখি। মতুংদা মানা হৌগৎলকখি। হকচাং থেক্কুনা করিমত্তা থোকখিদবগুম শান্নবা হৌখি। ঐখোয়না মদু করিননো খঙখিদে অদুম ওইনমক ডোক্তুর মরুপ-মপাঙদা চিঠি ইখি। ঐখোয়না মাবু কোয়থোকপা পুদ্রে। নুমিদাংদা মানা শঙ্গোম ফনা য়াম্না থকখি।

মথংগী অযুক্তা লুসিগী মশা করিসু তৌখিদে। নুমিদাংব্রাইদা ঐখোয়না মরক মরক্তা হেক হেক চৎপা প্রোজেক্টকী অতোপ্পা নাকন্দা কোযথোকখি। লম্বীগী অরোইবা শরুক্তা শঙ্গোন অমা লৈ। ঐখোযনা লম্বীদুদা চৎপা খুদিং লুসি অমদি বেন্না ষন অমদি ইরোই ঙাইদুনা হেক হেক কুল্লী। অকোনবগীশিং অসিনা খঙলদুনা মঙক নোহ্নুনা মচীনা তমদুনা শেম শাগনি। মখোয়গী চাউবগী ফীভম উবদা বেন অমদি লুসিনা হন্দোরক্কুনা চুম্না চৎলি।

নুমিত্তুদি বেন অমদি লুসিনা মহৌশাগুম খৎনবা হৌবগী ফীভমদা লৈ। ষনবী অমদি ইরোই অমোমশিংনা খৎনবা হন্নবগী ফীভম উৎলি। বেন্না মাঙদা চৎখৎপা হৌই। লুসিনা মাগী হান্নগী ফীভমদা লৈহৌই। মানা মমৈ মতোন হাইবা হৌই। ঐ করিনো খঙই। ঙরাং মশা নাবা লুসিনা ইরোই অমোমদা অপঙবগুম খৎনবা হৌরবদি মহাক চপখায়দুনা শিরগনি। ঐনা কুহ্নখি অদুবু মহাক ফানবা তাঞ্জা ঐঙোন্দা পীরমদে। মহাক চেনখি অদুবু ষনবী অমদি ইরোইশিংগী মায়কৈদদি নত্তে। মফমসিদা থবকশুবশিংগী মরক্তুগী খরনা মশাগী হামেং লোয়। শঙ্গোনগী নাকন্দা সাভজিগী চহী ৪ শুববা হামেংনা লেপ্তুনা লৈ। কনামত্তনা মাবু উদে। ঐনা 'তৌনু' 'তৌনু' লাউদুনা চেনশীনবা মতমদা লুসিনা হামেংগী মঙক উম্মী অমদি লৈমায়দা ইল্লুই। লুসিদা শা করম্না ফাগনি তম্বিখিবা লৈতে। মানা কদাযদা মীৎযেং থমগনি খঙলমদবসু য়াই। হামেংনা থব্রায় হিংনবা খোংবদা লুসিনা মাবু থাদোকখি।

মাগী য়াখুল মরিমক্না হামেংগী মকোক্তা শোকখি। ঐখোয়না সাভজিদা মাগী হামেংদু দিস্পেন্সরিদা পুরক্কবা হায়খি। অশোকপদু ফোংলি অমদি বেন্দেজ য়েংখি। হামেংদু শিবদি শিদ্রে। নুমিৎ ৪/৫ নিগী মতুংদা মহাক চংপা ঙমখি। সাভজিনা মাগী হামেংবু ''বহাদুর'' কৌখি। মহাক্না মীপুম খুদিংদা মাগী হামেংনা কৈগা খংনৈ অমদি কৈদু চেনখি তম্লম্মী। চহী অমমুক্কী মতুংদা অক্ক প্রদেশতগী হামেং লৈবা মীওই খর লাকই। মখোয়না সাভজি অমদি বহাদুরগা লোয়ননা ঐগী নাক্তা লাকই অমদি হামেং অদুনা কৈগা চীক্কখিবা লৈব্রা হংলম্মী। ঐহাক অচুম্বা পাউখুম পীবা য়ারমদে। মখোয়না মখা তানসু হংদ্রে। মহৌশানা কনানসু হংনদে। মীওইবনা অঙকপা থৌদোক্তা কা হেন্না নুংঙাইজে। করি তৌবদগী থৌদোক্কু খোক্লিবনো হায়বগী মরমদদি কনানসু হংদে। লুপা ১০০/- শিংকদবা সাভজিগী হামেংদু লুপা ২৫০/- শিংখি।

লুসি অমদি বেনবু মায়থীবা পীখিবা হামেংগী ৱারী অঙাংশিংনা তাবা পামখি। অনু অমদি মোক্লানা ঐঙোন্দা মখোয়গা চংসি তক্লখি। মখোয়না হামেং অদুনা কবোকৈগী লম্বীদা ঙাইদুনা লৈবগুম নীংলম্বসু যাই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু রানি অমদি নেল্লী ঐগা লোয়ননা চংপা য়াদবনা অনু অমদি মোক্লা পুখি। ঐনা অঙাং অনিমক্তা চৈ মচা অমমম পায়হল্লি। লুসি অমদি বেন চৈ কিবনি। মোক্লা অমদি অনুনা লম্বীদা তীন অমদি হঙোই ফায় অমদি লমহাংদা পানবা হৈজামপেং চাদুনা চংলি। মখোয় মখোয়গী অপাম্বদা মখৌ চিঁঞ্জে। বেন অমদি লুসিসু মখোয়না পামজবা মওংদা চংলি। করিগুম্বা মতমদা মখোয়না অনু অমদি মোক্লাগা কেকু লোংপি নুংঙাইনা শান্নৈ। অনু অমদি মোক্লানা শাশিংবু কিদে অমদি মখোয়না চৈ পায় খঙবদা লুসি অমদি বেন্না অয়েংপা অমত্তা পীদনা চংলি। প্রকাশ অমদি ঐ ৱারী শাদুনা চংলি অদুবু মখোয় মরিদা চাউয়েং য়েংবদি লেপ্তে। থা অমদি অসুম্না করিগুম্বা পামদবা অমত্তা থোক্তনা ফজনা হৌখি।

ঐখোয়না শনম্বদু মেগী তাং ২ গী অয়ুক্তা কোয়বা পুখোকই। পুখ্রিদা ঈশিং লৈতবনা ঐখোযনা মাবু তুরেল তান্না পুবা তাখি। মসিনা

ঈশিং য়াম্না পামজবা মরম্না ঐখোয়না মকোন্দা দ্রম অমা থম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা ঐখোয় ৬ মহৌশাগুম চৎলি। ঐখোয়না অপীকপা ঈচেল লাম্নোক্লুনা থংনবা ঈচেল মনাক্তা নুমিৎ খুদিংগী তৌবগুম্না ফম্মী। তুরেলদু কংখিবা কুইরে অমদি তোবর্বান্দু লৈঙোই ঙাক্তা ঙাইরম্মী। অনু অমদি মোক্সানা মহৌশানা লৈঙোইদা মঙলানগী য়ুম শাই অমদি ঐখোয়না ফুট ৫ মুক লাপ্না ফম্মী। বেন্না প্রকাশকী তম্পাক্তা নীংঙাইদনা ফম্মী, মতমদুদা ঐনা খোঙ তিংখোকই। লুসিনা ঐগী তম্পাক্তা ফম্মী, অমুক চেম্নোক্লগা খোঙবী ফাদুনা শানৈ। ঐখোয়গী ৱারী মখা চৈখে। অরাপ্পদা হূইনা খোংলকই। মদুদা ঐখোয় পুম্নমক মায়কৈ অদোমদা য়েংখি। লুসি অমদি বেন্না মখোয়গী মনা ফন্দুনা খৎনবা হৌবগী ফীভম শেম্মী। হূইনা খোংবদু অমুক হন্না তাবদা মখোযনা মায়কৈ অদোমদা চেনশীনখি। হূইশিং অদু কদায়দা লৈবনো উরমদে। ঐখোযনা ৱারী মখা চৈখে। অনু অমদি মোক্সানা মখোয়গী মঙলানগী য়ুম থুগায়রদুনা য়ুম হনবা পামখি। বেন অমদি লুসিগী মতুং ইন্দ্রবসু যাই। মখোয়না ঐখোয়দগী পংলাপ লাপ্না চৎলম্লোই। মখোয হল্লকপা উবদা ঐনা মোক্সা অমদি অনুদা মখোয়না মখোয়গী মঙলানগী য়ুম থুগায়খ্রবা মতুংদা হল্লসি হাযবদা য়ারদুনা ৱারী শাবা হৌরম্মী। মখোযনা লাউ-খোংদুনা, জগোয শাদুনা হরাওনা মখুৎ হাইবা হৌখি। করি খোক্লবনো খঙদ্রিঙৈদা লুসিনা মোক্সাগী নঙ্গন্দা লাক্লম্মী অমদি মাগী মঙক উম্নবা তৌখি। প্রকাশ অমদি ঐনা লাউরদুনা মনাক্তা চেনশীনখি। লুসি থুনা নাকন্দা চখোকখি, মোক্সানা লৈঙোই কম্নোক্লুনা হৌগৎলকখি। মাগী মঙক্তা লুসিগী য়াখুন্দি তাদে। ঐনা লুসিবু অমুক অনিরক ফুখি। মহাক য়াম্না লানখ্রে হাযবা ফোংদোকই। অঙাংশিংনা লাঙদুনা লাউবদুদা অসুম্না তৌখিবনি। মদু শান্নরিব্রা নৎত্রগা শাউরিব্রা ঐখোয খঙবা ঙমখিদে। লাইবক ফবদগী শোক্তবনি নৎত্রবদি লায়েংনবা পুখৎলমগদবনি। মথংগী নুমিত্তগী ঐখোয়না অনু অমদি মোক্সা পুবা তোকখি। মখোয়সু চৎকে হায়দ্রে।

হায়রিবা থা অসিদা মোইরাং শাখিবী মচা খর ঐখোয়দা

পীরকখি। ঐখোয়না মখোয়বু চাউরাক্পা থা ৬ কী মতুংদা জঙ্গলদা থাদোকখিগে খন্দুনা থমখি। ঐখোয়গী শনম্বসু চাউরে অমদি মীশক ফজনা খঙবা ঙম্রে। মহাক শান্নবা পাম্মী। মানা চীক্তি চীক্তে। অয়ুক্তা মাবু কোয়নবা মকোন্দগী ঐখোয়না হেক হেক পুথোকই। ঙা কোরিয়ালগীদমক শাবা অচৌবা তেক্কী অমা লৈ। মাবু মসিদা ঈশিং য়াম্না ফংহন্দুনা অমদি ফমফম মরাঙ কায়না পীদুনা ফাজীল্লি। ঙা কোরিয়ালগী তেক্কীগী নাকন্দা ঐখোযনা লিনগীদমক চেক্কী তেক্কী অমা শাবা হৌই। চয়োল অমগী মমাঙদা মখাদা লৈবা উপাক পত্তুনা অচৌবা খারৌ অমা নাম্বোকখি। শারংদু য়ুম মনাক্তা লৈ। খারৌনা য়ুম মনুংদা চংলমগদবা মাল্লবসু কনামত্তনা উদি উদে। নুমিৎ নিনি চুপ্পা ঐখোয়না য়ুমগী মফম খুদিংদা খারৌদু থিখি।

মতমদুদা ঐখোযগীসিদা ইলেক্ট্রিক্কী মৈ ফংদে। ঐখোয়না দিস্পেন্সরিদা হীদাক থমদুনা শীজিন্নবা কেরোসিন্না চলাইবা রিফ্রিজরেটর ১ পুরকখি। নোংমদি রিফ্রিজরেটরগী থাউমৈদু লেপ্পা লৈতনা খপ্পম্মী। থাউ ফত্তবনা ওইরমগনি খন্দুনা লিটর ১০ মুক শীন্দোকখি। মদু মমায় লাওবা হাপ্পবা পোৎ অমদা হাপ্পনি। শনম্বনা ঈশিংনি খন্দুনা খুদেংগুম ইরুজনবা চংলুই। মাগী অরানবা খঙলদুনা মদুদগী থোরক্নবা মানা কন্না হোৎনখি। মনাক্তা ঐখোয় মতমদুদা বেন অমদি লুসিবু শঙ্গোম পীথক্কুনা লৈ। লাঙলিবদু করিনো খঙনবা চংশীনখি। শনম্বগী নাতোন, ময়া অমদি মমীৎ কেরোসিন্না লুপ্লে। মহাক য়াম্না হৈনদদুনা শাউরম্মী। মাবু পুথোক্কুনা ঈশিং তেক্কী অমদা থম্নগা সাপোন্না চামথোকই। নুমিত্তুদা অহানবা ওইনা মানা ঐখোয়দা চীকখি। ঐখোয়না মাবু ওথোকহন্নবা কন্না হোৎনৈ অমদি কান্নগনি খনবা হীদাক পীজৈ অদুবু মহাক নুমিৎয়ুংবা মমাঙদা শিখিরম্মী।

ঐখোয়না শনম্বা শিখিবগী ৱারিঙৈদা পধুর খুলগী মীশিংনা কবোকৈ লাবা মচা অমা পুরকখি। লুসি অমদি বেন্না মফম অসিদগী মচীন-মনাও অমা ফংজরে খনবদা ঐখোয় নুংঙাইজখি অদুবু মদু হিংগদবা মানখিদে। মানা নুমিৎ নিনি শঙ্গোম থক্তে অমদি মশক তাইফেৎ

তাইরম্মী। চয়োল অনিমুক শুরগদবা শা অসিগী খোংনবগী পাঙ্গল ফাওবা য়াউদ্রে। মাগী মমীৎ পাঙবা উই। ঐখোয়না মাবু 'সুভাষ' কৌখি। মাগী খুজিল য়াম্না থৌই। খুদৈ অমদা য়োম্নগা ঐনা মাবু তম্পাক্তা থম্মী অমদি মচীন্দা খোমচুপ থন্নগা মমৈদা খোৎপিরম্মী। মহাক খোমচুপ মচীন চুপ্পা ফাওবা ঙমদে। ইকুই কুইদনা মসিনা নপ-নপ লাওবা অমুবা মথী ফায়। নুমিৎ নিনিগী মমাঙদা মমাগী মখোম থক্লম্বা য়াই। মমৈদা ঐনা নমদুনা মযা কাহল্লগা চামচ্ অমনা শঙ্গোম ইল্লি। মানা কন্না হোৎনদুনা শঙ্গোমদু য়োৎলি। মথংগী নুমিত্তা মখোঙ মনিং মমাঙ থাংদুনা চৎপা হৌই। হম্মিশুবা নুমিত্তা মানা শজি ১দি শওমগুম্না খোমচুপ চুপ্পা হৌখি তৌইগুম্বসুং বেন, লুসিগুম্নদি চীকথত্তে। নুমিৎ ১০নিমুক্কী মতুংদা সুভাষনা তপ্পা খোংবা হৌই। ঐখোয়না সুভাষপু মনাক্তা পুশিনবদাবেন অমদি লুসিনা হৈনদবা উৎলি।বেন্না মাগী খুবাম্না থানবা হোৎনৈ। লুসিদি অদুম ওইনমক সুভাষপু লেক্কনি। সুভাষ থৌরী পুন্দনা ঐখোযনা মখোযগী মনাক্তা থাজীন্দে। মখোয় সুভাষকী শকক ১৫ হেন্না চাউই। কা মনুংদা মাবু মঙক্তা পুন্দনা থমখি। বেন্না মতম পুম্বদা খুবাম্না অথিংবা থোঙ খোত্তুনা অমদি মনম নমদুনা কাদুগী থোঙদা মনাক্তা লাকই। সুভাষনা মদুদা কা মনুংদগী খোংলগা পাউখুম পী।

লুসি অমদি বেন লেপ্তুনা চাউখৎলি। মখোযদা হান্নগা যাম্না মান্নদবা মওং অমা উই। মখোয়গী কুচু খর মাঙবা উই। ঐখোযনা শাবং মনুংদা মতু চবুন চবুন তাবা থেংনৈ। মতমদু কালেহ্থানি। হাইঈনা বোতিগী মতুসু মমাঙদা কালেহ্থা মরি মঙাদা কেনখি। কবিগুম্বা মতমদা মহাক অনাবগুম উখি। অদুবু নোংজুথাদা মতু অমুক হৌরকখি। নিংথমথাদা অশোংবা মতুনা মরম ওইদুনা বোতি য়েংবদা ফজনা উই। রানি অমদি নেল্লীগীসু কালেন্দা মতু খর কেনখি। মরম অসিনা ঐখোয়না লুসি অমদি বেনসু অদুনা ওইরম্বা যাই খন্দুনা কয়া লুনা লৌরমদে।

জুন,ইং ১৯৮০ দি ঐখোয়গী খ্বাইদগী অৱাবা থানি।

পেম্বোকচবা হায়ববু অনৌবা মরুপ অনি ফংবদু খক্তনি। মখোয় কুইনা হিংবদি হিংখিদে। জুন অমদা রানিপোদুরগী খুঞ্জাশিংনা খৈরোই মচা অমা পীরকই। মসিগীদমক ঐখোয়না খোমচুপ অপীকপা অমা থৌরাং তৌবা তাখি। মসিনা অমুক্তা শঙ্গোম আউন্স অমথক থকই। নুমিৎ মরিনিমুক্কী মতুংদা মসিনা মমীৎ পাংই। মসিনা য়ুমগী অকোয়দা শান্নবা হৌরম্মী। লৈনিংবা মফমদা লৈরবসু মচীঞ্জাক পীথকপা মতমদা খোরকই। মসি অসুক্কী মতিক পীকপা মরম্না কনাগুম্বগী খোঙনা নেৎখায়বিবা ফাওবা য়াই। সুভাষ মতোমতা ঙায়বদুদা ঐখোয়না খৈরোইবু মাগী কাদা থম্মী। পূং খরগী মতুংদা মখোয় মরুপ ওইখি। সুভাষকী মনাক নক্লা খৈরোইনা কুল্লী। অহানবদা মানা সুভাষকী নঙ্গন নৎত্রগা মকোক্তা কাদুনা অমদি মশাদা চীক্তুনা নুংঙাইহন্দে। ময়া হৌদ্রিবা মরম্না মানা চীকপদু শান্নবগুম্বনি। শাউরকপা মতমদা সুভাষনা খৈরোইবু খুমাঙনা চপখায়বদা মানা য়াম্না শোন্না খোংই। মানা সুভাষপু চীকপদি ঙমদে। মকোক থাঙ্গত্তুনা মানা সুভাষতা য়েংদুনা ফমগনি। সুভাষনা থাদোকপিরবদা মসিনা খজিক্তং লাপখোক্তুনা ফম্নবা হোৎনৈ। অসুম্না শাউদুনা ওইনজবা অসি মতম কুইদে। ওইনবসিনা কুইরবা সুভাষনা খৈরোইদা চংশীন্দুনা লেকই। মতুংদা অশাউবা কাউদুনা খৈরোইনা শান্নবা হৌই।

জুন ১০ দা লুসি মশা নুংঙাইতনা উই। মমীত্তা পি তারম্মী। মহাক চাদে, থক্তে অমদি কোয়খোকপা পান্লমদে। বেন্দি নুংঙাইনা অদুম উই। নুমিত্তুদা কোয়খোকপগী মহুত্তা য়ুম মনাক্তা লৈবা লৈঙোই মপৈ মথক্তা ফম্মী। লুসিনা তুমিন্না ঐগী তম্পাক্তা মকোক ঙাথদুনা কুল্লী। বেন্না প্রকাশকা শান্নে। ফমুং চংদ্রিঙৈদা বেন অমদি লুসিবু ভিটামিন কাপ্পী। লুসিদা হেন্না কনবা হীদাক কাপখি। ঐখোয় অনিমক ব্বারম্মী। কবোকৈশিং অসি থা ৭ খর হেন্না শুরম্নগনি। ঐখোয়না মখোয়বু শা পীজদে। মসিগী মরম অমনা মনাক অসিব্বাইদা শা লৈবা ফংলমদে। ফংবা তারবসু ঐখোয়গী প্রোজেক্টতা শেল থাদরক্তবা মরম্না ঐখোয়না লৈবা ঙমদে। ঐখোয়না ফংবা হায়ববু চীংমীশিংগী



কবোকৈশিংগা লোয়ননা প্রকাশ আমতে



নেগলগা লোয়ননা বিলাস মনোহর

Color profile Generic offset separations profile



চৌসিংঘ মচাগা লোয়ননা প্রকাশ আমতে



আরতিনা শজি মচা শজোম পীথকপা



কবোকৈ, হইঈনা অমদি য়োংনা পুন্না শান্নবা



হুই অমদি কবোকৈনা শান্নবা

লায়েংনবা ১দি মখোয়গী অঙাংশিংগী মহৈ তম্নবা মীয়ামদগী মতেঙ ফংবদুনি। অতোপ্পা মরমগীদমক পৈশা অমা ফাওবা ঐখোযনা লান্না শীজিন্নদনবা চেকশীঞ্জখি। ঐখোয়দা মমিংতগী ওইনা পীবা শেলদুদি মখোযগী নুমিৎ ১০ নিগী শা লৈবা ফাওবা কোন্নরোই। সরকারগী শায়োকশঙদা কবোকৈশিংদা নুমিৎ খুদিংগী শা কিলোগ্রাম ৬ ফাওবা পীজৈ। মীওই কযানা ঐখোয়গী শাশিং য়েংবা লাকখি অমদি হোৎনজমন থাগৎলি অদুবু কনামত্তনা মখোয়গী মচীঞ্জাক্কীদবক পৈশা পীনবা হোৎনদে। ঐখোযনসু পীযু কৈদৌঙৈদা হায়রমদে। মীওই কয়া যাম্বনা মীওইবনা তানবগুম শাশিং অসিগী হিংবগী হক অমদি হিংহনবগী মতাঙদা খন্থরমগনি হাযবা ঐখোয়না খঙদে। ঐখোয়গী ফীভম যাম্না লুখি। ঐখোযনা লুসিগী অনাবসু য়েংবা ঙম্রমদে। জুন ১১ দা ঐখোযনা মাবু নমদুনা মচীঞ্জাক ইনবা তাখি। নুমিদাংৱাইরমদা মাগী মখোঙ চিংবা হৌরকখি। তোল্লবা বেন্না কাচিন অমদা ফমদুনা মাবু য়েংদুনা লৈ। নুমিদাংদা হীদাক অমদি সেলাইন কাপ্পী। মানা করিমত্তা চাদে। জুন ১২ দা ঐখোয়না অযুক ঙন্না হৌখি। তশেংবমকসু ঐখোয অহিং তুম্বা যারমদে। লুসি শারং মনুংদা শিদুনা লৈরম্মী। ঐখোয় ৱাজখি অদুবু কনাদা ৱাকৎলুগনি? শাশিংনা মশাগী অৱাবা ফোংদোকপা ঙমদে। মখোয়না অৱাবা ফোংঙমদনা খাঙবা তাই, মসি ঐখোযনা মখোযগা লোয়নদবদগী খঙলকখি। ঐখোযনা নুংঙাইনা লেম্নোকপা মতমদুখক নীংশিংবা তাই অমদি অতৈনা ফিজীদা পকপা শম কম্নোকপগুম কাউথোকপা তাই হায়বা খঙথ্রে। ঐখোযনা লুসিগী অরোইবা মথৌ পাংথোকখি। বেনবু থেমজীনবিবগী মথৌ তাখি। মাগী হৌজিক ঐখোয় নত্তনা কনা লৈত্রে। ঐখোয়সু মান্ননা ৱায় অমদি মদু খাঙবা তাই। নুমিৎ ৪ নিমুক বেন্না খজিক্তমক চায় অমদি থকই। ঐখোয়না মাবু থানদনা লোয়নৈ। মতুংদা মহাক্কী ফীভম ফগৎলকই। ঐখোয়না হৌজিক বেন ফাওবদি শা পীজবা হৌরদ্রা? ঐখোয়না অসুম্না তৌবা পামজরবসু তিং ফুদোকপদি ঙম্রমদে। হাইঙ্গনাদি শাতমক চাবা শানি। হৌখিবা চহী অহুম মহাক

ঐখোয়গা লৈমিন্নবদা মাবু শঙ্গোম অমদি চাক পীজরকই। বেন্দদি করিগীদমক্তা হায়রিবসি পীজরোইদৌরিবনো? অসিগুম্বা চয়েৎনবা ৱাখল কয়া পুক্লিংদা লাকখি।

হৌজিক্কী ৱাখল মমাঙগী ফীভম্না মরম ওইদুনা ৱায়। লেপ্পা লৈতনা খনবদগী কনাগুম্বনা মশাবু নমথাক তৌনবগী মচাক ওই। ঐখোয়না শাগী মরমদা ইবা লাইরিক ফংবা ঙম্লমদে। হুইগী লাইরিক অমদা লুসিদা নাবা লায়ওং অদু 'দিস্তেপর' হায়না খঙনৈ হায়। লুসি দিস্তেপরনা শিরিবজাৎলা? চয়োল অমগী মনুংদা বেন্না অমুক কোয়থোকপা হৌই। মহাক হৌজিক মপুক্লিং নৌই অমদি ঐখোয়গা শান্নবদা কা হেন্না ৱারৌগনবা উৎলি। মানা ঐখোয়গা য়ারিবমথৈ শান্ননবা হোৎনৈ। নোংম-নোংমগী ময়াং কংশীল্লক্লে খন্দুনা ঐখোয়না মাবু অরুম্বা ওনবদা কে: জি: ২০ লূম্লম্মী। মহাক্না লাকপদগী অরুম্বা ওনখিদ্রিবা মরম্না চাংদম্নবা ঙমখিদে। মাবু থাঙ্গৎপদা ঐখোয় ইশা ইতোমতা পেঞ্জনবা মানা হান্নগুম লূম্লি হায়জে। অশেংবদি লুসি শিখিবনা মঙোন্দা অকায়বা যাম্না পীরবনি।

ঐখোয়গী নুংশিরবা ববলীনা জুন ১৫ দা ঐখোয় থাদোকখি। ঐখোয় অনিদা নত্তনা য়োং অসিনা অতোপ্পা মীওই কয়াসু নীংজখিবনি। মা শিবদা মীওই পুম্নমক নুংঙাইখিদে। মমাঙগী থাদা বোনিট য়োং অমোম অমা ফংখি। ঐখোয়না মাবু রাজু অমসুং ববলীগী কাদা থমখি অমদি মমিং 'মাইনি' থোনখি। মানা লাকপা মতমদা ববলীদগী খর চাউরে। মহাক চহীদদি তারম্বা য়াই। জঙ্গলদা চাউরকপনিনা চাউনা উখি। মহাক্না ববলীবু কল্লকচৈ, হেক হৌবা নুমিত্তগী রাজুবু খুদুম চনখি। রাজুনা লেপ্তুনা মাইনিদা কাখৎখি। মাইনিনা মরক মরক্তা ববলীবু কয়ারক হন্না চীকখি। রাজুনা মাইনিগী মীচং চংবা হৌই। রাজু অমদি মাইনিনা থিংবদগী ববলী হান্নগুম চাদ্রে। মানা শিদ্রিঙৈগী নোংমা ৱাৎলিঙৈদা ববলীগী খৌনাওদা পোমখি। মদু মাইনিনা চীকপদগীনি। মমীৎ মপি তারম্মী। মাসু দিস্তেপরনা নাখিবরা? শা কয়া খুদোংথিবা নংগদবা

ৱাংলি? ৱাহংনি? ঐখোয চময়খি। ববলীনা রাজুগী লমচত্তা কপখিবা ওইখোকপা য়াফম খোক্তববা? লেপ্তুনা কপ্লবদি খৌনাও পোম্মী হায়নৈ। অসিমক ওইখিবা জাংলা? প্রোজেক্টতা লৈবা মীপুম খুদিংমক্না ববলী শিবদা নুংঙাইখিদে। মখোয়না তকপদগী ববলীবু ফুমখি। কমীওই পুম্ন মক্কী মোত্তা রাজু অমদি ববলীগী শারংদা মাইনি থম্লগ্নোইদবনি হায়। অদুবু শারং মশিং য়াম্দবা মরম্না ঐখোযনা অদুম্না তৌবা তাখি। ঐখোয়না অনৌবা শাশিংবু লৌদবা ঙম্নমদে মরমদি ঐখোযনা লৌদ্রবা মখোয় শিগনি। মফমসিদা লৈবদগী মখোয খরদি হিংলে অমদি খরনা জঙ্গলদা চংখ্রে। য়োংনা মীগুম্না নংত্রগা খেন্ননা হিংবরা হাযবসি ঐখোযনা খঙদে। মাগী কুইনা মপাঙ ওইরব্বা ববলী ফুমখ্রবা মতুংদা রাজুনা মাইনিদা ওনশীনখি। অনৌবা পোত্তি হেক্তা পাম্লে। মীওইবা অমদি যোংনা মমাঙগী অৱা-নুংঙাই কয়াদা লৈমিন্নরকপা মকপ্পু অনৌবা অমা উবদা হেক্তা কাউথোকপা থেংনৈ? ববলীনা চরা হেন্দুনা মতোমতা শিজবা জাংলা? মতুংদা অতোপ্পা 'ছবি' কৌবা অমা লাকপদা মহাক বাজু অমদি মাইনিগা পুন্না থমদ্রে।

অৱাবা থা অসিদা নুংঙাইবা অমখক থোকখি। ঐখোযনা মাউস দিয়ারগী মচা অমা ফংখি। ঐখোয়না ইং ১৯৭৫ দা মেন্টী কৌবা মাউস দিয়ার অমা ফংখিবনি। হৌজিক ঐখোয়দা লাবা অমা লৈরে। ঐখোযনা অকোনবা লাকপশিংবু নীংখিনা থম্নবা হোৎনৈ।

জুন থাদা শওম বানিনা রাজাগা পাদোংনখি। মখোয নুমিৎ ১৫ নিদি ইরাং লৈ। ঐখোয়না লাক্লিবা দিসেম্বরদা রানি মচা পোক্কনি খল্লি। রাজানা চহী নৌই অমদি রানিদি চহী ৪ শুরে। ঐখোযনা শওম্না করব্বা মতমদা মপুং-মবৈ ফাবগে তশেংনা খঙলে। মখোযগী নুংশি-নুংওন মশামক্কুম শাথি। মখোয়না লেপ্পা লৈতনা শারং মনাক্তা চংলকপা কনাবুসু থৌশাদনা লাউ খোংলম্মী। ঐখোয অনিবুদি হান্নগুম অতৈগা মান্নদনা লৌই।

সুভাষ অমদি থৈরোই পুন্না লৈ। অকোনবগী অসি ফজনা চাউখৎলি অদুবু সুভাষনা লুসিগী মতৌ তম্বগুম্বা ১ উই। মাগী থবক

খুদিংমক কা হেন্না তপ্পী। মানা কা হেন্না চত্তে অমদি চোংদে। করিগুম্বা মতমদা মানা খৈরোইগা শান্নমিন্নবা উই। মখোয়না মাবু চেকশীন্না তৌরম্মী। মানা নুংশা মঙাল তঙাইফদবনা অতোপ্পা শারংদা কুপ্লগা নুংশা য়াইজনবা থমখি। মাগী শারংগী য়োৎচৈশিং অসি খৈরোইনা থোক্লিংবা মতমদা থোরক্লগা শান্নজনবা শীল্লি। ঙাইহাক লৈতনা মসিনা শারংদা চংলগা সুভাষতা য়েংই অমদি চথোকই। জুন ২৯ দা সুভাষনা লুসিগী মোংফম য়ৌনা ইনখি। হায়রিবা অব্রাবা থা অসি মথংগী নুমিত্তা লোইরগনি খনবদা হরাওজখি। খৈরোইনা নুমিৎচুপ্পা অমা সুভাষ থি। মানা শারংদা চংদুনা হন্না হন্না মফমদু মনম নম্মী। মহাক্কা তোঙনদবা অমদি য়াম্না চাউবা বেনগা পুন্না থম্বদি ওইথোক্কে। থাদুগী অরোইবা জুন ৩০ দা ঐখোয়না খৈরোই থিবদা মাগী মমৈ বেনগী শারংদা উখি। বেনবু সুভাষনি লান্না খন্দুনা মানা বেনগী মনাক্তা অহিংদা ঙাইহাক চংলম্বা য়াই। বেন্না তৌগদবা মথৌ তৌখ্রে। মসি ঐখোয়গীদা বেন্না অহানবা অমদি অরোইবা চাখিবা শানি। খৈরোইনা মাগী মরুপকীদমক থব্রায় থাদোকখি। তোঙানবা শাশিংনা অমগা অমগা তশেংনমক মরুপ ওই, মখোয়গী মরুপকী মরী অসি থংথবা য়াগদ্রা ? মকোক্তুগী হায়রবদা কালু অমদি পিল্লুগী মথংদা লিম্বু অমদি মেন্টী অদুগা হৌজিক্লা সুভাষ অমদি খৈরোই- মখোয় পুন্না চাউমিন্নরকই, অমনা অমগীদমক থব্রায় থায়, লৈহৌবা অমদুসু পংকুই কুইদনা শি।

নোং চুবা হৌরকখি। মায়কৈ খুদিং ইশং শংই। উনা-ব্রানা অনৌবা ময়োল চোংই অমদি শাৎকায়। ফীভমসিদা ঐখোয়না লুসি,ববলী, সুভাষ অমদি খৈরোই কাউথোক্লবা হোৎনখি। ঐখোয়না তুংদা কান্নরক্কনি খন্দুনা থৌদোক মচা মচা ফাওবা ইশিনখি। নীংশিংবা খরদি অদুক্কী মতিক কাউঙমদে, মদু ইশিল্লুদ্রবসু য়াই।

ঐখোয়না ঙা কোরিয়ালবু খর হেন্না চাউবা কোমদা হোংদোকখি। মদু ফুট অনি মখায় রোম শাংই। মানা ঐখোয়বু মশক খঙবা ঙম্রে। ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা মাগীদমক হঙোই হুল্লি। মাগা চহী ২ লোয়নরকপদগী ঙা কোরিয়ালনা নাকেম্থাদনা হেন্না চায় অমদি চাউই

হায়বা খঙবা ঙম্মী।

অরাংবা তাংলৈনা লিন চারগা হিংই। চয়োলদা নুমিদাং ২দিঙা কোরিয়ালগী হঙোই অমদি তাংলৈগীদমক লিন ফাবা চৎলি। অসিগুম্বা নুমিদাংগী খোঙচৎ অসি য়াম্না নীংশিংনিংঙাই ওই অমদি অনৌ অনৌবা কয়া থেংনৈ। নুমিদাংদা ঐখোয়না লিনগী অমা হঙোইগী অমা হাপ্পবা অনি পুই। নোং চুবনা মরম ওইদুনা ঈশিং মরাঙ কায়রম্মী। হঙোইনা লৈনুংদগী থোরক্কদবা মতমদা লিন্না হঙোই থি। ঐখোয় অনিদি মখোয় অনিমক থি। ঐখোয়না নুমিদাংদা জঙ্গলদা চৎপদা করিগুম্বা অনৌবা অমা হেক্তা থেংনৈ। মতম অয়াম্বদা তন্দনগী মঙাল খপ্পা উই অমদি করিগুম্বা মতমদা মচা খরদি মঙাল খপুবা থেংনৈ। মোইরাং শাখিবীনা নুমিদাং মপান থোরকই। ঐখোয়না শওম লাবা, শজি অরাংবা, মচী মরি পানবা শজি, মোইরাং শাখিবী, লম্লক্কী হূই অমদি অতৈ শাশিং হেক হেক থেংনৈ। ঐখোয়না মখোয়গা য়েংনদুনা লম্বী চৎলি। জঙ্গলদা লৈবা শা খুদিংমক্কী মাগী অকক্লবা লৈফম লৈ, করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না অমনা অমবু অনিরকশুবা ওইনা থেংনখি। মদুদা শাশিংদুনা চখোক্তনা ঐখোয়দা য়েংলম্মী। খঙনবগী চাং হেঙ্গৎলি। কেশা মাড়ীয়াগী লৌবুক্তা ঐখোয়না কৈশাল লাবা-অমোম অনি অয়াম্বা মতমদা থেংনৈ। ঐখোয়না কৌবদা মতম পুম্বদা ফজনা ওক্লকই। তৌবদবু মখোয়গী খুমাঙ থাঙ্গত্তুনা মখুৎ লোন্নদে হায়বদনি। হায়রিবা লাবা-অমোম অসি থা মরিরোমদি উরমদে অদুবু মতুংদা নুংশিরবা মচা অহুমগা লোয়ননা উই। মচাশিংনা চেল্লবসু মপা-মমাদুদি চেন্দে। মখোয়গী মচাশিংদু ঐখোয়দা উৎনিংলম্বা য়াই। মোইরাং শাখিবী অমা জলমাপোরী লৌবুক মনাক্কী তুরেলদা হেক হেক থেংনৈ। ঐখোয়না চৎখৎপদা ঐখোয়গী কোকথক্তা লৈবা উ পাম্বীশিংদা চোং-চোংদুনা ইন্নৈ। ঐখোয়না মাগী লৈফম মপা লাম্হোকপদা মহাক মাঙখি। ঐখোয়না মোইরাং শাখিবী কয়া অমা য়োক্লগা তুংদা মখোয়বু জঙ্গলদা থাদোকখি। মদুগী হৌদোংদু মখোয়গী মনুংদা অমা ওইরম্বা য়াই।

ঐখোয়না করিগুম্বদা লোজিক অমদি মরম য়াউদবা অঙকপশিং থরায় পানবশিংদা উই। অমুকথক ঐখোয়না হঙোই ফানবা মৈ মুত্থৎপদা খঙহৌদনা লম্বীদা লেপখি। ফুট ৩ শাংবা লিল্লবোপ অমা হঙোই ৫না কোয়শীনবা থেংনৈ। হঙোইনা মদু শাথিবা য়েক্লবনি খন্দুনা কিবদগী পুন্না লৈরিবরা? হঙোইশিং অদু চেহ্নোক্লিংবগী মওং উদে, ৩ অমদি লিন্দা নঙ্গন ওনশীন্দে। মমায় ওনশীনবশিংনা লিন্দা খৎনবা হৌগদবসু মান্দে। ময়া পান্দবা মরম্না হঙোইনা লিন্দা খৎনবা হৌগনি হায়বসু ওইখোক্তে। লিন অমনা অমুক্তা হঙোই অমত্তং চাবা মরম্না করম্বা হান্না ফাগদবনো খল্লম্বা ওইবসু য়াই। অদুবু হঙোইনদি করি খল্লিগবা? মখোয় ৬ মক্কী য়েক্লবা ওইরিবা ঐখোয়বু য়ানিংদদুনা পুন্না ৱা তানরিবা জাৎলা? থাউমৈ মঙান্দা ঐখোয়না লিনগা মাযোক্লদুনা লৈরিবা অদু নত্তনা হঙোই ২দি অমগী মথংদা অমা ফাখি। মতুংদা প্রকাশনা লিন্দু মচীন্দা চৈ অমনা নম্লগা মঙাশুবা হঙোইসু ফারগা টিন্দা হাপচীল্লি। লিন অমদি হঙোই পুদুনা ৱাখল খল্লদুনা য়ুমদা হল্লকখি। থংনবা চহী ৭ তা অসিগুম্বা তোপ-তোপ্না থেংনবা অসি শুপ্নগী লিন ১ অমদি হঙোই ১গী মরক্তা ফাওবা থেংনদে।

হৌজিক বেন মতোমতা ঙাইরে। মানা মতোমতা লৈনিংদে। প্রকাশকা লোয়নদুনতা লৈ। হৌবদগী বেন্না প্রকাশকা অয়াম্বদা লৈমিন্নৈ। প্রকাশনা লৈতবা মতমদা ঐগা লৈমিন্নৈ। অদুম ওইনমক মানা ঐখোয় অনিমক্তা মান্ননা হৈনিংবা উৎলি অমদি শান্নৈ। থা ৮ লৈমিন্নরকপদা মানা ঐখোয়বু মাগী খুজিলনা কৈদৌঙৈদসু থীনা শোকহনখিদে। ঐখোয়না চাং নাইনা অয়ুক খুদিংগী শারং পুম্নমক্তা চৎপদু লেপ্লমদে। বেনসু হৌজিক অয়ুক্কী কোয়না চৎপদা য়াউরে। য়ারিবমখৈ ঐখোয়না মাবু শারংগী মপান্দা থমখি। মনুংদা য়েংলুরগা থোরক্লিবা ফাওবা মানা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈ নৎত্রগা মানা অতৈদা তাৎ তৌরম্মী। নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা শা খুদিংমক্লা মাবু খঙবা হৌখি। মখোযনা মহাক শারং মনুংদা চংলক্তে হায়বসু খঙলম্মী। জুলাই ১২ দা মহৌশাগুম মানা ঐখোয়গী তুং ইনখি। ঐখোয়না বোতিগী শারংদা চংখি। বেন্না

মনাক্তা লৈবা রাজুগী শারংদা শান্নবা পামখি। হান্নগুম বোতিনা ইনাক্তা চংলক্কুনা খুৎ লেক্কে। মচীন্না ঐখোয়গী খুৎ ফাদুনা মহাক্না কিদনা লেকখি। হাইঈনানা খোংবগী খোঞ্জেলসি অঙকপনি। কপ্লগা নোকপগা যানশীন্নবগুম খোংই। নুমিত্তুদা বেন্না করম তৌনা চংলকখিবনো খঙহৌদে। ঐখোয়না থোঙদা নঙ্গন ওনশীনবনি। বোতিনা থোঙদু লাপ্লপ্না উই। বেন্না মাগী যেৎথংবা খুমাঙ থোঙগী য়োত্তা থম্লুই। মানা করম্না শান্নগে খল্লুবনো ঐখোয় খঙদে, খঙহৌদনা বোতিনা চংশীন্দুনা বেনগী মখোঙ মাগী খুবাম্না ফাখি। ঐখোযনা লাউখি। বোতিনা খুদক্তা থোঙদু থাদোকখি। বেন খোংলদুনা মখোঙ অহুম্না চোংলগা প্রকাশকী ফমুংদা চেনশীনখি। ঐখোয় যুমদা হল্লি। বেন নাহেবম্মী, মফম অনিদা ঈ থোক্লবা মখোঙদু ঐখোযনা শোকপা যাবমদে। ঐখোযনা মাবু কোনশীনখি। মাগী খোঙ তেকখি। বোতিগী হূইযানা শোকপা মফম অনি লৈখি। মদু ঐখোযনা চামথোক্কুনা প্লষ্টর তৌবগা থম্মী। মহাক চৎপা ঙমখিদে অমদি হীরম খুদিংদা ঐখোযগী মতেঙ পীদবা য়ারমদে। মানা নুমিৎ নিনি চাদে অমদি থক্তে। ৪ নিশুবা নুমিত্তা মহাক মখোঙ অহুম্না চোংবা ঙমখি। ইকুজবা যাদবনা নুমিৎ খুদিংগী ঐখোযনা ফদিনা তকথোকপি। জুলাই ২২ দা মানা শাউদুনা মচীন্না প্লষ্টব চীকথৎপা হৌই। প্লষ্টর মনুংদা লৈবা অনাবদু নাই চাবম্বা অমদি হাক্কচবম্বা যাই খন্দুনা ঐখোযনা প্লষ্টবদু কাযথোকখি। অশোকপা মফম অমদি পুংফ ফবম্মী অদুগা অমনা নাই চাবম্মী। ঐখোযনা অনাবদু অমুক হন্না চামথোক্কুনা প্লষ্টব নৌনা হৈখি। নুমিৎ খুদিংগী হীদাক পীজখি। থা অমগী মতুংদা প্লষ্টর লৌথোকপদা বেন্না হান্নগুম চেনবা ঙমগদ্রা খল্লুবদা ঐখোযনা ব্রাজখি। মদুগী ফীভমদু লাকখিদ্রে। ওগষ্ট ১২ দা থা অমা শুফাত্রিঙৈদা মহাক শিখি। অবোইবা মতমদা মহাক চৎপা ঙমখিদে। শাজেল তৌদবা অমদি লেঙ-ওত্তবনা মপুং ফানা চারমদে। মতম খব ঐখোযগা লৈমিন্নবম্বা মহাক্না ঐখোয়দা কবোকৈগী মরমদা কযা অমা খঙহল্লম্মী। খ্বাইদগী মরু ওইনা খঙহল্লম্বদি কবোকৈনা শা চাদনা হিংবা ঙমদে হাযবসিনি। কবোকৈ নৎত্রগা কৈ অমা অমুক হন্না ফংবা মতমদা

চংনিংবা শেল চংলবসু মখোয়বু শা পীজরগে হায়না পুক্নিংদা লেপখি। ঐখোয়গী মমিংতা ওইনা ফংবা তলব লৌদনা মদুনা ফন্দ অমা শেমখি। হৌখিবা চহী ৩ দা কবোকৈ নেগল, নেগলী লৈখ্রে। মখোয়না মফমসিদা মচাসু পোকখ্রে। অদুম ওইনমক ঐনা বেন অমদি লুসিবুদি পুন্সিদা কাউবা ঙম্লরোই।

বেন শিখ্রবা মতুংদা মতম খর পুম্নমক অরেম্বনি খনখি। কবোকৈ অমুক হন্না ফংলবদি ওকশা পীজগে খন্দুনা কিয়ারকোয়ান গুড়া খুঙ্গংদগী মফমদুদা ফংবা ওক খর পুরকখি। চহী অনিগী মতুংদা ঐখোয়না কবোকৈ অমা ফংখি। মমাঙদা ঐখোয়না সোমনাথ প্রোজেক্টতা ওক থম্মী। ওকশিং অসিনা থাদোকপদা মহয়-মরোং মাঙহল্লি, ফাজীল্লগনা মনম নমথিহল্লি। সোমনাথ প্রোজেক্টতা লম মরাঙ কায়। শীজিন্নবা য়ারবা মতমদা মখোয়বু মফমসিদা পুরকখি।

সেপ্টেম্বর ১০ দা ঐখোয়না শনম্বা মচা অনি ফংখি। মখোয় খরদি চাউরে। ঐখোয়দা হান্নন শনম্বগী মরমদা থেংনখিবা লৈখ্রে। শনম্বা অনিসিগী মনুংদা লাবদুদি খর শাউগল্লি। ঐখোয়না শোক্কে হোৎনবদা মানা চীকই। অমোমদুদি য়াম্না তে। মচা অনিসি চহী মান্নে। মখোয় অদুক্কী মতিক মশক মান্নবনা করম্বনা করম্বনো হায়বা য়াম্না লুরম্মী। অমোম ওইরমগনি হায়দুনা পায়রুবদা লাবনি খঙহনগে মতাগুম খুদক্তা চীক্লকই। মখোয় শঙ্গোম পীথকপদা নুমিৎ নিনিদি অৱাবা ওই।ঐখোয় অনিনা অমনা মঙক ফাগনি অদুগা অমনা মচীঞ্জাক ইনগনি। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা মখোয়না অয়েৎপা পীদনা শঙ্গোম থকপা হৌই। ঐখোয়না মমাঙদা বোটল পায়বদা খোমচুপ মচীন চুপকনি।অমোমদুদি ঐখোয়গী তম্পাক্তা ফম্লগা থকই। অদুম ওইনমক লাবদি চখোকখিগনি। মখোয় কোয়বদা য়াউহনবা অৱাবা ওই। নেল্লীদি শা খুদিংমক্কা লোয়নৈ। ঐখোয়গা কনাগা চৎমিন্নৈ খন্দনা মাদি ঐখোয়গা লোয়নৈ। শনম্বা অমোম্না অয়েৎপা অমত্তা পীদনা চৎলি। শনম্বা অনি অদু অদুক্কী মতিক চান্নজৈ মদুদি শনম্বা অমোম্না চৎপদা লাবনা মচন অমোমগী মতুং ইল্লি। চীকই হায়দুনা মখোয়বু থম্লুবদা অমোম্না ইতুং

ইল্লকখি। মদুদা লাবনা অমুক মাগী মতুং ইন্নরকখি। শনম্বা লাবনা নেল্লীদা অনিরক অহুম্লক চীকখি। অহৌবদা মানা মদু খৌশাদে। নোংমদি নেল্লীগী ময়ানা শনম্বা লাবদু ফায়। মতুংদা ঐখোয়না নেল্লী অমদি শনম্বশিং পুবা তোকখি। কবোকৈ থম্লম্বগী অহাংবা শারংদুদা শনম্বশিংদু থমখি। শারংদা মখোয়বু শঙ্গোম ইন্ননবা চংবা হৌরম্মী। লাববু হান্না মচীঞ্জাক ইনবদা অমোম্না তম্পাক্তা ফম্মী নৎত্রগা লেংজুমদা কাদুনা ঐখোয়গী হুমাং লেকই। লাবগী মচীঞ্জাক ইনবা করম্বা মতমদা লোইরগা মাগী মতাঙ অমুক লাক্কনি হায়বা মহাক্না খঙবা ঙম্মী। মচীঞ্জাক ইনবা লোইরবসু শনম্বা লাবনা খোমচুপ মচীন থাদোক্তে। ঐখোয়না তপ্না খুপাক্না থাবদা খর চখোক্তুনা ফম্মী অমদি মাগী অশাউবা খৌনাওদা লূম্না ঙংদুনা ফোংদোকই। অমোম্না অঙাংগুম নঙ্গন্না লৈবাক্তা হীপ্তুনা অমদি মখোঙ ৪ অহাংবদা তিংথোক্তুনা নুংঙাইনা শঙ্গোম থকই। মতমদুদা লাবদুনা করম্বা মতমদা চেনশীল্লক্লগা চীক্কনি য়েংদবা য়াদে। লাইবক থীরবি অমোমসে অদুক্কী মতিক থম্মোয য়াউদে মদুদি নুমিৎ খর নারম্লগা ওক্টোবর থাদা লাবদু হন্দোক্লম্লগা মহাক শিখি। নুমিৎচুপ্পা অমা লাবদু কন্না কপখি। হৌজিক ঐখোয়না শনম্বা অমদি ঙা কোরিয়াল পীজনবা হঙোই তোযনা ফাবা হৌই। রানিবু তুরেলদা চয়োল অমদা অমুকথক পুরে। শনম্বনা ঙা অমথক ফাজবদা হরাওজৈ। অরাপ্পদা লৈবা ঙাগী মনম্না মাবু ঙাউনা খোয়রাংহনখি। ঐখোয়না মাগীদমক শারং ব্লাংমদা অপীকপা তেক্কী অমা সিমেন্ট পাইপ ১না শম্নহল্লগা শেমখি। তেক্কী মনুংদা ঙা অমা হেক থাদরগা মখুম খুমজিনবদা শনম্বনা তেক্কীদা পাইপ ফাওদুনা লাকই অমদি ঙা মচীন্না চীক্তুনা মকোন্দা হল্লি। অমুকথক স্কুলগী অঙাংশিংনা মসি উবদগী মখোয়না ঙা মচা ফারগা তেক্কী মনুংদা থাদবা হৌই। শনম্বনা তেক্কী মনুংদা চংই অমদি ঙা ফায়। ঙা থাদবা অসি অঙাংশিংগীদি শান্নবনি অদুবু মসিনা শনম্বদা মচি ওইবা চীঞ্জাক ফংহনবনা ঙা কোরিয়ালগী চানবা হঙোইগী চাং হেঙ্গৎহল্লি। শনম্বগী মশা অদুমক ফগৎহনখি।

নভেম্বর, ইং ১৯৮০ দা নীলগায়না মচা অমোম অমা পোকখি।

মচী ৪ পানবা শজি পেন্টীনা মচা পোক্কদবনি অদুবু মহাক য়াম্না মশা ফত্তে। হৌখিবা চহী ৩ দা মচা লাবা অমা অমদি অমোম অনি পোকখ্রে। অমুক্তা মচা অমমম পোকখি। অনিশুবা চহীদগী মানা মচা অনি পোক্লোইদবগী মরম লৈখিদে। জঙ্গলদা মচী ৪ পানবা শজিনা অমুক্তা মচা অনি পোকই। ঐখোয়গী অরাংবা শজিনা ইং ১৯৭৬ তগী চহী খুদিংগী মচা অমমমতমক পোকখি। ঐখোয়না চহীসিদা পেন্টীনা মচা অনি পোক্কনি খঞ্জখি। মাগী মবুক হেন্না কংখৎনা উই। অশংবা নাপীগা লোয়ননা মঙোন্দা য়াম, হৱাইখরাক অমদি থোইদিংগী চীঞ্জাক পীজবা হৌরম্মী। মাগী মচা লাবা 'জোন' হৌখিবা চহী ৩ গী মমাঙদা পোকখ্রে ১দি হিন্দেৱাড়া খুন্দগী পুরকপা ছোট্যাসু মখোয় অনিমক মপুং মরৈ ফারে। মমাঙগী চহীদা পোকপা পেন্টীগী মচা অমোম 'ছায়া' দি হৌজিকসু পীক্লি। ঙাইহাক লৈতনা লাবশিংনা মতুং ইনগনি। পেন্টী মচা পোক্লবা ঐখোয়না তোঙান্না থমগে লেপ্লখি। মদু থবক ওইনা ওহ্লোকপা ঙমদ্রিঙৈদা মানা নভেম্বর ২৭ তা মকোন্দা কুনবা থেংনখি। মহাক নুংশা কন্না হোন্দুনা মচা পোক্কদৌরম্মী অদুবু অপনবা অমা লৈখি। ঐখোয়না মতেঙ পাংনবা চেনশীনখি। প্রকাশনা মচাশিং পোকহ্নবদা মতেঙ পীখি। ঐখোয়না খঞ্জবদু চুম্না থোক্লে। মানা মচা লাবা অমগা অমোম অমগা পোকখি।

ইং ১৯৭৮ দা ঐখোয়না ফুট ১১০X ১৬ কী শারং অমা নাকল অমদা জালি অদুগা নাকল ৩ দা ফক্লাং খাদুনা শাই। ইং ১৯৮১ গী অঙনবদা শাশিংগী মশিংসি নীলগায় মরি, অরাংবা শজি অহুম অমদি মচী মরি পানবা শজি মঙা শুখি। নীলগায়শিংসি য়াম্না চাউই। মখোয়না চেনবা হৌরকপা মতমদা মচী ৪ পানবা শজি অমদি অরাংবা শজি মখোয়গা খায়দোক্লখি। মখোয়না চেন-চোংবা য়াদবা অপীকপা মফমদা লৈরবসু ঐখোয় করিসু তৌবা ঙমদে।ফোরেষ্ট লোয়শঙনা আইনগী অয়াবা পীখিদে। শা থম্বা ফাওবা য়াদে। মরম অসিনা শাশিং অসি থম্নবা মকোন শাবগী অচংবা পৈশা মখোয়দগী লৌবা খ্বাইদগী অৱাবা ওইখি।

ইং ১৯৮১ দদি ঐখোয়না জঙ্গলদগী শা মচা ইফং ফংদে।

মসিনা তাকপদি মীনা শা তানবা খর হঙ্গরে হাযবসিনি। শা মপী হাৎলবা মতুংদা মখোযগী মচা ঐখোযদা পীরম্বনি। মার্চ থাদা হিন্দেব্রাড়াগী খুঞ্জাশিংনা কৈশাল মচা ৫ পুল্লপ পীরকখি। মখোয় যাম্না পীক্ত্রে, মকোক্তগী লৈমায ফাওবা ফুট ১ মুক ৱাংলে। নুমিত্তুদগী মখোয়না শঙ্গোম থকই অমদি হরাওনা মচীঞ্জাক চায। রানিনা পীক্লিঙৈদা থমখিবা শারং অদু নত্তনা অহাংবা অতৈ লৈরমদে। মদুগী মফম খবদা হোবদু ঐখোয়না শেমজীনখি। ঐখোয়না কৈশাল হায়বসি যাম্না তমথি হায়না তাবনা মখোযনা শারংদগী নাহোকখিনি খন্দুনা নুমিৎ খুদিংগী শেন্নৈ। মশিং যাম্না যাম্বনা মখোযগী নুমিদাংগী ঈশৈসু অদুমক নিল্লি। অহানবদা কৈশালনা খোংবা তাবদা মরিং-মবাং তৌই অদুবু অসুম তারক্লগদি তোঙান তোঙানবা তাংকক অমদি তাম্বা যাউই হাযবা খঙবা ঙমখি। ঐখোযনা অহানবা নুমিৎ ৮ নিদি নুংঙাইজখি। নুমিৎচুপ্পা মখোযনা শাবং মনুংদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি অমদি ৱারক্লবা মতমদা অমনা অমগী মথক্তা ঙাদুনা তুম্মী। ৯নি শুবা নুমিত্তা ঐখোয়না কৈশাল অমা মখোঙ শেকপা থেংনৈ, মদু অমোম্নি অমদি হৌবদগী খর শোনবনি। ঐখোযনা মসিবু খুজিন্না নৎত্রগা শারংগী তারানা শোকহনবরা কুপ্পা য়েংবদা মদুসু নৎলমদে। নুমিৎ নিনি ফাওবা মশা শোনবা কৈশালদু মখোঙ শেকই। হুম্নিশুবা নুমিত্তা মখোয মরিতমক ঙাযখি। মখোঙ শেকপা অদুদি উরমদে। শারংদু ফজনা শেম্বা মবম্না মদুনা চেহোকখিবসু ওইথোক্তে। কুপ্পা যেংবদা কৈশাল ২দি মবুক কংখোক্তুনা লেঙঙম শাঙমদনা কুনবা উই অদুগা অতোপ্পা অমনা শক্ত শাযবা থেংনৈ। মখোয মরিমক্তা অমদু হাত্তোক্তুনা চাথোকখ্রে। ঐখোযনা মহৌশানা জঙ্গলদা শোযনাইবা শা উদে। হাযবিবা কৈশালশিং অসিনা অসুক পীক্লিঙৈদগী কয়াদা তমথিরিবা? মফমসিদা লাক্তিঙৈদা মমানা মখোয়বু শা ফাবা তম্বিখিবা জাৎলা? মখোয় শাহিং চাবা হৈনরম্বা যাই। মফমসিদা মখোয়না শঙ্গোম অমদি শাতমক চাবা ফংই। হাইঈনাদি শাহিং চাবা শানি। মহাক ঐখোযগা হৌখিবা চহী ৪ লৈমিন্নরকখি। মমাঙদা করিগুম্বা মতমদা ঐখোযনা নেম্নীবু মাগী শারংদা থমখিবা লৈ। মখোয়দা শঙ্গোম

অমদি চাক নুংতিগী পীজখি অদুবু হাইঙনা বোতিনা নেম্লীবু চীকখিদে। কৈশালদি থা ৩ গী মনুংদা মখোয়গী মরক্তগী অহুম্না ৪ শুবদু, মথংদা অনিনা অহুমশুবদু অমদি অরোইবদা অমনা অতোপ্পদু চায়, অসুম তৌনা কৈশাল অমতমক লৈহৌখি। মহাক তশেংনা হিংবদা মতিক চারবনি। ঙসি ফাওবা মহাক ঐখোয়গা লৈমিন্নরি। মতুংদা মানা তৌখিবগী চৈরাক ওইনা মাবু লাইরেনগী কাদা ঐখোয়না থমখি। অদুবু নোক্লিংলিবদি মখোয় চহী ২ সিদা অসিগুম্বা মখলগী মরুপ ওইখ্রে মদুদি অকোনবগী অসিনা কৈশালদা করিসু অকায়বা পীরমদে। ঐখোয়গীদা কোয়রকপশিংনা চাউরবা লাইরেনগী মথক্তা কৈশালনা ফমদুনা লৈবা উবদা ঙকখি অমদি লাইরেন্দু অহিংবরা হায়না ফাওবা হংখি।

এপ্রিল, ইং ১৯৮১ দা কুব্রাকোঙী খুলদগী শাবৌ মচা ২ ফংখি। শাবৌ মপী অমা হিংনা ফাবা হায়বসি ওইথোক্তে। কৈনা শাবৌগী অথৌবা মতু উবদা ফানবা হোৎনদে। মশাদা মশিং লাকঙমদনা অথৌবা মতু পাল্লি। মসিনা মীগী ফৈগন অমদি খুবোম ইরায়-লায়না থিনগায়গনি। ঐখোয়গী দিস্পেন্সরিদা শাবৌ মতুনা কাপ্পা চীংমী কয়াদগী মতু লৌথোকখ্রে। মতু অসি মযায়দা চাউরগা মতোন ২ মক্তা হুইথৈ। শাবৌগী মশাদা মতুশিংসি ফুমদুনা লৈ। মরম অসিনা মতুশিং অসি কনাগুম্বা মীওইদা থূম্না চংখ্রবদি লৌথোকপা য়াম্না ৱায। শাবৌনা মী নৎত্রগা শাদা লান্দাবা মতমদা মশাদা ফুমদুনা থল্লিবা মতুশিংসি য়াম্না লায়না কাপথোরকই। শাবৌগীদি মসি মতুনি, লেপ্পা লৈতনা নৌনা অমুক চোংখৎলি। শাবৌগী মতুনা মী নৎত্রগা শাদা ওনশীল্লি হায়বসি অরানবনি। ঐখোয়গীসিদা শাবৌ কয়া চহী ৭কী মমাঙদগী লৈরকখি। অদুবু মখোয়গী মতুনা ঐখোয়দা ফনা শাউদুনসু কৈদৌঙৈদা ওনশীন্দে। শাবৌগী মতু চাম্ম চাম্ম হৌই। মনঙন্দা পানবা মতুনা পৌবা অমদি কনবা হেল্লি। কনাগুম্বগী খোঙকাপ মখোল তাবদা শাবৌনা মতুং ওনশীল্লি অমদি মতু ফন্দোকই। খুদক্তা মসিনা মতুশিংদু চবুন চবুন নীকই অমদি নুংশিৎ হুম্লকপগুম তৌহল্লি। মসি উবদা কনানসু থৌশারুদে। য়েক্লবা অদুনা কিবা ফাওদ্রবা শাবৌনা মনিং হন্দুনা থুনা

চেনগনি অমদি মচীন তুম্বা মতুনা য়েক্কবগী হকচাংদা তেঙ্গেগুম পানগনি। অতোপ্পা লান্না লৌনবা ৱাফমদি মতুদা হূ য়াউই হায়বসিনি। ঐখোয়না শাবৌগী মনাক্তা শারং মনুংদা তোয়না চংই। ঐখোয়না মাবু মফম অমদগী অতোপ্পা মফমদা লৈহনবদা মতুনা ঐখোয়গী হকচাংদা ২/৩ লক থীল্লি অদুবু নাবা অমদি পোম্বা তৌদে। শাবৌনা মনা মশিংগী মউ , মরা, মনা অমদি উহৈ ৱাহৈনচিংবা চায়। ঐখোয় মখোয়গী মতুনা মরম ওইদুনা শান্নবা য়ারমদে অদুবু ঐখোয়না মনাক্তা তোয়না চংবনা ঐখোয়বুদি খঙদুনা কৌই , মঙক ইল্লি অমদি খুৎ লেকই। কনাগুম্বনা মসিগী মকোন্দা চংলক্কবা অহানবদা মতু ফন্দোক্কনি। ঐখোয়দা উৎপগা খেন্নবদি মখোয়গী মতু চবুন হরাওবা ফোংদোকপগুম্না হাই হুম্বা অসিনি।

কোখি খুন্দগী ইং ১৯৮১ দা মনাক নকপা জঙ্গলদা অচৌবা লাইরেন ১ লৈরে হায়বগী পাউ লাকই। মসিনা হামেং মচা অমা য়োৎলুবগী তম্বনা কুন্দুনা লৈ। ঐখোয়না থেংনরকপদগী খঙবদি লাইরেন্না অচৌবা শা অমা চারবদি নুমিৎ কয়ানি লেঙদনা লৈ হায়বসিনি। ইং ১৯৭৯ দা তুরেলদা ঐখোয়না অচৌবা লাইরেন অমা উখি। মসি ঐখোয়না হনবদা পুগে খন্দুনা মাঙদা চংশীনখি। ঐখোয়না পূং ২ গী মতুংদা লাকপদদি মসিনা ইঞ্চি অমা ফাওবা লেঙলমদে। চাউমনবা মরম্না ঐখোয়না মদু নোংঙাল্লগা লাক্লগে খন্দুনা পুদনা লাকখি। ঐখোয়গী দিস্পেন্সরিদা থবক চিনবা অমদি অতোপ্পা মরমদগী ৱাফমসি কাউখোকখি। ঐখোযনা তুরেলদুদা নুমিৎ ৮নিগী মতুংদা চৎপদা লাইরেন্দু হান্নগুম অদুম লৈরম্মী। মসিবু হিংলিব্রা নৎত্রগা শিরব্রা খঙনবা ঐখোয়না চৈনা থিন্দুনা য়েংবদা মদু হিংলম্মী। হল্লকপদা মাবু উরী অমনা ঐখোয়না পুল্লি অদুবু লূম্মনবনা মাইল ৪ পুবা ওইথোক্লোইদৌবনা মফমদুদা অদুমক থল্লম্মী। কোখি খুঙ্গংদগী পাউদু ফংবদা ঐখোয় তহা তহাদে। মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়না জীপ অমদা চৎলি। মতমদুদা মীওই খুদিংমক্লা অচৌবা লাইরেন অমা পুরক্কদৌরে খঙখি। শাশিংবু নুংশিজবা অনু অমদি মোক্সানা মমাশিংগী অপাম্বগী মায়োক্তা হান্ননা জীপ্তা ফমখি। ঐখোয়না জীপু কোখি খুন্দা থারগা খোঙনা খর

চংশীনখি। জঙ্গল মনুংদা লাইরেন অমা নিংঙাইদনা লৈবা উই। অসুক চাউবা লাইরেন অমা উবসি পুন্সিদা অহানবনি। খোঙলৈ থুনা ঐনা অনু অমদি মোক্নাবু শরদকা লৈহনখি মরমদি লিন্দুনা মখোয়মুক চাউবা অঙাংদি য়াম্না লায়না য়োৎপা ঙমগনি। লাইরেনগী মচীন পীক্না উরবসু অচৌবা শা অমা য়োৎপা ঙম্নবা মখয়াৎ শাংই। ঐখোয়না মচীন্দু অচৌবা চৈ অমনা চপখায়রগা মীওই অনিনা মমৈ ফায়। মসিনা মখোল থোক্না কাম্মী অদুবু হামেং অমা চাখিবনা য়াম্না তঙ্গনা উই। থৌরী অমনা মঙক কীদুনা ঐখোয়না থুমোক অমদা হাপচিল্লি। মীওই অমনা থাঙ্গৎপা ঙমদবা থুমোক্তু জীপ্তা হাপকৎলি। লোয়নরকপশিংনা জীপকী ট্রেলরদা অমদি অনু অমসুং মোক্নানা ঐখোয়গা মমাঙগী ফমফমদা ফম্মী। ঐখোয়না মাবু য়ুমদা ওনবদা কে:জি: ৩৪ লূম্মী, মাগা ঐখোযগা চহী ৪ লৈমিন্নখি। মশা চাবা কৈশালদু মাগী মরুপ ওইখি। ইং ১৯৮৫ দা ঐখোয়না লাইরেনসি তেলগুড়ী জঙ্গলদা থাদোকখি। ঐখোয়গী হান্নগী লাইরেন্দু ঈ ওদুনা শিখিবনি। শারংদা থম্বা লিন অমদি লাইরেনশিংনা কালেনগী মৈশা খাংবা ঙমদে। মরম অসিদগী মখোয়বু থাদোকপিখি।

বষ্টরদা লৈবা কাকাতেগী মীরোল ঙাংবা মোইনাদি মমিং চৎলি। মধ্য প্রদেশকী বষ্টর জিলাদা ঐখোয়গী প্রোজেক্টকা য়াম্না নক্লে। আবুঝমর চীং মহারাষ্ট্র অমদি মধ্য প্রদেশকী ঙমখৈদা লৈ অমদি মদুদা লৈবা চীংমীবু বড়ামাড়ীয়া নৎত্রগা মাড়ীয়া চীংমী হায়না খঙনৈ। মীরোল খঙবা মোইনা চীংশিং অসিদা ফংই, মফমসিগী উমং য়াম্না কূংবা অমদি ব্রাংখৎনা লৈবা মরম্না ঈংই। হায়রিবা মোইনাশিং অসিনা অচম্বা মখলদগী খর চাউই। য়াক্না মচু মুরৈনৈ, মখোঙদি হঙ্গাম মপাল মচুনি, কোমলা মচুগী মচীন পাল্লি অমদি মশাদা অঙৌবা মতু ২/৩ খক হৌই। মখোয় মফমসিদা শওম্না চীকপা অনাবা নুপা অমনা মাগী লায়েংবগী মমল ওইনা পীরবনি। মচা ৩ সু য়াউই। হায়রিবা মওংসি নৎলমদ্রবা জগদলপুর নৎত্রগা নরায়নপুরদা উচেক মচাশিংগী মমল লুপা ৩০০/- ফংগদবনা মফমদুদা পুরমগদবনি। ঐনা আরব লৈবাক্তা মীরোল খঙবা মোইনা

অমনা লুপা ৫০০০/- শিংলি হায়বা খণ্ডই। মচাদু য়োম্বোক্লবা চৎপদা বষ্টরগী লম্বীদা শওম্না চীকপা ওইরমগনি হায়না ঐনা খনখি। ঐখোয়গী লায়েংবগী মমল লৌদবনা ঐখোয়না মঙোন্দা মোইনাগী মহুৎ ওইনা অফবা ফি ময়াম অমা পীখি। ঐখোয়না মখোয়বু পোন্দা হাপ্লগা প্রকাশকী য়ুমদা কালেনগী অশাবা ঙাকখোক্লবা থমখি। মসিগী মতুংদা থা ২ দি মখোয় য়াইঙং তোৎপা চাক পীজদুনা যোকই। পীক্লিবা মরম্না মীরোল ঙাংদ্রবসু মখোয়না শুমহৎনা খোংই। মতুংদা মোইনাশিং পুন্না থম্লবদি ব্রা ঙাংদে হাযবা ঐখোয়না খণ্ডখি। অহিং অমা লিন অমা মোইনাগী শারংদা চংলম্মী। মোইনা অমগী খোংবগী মখোল তাদুনা প্রকাশনা হৌগৎপা মতমদদি লিন অদুনা মোইনা অমা হান্না যোৎখ্রে অদুগা মচীন্না অমসু উন্লি। ঐখোয়না লিনদু ফারগা শারংদা হাপ্তুনা য়ুমগী মপান্দা থমখি। মোইনা ২ হান্ননা চাখ্রে। অহুমশুবা অদুনা থংনবা নুমিত্তা মকোন শেংলিঙৈদা পাইখোকখি। ঐখোয়না মাবু অমুক হন্না ফাবা ঙমখিদে। চয়োল অমা চুপ্পা মানা থাপ্তোক্তনা পাইদুনা লৈ।

জানুৱারী, ইং ১৯৮২ দা ঐখোয়না শওম মচা অনি ফংখি। মতমদুদা রাজা অমদি অতোপ্পা শওমশিং ফজনা চাউরে। অনৌবা শওম থম্বদা মফম অমদি পৈশাগী অৱাবা লৈরবসু ঐখোয়না মখোয় লৌদবদি ঙম্রমদে। ঐখোয়না লৌহৌদ্রবদি মখোয়না জঙ্গলদা হনখিবদা শিবা য়াই। মরম অসিনা ঐখোয়না চাংয়েং ওইনা মখোয়বু যাম্না তোরোৎ-খোদানদনা য়োক্লগা মতুংদা জঙ্গলদা থাদোকখিনবা লেপ্লে। মখোয়গা তোরোৎ -খোদানবদা অমাঙবা অনি লৈ। অহানবদা মখোযবু মমৈদা জঙ্গলদা থাদোকপা ঙম্লক্তে। অতোপ্পা মরম্না মখোয়বু জঙ্গলদা থাদোকপদা মীওইবগী লৈফমদগী লাপ্পা চখোক্তবনা মখোযগী থৱায মাঙনিংঙাই ওইবা অসিনি। নিনিশুবদগী মখোয়বু বোটলদা শঙ্গোম পীথকপা লেপ্লী। মশা শুকপায় পায়দনবা হোৎনদুনা শারং ১দা থমখি। শঙ্গোম অমদি চাক্তা নত্তনা জঙ্গলগী মচীঞ্জাক হায়বদি মোহা উহৈ, ককচেং অঙৌবা, খোইহী অসিনচিংবা পীজখি। ঐখোয়না মখোয়গী শারংদা হেক চংবদা মখোয়না তুংলোমদা হন্দোকখি , খোঙনিংনা

লেপ্তুনা য়াক্লা থোংদুনা খৎনবা হৌই। ঐখোয় খরদি হৈনদে অদুম ওইনমক মখোয়গী তুংগী পুন্সিগীদমক মদুমক তৌফম থোকপনি। মখোয়না তাইবংমী কি অমদি মখোয়দগী লাপথোক্লবা হোৎনৈ।

ঐখোয়না ইং ১৯৮১ দা শজিশিংগী অচৌবা শারং অমা শাবা হৌই অমদি মখোয়না চেঞ্জ-চোংজবা য়ানবা শীনখি। থবক ওইনা ফুট ১৭০x১২০ পাক-চাউবা অমদি ফুট ২ থাবা চেকপন্না মায়কৈ ৪ কোয়শীল্লগা উখোঙশিংগা শম্লনা মায়কৈ পুম্লমক্তা জালি খাগদবনি। জালিগী অৱাংবদু ফুট ১১ হেন্না ৱাংহনগদবনি। মনুংদা ঈশিংগী তেঙ্কী অমা, মথক টিন্না কুপ্পা শঙ অমা, অচৌবা শারংসিগী মনুংদা চেন-চোংবদগী ৱারকপশিংগী পোত্থানবা শারং মচা অমা থম্লা, থোঙ ২ পানবগী মনুংদা থোঙ অমদি চংফমদা মনুং মপান অনিদগী থিংবা য়াননবনি। লুপা ৮০০০/- চংগদবা ওইরম্মী। গোশ্তিয়াগী শ্রী কমলাকর কুলকরনিনা হান্নগুম শেলগী অৱাবা পুবিদুনা মদু পায়খৎপা ঙমখি।

অনৌবা শওম মচাশিংসি যাম্লা থুনা চাউখৎলম্মী। মতম অসিমক্তদা সোমনাথ প্রোজেক্টতা লৈবা মরুপ মপাঙশিংনা শওম অমোম অমা মখোয়দা পীরক্লবা হায়রকই। বেন অমদি লুসি মখোয়না পীরকখিবনি। ঐখোয়দা পীরকপা লাবা গোট্যািদু ৱং-ৱং চাউরে অমদি মাগীদমক মপাঙ অমা তঙাইফদ্রে। ইং ১৯৮২ গী জুন ১৪ দা অমোম অদু মখোয়দা পীথোক্লগে অমদি লাবনা জঙ্গলদা থাদোক্লগে খন্দুনা ট্রেন তোংদুনা সোমনাথতা চৎলি। ঐখোয়না রেলৱেজদা খঙনবা লৈতবা মরম্লা শওমগী শারংদু হাপ্পবা হোৎনবদা পূং ২ চংখি। লাবদু ঐখোয়গীদা থমহৌখি। ঐখোয়না মাগা চান্নদবা মরম্লা মানা হৌনা থোংখি। জুন ২০ দা মোইনা ৩ সু ফংখি। বড়া মাড়ীযানা মখোয়বু অরাপ্পা মফমদগী পুরকপনি। ঐখোয়না শেল পীবা ঙমদবা মরম্লা মখোয়দা চংবা থুম, কেরোসিন অমদি ফিরোলনচিংবগা মোইনাগা ওন্নে। মখোযনা হায়বা মমল পারুরবদি পোৎ-চৈশিং অদুগী মমলদু করিসু নত্তে। অদুবু চীংদদি য়ুমদা তত্তনা শীজিন্নবা মরুওইবা পোৎশিং

ফংবা ব্বায়। মখোয়দদি পোৎ-চৈশিং অসিগী মমল য়াম্না ব্বাংই। মমাঙদা ঐখোয়না মোইনা লৈবদা অসুম্না তৌবা লৈখ্রে।

হন্দক্তি ঐখোয়না মোইনাগী পোন লৈমায়দা থম্বগী মহুত্তা য়ানখৎখি। পুন্না থম্বগী মহুত্তা খায়দোক্লরগা মখোয় প্রকাশ, দাদাপঞ্চাল অমদি ঐগীদা অমমম থম্রে, অদুম ওইনমক মীওই অমনা লোয়না উবা ঙম্ববা শীল্লি। মখোয়না চাক্তুং পীজরগা নীংখিনা চাউদবা মরম্না ঐখোয়না অনৌবা মচীঞ্জাক অমা শেম্মী। ঐখোয়না বেশোন্দা খোইহী, ঘী অমদি ঈশিং তোত্তুনা অশাংবা তীন মানবা পিল শেম্মী, মদু অব্বাথবী, লফোই অমদি চাক্কা লোয়ননা পোন্দা থম্মী। চীঞ্জাক অসি পামজরবা মোইনাশিংনা খোংদুনা হেন্না চাগে হায়। থা ৬ কী মনুংদা মখোয়না তোপ তোপ্পা মওংদা খোংবা হৌখি। ঐখোয়না মখোয় তশেংনমক মীরোল ঙাংব্রা হায়বসি খঙগদবা ব্বাৎলি।

ঐখোয়না নোংজুথাদা মফমসিদা গাড়ী শুকচৎ চৎত্রবা মতমদা শওম লাবদু জঙ্গলদা থাদোকপিগে লেপ্পে। চীংমীশিংনা মতমসিদা লৌবুক্তা থবক শুনিংঙাই লৈবা মরম্না শা তানবা চত্তে। জঙ্গলদা ককচেং অঙৌবা, উহৈ-ব্বাহৈ অমদি ঈশিং মরাঙ কায়না লায়না ফংই। শওমসিনা জঙ্গলদা হৈননবা মাবু চয়োলদা অমুক অনিরক জঙ্গল উহনগে লেপ্পে। জুন মমৈদা নোং চুগদবা মানখি। মমাঙদা মতম খবদি নোং মরিক মরিক খীকখি। জুলাইগী ২ শুবা চয়োন্দা নোংজুথা শুকশোয় শোয়দনা লাক্কনি লৌরম্মী। জুন ২৭ কী অয়ুক্তা শওমদু জীপকী মনিংদা হাপ্তুনা প্রকাশ অমদি ঐনা জঙ্গলগীদমক খোঙশানখি। মরুওইবা লম্বীদা চত্তনা ইন্দ্রাবতী তোবর্বান্দা জঙ্গলদা চংশীল্লি। ষনগাড়ী খোঙলম লোইবদা উ য়ান্দনদি মখা চথবা য়ারোইদবা মরম্না জীপ্তু মফমদুদা খামখি। জীপকী মনিংগী খোঙ হাংদোক্লগা ঐখোয়না লাপ্না হন্দোকই। জীপ অহানবা তোংবদা শওমদু তশেংনা কিরদুনা কুমথরক্কে, ঙাইহাক লৈরগা মঙক থাঙ্গত্তুনা কোয়না য়েংবা হৌরকই। মসিনা মনম নমদুনা তপ্না কুমথরকই। জীপকী মনিংদা কাফম লৈতবনা মাগী তুংগী খোঙনা হান্না কুম্বা তাই। মানা অদুম লেপ্তুনা ঐখোয়দা য়েংদুনা

লৈ। মাসু ঐখোয়সু মথংদা করি তৌগদবনো খঙলমদে। মানা ঐখোয়দা নুংতিগী য়েংবনি। ঐখোয়গা থানদবা অঙৌবা ফিজোল-টি সার্ট অমদি খোংগ্রাউ অতেনবা শেৎলি। মিনিট খর হৌথি অদুবু করিসু অহোংবা লৈতে। মায়কৈ পুন্নমক ইচিক চিক্লম্মী। মতুংদা পি থাদোই অমা মায়কৈ অমদগী উথক্তা খোংলম্লগা পাইখি। ইরোইননা বোনিট য়োং অমসু চেকশীন্নবা খোঞ্জেল পীরম্মী। শওমদু হৈনদদুনা মঙক থাঙ্গত্তুনা য়েংখৎখি। পি থাদোই অদুনা অমুক হন্না য়াক্লা খোংদুনা কোকথক্তা পাইখি। খুদক্তুদা য়োং অমদি খুনুখরংসু খোংলম্মী। জঙ্গলগী শাশিং খঙহল্লে লৌরবা মতুংদা পি থাদোইনা শাংনা শাংনা মথৌ লোইরবগুম চৎখৎখি। য়োংশিংনা ঐখোয়গী মতেঙ পাংলম্বগী লাইবক ফবনি, পি থাদোইনা খোংবদা মখোয়না খঙবগী মওং উৎত্রবা মসিনা কোকথক্তা য়াক্লা খোংদুনা হন্না হন্না পাইগনি ১দি শওম্বু নীংহন্নগনি।

শওম্না ঐখোয়দা য়েংদুনা লৈ। ঐখোযনা মনাক্তা চংশীল্লি। মাগী ৱাখলদা করি খল্লিবা কনানা খঙগনি? মসিনা মায়োক্লবা নাকন্দা মমায় ওল্লগা চেনবা হৌই। মহাক লৈবা মায়কৈদা মাদি চেনবা হৈতবনিনা লাপ্না চৎলগ্লোই খন্দুনা চংশীল্লি। মহাক ইমাঙদা উবা ঙম্মী। মতুংদা অশুকপা জঙ্গলদা চংখ্রগা মহাক মীৎয়েংদগী মাঙখি। ঐখোয় চেনবা হৌই। শওমদু উ পাম্বী অমগী মখাদা ককচেং অঙৌবা ফাদুনা লৈ। ঐখোয়গী খোঙকাপ মখোলদা কিদুনা মানা খোংখি অমদি মতুংগী খোঙনা লেপ্তুনা জঙ্গলদা লৈবা ঙম্লনি ফোংদোকই। ঐখোয়বু খঙদুনা মহাক্লা মনাক নকপদা কোয়থুং থুংনা চেনখি। ঐখোয়না ইন্নে।

পূং ১ গী মতুংদদি ঐখোয় ৱারম্মী অমদি চোকথরম্মী। য়াম্না শুকপা জঙ্গল ওইবনা ঐখোয়গী লৈরিবা মফম খঙদোক্লবা হোৎনখি। অতিয়া লৈচিন য়াম্না থাংবনা নুমিৎ কদোমদা থোক্লিবনো খঙবা ঙম্লমদে। ঐখোয় জীপ্তগী যামদ্রবদা কি:মি: ২ থাপ্তোক্লমগনি খন্দুনা শওম তান্নবা তোকথোকখি। মাবু জঙ্গলদা থাদোক্কদবা মরম্না ঐখোয়গী থবক পাংথোক্লে পুক্লিংদা থেমজিঞ্জে। হৌজিক মাঙদা তারিবা ৱাফমদি

মতৌ করম্না জীপ মনাক য়ৌগনি হায়বসিনি। জঙ্গলদা চৎপদা ঐখোয়না তৌগদবা মরম খর থম্মী। মখোয়গী মনুংদা অমদি জঙ্গলদা অকক্লবা চাংগী অরাপ্পদা য়েত্তা লৈবা উ পাম্বীগী উশাশিং হল্লকপদা ঐখোয়গী ওইদা থেংননবা হেক হেক ককই। তৌইগুম্বসুং হন্দক্তি শওমগী মতুংদা চেনবা মরম্না মদু তৌবা ঙমখিদে। জঙ্গলদা লম্বী মাঙলে হেক খল্লবা খুদোংথিনিংঙাইনি, অসিগুম্বসি ঐখোয়না হৌখিবা চহী ৭ তা অনি অহুম্লক থেংনখ্রে।

থেংনরকপদগী খঙবনা ঐখোয়না উ অমগী মখাদা ফমথরম্মী। লাঙদনা ঐখোয়না তুরেলগী ঈচেলগী মখোল তানবা হোৎনখি। তুরেল তোবর্বান হেক থেংনরবদি জীপ থিবা ব্বাররোই খন্দুনা মায়কৈ লেপথোক্তুনা চৎপা হৌই। হন্দক্তি ঐখোয়না উ পাম্বীদা য়েৎথংবা মায়কৈদতা মশা ককখি। মসি অয়ুক্কী পূং ১০ মুক তাবা মতম ওইরমগনি। মমাঙদা ঐখোয়গী ঘড়ী অনিরক জীপ্তা হেক হেক তাখিবা মরম্না হৈনবী ওইনা ঐখোয়গী ঘড়ী জীপকী ফমফম মখাদা থনম্মী। কি: মি: ৩ মুক চৎলবা ফাওবদা জীপ থেংনদবা মরম্না ঐখোয় ইশাদা ইতোমতা চৈজৈ। ঐখোয়না অরানবা মায়কৈদা নৎত্রগা ওন্নবা মায়কৈদা চৎলবজাৎনি। ঐখোয়না চৎপা হৌখিবা মফম থিবা নত্তনা করিসু পাম্বৈ লৈরমদে। ঐখোয়দা শীঙজং য়াউরমদে অমরোমদা জঙ্গলদুদি অদুক্কী মতিক শুকই। মায়কৈ অমত্তদা লম্বী উদে। ঐখোয়না চৎপা লেপ্পী অমদি চীংমী অমনা কনাগুম্বা মীওইনা লম্বী মাঙবদা করম্না মায়কৈ থিগনি হায়খিবা ইচম চম্বা ব্বাফম অমা নীংশিংখি। অঙৌবা ককচেং য়াম্না মরাঙ কায়। কনাগুম্বনা ককচেং লৈবা চীংদা ফুট ৮-১০ ফাওবা ব্বাংনা ককচেং মকোন ১০দগী ১২ ফাওবা উবা ফংগনি। ককচেং মহুমশিং অসিগী নাকল ২ পুম্পাক পাকই, চিদায় ২ না মতম পুম্নমক্তা অব্বাং- মখা অদুগা অপাকপা নাকলনা নোংপোক-নোংচুপ ওল্লি। নোংপোক নৎত্রগা নোংচুপ খঙনবা মকোনগী শরুক খর থুগায়বা তঙাইফরমদে। নোংপোক থংবা শরুক্কা হেন্না পাবা থেংনগনি। ঐখোয়না কৈদৌঙৈদা মকোনশিং অসি থুগায়খিদ্রি অদুবু ঙসিদি মসি

তৌদবা য়ারমদে। ঐখোয়না মকোন অহুম থুগায়খি অমদি করম্বনা নোংপোক্লো লেপখোকখি। ঐখোয়গী হৌরকফমদা চৎপগী মহুত্তা নোংপোক্লোমদা চংশীনখি। মায়কৈ অদোমদা ইন্দ্রাবতী তুরেল লৈরম্বা মিনিট ১৫ গী মনুংদা ঐখোয়না উবা ঙমখি। জীপ্তু মসিদগী মিনিট ৫ গী লম্বীদা লৈরম্মী। ইন্দ্রাবতী তুরেলগী তোবর্বান্দা কৈদৌঙৈদা ঐখোয়গী লম্বী মাঙফম থোক্তে। ঐখোয়না জীপ্তু উবদুদা ঐখোয়দা অসিগুম্বা ৱাফম তাকখিবা চীংমীবু ঙমখৈ লৈতনা পুক্লিংদা থাগৎখি।

ঐখোয়না থাদোক্লম্বা শওমদুনা জঙ্গলদা চুশীন্নরবদি ফগনি খন্দুনা ঐখোয় জীপ থৌরকই। হৌখিবা পুং ২ দি লম্বী ফংনবা খক্তা হোৎনখিবনা অতৈ লোইনা কাউথোক্লুই। মসি নুমিৎ য়ুংগদবা খর ৱাৎলিঙৈদনি। মতুংদা ঐখোয়না নুমিৎ নিনি হুম্নি তুরেলদা চৎখি। অদুবু শওমদু অমুক হন্না থেংনদ্রে। চহী ২ গী মতুংদা পল্লী খুলদা কোয়রকপা মীওইনা ঐখোয়না শওম থাদোক্লম্বা মফমদা অচৌবা শওম অমা উই হায। অদুম ওইনমক মদু ঐখোযনা অদুঙৈ মতম কযাগী মমাঙদা থাদোকখিবা শওমদুনি হাযবদি ঙমদে।

মতম অসিদা মোইনাশিংদু ফনা চাউরে। মচীঞ্জাক অদুম্মক চুশীন্নরি। মখোয় ৩ তোঙান-তোঙান্না থম্মী। চীংমী অনাবশিংনা প্রকাশপু লেপ্পা লৈতনা হীদাক লাংথক্কীদমক উনবা লাকই। মাগী মাঙ্গোন্দা চীংমীশিংগী মরক্তা য়েৎনবা কয়া তোয়না শন্দাযনৈ। অতোপ্পা কোয়রকপশিংসু হেক হেক লাকই। ঐখোয অমত্তনা মোইনাশিংদু ৱা ঙাংবা তম্বিদে। মখোয়না তাবদু হন্না হন্না মখোয়না হায়রকই। প্রকাশকীদা কোয়রকপশিং মীওই মখল খেন্নবনা মাগী মাঙ্গোন্দা লৈবা মোইনাশিংনা অঙকপা মওংদা য়ানশীন্নরবা মাড়ীয়া, তেলেগু, মরাঠি অমদি ইংলিস লোল ঙাংলম্মী। অখঙবা মীনা মসি তাবদা নুংঙাইজে।

দাদাপঞ্চাল স্কুল ওঝানি, স্কুল মনাক্তা লৈ। চীংমী মহৈরোইশিংনা মাগী য়ুমদা তোয়না কোয়বা লাকই। মাগী য়ুমদা লৈবা মোইনানা অহুমদুগী মনুংদগী খ্বাইদগী হেন্না মশা ফৈ। অনৌবা মচীঞ্জাক্কী চদুম মফম অমত্তদা শেম্মী অমদি ওঝাগী মনাও নুপানা য়ুম ৩ দা য়েঙ্গোকই।

স্কুল অঙাংশিংনা মোইনাশিংবু হায়রিবা মচীঞ্জাক অসি অমদি অতৈ উহৈশিংবু নুমিৎচুপ্পা অমা পীজৈ। দাদাপঞ্চালগী মোইনানা চীংমীগী মাড়ীয়া লোন্তমক ঙাংলম্মী। মাগী য়ুমদগী ভামরাগড় চৎপা লম্বী উবা ঙমই। চীংমী অঙাংশিংনা ট্রক, জীপ অমদি অতৈ মোটোরগাড়ী উবদা নুংঙাইজৈ। লম্বী অসি চহী অমগী মনুংদা থা ৬ তমক চৎনবা য়াই। গাড়ী অমা হেক থৌজীল্লকপদা অঙাংশিংনা লাউই। মোইনাসু মথোয়গী মতৌ তমদুনা মাড়ীয়া লোন্দা অরাপ্পদা গাড়ী ১ লাকপগী মখোল তাবদা লাউই। মসিনা অঙাংগী মতৌ তম্বনা মহৌশানা মাড়ীয়া লোলগী খ্বাইদগী ফজবা ৱাৎপা খোনচোপ ঙাংই। চীংমীশিংনা থবক শুবা লাকপা খুদিংগী শোয়দনা মোইনা য়েংনবা পঞ্চালগী য়ুমদা চংলম্মী।

ঐগী মোইনাদি মাঙ্গোন্দা থম্মী অমদি ঐখোয়না মসিদা থৱায তাজৈ মরমদি মাগী ৱাঙাংসি মরাঠি লোন্নি। প্রোজেক্টতা লৈবা মীওইনা ঐবু হেক-হেক উনবা লাকই। ঐনা মখোয়গা মাঙ্গোন্দা ৱারী শানৈ। ঐখোযগী ৱাঙাং তারগা মানা ৱাহৈ পরেং পুম্বা হন্না ঙাংখি। ঐনা নোকপা অসুক্কী মতিক মান্না মতৌ তম্মী। কনামত্তনা মান্দে হাযবা ঙমদে। অমুকথক ঐগী বোম্বেদা লৈবী ইনাওনুপী জয়শ্রী ছুটিগী মতমদা মফমসিদা লাকই। মহাক তশেংনা অশুকপা জঙ্গলসিদা লাকপদা কিরম্মী। কৈ অমদি শওম অহিং চুপ্পা ঐখোয়না শারংদা থম্বনা জঙ্গলগী অতোপ্পা শা লাকপা য়াই হায়না কিবনি। অসিদসু নত্তনা চীংমীশিংনা ফত্তবা লাইশোন-তীনশোন তৌগল্লি হায়বা লান্না থাজবা লৈরম্বসু যাই। অমুকথক মানা মাঙ্গোন্দা মোইনাদা মতুং ওল্লগা লাইরিক পাদুনা ফম্মী। কনাগুম্বনা নোকপগী মখোল তাবদা মতুং ওম্মোক্তুনা যেংবদা কনামত্তা লৈবদি উদে। ঐগী ইনাওনুপাসু ঐগা কা মনুংদা লৈরম্মী। মানা রেনুকাদা ঐনা নোকপ্রা হংবদা রেনুকানা নোক্কে খুমখি। মোইনানা অমুক হন্না ঐনা নোকপগুম নোকখি। জয়শ্রীনা খুদক্তা হৌগৎলগা ইমুং চংদুনা ঐনা মনুংদা লৈরগা মাঙ্গোন্দা করম্না নোক্লিবনো হংখি। ঐনা মদু মোইনানা নোকপা ওইগনি হায়খি। মানা মদু থাজরমদে।

রেনুকা, ইমা অমদি ঐ নোকখি। মপান্দা মোইনানা তোঙানবা খোঞ্জেল অহুমদা নোকই। মানা ঐবু জয়শ্রীগী রাঙাংদা কৌবদা অকোনবগী অসিনা মোইনাগী তৌবা ঙম্বা থাজখি। নুংখিলদা মোইনানা ঐখোয়গী ইতৌ তম্লিংবগী মওং লৈ।মাঙোন্দগী করিগুম্বা মতমদা মানা 'তাই' 'বহু' 'দাজি'হায়না তোঙানবা খোঞ্জেন্দা কৌরকপদা ঐখোয়না গোবিন্দ, শরদ, তুকারাম, শান্তাবাই, রামচন্দ্র নৎত্রগা নরায়ন্না ঐখোয় কৌরমাল্লে য়েংবা হেক-হেক থোকই। মীপুম খুদিংনা রেনুকাদা নোল্লুক্লা 'তাই', থবক শুবশিংনা ঐঙোন্দা 'দাজি' কৌই। অমুকথক ঐনা য়ুমদা হল্লকপদা মোইনানা 'দাজি' হায়না নরায়ন্না নাতোন ঙংলগা তৌবগুম কৌরকখি। রেনুকাদা হংবদা ঐ লৈত্রিঙৈদা নরায়ন লাক্লম্মী হায়বা খঙখি। মতুংদা ঐনা মপান চৎলুরগা হল্লকপদা মোইনাদা ঐ লৈতবদা কনা লাক্লম্মী হংবদা মানা তোঙানবা খোঞ্জেলদা পাউখুম পীরকই। রেনুকানা চথোকপা মতমদা মোইনাদা চাকখুমদা চৎপনি, স্কুলদা নৎত্রগা লৈকাইদা চৎপনি অসিনচিংবা হায়রবদি কনাগুম্বনা 'তাই' কদাই চৎখি হংবদা মোইনানা অচুম্বা পাউখুম পী।

ইন্দ্রাবতী তুরেল তোবর্বান্দা লম্লক্কী ইরোইশিং লৈ। লমগী ষনবী নৎত্রগা ষনলাববু 'লমষন' নৎত্রগা 'গোড়' হায়না খঙনৈ। অদুবু মীওই খরনা লমগী ইরোইবু লমষন কৌই। বষ্টরগী ইন্দ্রাবতী তুরেল তোবর্বান্দা ফোরেষ্ট লোযশঙনা মখোয়গী সেঙ্কচুৱারী অমা শেমগৎলে। মখোয়গী মশিং হাত্তোকপিবা মরম্না হন্থরে। ইং ১৯৮২গী নভেম্বর ১০ দা বোড়িয়া খুন্দগী কৈনা শোকহল্লবা লমষন মচা অমা লৌরনবা পাউ ফংখি। ঐখোয়না জীপ্তা চৎলি অমদি কৈ মপী অমনা লমষন মচাদু হাৎকে তৌরম্বনি হাযবা খঙবা ঙম্মী। মসি ফনা চাউরে অদুবু মকোক্তা থীনা শোক্লম্মী। কয়াম কুইনা মবুক লাম্লক্লবনো ঐখোয় খঙদে। অনাবদু নাই চাবম্লে। ঐখোযনা ষন্নাওদু য়ুমদা পুরক্লগা অশোকপদু চামথোকখি। মাবু শঙোম পীথকপা লুরম্মী। ঐখোযগীদা লোয়বা ইরোইশিংনা মদুবু মখোম পীথকপা পাম্লমদে, অমরোমদা লমষন মচা অসিনা মখোয়দগী মখোম থক্লবগী পাঙ্গলসু লৈরমদে। মরম অসিনা ঐখোয়না মাবু রবর

ট্যুব অমগী মতেংনা শঙ্গোম পীথকখি। লমগী ইরোই মচাসিনা নুমিৎ ৪ নিতমক হিংখি। কৈনা মাগী মকোক চীকখায়খিবনি।

ইং ১৯৮৩ গী জানুৱারী তাং ৭ তা ঐনা মোইনা মচীঞ্জাক পীজরিঙৈদা মাড়ীয়া খরনা থুমোক অমা পুদুনা প্রকাশকী যুমদা চৎপা উই। অনৌবা শা বোনিট য়োং খর পুরকপা ওইগনি খনখি। মতুংদা অনুনা চেল্লক্কুনা কৈ মচা খর থুংলরে, মপানা কৌরে, মতুং ইল্লকউ হায়রখি। ঐনা ঙাইহাক তুমিন্না লেপ্তুনা বেন অমদি লুসিগী ৱাখল তৌখি। মখোয়দু কবোকৈ মচা ওইরমগনি খনখি মরমদি অরাংবা কৈ মচা ফাবা পংওই ওইথোক্কে। ঐনা প্রকাশকী মনাক্তা যৌবদা কবোকৈ মচা অনি উরম্মী। অমনা প্রকাশকী খুকউদা পম্মী। ঐনা অমদু পমখৎখি। প্রোজেক্টতা লৈবা মীওইশিং লোয়না লাকখি। প্রকাশতা লৈবা মচাদু লাবনি, ঐঙোন্দা লৈবদুনা অমোম্মি হায়বা খঙখি। মখোয়গী মমীৎ ফজনা উরমদে। মখোযগী খোইদৌসু কংখিবদা ঙাইবনা কৈশিং অদু জানুৱারী অমদা পোল্লক্বা যাই। কোসফুন্দি খুল ঐখোযগী প্রোজেক্টতগী কি:মি: ১২ রোম লাপই। মসি মকওইবা লম্বীগা লাপ্নে। মায়কৈ ৩ দা চীংনা কোযশীল্লি অমদি অশুকপা জঙ্গল লৈ। মসি কবোকৈনা পামজনা লৈবা মফম্নি। মচাশিংসিগী মমা হাৎখ্রবরা হাযবগী পাউখুমদি ওন্ন তৈনগনি। কবোকৈ অমোম অমনা মকোন্দা মচা পোকখ্রে খঙবদা মাড়ীযাশিংনা মমানা মচীঞ্জাক থিবা চৎখ্রিঙৈদা মচাশিংদু পুথোক্লম্বা যাই। কবোকৈ মচাশিংদুনা হিংদুনা লৈববদি মমা অমুক হল্লক্কনি হাযবল্লগা মখোয হনখি।

ঐখোযনা মমাঙদা কবোকৈগী মরমদা থেংনবকপশিং লৈখ্রবনিনা হৌজিক তৌগদবা যাম্না লৈবম্মী। লুসি অমদি বেন চাউনা লাকখিবনি। হন্দক্কী কবোকৈ মচাশিং অসিদি খব হেন্না পীকই। মখোয মমা অমদি মমাগী মখোম তঙাইফদবা মতাঙনি। মখোযগী মমাগুম লোযনবিবা হায়বসি তঙাইফদে। মখোযদা শঙ্গোম ইনবদা খুদোং চাদবা লৈবোই খন্দুনা বোটল ১ শেম্মী। মখোয়না বোটলদগী শঙ্গোম অমুকপু থকপা হৌদুনা চাউখৎলক্লবদি ঐখোয়গী মরক্তা নুংশিনবগী

মরী লৈরগনি। মখোয় অনিমক্লা শঙ্গোম খর খর থকই। মখোয় মমাঙগী নুমিত্তগী করিমত্তা থক্লমদবা য়াই। মখোয়গী মনিং মোৎলম্মী। মমা লৈরবদি মসি লেকখোক্তুনা মোৎহল্লোইদবনি। ঐখোয়না মদু অচোৎপা ফি অমনা তৈথোকখি। মখোয়গী খুজিল য়াম্না থৌরম্মী। কবোকৈগী খুজিল পোক্লবা মতুং নুমিৎ খরনিদি তিংথোকই। মদু মখোয়না মমাদা য়ানবা ঙম্নবা ওইরম্বা য়াই। ঐখোয়না শঙ্গোম পীথকপদা খুজিলনা শোক্তনবা মখোয়গী মখোঙদু ফদি অমনা পুনশীল্লি। অহানবা নুমিত্তুদা মখোয়না শা অতৈগুম খোমচুপ্তগী শঙ্গোম থকখি। লুসি অমদি বেন্দি খোমচুপ মচীন হেক-হেক চীকথৎখিবনি।

কবোকৈ মচানা মখোঙ মরিমক্লা চত্তে। মখোয়না মবুক্লা লৈবাক্তা তক্তুনা চৎলি। লাবনা গ্রাম ৫০০ অমদি অমোম্না গ্রাম ৩৮০ লূম্মী। মখোয় নুমিৎ নিনি মচীঞ্জাক য়াউদনা লৈরক্লম্বা যাই। বষ্টরগী মীওই খরনা মখোয়সি ফারগা কোসফুন্দি খুন্দা লৈবা মরী-মতাশিংদা পুরকপা ওইরম্বা য়াই। মাড়ীয়াশিংনা কৈ মচাশিং অসিবু মপীদগী মুল্লুবগী খুদোংথিবা করিসু থেংনবা পাম্রোই। ওইনিংবা ওইদুনসু ঐখোয়না কুইনা নীংজরকপদুদি থুংলে। মচাশিং অদু হিংহনবা যাম্না তঙাইফদে। প্রকাশসু নুংঙাইরম্রোই হায়না ঐঙোন্দা ফাওখি। হৌজিক্কী ওইনদি মচাশিংদু শারংদা থম্বগী ব্রাফম লৈরমদে। ঐখোয়না য়ারিবমখৈ কবোকৈবু শারংদা থমদনবা খনখি। প্রোজেক্টতা লৈবা অঙাংশিংনা যাম্না নুংঙাইজৈ অদুবু অহলশিংনদি হরাওদে। কবোকৈশিংনা চাউরক্লগা অকায়বা যাম্না থোকহনগনি হায়না মখোয়না খল্লি। 'মখোয জঙ্গলদা থাদোকখিসি', 'মখোয়না ঈ থক্তুনা হিংবা ঙম্রোই', 'মসি চাক অমদি তল চারগা হিংবা শওমগুম্বা নত্তে', 'মখোয়গী খুজিন্না শোকহঞ্জনু', 'নখোয়গী ঈ লেকখ্রবা নখোযবু মখোয়না চাউরক্লগা মচেৎ - মচেৎ শেগাযগনি'........ অসিনচিংবা কযা লেপ্তুনা হায। নুমিৎচুপ্পা ঐখোযনা অসিগুম্বা ব্রাঙাং তায। মীওই কয়ানা মখোযবু খুৎনা শোক্লবা হোৎনৈ মরমদি চাউরক্লগদি অসুম্না তৌবা ঙম্রোইদবা মরম্না!! কনাগুম্বা খরনা খুপাক্লসু তপ্না থাই মরমদি মখোযনা অহল ওইরক্লগা

মচা মশুশিংদা মখোয়না কৈদা খুপাক্লা থারকই হাযবা য়ানবা!!

ঐনা লুসি অমদি বেনগী মরমদা নীংশিংই। ঐখোয় মখোয়গী মরমদা নীংশিংদুনতা লৈ। ঐ নোংমগী মনুংদা অয়াম্বা মতমদা প্রকাশকী য়ুমদা লৈ। কৈ মচাশিং অদুনা প্রকাশকী ফমুংদা হেক-হেক লৈ। মখোয় ২ মতম পুম্বদা পুন্না লৈমিন্নৈ। মদু অমনা অমবু থানদনবা ফবিবনি। মবক্তা করিগুম্বদা অমনা চথোক্লবা অমনা খোংই ১দি চথোক্লুবা শা মচাদুনা মবুক্কা লৈমাযদা শিত্তুনা হল্লকই। অহৌবা নুমিত্তা মখোযবু মবিবক শঙ্গোম পীথকখি। লাবনা অমুক্তা শঙ্গোম মিলিলিটর ১০০/১৫০ অদুগা অমোম্না মিলিলিটব ১০০ মুক থকই। অমোম্না শোঞ্জববসু মশাদি হেন্না খিংই।

অনিশুবা নুমিত্তা ঐখোযনা অযুক অঙনবদা শঙ্গোম ইল্লি অমদি মথী ফায়দোকহল্লি। মখোযগী মমা লৈবা নত্তে। মমানা তৌগদবা থবক্তু ঐখোয়গী খুৎনা ওইনা তৌই। অমুক হন্না ঐখোযনা লাবা অমদি অমোম শোযদ্রববা হাযবদু খঙনবা হোৎনখি। কবোকৈ অমসুং কৈদদি লাবগী মওং থা ৩ ফাওবদি কুপ্পা খঙবা ঙমদে। লাবা খঙদোকপা ব্লায। চহী অমা মখায শুবা ফাওবদি তুংগী খোঙ কোম্বরগা মপান থোকপনা অদুম্মক মান্ননা উই। থেংনরকপদগী ঐখোযনা শা ষনগী ডোক্তর ফাওবনা কৈ অমদি কবোকৈ লাবা-অমোম খঙদোকপা হেক্তা ঙম্লোই খঙখি। অতোপ্পা থৌদোক কয়াদা প্রকাশনা লাবা-অমোমগী মতুংইন্না মিং কোন্না ওহ্লোকপা য়াউখ্রে। নীংশিংবা যাবা মখোয় ৩ দুদি- দিষ্ট্রিক্ট ভেট্রিনবী ওফিসার অমদি ফোরেষ্ট গার্দনা পুবকখিবনি। অহানবা কবোকৈগী মমিং হোংখিবা 'সুফিযা' অমোমদগী 'সুফি' লাবনি, মরমদি মহাক লাবা ওইরম্বননি। অনিশুবনা 'বাজিবাই' অমোমদগী 'রাজা' লাবনি।(ঐখোযগা হৌজিক লৈমিন্নরিবা) অমদি হন্দক্তা 'শেরি' (কৈ অমোম) দগী 'শেরু' কৈ লাবনি। অম্রাবতি দিভিজনগী কবোকৈ অমনা মী চাখি মরম অসিনা যাম্না কন্না হোৎনদুনা মহাক ইং ১৯৮১ দা ফাখি অমদি শারংদা থমখি। নুমিৎ ১৫ নিগী মতুংদা মসিনা মচা পোক্লবা মতমদতা অমোম্নি হাযবা খঙখি। অরানবসি

লায়না চুমথোকপা ঙম্রমদে। মদু অমোম্নি অমদি মচা পোক্কদৌরে খঙদবা মরম্না করিসু চেকশীন্না তৌখিদে। মচা পোকপা নুমিত্তা মচা অমা ঈশিং কোমদা তাদুনা শিখি। মসি ময়াম্না খঙনখিদে। অসুম্না অমুক হন্না থোক্রে। অতোপ্পা নাকল অমদনা ঐখোয়না শাশিংবু অঙাং য়োকপগা মান্ননা চেকশীল্লবসু ফোরেষ্ট লোয়শঙনা য়ঐখোয়না শা থম্বা আইন্না য়াদে হায়রদুনা কোর্ট কানবা ফাওবা মখোয়না হোৎনখি। মশিং লাকঙমদবা জঙ্গলদগী ফংবা শাশিং করি ওইগনি? মখোয়গী মনুংদা কয়ানা শিরগা কয়ানা হিংগদবা? মখোয়না ঐখোয়গীদা হিংবদা করি অব্বাবা লৈরিবা? মীওই অমত্তনা ফোরেষ্ট ওফিসারশিংনা তৌনিংবা অমা হেক্তা তৌবা য়াবগী হক লৈ খন্দুনা কনামত্তনা অসিগুম্বা ব্বাহং হংনদে। লম্লক্কী শা নুংশিবশিং অমদি ব্বার্দনশিংনা মসিগী মতাঙদা করিগী তুমিন লৈরিবা? ব্বাফম অসি শেংদোক্লবদি হেন্না ফগনি।

কৈ মচাশিং অসি নুমিৎ হুম্নি শুবা ফাওবা থোইদোক্লা করিসু তৌদে। শঙ্গোম থকপগী চাং হেঙ্গৎলি। য়াম্না শোনবা অমোম অদুগীদমক ঐখোয়না ব্বাজখি। মরিনিশুবা নুমিত্তা মহাক মখোঙ হামথৈ। লাবদি করিসু তৌদে। পীক্লিঙৈদগী হৌনা কবোকৈনা মখোয়গী মশা লেকখোক্তুনা মোৎহন্দবগী হৈনবী লৈরকই। মচা অনিসিনা পুন্না লৈমিন্নবনা মরক মরক্তা অমনা অমগী মশা লেকখোক্লে। পুন্না সুম থম্বদা লাবসু অমাংবা লেকপনা অনাবা লৌনবা য়ারম্মী। তোখায়না থম্বদসু য়াম্না খোংখি। হন্দক্কীসিদদি লাবদু অনাবা লৌনরমদে। প্রকাশ মেদিকল ডোক্তর ওইবা মরম্না মখোয় ২ মক্তা খোঙ হাম্বা চাং হম্বনবা হীদাক পীজখি। মখোয়দা হীদাক পীজবা হাযবসিসু অব্বাবা অমনি। শঙ্গোমগা য়ান্নরগা পীথকপদা হীদাক মনমদুনা শঙ্গোমদু থক্তে।ঐখোয়না থেংনরকপদগী কবোকৈনা মনম য়াম্না ফজনা খঙই হায়বা খঙখ্রে অমদি তুংদসু মসি খঙবা তাই। মমৈদা নমদুনা মচীন কাথোকহল্লগা চামচ্ অমনা হীদাক ইনবা তাখি। মখোয়গী খুজিন্না খোৎখি। মখোয় ময়া হৌবদা ঙায়বনা লাইবক ফদুনা চীকপদি ঙমদে। শা উচেক্কী ডোক্তরদি মাইল ৬০ লাপ্পা অহেরী কৌবা মফমদা লৈ। মতমদুদা টেলিফোনগী

খুদোংচাবা লৈতে, মসি ইং ১৯৮৬ তদা লৈখি। মরম অসিনা মহাক কৌনবা মী অমা থানবা হোৎনবদা অহেরি য়ৌবা ত্রক অমা ঙাইদুনা মীওইদু নোংয়াই ফাওবা লম্বীদা লেপখি। নোংজুথা মতুংদা লম্বী শেমদবনা চাং নাইনা গাড়ী চেন্দে। হায়রিবসি কৈ মচাশিং অসি পুরকপা ৪নি চনবা নুমিৎনি।

মঙানিচনবা নুমিত্তসু ফগত্ত্রি।লাবদুসু খোঙ হামদুনা নারম্মী। অমোমদুদি লেঙদনা কুল্লি। মহাক মতোমতা শঙ্গোম থকপা ঙম্রমদে। ঐখোয়না অনিমক্তা, অমোমদনা চামচ্না শঙ্গোম ইনখি। লাবনা শঙ্গোম খবদি থকখি। নুমিৎয়ুংবা মতমদা অমোমদুদা সেলাইন পীথকখি। শা উচেক্কী ডোক্তরসু মতমদু ফাওবা লাক্ত্রি। মমাঙদা উনখিদ্রিবনা মাগী মশকসু খঙদে। মাসু অহেরিদা লাকপা কুইদ্রি।ঐখোয়গী য়ুমশা অমদি অতৈ শাশিং লৈদুনসু মহাক অমুক্তা কৌথিবা লৈত্রি অমদি অমরোমদা মহাক্লা কৌদনা মতোমতা লাকখিবসু লৈতে। মা (ডোক্তর) অহেরিদা লৈবা মতমদা ঐখোয়না পাউ চেনখিবা মীনা মফমদুদা থুংখি। মানা পুন্সিদা কৈদা হীদাক থাখিবা লৈতে হায়না য়াম্না চুম্না হায়। কৈদু মচারা, কয়াম চাউরে হায়না ব্রাহং কয়া হংখি। কৈদু য়াম্না পীক্লি, ময়া হৌদ্রি অমদি মমাসু য়াউদে হায়খি। ডোক্তরনা জীপ অমদা মফমসিদা লাকখি। মসি ৬ নিশুবা নুমিৎনি।খোঙ হামথরবসু লাবদি খর ফরি। মাদি খজিক চৎপা অমদি শঙ্গোম থকপা ঙম্রি।ঐখোয়না অমোমদুদি হিংগনি খল্লমদে। মানা মতমদু ফাওবা হিংলিবদু ঙরাংদগী সেলাইন পীথকপননি। অহানবদা ডোক্তরনা য়াম্না লাপ্না কৈশিংদুদা য়েংখি। কৈ পায়বা করিসু তৌদে হায়বদা মানা কৈদুদা শোকই, হীদাক পীজনবা হোৎনৈ অদুবু ঐখোয়না পীজবগা চপ মান্নে। মানা কৈদি ইরোইগী মখোম তুম্বা ঙম্রোই হামেংগী মখোম পীথক্কদবনি হায়রম্মী। কৈবু হামেংগী মখোম পীথকউ তাবদা নোক্লিংবা পোকখি অদুম ওইনমক লাবা মচাদু হিংহন্দবা যাদে খন্দুনা শঙ্গোম পীথকপদা মমৈদা চহী কয়া মাগী ময়া অমদি মশাদা অকায়বা লৈখি।

ডোক্তরনা চৎখ্রবা মতুং নিনিশুবা নুমিত্তা অমোম মচাদু শিখি

অদুবু লাবদি ফখি। মাগী খোঙ হান্মথবা খকখ্রে। মানা মচন অমোম নুমিৎ চুপ্পা থিদুনা শঙ্গোম থক্তে। অসুম্না তৌগনি ঐখোয়সু খনখি। ঐখোয়না পাযদুনা মচীঞ্জাক পীথকখি। অহিংচুপ্পা কৈ মচা অসিনা শাথিবা খোঞ্জেলদা খোংখি। অযুক্তা ৱারদুনা মহাক তুমথখি। চয়োল অমা অসুম্না তৌরবা মতুংদা অশিবদু কাউখি। মতমসিদা মাগী খোঙ হাম্বা মপুং ফানা ফরদুনা শঙ্গোম থকপগী চাংসু হান্নগুম্রে। কবোকৈ মচাসি শোনবা মরম্না থা ১ শুরবফাওবদা কিলো অমতমক লূমখি। মমৈদা মামক্কী মচাদু মমাগী খোম্না চাউবা মরম্না পোকপদা গ্রাম ৪৫০ খক লূম্নবসু চযোল ১দা কিলো অমা লূমখি। মখং নুমিৎ ১৫/২০ দি করিমত্তা ৱাদনা হৌখি। মহাক কৌবদা খুন্নকপা য়াবগী চাংদা চাউরবনা মমিং থোনবা তঙাইফদে। মাড়ীয়া চীংমীশিংগী লোন্দা কবোকৈবু 'নেগল' হায়না খঙনৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না মাবু 'নেগল' কৌখি।

অমোম মচা অমা শিখিবদগী নেগল মতোমতা ঙায়নম্মী। মতমদুদা ঐখোয়গী পিক্কী অমদি টিনি কৌবা পোমরানিয়ন হুই ২ লৈ। পিক্কীনা টিনিদগী মশা কনবা অমদি শান্ননিংবা হেল্লি। নেগলনা পিক্কীগা হেক-হেক লোয়নৈ। পিক্কীনা নেগলদা মাগা শান্নবা যাহল্লি। মাগী হুইয়া অমদি খুজিল য়াম্না থৌরম্মী। করিগুম্বা মতমদা নেগলগী ময়া অমদি খুজিন্না পিক্কীদা শোক্কনি অমদি মহাক হৌনা খোংগনি। খোংবগী মখোল তাবদা কিদুনা নেগলনা কদাযদনো অমদা হেক্তা লোৎকনি। কবোকৈনা লোৎপা অমদি মী উদবা মতমদা চোংশীনবগী মওং মতোমতা হৈরকই। অমুকথক মানা পিক্কীবু অসুম্না ফাখি। শাউরবা পিক্কীনা নেগলদসু হন্দুনা ফাখি।ঐখোয়না পিক্কীদা নেগল ফারোইদবনি খঙনবা ফুখি। পিক্কীনা অমুক হন্না তৌখিদে। মানা নেগলবু হৌনা খোংদুনা তাম্বোক্কনি। মমৈদা নেগলনা য়াম্না চাউরবা মতমদদি পিক্কীনা মহাক ফাবগী ৱাফম লৈত্রে। অদুম ওইনমক পিক্কীনা খোংদুনা মনাক্তা চেনশীনবদা নেগলনা কিদুনা চেম্বোক্কনি। অসুম্না তৌবসি য়াম্না নুংশিনিংঙাই ওই। ঐখোয়গী অসিদা থুংলবশিংনা মসি উবদা নুংঙাইদুনা নোক্লবসু ঐদি মতম পুম্নমক্তা অদুম্মক নুংঙাইতবা ফাওই।

ফেব্রুৱারী ৭ তা নেগলগী মশা ফরমদে। মহাক অমুক হন্না খোঙ হাল্লম্মী। ঐখোয়না মাবু হামেংগী মখোম পীথকপা লেপ্পী। ইদাক পীজদুনসু মহাক হিংলরোই খনখি। নুমিৎ ৮ নি মঙোন্দা সেলাইন থক্তা পী। প্রকাশনা মাবু নুমিৎ ৮ নিসিদা চেকশীন্না য়েংঙি। মানা অহিং খুদিং দাদাপঞ্চাল হৌদোকখি অমদি ঐনসু মতেঙ পাংখি। ঐখোয় অহুম নেগলগী ফীভম তত্তনা খন্নে। মাবু ওকশা পীজবা হৌরসি খন্নখি। সোমনাথতা লৈবা ঐখোযগী মীদা ওক খর থাৱরক্লবা চিঠি ইরম্মী। নেগলনা ওকশা চাবদা তুম্বা ঙম্লোই খন্দুনা শা মহী ওইনা শঙ্গোমদা যাল্লগা মবক মবক্তা পীথক্লবা খন্নে। নোংঙাল্লগা অযুক্তা পূং কযা হোৎনবদা ঊচি অমা ফায। প্রকাশ অমদি ঐ শা-ঙা চাদে অদুগা পঞ্চালদি শদুম শোক্তনবা ৱাশক্লবা মীনি। নাতৈ চাদবা থবক্কি অদুবু নেগলগী যেংদুনা ঐখোযনা হৈনদবা পুম্নমক থাদোকখি। পুনেদা লৈবিঙৈদা ঐনা শা তানবদা থেংনবকপশিংদু হৌজিক্তি কান্নবে। এনা ঊচি মউন খোক্লগা মকক-মকক কক্তুনা মদুগী মহী শেম্মী। নেগলনা মদুগী মনম পামজনা থকখি। হৌজিক নোংমগী ঊচি অমা ফানবা হোৎনৈ, অনুনসু মতেঙ পাংই। নোংমা শা মহী পীথক্লবা মতুংদা শদুম মচা ১/২ লংশীনবদা নেগলনা খুদক্তা মদু যোৎখি। নুমিৎ নিনিমুক্তি নেগলনা চাবা তুম্বা ঙমগদ্রা খনখি অদুবু করিসু তৌবমদে। ঐখোয়গী হৌদোংনা চযোলদুদা যেন অমা ফারকপদা নেগল মবাইবক ফখি। হৌদোংদু তাহ্নোকপদা য়েন্দু তুকারামগী মনাক্তা থনম্লগা চেনখি।য়েন্দুদি অদুম্মক শিরে। যেন্দু শেম্লগা গ্রাম চনিমুক্কী চাং থেংদবা ওইনা নেগলদা পীজবদা খুদক্তা চাখি। লেমহৌবদু কেবোসিন বিক্রিজবেটবদা থমখি। নুমিৎ মরিনিদি নেগল নুংতিগী অশেম্বা যেন্দুগী শা চায। তুংদা ঙানু অমা মাগীদমক হাৎখি। অযুক খুদিং মাবু শা, চাক অমদি শঙ্গোম পুখমদা হাপ্তুনা পীজে। মানা ইচম চম্না ৱাহন্দনা বোটলদগী শঙ্গোম থক্তে।

মার্চ থাদা ঐখোযগী পোমরানিযন হূইনাও অহুম পোকখি। নোংমা যেংগে মতাগুম নেগলবু টিনিগী মচাগা লোযনঁনা মখোম চুপহনখি। টিনিনা হৈনদবা ফোংদোকই অদুবু মতুংদা মচাগা লোয়ননা

নেগলবু মখোম পীথকখি। অকোনবদা নেগলনা নোংমদা টিনিগী মখোম অহুম্রক থকখি। মতম অসিদা ভারতকী অচৌবা মখলগী খৈরোই মচা অমা অমদি মাউস দিয়ার মচা অমা ফংবদুসু টিনিদা মখোম পীথকখি। মীরৈবাক মচাশিংনা য়েংবা লাকখিবা মতম অমদা মখোয়দা টিনিনা নেগল, খৈরোই, মাউস দিয়ার অমদি মাগী মচা হুইনাও অমা অমুক্তদা মখোম পীথকপা উংখি । মখোয়না য়াম্না ঙক্তুনা ফোটো কাপখি। ঐখোয়গী মরুপ শ্রীভাস্কর ভট্টনা মসি ইদুনা ফোংদোকখি। ঐখোয়গী শাশিংগী মরমদা অহানবা ওইনা পাউ-চেদা ফোংবা হৌখি।

হৌজিক নেগল ফজনা চাউখৎলক্লম্মী। থা অহুমগী মতুংদা মহাক কিলো অহুম লূমখি। মাগীদমক য়েংদুনা ঐখোয়না টিনিগী 'টিপু' কৌবা মচা লাবা অমা থমহৌরগা মচা অনি মীঙোন্দা পীথোকখি। নেগল অমদি টিপু, টিনিগী মখোম থক্তুনা চাউরকখি। টিপু হৌজিকসু ঐখোয়গা লৈরি।

মার্চতা নেগল মশা ফগৎলে। য়ামদ্রবসু মহাক হৌজিক শদুম খরদি চাবা ফংলি। মাগী লোৎপা অমদি মীঙোন্দা চোংশীনবগী তাৎ হৌরে, মমিং কৌবদা খুম্রে অমদি ঐখোয় মরি হায়বদি প্রকাশ, দাদাপঞ্চাল, মনোহর য়েম্পলরর অমদি ঐবু খঙবা ঙম্রে। ফজনা খঙলে হায়বগী মওংদি ঐখোয়না হায়বা মহাক্লা তারে হায়বনি। মোক্লা অমদি অনুনা হেক-হেক নেগলবু পমখৎলি। প্রকাশকী মচানুপী আরতি মতমসিদা থা ৫ শুরে। প্রকাশনা নেগল অমদি মাবু পমখৎলি অমদি নাকন নাকন্দা থম্মী । মখোয় হৌবদগী পুন্না অদুম লৈরক্লে। অতৈ অঙাংশিংগা শান্নবদা নেগলনা শোকহল্লি অদুবু মানা আরতিবু লুনা তৌবদি মপান নাইখিদে। মহাক্লা আরতিবু ঐখোয়না তৌবদগী হেন্না লুনা তৌই। মনম নমদুনা মাবু লেকই। মীওই পুম্নমক কিবা পোক্লে। অদুম ওইনমক আরতিবু শোয়দনবা খনবা প্রকাশতি করিসু কিবা পোক্তে। মানা মখোয় অনি থাদোক্তুনা থম্মী। নেগলনা অঙাংগা শান্নবা য়াম্না পামই। মোক্লা অমদি অনুনা থৌশাদবদা মানা চেনশীন্দুনা মখোয়গী মখোঙ মাগী খুবাম্না ফায় । করিগুম্বদা আরতিনা মনাক্তা হীপুনা লৈবদা

নেগলনা কৈদৌঙৈদা ফাদে।

এপ্রিলদা মহাক থা ৪ শুরে। শদুম চাবগী কান্নবা উবা ঙন্রে। মাগী শাওং-শাদা ফজরে অমদি কিলো মঙা মথায় লুপ্রে। মতু চোম্বা হেঙ্গৎলে, কুচু শেংলে অমদি তাৎ-পাৎ হেঙ্গৎলে। মরম অসিনা প্রকাশকী য়ুমদা মাগীদমক কা অমা শেপ্রে। নুমিৎ চুপ্পা মহাক পুন্দনা থম্মী অমদি প্রকাশনা দিস্পেন্সরি চৎপদা হেক হেক ইন্নে।মঙক্তা করিমত্তা পুন্দনা নেগলনা অয়ুক্তা লৈকোন্দা মথী ফায়দোকই । মনাক্তা লৈবা লৈকোনগী মোংশোংদা মানা লোৎপা তম্মী অমদি অচৎপা মীদা চোংশীল্লি। ঐখোয়গী মরক্তুগী অমনা ফারবদি মাবু কাদা থমগনি খঙবনা ঐখোয়গী মরক্তুগী কনাগুম্বা অমনা কৌবদা মপান থোরক্লোই। হায়রিবা মীওইশিং অদুদি প্রকাশ, দাদাপঞ্চাল অমদি ঐনি। মরম অসিনা ঐখোযনা লৌশিং তৌবা হৌই। অতোপ্পা নাকন্দা মোংশোংদা নঙ্গন ওনশীন্দুনা ফম্বদা মানা তুমিন্না তপ্পা লাক্লগা ঐখোয়দা চোংশীল্লি, মতমদুদা ঐখোয়না মহাকপু ফায় অমদি কা মনুংদা থমজীল্লি।

লৈকোন্দা শান্নরবা মতুংদা অয়ুক্তা নেগলবু প্রকাশকী য়ুমদা লৈবা মাগী কাদা থম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা প্রকাশ, দাদা অমদি ঐনা কোয়থোক্ল বা পুথোকই। মার্চ ২২দা ঐখোয়না 'য়েচরি' খুন্দগী লম ইরোই অমা ফংখি। ঐখোযগী হান্নগী লম ইরোইদু কৈনা চীকপদগী হিংবা ঙমখিদে। হন্দক্কী ইরোই অসিদি হান্নদগী হেন্না চাউরে। মশাদা অশোকপসু যাউদ্রে। মাবু 'রাজা' হায়না মিং থোল্লে ১দি মাগী নোংমদা শঙ্গোম লিটর ৪ থৌরাং তৌই। ইরোই অমোম অমত্তনা মাবু মখোম পীথক্তবনা ঐখোয়না শঙ্গোম খর দ্রমদা থম্মী অমদি রবর ট্যুব অমগী মতেঙনা শঙ্গোম ইল্লি। থা ৫ দি মানা অসুম্না শঙ্গোম থকই। পীথকপা মতমদা মাগী ময়াদা ট্যুব থল্লগা খুৎ শত্তোকই। মতুংদা মানা খুত্তগী শঙ্গোম শুকথক থক্তে। প্রকাশ অমদি দাদাপঞ্চাল মানা খঙই অদুবু ঐবুদি খঙলবসু থওইদে।

মমৈদা মে থাদা মহাক অশাবা কালেন খাঙবা ৱায় মরমদি লম ইরোইনা মতম পুম্বদা তুরেল মনাক্তা অমদি তুরেন্দা নুমিৎয়ুংবা অমদি মদুগী মতুং ফনা কুইনা লৈ। অমুকথক নুমিৎয়ুংবদা রাজানা ঐখোয়গী

মাঙ্গোন্দা ঐনা ইচম চম্না কৌবদা লাকখি। যাম্না শাবা মরম্না ঐনা ঈশিং বালটিন অমা মশাদা হৈজীল্লি। নুংঙাইমন্দুনা মানা লৈমায়দা লেবা ঈশিংদা কুহ্রে। ঐনা ঈশিং বালটিন ২/৩ অমুক হন্না হৈজীল্লি। মথংগী নুমিত্তগী রাজানা নুংতিগী মাঙ্গোন্দা লাকই। করিগুম্বা মরম অমদগী নোংমা ঐ লৈতবা মতমদা মহাক্না ঐ কৌদুনা খোংখি। মানা ঈশিং বালটিন ২/৩নদি পেন্দে, মরম অসিনা ঐনা অতৈ থবক থাদোকপা তাই। মানা নুমিদাংবাই খুদিংগী নেগলগা লোয়ননা কোয়বা য়াউখি। শওম রানিগী হেক মতুংদা নেগলবু কা হেন্না লুনা তৌখি। লম্বী ফাওবা মহাক থাঙ্গত্তুনা পুথোকপা তাই। খুজিন্না শোক্তনবা মখোঙ মথক ওনখৎলগা ঐখোয়না থাঙ্গৎলি। মাগী লূম্বা হেল্লকখি। দাদাপঞ্চালনা মাবু থাঙ্গত্তুনা পুই। অহানবা থা ৬ তি দাদানা নেগল অমদি রাজা হোৎনবদা ৱায়। ৱাবগী মরমদি স্কুল ছুটি ওইবা অমদি ঐখোয়না শাশিংবু নুংশিজবদু মাসু ইচম চম্না পামজবননি।

নেগল অমদি রাজা পুন্না চাউখৎলক্লম্মী। ঐখোয়গী নুংতিগী কোয়থোকপদা মখোযনা অমনা অমদা যেত্তে। ইরোইসু মতুংদা ইন্নে। কৌরুবদা ঐখোয়না কিজবা খোঞ্জেলনা খোংদুনা চেনখৎলকই, মদুদা মাগী লম্বী থাদোকই। পাউখোং ফোংঙমদ্রবা অঙকপদি কিলো ৭০/৮০ লূম্বা মানা ইনাক য়ৌবদা খুদক্তা করম্না হেক্তা লেপ্লিবনো হায়বসিনি! করিগুম্বা মতমদা নেগলনা ইরোইদা চোংশীনগনি অদুবু নেগলনা মঙোন্দদি মদুদগী হেঞ্জিন্না লাক্ল-ফানা তৌদে। রাজানা মাবু ইরায়-লায়না চপখায়দুনা শিহনবা ঙমগনি। ইরোইনা ঐখোয়গী নাক্তা হেক চংশীল্লকপদা মানা ঐখোয়দা শাউবদি নত্তনা ৱায়রকই। অদুবু মসি ঐখোয়দদি মরু ওইবা ৱাফম্নি। মানা ৱায়রকপদু হৌবদা ঙায়রিবা মাগী অপীকপা মচীদা পায়দুনা ঙাকথোকই। হৌজিক ফাওবদা নেগলবু ঐখোযনা য়েন, ঊচি, থেব অমদি হামেং পীজদুনা য়োক্লক্লি। মে হৌরকপদা ঐখোয়না শা ফংলবদি কিলো তংখায়দগী অমা ফাওবা পীজৈ। নুমিৎ খুদিংগী থেব ফংদবা অমদি হামেংনা মমল তাংলবসু, ঊচি অমদি য়েন্দি ফংবা ৱাদে। সোমনাথতগী ওক পুরকখ্রে। মখোয়

ঐখোয়গীদগী খর পীকথবা প্রোজেক্ট কোথি অমদি হেন্দেৱাড়াদা য়োকই অমদি মমাঙগী চহীদা য়োকপা হৌখিবদুদি চাবা য়ারগনি। জূন ২২দা ঐখোযগী ষন লাবা অমা শি। য়েনবুদি মী অমদা হেক্তা শেম্মু হায়বদা য়ারকপা য়াই। অদুবু অশিবা অচৌবা ষন লাবা অমদি কনানসু শেম্বা পাম্ল দে। ঐখোয়দদি অসুম তৌবদা ইকায়বা,তৌনিংদবা লৈতে। ঐখোয়গী প্রোজেক্টকী থবক শুবশিংনা ষন্দু জঙ্গন্দা লংশেকখি। মসিদগী ষনশা য়াম্না ফংগনি ১দি কেরোসিন রিফ্রিজরেটরদা থম্লবদি কুইনা চৎকনি খনখি। শীঙজং অমা পায়দুনা জঙ্গন্দা চৎলগা ষনগী তুংগী খোঙশিংদু কক্তুনা পুরকখি। থাঙ মচা অমনা মতুপ মতুপ কক্তুনা রিফ্রিজরেটরদা থমখি। মীওই পুম্নমক ঙকখি অদুবু নেগল ফজনা য়োকপা হায়বসি ঐখোযগী পান্দম্লি। নেগলনা ষনশাদু য়াম্না পাম্না চায়, কুইনসু চৎখি। মসি ঐখোয়না ষন অশিবা কক্‌পনি, হাৎলুবা নত্তে। মরম অসিনা মদুদা করিমত্তা নুংঙাইতনিংঙাই ওইদে। লুসি অমদি বেন শিখ্রবা মতুংদা ঐখোয়না কবোকৈ নেগলগীদমক শেল খায়গৎনবা হোৎনৈ। অদুবু হৌজিক ফাওবদি মদু ওইদ্রি। হামেং অমোম অমগী মমল লু: ২০০-২৫০/- নি।ওক অমগীনা লু: ৩০০ -৪০০/- ফাওবনি। মসি ঐখোয়না শা লৈবদা খঙখি অদুবু মতমদুদা শেন্দি লোইথোকখ্রে। মরম অসিনা অশিবা শা শীজিন্নবদা করি লানগনি? ঐখোয়না অশিবা শা ফংলবদি লৈগে লেপ্লদুনা মনাক্তা লৈবা মফমদা পাউ থাদোকখি।

মহৌশানা জঙ্গলদা কবোকৈ অমোম অমনা চহী অমদা মচা অনিরক পোকই। জানুযারী অমদি জুন্দগী ওগষ্ট ফাওবগী মনুংদা পোকই। অল্লাপল্লীগী জঙ্গলদা জুলাইদা কবোকৈ অমোম মচা অমা থেংনৈ। মদু নেগলগী মপাঙ অমোম অমা ফংনবগী অফবা তাঞ্জা ওইখি। ঐখোয়না মসি ফংনবা হোৎনখি অদুবু মায় পাকখিদে। ডি. এফ. ও. শ্রীনকভীনা মদু মহাক্না য়োক্কনি হায়দুনা ময়ুমদা হান্ননা পুরগা মমিং সুফিযা থোনখ্রে হাযবা খঙখি। মহাক্না ফোরেষ্ট ওফিসার ওইবনা সরকারগী শেলনা শাদু শারংদা থম্লগা মযুমদা য়োক্লবা হোৎনৈ। জুলাইগী শরুক অমদা প্রকাশনা শ্রীনকভীবু নাগপুরগী লম্বীদা থবক অমগী

অল্লাপল্লী চৎপদা উনৈ। অকোনবগীসিনা ঐখোয়না কবোকৈ য়াউনা লম্লক্কী শা খর য়োকই হায়বা খঙলম্মী। মানা প্রকাশপু তরাম তরাম্না ওকখি। সুফিয়াবু য়ুম মনুংদা য়োক্তুনা থম্বা থেংনৈ। শাদু নুমিৎ খুদিংগী মঙক পুল্লগা মপান্দা পুথোকই অমদি চৈ পায়বা মীওই মরিনা মায়কৈ মরিদা লেপ্তুনা শেন্নৈ। প্রকাশতা মরম পুম্নমক খঙহল্লি। সুফিয়াদা মাগী খুবাম তিংথোহন্দুনা প্রকাশনা শান্নবা হৌখি। শ্রীনকভী অমদি মহাক্কী নুপীনা মদুদা কিজখি। মখোয়না সুফিয়াদা চংশীন্দুনা 'তৌনু' 'তৌনু' লাউখি। মখোয়না তম্বিখিবনা মহাক্না হায়বা ইনখি। প্রকাশনা মখোয়দা কবোকৈ মঙক্তা থৌরী পুনবগী মহুত্তা মমৈ পায়দুনা পুবা য়াই হায়খি। মখোয়না মদু থাজরমদে। প্রকাশতা কবোকৈগী মবমদা থেংনরকপা কয়ামরুম লৈরকখ্রে। মানা সুফিয়াগী মমৈ খুদক্তা পায়দুনা লৈকোন্দা মাগা চৎলি। খুৎশীন্নবা মতমদা প্রকাশনা হায়খি----'সুফিয়া অসি অমোমগী মিংনি, অদুবু মসিদি লাবনি'। অহানবদদি মীওই পুম্নমক নোকখি। প্রকাশনা সুফিয়াবু মনঙ্গলনা হীপহল্লগা পীশক পীক্লিবা টেষ্টিকল উৎলগা মদু থা ২ গী মনুংদা ফজনা উবা ঙমগনি হায়খি। হৌজিক মীওই পুম্নমক ঙকপদা লোইরম্মী। অমোম ওইনা নুমিৎ কয়ানি য়োক্লকপা কৈ অমা হৌজিক লাবা ওল্লে। শ্রীনকভীনা ভেট্রিনরী ডোক্টরনা অমোম্নি হায়বদগী মিংদু থোনবনি, মদু মাগী অশোয়বা নত্তে, ফরে অদুবু ঙসিদগী মাবু সুফি (সুফিয়াগী লাবা খঙনবা) থোল্লগে হায়দুনা অসুম্না থোনখি।

মসিদগী কান্নবা অমা ফংখি। শ্রীনকভীনা চন্দ্রপুরদা সুফিয়ামুক চাউবা কবোকৈ মচা অনি লৈবগী ব্রাফম পল্লদুনা মখোয়দু লাবরা নৎত্রগা অমোল্লা খন্দোকপিয়ু হায়রকখি। মখোয়গী মরক্তা অমা লাবা ওইরবদি শ্রীমরাথে উন্নবদা অমা মঙোন্দা পীরকপা য়াই হায়খি। প্রকাশনা চন্দ্রপুরদা অদুমক চৎলি। কবোকৈদু শারং মনুংদা অচৌবা য়োৎলি ১না পুন্দুনা থম্লম্মী। প্রকাশনা শারং মনুংদা মখুৎ থিংজীন্দুনা কবোকৈদা শান্নবদা খজিক শাউরকখি। কনাগুম্বা অমত্তনা মাবু শোকপা ঙমদে। মহাক্না হরাওনা প্রকাশকা শান্নবা হৌই। কনাগুম্বা মীওই অমনা অরাপ্পদগী মদু

য়াম্না খুদোংথিনিংঙাইনি হায়না লাউরদুনা প্রকাশকী মরমদা হংলম্মী। ঐখোয়গী শাশিংগী মরমদা মীয়াম্না চহী কয়াদগী পাক-শন্না খঙনরে। মনাইনা শারং হাংদোক্লুনা কবোকৈ লৌথোরকখি, মদু লাবনি। মনাইনা অতোপ্পা অমদু লাবরা নৎত্রগা অমোম্না অমদি কদাইদা লৈ হায়বদু খঙবা ঙম্নমদে। নুমিত্তু নোংমাইজিং ওইবনা কনামত্তা উনবা ফংখিদে। প্রকাশ নাগপুরগীদমক মফমদু থাদোকখি।

মে, ইং ১৯৮৩ দা নেগল ফনা চাউরে। মাবু লাকশীনবা খর লুবে। মমৈ পাযরগা হোইজীনবদি য়াই। মমৈ পায়বা মতমদা মাগী কাদা চংবগী মতম ওইরে খঙদুনা চংই। করিগুম্বা মতমদা মহাক কুইথনা শান্নবা পাম্মী। মদুদা মমৈ পাযরুবদা মানা লোংনা হীপথরগা ঐখোযবু ফানবা হোৎনৈ। ঐখোযগী মতম লৈরবদি মাগা শান্নৈ নৎত্রবদি ঐখোয়না মাবু থাংলগা কাদা থমজীল্লি।

মেগী অবোইবা শরুক্তা নুমিদাংৱাই অমদা দাদা, রাজা, নেগল অমদি ঐ কোযথোক্লম্মী। নেগলনা লম্বী চৎপা কনাগী মতুং ইনবনা ঐখোযনা মাবু লম্বী যৌনা পুদে। মাডীযাগী লৌবুকশিং ইহাং হাংলম্মী। ঐখোযনা জঙ্গলগী অকোয়বদা চৎলি। রাজানা ঐখোযবু তপ্না ইন্নৈ। দাদা অমদি ঐ ৱারী শান্নদুনা চৎলি। নেগলনা ইনাক্তা চৎলি অমদি মাঙদা চেনখত্নুনা মোংশোং নৎত্রগা লৌরিদা লোৎলি অমদি ঐখোযনা মনাক নকশিনবদা চোংশীল্লকই। মানা অমুক হন্না চখোক্লগা অসুম্না হেক হেক তৌখি। খর লাপ্পা তুংদা ইলহৌবা রাজাবু কৌবদা খোংলদুনা চেল্লকই। নেগলনা করি খল্লুবনো খঙদে মানা ইবোইদা তুমিন্না চোংশীনখি। ইরোইদুনা তুং খজিক হল্লগা মাযকৈ থুংনা পংচেন্দা চেল্লি। নেগল ফনা লাপ্না থনম্লে। কিরদুনা মানা অনকপা জঙ্গলদা চংশীনখ্রে। ঐখোযনা মহাক উবদি ঙম্মী। রাজানা ঐখোয তম্না লাকখি। ঐখোয় অনিদা উহল্লম্রগা মানা শজিক চাবা চৎখি। মনাক্তা লেপ্তুনা ঐখোযনা ৱাবী শানৈ। নেগল লাক্কনি ঐখোয়না থাজে অদুবু যাম্না থুনা হল্লক্তবদা ঐখোয মহাক যেংবা চৎখি। ইখঙ খঙহৌদনা শা ষন কযা চেন-চোংবগী মখোল তায। উশা লেঙবা অমদি উনা কেনবা

উই। কালেন ওইবনা খুলগী শাশিংনা শজিক চাফমদা লৈতে। ঐখোয়না করি তৌরবনো খল্লি। নেগলনা শা ষনগী মতুং ইন্নরম্মী। চেঙ্খোকখিবা য়াবনা ঐখোয়না মতুং ইনখি। অকংবা পুখ্রি অমগী মনাক্তা ইরোই ১০/১২ রোম লেপ্তুনা লৈবা উই। নেগলদি উবা ফংলমদে। ইরোইশিংদু য়াম্না মিপাইনা উই। মখোয়না অকক্লবা মাযকৈ অমদা য়েংদুনা লৈ। করি লৈরবনো য়েংনবা ঐখোয লেপ্লী। মতুংদা ইরোই অনিনা মকোক নোঙ্ঘদুনা উ পাম্বী লৈবা মাযকৈদা চেনশীল্লি ১দি মদুদা ব্বায়শীল্লি। নেগলনা উ মথক্তা কারম্মী অমদি মহাক কিজনা উই। হৌজিক্তি করিনো তশেংলে। রাজানি খন্দুনা নেগলনা ইরোই শঙ্গুগী মরক্তা অমদা খৎনবা হৌরম্বা য়াই। মখোয লোইনমক্লা মঙোন্দা ব্বাযনবা হোৎনবদা মানা উ কাখৎখি। অহানবদা ঐখোযনা ইরোই পুম্নমক তাঙ্খোক্লবা হোৎনৈ অদুবু মখোয় চখোক্তে। শাউরদুনা মখোয়না উ পাম্বী মনাক্তা হন্না হন্না চেনশীল্লি। মখোয়না মনাক্তা লৈবিবমখৈ নেগল কুমথরকপা ওইথোক্তে।ঐখোযনা মখোয লাপ্না তাঙ্খোক্লুরগা লাকখি।নেগলনা অফৈবা উশা অমদা ফমদুনা লৈ। ঐখোয়না মহাক কুমথরক্লবা হায়। কাখৎপা মতমদা মানা ইরোই কিবদগী থুনা কাখৎখিবনি। উ পাম্বীগী মউদু ফনা চাউরম্মী। নেগল মদুদগী কুমথবা ঙল্লমদে। কৈ অমদি নোংশাগা চাংদম্নবদা কবোকৈনা উ লায়না কাই। অয়াম্বা মতমদা মখোয়না ফারকপা শা উশাদা থমই। ঐখোয়গী নেগলদি পীক্লি। মমাঙদা মানা উ হেক-হেক কাজরবসু হন্দক্কী অসিমুক চাউবা উ কাবদি মপুন্সিদা অহানবনি। মনিংগী খোঙনা শিত্তুনা অমদি অথৌবা খুজিল শীজিন্নদুনা কুমথবা য়ারবসু মহাক্লা অসুম্না তৌগনি খন্দে। মমাঙগী খোঙনা কুমথনবা হোৎনবদা কিরদুনা অমুক কাখৎখি। মমৈদা দাদানা ঐগী লেংজুমদা তোংলগা উ কাখত্তুনা নেগলবু কুমথরক্ল বা কৌরম্মী। মসি তৌদ্রিঙৈদা ঐখোয়না তৌগদবদু চেকশীন্না খন্নে। নেগলনা দাদাবু খুদক্তা কন্না কোনশিল্লকখি। মহাক কিরম্মী। নেগল মথা য়ৌরক্লবা দাদানা মালংদা থেকতোক-থেকচিন তৌবা তাই। ঐনা মাগী তুংগী খোঙ ফানবা খুৎ লাম্মী। দাদানা মহাকপু মখাদা ইঙ্গরকখি।

উদা ঙাদুনা ১দি খর য়েশীন্দুনা মহাক লৈমায়দা কুম্মকই।

জুলাইদা নেগল চাউরে। জুলাই লোইরকপদা মহাক কে:জি: ১৪ লূম্লে। মহাক থাঙ্গৎপা অৱাবা ওইরে। মহাক্লা খুজিল তিংথোরকপা তৌদনা হেক-হেক শান্নে। শাউরবা মতমদতা মাগী খুজিল তিংথোরকই। নোংজুথা য়ৌরদুনা থবক শুবা হৌনবদগী ঐখোয়না নেগল পুদুনা কোয়বা লেপ্নী।অয়ুক্তা মাবু জঙ্গলদা নীংতম্না থাদোকই। মতুংদা প্রকাশকী য়ুমদা ফাজীন্দুনা থম্মী। নুমিদাংৱাইদা প্রকাশকী কাদা মহাক্লা য়াম্না কুইনা আরতিগা লৈ। আরতিনা প্রকাশকী তম্পাক্তা হেক হেক ফম্মী অমদি নেগলনা প্রকাশকী মনাক্তা ফমদুনা মাগা শান্নে। নেগলনা আরতি নুংশিবগী চাং হেঙ্গৎখি। অঙাং ওইদুনসু আরতিনা নেগলবু কিবা পোক্তে। মানা শান্নদুনা মাগী মনা চিংই, মখুৎ মযা মনুংদা থম্মী অমদি মনঙ্গন্দা ইরায-লায়না তোংই। নেগলনা পুম্নমক খাঙদুনা লৈ।

নেগলগী চানিংবা হেঙ্গৎলকখি। ঐখোয়না মাবু নুমিৎ খুদিংগী শা পীজৈ। মনাক নকপা খুন্দা ষন লাবা নৎত্রগা ইরোই অমা শিবা মতমদা ঐখোয়না মসিগী শদুম পুরক্লগা রিফ্রিজরেটরদা থম্মী। ঐখোযগী মরুপ মুকুন্দ দিক্সিট কৌবা অমনা লাহেরিদা দিস্পেন্সরি অমা হাংলম্মী অমদি ঐখোয়বু মানা মতেঙ হেক-হেক পাংই। মানা থা অনিগী মনুংদা অমুক অমুক্তি শা কিলোগ্রাম ১৫/২০ থারকই। মনাক অকোয়বদা শা-ষন খর খর তোয়না শিরম্মী। ঐখোয়না কোথি হিশ্ দুরদা ওক লোয়রম্মী। ঐখোয়দা করিমত্তা লৈত্রবদি ওক অমা লৈরগা হাৎকনি। অহানবদা ঐখোয়না মউন অমদি মরিন লংশেকখি। জুলাই থাদা নেগলনা নুমিৎ মরিনিমুক্তি নীংখিনা চারমদে। তীন লৈরম্বা য়াই লৌদুনা মঙোন্দা হীদাক থাই। নেগল অসুক্কী মতিক তে মদুদি মহাক্লা প্রকাশকী খুত্তগী শা মচেৎ লৌদুনা চায। মরম অসিনা মঙোন্দা হীদাক পীজবা লুদে। ঐখোয়না অচৌবা শদুমগী মনুংদা হীদাক লোৎলি। মহৌশানা কবোকৈনা শা শায়দে, পুম্না যোৎলি। মখোয়না শরুদি শাযরগা য়োৎলি অদুবু ঙক, খুকউ অমদি ফৈগনগী শরুদি খন্দোক্লগা ওথোকই।

অতোপ্পা শরূদি মখোয়না চায়। মখোয়গী তূম্বা ঙম্বগী চাংসি অদুক্কী মতিক কল্লী মদুদি নোংঙাল্লগা মথীদা অঙৌবা মকুপ-মকুপ য়াউবা থেংনৈ। নেগলগী ময়া কাইনথংদা ঙাংখি। মসি মাবু পীক্লিঙৈদা হামেংগী খোম পীথকপা অমদি শা পীজদবনা ওইরম্বা য়াই। ভিটামিন টেবলেটকী মহুত্তা ঐখোয়না মঙোন্দা মউন, মরিন অমদি শরূ মরাঙ কায়না পীজবা হৌই। মসিনা ঐখোয়দা খুদোং চাবসু পীখি। ওক্কী অয়াম্বা শরূক হান্নদি হুন্দোকপনি অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয়না পীজিন্নবা হৌরে। মতু য়াউবা মউন পীজবদগী নেগলনা মথী ফজনা ফায়।

ঐখোয়না অয়ুক খুদিং নেগলবু লৈকোন্দা থাদোকপদা মানা পূং ২/৩ শান্নৈ। মানা খ্বাইদগী পামজনা উথক্তা কাদুনা, চোংদুনা ১দি উশা থুদেক্তুনা মতম লেল্লি। মহাক্না স্কুল অঙাংশিংগী মতুংদসু লুমদুনা ইন্নৈ। মানা চেনশীল্লকপদা ঐখোয়না লেপ্পী। মদুদা ঐখোয়গী খোঙদা মমাঙগী মখোঙনা ফায় অদুম ওইনমক অমুক চথোকখিগনি, মসি খঙলবসু মী খরদি লেপ্পগী মহুত্তা চেল্লি। নেগলনা মীদু নাহোকখ্রনি খঙলবদি মাগী খুবাম তিংথোরক্তুনা ফি শেগায়বা, খুজিন্না খোৎপা অমদি ঈ থোকহনবনচিংবা তৌহল্লি। মরম অসিদগী অয়ুক্তা কনামত্তনা লৈকোন্দা চংদে। লৈকোন্দা মথন্নায় তাজনা পূং ১ শান্নরবা মতুংদা নেগলনা ঐগী শুমাঙদা লাক্কনি। পুংদোল অমদি হৈনৌ পাম্বীশিং মাগী পামজবনি। মতুংদা মানা অন্নাথবী পাম্বী হৌফম ফাওরগা ঐগী য়ুমদা থোঙনাওদগী লাকই। মানা ফমদুনা রেনুকা কদাইদা লৈ য়েংগনি। মদুগী মতুংদা মানা মমাঙগী শঙতপ্তা লাক্কনি। রেনুকানা ঈশিং পীথকপদা মানা খজিক্তমক থক্কনি অদুগা অয়াম্বনা হৈদোক্তুনা মাঙহনগনি। ওইথোক্লবদি মানা রেনুকাদা তাৎ-পাৎ খর তৌগনি, রেনুকানা চেকশীল্লবদি মানা য়েংদুনা লৈগনি। মকোক্তা মানা নানবিরবা নেগলনা থংনবা কাদা চংগনি। মসিদা মাগীদমক ঐখোয়না ফমুংদা মোন অমা থম্মী। মদু মচীন্না চীক্লগা ফমুংদা কাখৎকনি। মানা মোন্দু কয়ারক হন্না শেগায় অমদি রেনুকানা হন্না হন্না ফোৎলি। মতুংদা মানা ফমুংদা মশা শাংনা তিংথোক্তুনা ঙাইহাক হীপকনি। মানা

অমুক অনিরক নত্তনা মোম্পাক ফিদক নৎত্রগা অতৈ মোনশিং শেগায়খিদে। কাদুদা মিংশেল য়াউবা মায়খল অমা লৈ। মানা নুংতিগী মিংশেল য়েংই। মিংশেলদা তাবা মমি তমদুনা মানা তুমিন্না চোংশীনগনি। মিংশেন্দা মকোক য়ৈবদা মানা ফমুংদা খুবাম্না মমায নানগনি অমদি মনিং থংবদা লৈবা মাঙ্গোন্দা চংগনি। ঐনা যুম্দা লৈববসু মানা মনিংগী মাঙ্গোন্দা ফমগনি। মানা মীগী তুং ইন্নবা অমদি চোংদুনা কোনশীনবা যাম্না পামজৈ। মখোঙ ফাদুনা ঐনা থাদরবা মানা ফীভমদুদা ঙাইহাক লৈগনি। ঐনা মশম হাৎপিবদা মানা নুংঙাইনা চেপথগনি। ঐগী যুমগা হেক থংনবদা শজিগী অচৌবা শারং অমা লৈ। মাঙ্গোন্দগী মানা শজি অমদি নীলগাযদা যেংগনি, মনা খুদক্তা লেকথগনি অমদি তুমিন্না চংশীন্দুনা জালিদা চোংশীনগনি। মদুদগী ঐখোযনা কাজু পাম্বী থাবা উ-ব্রা থমফমগী মনিংদা নৎত্রগা পুখ্রি মচা লৈবা গাড়ী থম্ফমগী মনিংদা চৎকনি। নোংজুথাদা মদুদা হঙোই লৈ। মানা হঙোইগী মতুংদা তান্নগনি। মতমদুদা দাদা,প্রকাশ অমদি ঐনা মমৈ ফাদুনা মফম অদুদগী হেন্না চখোকপা যারোই হাযবদা পামজদনা মাগী কারোমদা হনগনি।

জুলাইদা নেগল কে:জি: ১৪ লূমখি। ঐখোযনা মাবু হেক-হেক পমখত্তুনা পাযরগা ফলাদা ওল্লি। ঐনা নুমিৎযুংবা মতমদা মাগী কাদা চংবদা মানা ঐঙোন্দা চেনশীন্দুনা ফানবা অমদি ইন্থুনবা হোৎনৈ। অদুম ওইনমক মানা চীকপা অমদি খোৎপদি তৌদে। মানা প্রকাশকা তপ্না শান্নজরবসু ঐঙোন্দদি খর শাখি।

জুলাই ২০ দা প্রকাশ ব্লারোবাদা চৎপা তাখি। নেগল হৌজিক মপুং-মবৈ ফাবে। মানা দাদা, মনোহর অমদি ঐবু শক খঙদোকপা ঙম্লে। অযুক খুদিং মাবু থাদোকপা তাই। মানা লৈকোন চৎখিবদা থাপ্লপ্না মঙোন্দা পূং ২ মুক্তি যেংবা তাই। থাদোকপদা মমৈ পাযবনা হেন্না ফৈ নৎত্রগদি মানা যুমদা চংলগা মাগী তাৎ-পাৎ তৌগনি। হল্লকপা মতমদসু মানা অতোপ্পা মফমদা চত্তনা কাদা চংলব্রা হাযবা মমৈ পাযদুনা খঙদোকপা তাই। প্রকাশনা ব্লাবোবাদা চৎখিবা নুমিত্তা দাদানা নেগলবু

মচীঞ্জাক পীজখি। মানা শা খজিক্তমক চাখি। মথংগী অয়ুক্তা ঐনা মাগী কাদা চংখি। মহৌশা শান্নবগুম ঐনা মমৈ পায় অমদি মানা কাদগী থোকখি। অদুম ওইনমক মপান্দা চৎপগী মহত্তা মানা প্রকাশকী কাদা চংখি। মহাক অদুক্কী মতিক য়াঙনা চৎপনা ঐনা থিংবা ঙমহৌদে। ঐগী খুত্তগী মমৈ নাম্ভোকপদা মানা ফি অমদি অতৈ পোৎচৈ শেগায়গনি খন্দুনা মতুং ইন্নখি। মানা ঐঙোন্দগী হান্না প্রকাশকী কাদা য়ৌখি, তুমিন্না লেপ্পী অমদি য়াম্না থুনা কোঈয়েং যেংদুনা মনম নম্মী। প্রকাশপু কোঈথি থিদুনা মনম নম্মী। আরতিগী ফমুংদা চৎলগা মনম নমদুনা তুমিন্না লেপ্পী। ঐনা মতুং ইন্নদুনা মমৈ ফায় অমদি 'লাকও নেগল, প্রকাশ সহরদা চৎখি, মহাক চয়োল অমগী মতুংদা হল্লক্কনি' হায়দুনা মকোক্তা নানবিখি। মানা মকোক্পা ঐগী খোঙদা তক্লগা য়েংখৎলকখি। মায়থোংদা নুংঙাইতবগী মমি তাই অদুবু মহাক্না তপ্পা কোঈনা য়েংল্লন্নগা লৈকোন্দা চৎখি। মসি নেগলনা প্রকাশপু নুংশিজবা অমদি ঙাংলকপা ৱাহৈ খঙবা ঙম্বগী অহানবা খুদম্নি। প্রকাশনা লাক্ত্রিবা ফাওবা ঐগা ফজনা লোয়নখি। মানা ঐগী খুত্তগীসু নীংখিজনা চায়। মদুগী মতুংদগীদি প্রকাশ লৈতবা মতমদা ঐবু অতোপ্পগুম লৌদে। মানা প্রকাশতা উৎপা লোনচৎ ঐঙোন্দসু উৎলি।

ওগষ্ট ১ দা প্রকাশ হল্লকখি। মসি হরাওনিংঙাই ওইবা নুমিৎনি, মরমদি প্রকাশনা মাগীদমক কন্যা অমা পুরকখি। মদু থা অমা মথায় মুক শুরবা কবোকৈ মচা অমোম্নি। মীগা লোয়নরক্তবনা মানা থেংনবা পোৎ অমগী মরুমদা হেক্তা লোৎলি। প্রকাশনা ৱারোরাদগী হল্লকপদা চন্দ্রপুরদা পনখি। মানা হান্না উখিবা কবোকৈ মচা লাবদু মুম্বাইদা থাদোকখ্রে অমদি মাগী মচন্দুনা চন্দ্রপুরগী মফম অমদা শারংদা থম্লম্মী। প্রকাশনা ফোরেষ্ট গার্দ শ্রীখেড়কড়দা নেগল চাউরে মপাঙ তঙাইফদ্রে অমদি মতোমতা থম্বা নুংঙাইত্রে হায়খি। মানা শায়োকশঙ ১দা শা মচাদু পীথোক্কদবা লৈবনা ঐখোয়দা পীরবদি করি কায়বা? শ্রীখেড়কড়না মাগী খুদোংথিবা শন্দোক্না হায়খি। মখোয়না শা মচাদু সরকারগী শায়োকশঙদা ইকোম কোম্না পীবা যাই অদুবু লন্নাই মীওইদা পীবদি

আইন খুগায়বা ওইনা থোক্কনি। মানা মথক থোংবা মীওইদা ইরগা মদু মঙোন্দা পীরকখি। মানা পুনে নৎত্রগা মুম্বাইদগী অয়াবা ফংবা মতমদদি শা মচাদু চাউখৎলগনি অমদি ঐখোয়না মাবু শোকপা ফাওবা য়াররোই। ঐখোয়গী চাংয়েংগী পান্দমদি মসিবু নুংশিনা য়োকপনি। মাঙ-তুং খন্নরবা মতুংদা প্রকাশনা শ্রীখেড়কড়দা শা মচাদু সরকারগী মপোৎ অমগুম থমগে হায়খি। শ্রীখেড়কড় নৎত্রগা সরকারনা কবোকৈ অমোম অসি নৎত্রগা মানা পোক্লকপা মচাশিং অদু মতম অমদা হেক্তা লৌবা য়াবগী অমদি ঐখোয়না মহাক য়োক্লকপগী মমল অমত্তা লৌরোই হায়বগী অয়াবা অইবা ওইনা থমগে হায়খি। শ্রীখেড়কড় ব্রাখল লৈবা মীনি। মহাক্না প্রকাশনা থাঙ্গৎপা ব্রাফমদুদা য়ানা-চে লৌরগা শা মচা অমোমদু মঙোন্দা পীরকখি। শা মচাদু নেগলীনি অমদি মহাক ঙসি ফাওবা ঐখোয়গা লৈমিন্নরি।

অহানবদা ঐখোয়না নেগলীবু নেগলগী মনাক্তা থম্বা খজিক্তং কিখি। মহাক কিলো ৩ তমক লূম্মী। মতমসিদা নেগলদি মাগুম্বা শরুক মরি লূম্মী। প্রকাশনা মখুৎনা নেগল ফারগা নেগলীদা মনম নমহনবদা মানা নুংশা শোর শাংনা হোনখি। মমায থাঙ্গত্তুনা ঙাইহাক খম্বখি। মতুংদা প্রকাশনা নেগলীবু মখাদা থাদোকখি। নেগলনা মাবু মনম নমখি। মাবু যাম্না থুনা অমোম্নি খঙলবজাৎলা? নেগলীনা খুদক্তা উপু অমগী নাকন্দা লোৎখি। ঐখোযনা কা মনুংদা ঙাইহাক কোয়না চৎখি। নেগলীনা উপু মখাদগী অনিরক থোরকখি। মসিদা নেগলনা চীক্কে তৌবা থেংনদে।

নেগলগী কা থিংলবসু অতোপ্পা প্রকাশকী কাগী থোঙনাও অমদি হাংলম্মী। মসি মতম পুম্বদা হাংদুনা থম্বা য়ানবা অরনবা জালি য়ৈশীল্লি। অতোপ্পা নাকন্দা প্রকাশকী ফমুং লৈ। মসিদগী নেগলবু কা মনুংদা যেংবা যাই। নুমিদাংব্রাই ফাওবদা নেগলীনা কযারক হন্না মাগী লোৎফমদগী থোরকখি। মহাক্না ২ রক মথন্তা নেগলগী মনাক্তা চংলুবদা নেগলনা মনমতমক নমখি।

মথংগী অযুক্তা নেগলীবু নেগলগা লোযননা লৈকোন্দা

থাদোকখি। মানা লৈকোন্দা মখী ফায়খি। মসি অফবা হৈনবীনি। নেগল হৌজিক্তি মাগী কাদা মখী - ময়ুং কামদ্রে। লৈকোন্দগী হল্লক্লবা মতুংদা প্রকাশনা শদুম হাপ্লা পুখম অমা কাদা পুশিনখি। ঐখোয়সু মহাক্কা লোয়নখি। নেগলগী ফীভমদি হান্নগুমই। শদুমগী মনম তাবদা নেগলীনা য়াম্না থুনা চেহোরক্লগা প্রকাশতা চোংশীনবদা পুখমদু লৈবাক্তা তাখি। মানা লৈমায়দা তাবা শদুম ঙংদুনা চায়। মমাঙদা শা খরদং চারম্বা য়াই। মাগী ঙংবগী মখোলসি ঐখোয়দা অনৌবনি। নেগলসু খর কিজনা উই। নেগলীনা মাগী শরুক চারবা মতুংদা নেগলগী পুখমদা ঙংদুনা চংশীল্লি। ঐখোয়না নাকন্দা চখোক্তুনা কুম্মে য়েংলম্মী। অসুম্না মহাক্লা নেগলদগী খুদোংথিনিংঙাই ওইদ্রে।মহাক্লা খর চারগা নাকন্দা চখোকখি। কাচিন অমদা ফমদুনা মচীন মখুবাম্না তৈথোকই। মাগী চাবগী চাং খঙবা ঙম্মী। মমায় তৈথোক-তৈথোক্লা মহাক তুমথখি। নেগলনা প্রকাশতগী শা খর হেন্না লৌদুনা চায়। মথংগী নুমিত্তগী নেগলীগী শরুক হেঙ্গৎখি। মতুংদগীদি প্রকাশনা কাদা হান্না চংলগা নেগলী ফারবা মতুংদা ঐ অমদি দাদানা পুখম পায়দুনা চংঙি। কাচিন অমদা পুখম থল্লবা মতুংদা প্রকাশনা মহাক থাদোকই। মখোঙনা পুখম কোন্দুনা মানা শাউনা শা লাকই অমদি চায়। থা অমমুক অসুম্না তৌখি। অসুম তৌবনা মাগী অরূম্বা থা অমদা কে: জি: ১ হেঙ্গৎখি। মপুং ফানা চাবা ফংলে খন্দুনা মহাক মপুক্লিং ইংথৈ। চারিঙৈ মতমদা ঐখোয়না মনাক্তা লৈবা মহাক্লা শুকপাম পামদে। ওগষ্ট থা করিসু ফত্তবা থোক্তনা হৌখি। নেগলীগী মশা পায়বা শোকপা য়ারে অদুবু ঐখোয়না য়াম্নদি মনাক নকশীন্দে। মসিগী ওন্নবদা নেগলনা কনাগুম্বা অমা মনাক্তা লৈবা পাম্মী। মহাক্লা লেপ্লা লৈতনা কনাগুম্বগী তম্পাক্তা ফম্বা, খুমাঙনা মীদুগী ঙক্তা কোনবা অমদি শম ফোয়বনচিংবা তৌবা পাম্মী।

সেপ্তেম্বর থাদা লম ইরোই নাবদৌনা তৌখি। মানা শঙ্গোম থকপা নত্তনা করিমত্তা চারমদে। মাগী চাউবগী চাংদি ফরি। মতু ফজনা হৌরে। মহাক্কী মখোঙ মহী লাঙবা হাম্বা মরম্না ঐখোয়না লায়েংখি।

অয়ুক খুদিংগী মমাঙ্গা তোঙানবা মখলগী নাপী, উনা -ৱানাশিং থম্মী। মহাক থৌরীনা পুন্দে। পুক্সিদা ঈশিংসু মরাঙ কায়রম্মী। মহাক্না মফমদুদা চৎলি অদুবু মমাঙদা তৌবগুম কুইনদি কুন্দে। মতুংদা হীক লৈবা থেংনবদগী মহাক্না মচীন্না লেক্লোই খঙলবা মতুংদা ঐখোয়না বি. ঐইচ. সি. পাউদর চায়খি অমদি মতুংদা অমুক চামথোকখি। হীক শিরমদে। মতুংদা ঐখোয়না মতু ফান্দোকখি। মসি তৌবদা ৱেদ ১০, নুপা ৪ অমদি নুমিৎ চুপ্পা অমা চংখি। ঐখোয়না মাবু কৈদৌঙৈদা পুন্দবা মরম্না মানা য়ানিংলিবমখৈ মতু ফান্দোকপা তাই। নুমিৎচুপ্পা অমা মানা কোয়না চৎপদা ঐখোয়না ইন্নখি। নুমিৎ ৪ নিমুক্তি মহাক ফীভম কায়না উখি। অসুম অসুম মাগী শঙ্গোম থকপগী চাং হঙ্গরকখি। মাগী মপুক কংখৎখি। ঐখোয়না শা-ষনগী ডোক্তর অমা কৌবদা মহাক্না হীদাক পীজখি অদুবু মদুনা কান্নরমদে, ইরোইনা সেপ্তেম্বর ২২ দা শিখি। মহাক্না ঐখোয পুম্নমকপু য়াম্না নুংশিজখিবনি। মহৌশানা মাগীদমক ৱাজখি। ঐখোযদা ফাওরকপা অৱা-নুংঙাই ৱাখল পুম্বা নমথদুনা শা অমনা অমগীদমক কান্নহনগে লেপ্পী। ঐখোযনা মাবু লেঙ্গৎলগা মাগী শদুম রিফ্রিজরেটরদা হাপখি। মদুনা নুমিৎ ২০ ফজনা চৎখি। ঐখোযনা রাজাগী শদুম চারগা চাউবা নেগলগীদমক খল্লি। নেগল হৌজিক রাজাবু নীংশিংনবা অহিংবা খুদম্নি। শেল থুমগী ফীভম ফত্তবা কোক্লবা ঐখোযনা পাম্বৈ অমা খিবা তাখি। মপান্দগী মতেঙ অমত্তা ফংলমদে। অশিবা শা কক্পা ঐখোযনা তোয়না তৌবা থবক ওইরকখি। য়ুম্লোন্নবদা লৈবা মীওইশিংনা ঐখোযবু অশিবা শা শেম্বগীদমক ইপা-ইপু পন্দুনা চৈরম্মী। অদুমকপু ঐখোযনা শা চাবদি নত্তেনা ! শা চাবা মীনদি ঐখোযদা মদু তৌবা কায়দে হায়। ঐখোয়দদি নেগল হিংহনবা হায়বসি যাম্না মরু ওইখি। নেগল অমদি নেগলী ফজনা চাউরক্লম্মী। হৌজিক নেগলনা কে: জি: ২২ অদুগা নেগলীনা কে:জি: ১১ লূম্লে। অয়ুক খুদিংগী ঐখোযনা কোযথোকই। নেগলীনা মতোমতা থাপতোকখি। মানা কৈদৌঙৈদা মশানা পামজনা ঐগী য়ুমদা লাক্তে। হাযরিবা মতমসিদা নেগলনা কৈদৌঙৈদসু লৈকোন্দগী যেন অমফাওবা হাৎখিদে।

নেগলীনা য়েন অমদি খুনু ফাবা হৌরকখি।

ওক্টোবর থাদা খুদোংথিবা অমদগী ঐখোয় শম্নাদা হিংহৌখি। অয়ুক্তা নেগল অমদি নেগলী মখোয়গী কাদগী থোরকখি। মহৌশানা স্কুল অঙাংশিংনা মনাক্তা লৈগন্দে। নোংমা স্কুল ছাত্রী ২না মফমসিদা লাকখিবা তাইবং মপুনতা খঙলমগনি। মাগী শান্নজবা মওংদা নেগলনা লোৎখি অমদি নুপীমচাশিংদুনা নকশীল্লকপদা মখোয়দা চোংশীল্লম্মী। নেগলনা ফাবা ফংবা নুপীমচাদু তুখি, অমদুনা 'নেগল' 'নেগল' লাউদুনা চেল্লম্মী। নুপীমচানা লাউবা তাবদা প্রকাশ, মনোহর অমদি ঐনা য়ুমদগী চেহোকখি। নেগলনা অচেনবা নুপীমচাদু ফাদুনা ইম্নুরম্মী অমদি নাঘোক্তনবা মঙক্তা উমখি। ঐখোয় অহুম্না মায়কৈ অহুমদগী চপ মান্ননা 'তৌনু' তৌনু' লাউখি অমদি মদুদা নেগলনা চথোকখি। নেগলগীময়ানা নুপীমচাদুগী মঙক্তা খর শোকখি। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা হীদাক তৈবদা মাগী অনাবা ফখি। নুমিৎ ৪ নিগী মতুংদা নাগেপল্লীদা লৈবা ঐখোয়গী প্রোজেক্টতগী নুপা অমা লাকখি। মহাক মচানুপী নেগলনা চীক্লে তারম্মী। মরম লৈতনা কবোকৈশিংবু মরাল শীরগনি খনবদা ঐখোয় মিপাইদুনা অয়ুক্তা মখোয়বু মতোমতা থাদোক্তনবা লেপ্লখি। প্রকাশ,দাদা, মনোহর অমদি ঐহাক ঐখোয়গী মরক্তগী অনিনা মখোয়বু শেন্নে ১দি য়াম্না থুনা মকোন্দা থমজীল্লি। ঐখোয়না মাগী মমৈ ফাবা ঙম্নবগী চাংদা মতুং ইন্নে। পূংখায় অমগী মতুংদা অমুক হন্না মকোন্দা থমজীনবনা মখোয় অয়ুক্কী নুংশা ফংলমদে। ঐখোয়না অনৌবা শারং অমা খুদক্তা শাবসু ওইথোক্তে। প্রকাশ ব্বারোরাদা চৎকদবা লৈরম্মী। ঐখোয়না ব্বাফমদুদা খন্নরগা জীপকী ট্রেলরদা জালি খাদুনা শারং অমা শানবা লেপ্লখি। নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা শারং অমা শাদুনা ঐখোয়না মখোয়বু নুংশাদা থমখি। ট্রেলর ওইবনা পুনিংবা মফমদা পুবা য়াই। নেগল অমদি নেগলীবু অয়ুক্তা পুথোক্লগা মখোয়গী মথী-ময়ুং ফায়বা লোইরবা মতুংদা শারং অসিদা হেক-হেক থমজীল্লি। পূং ১০ দা অমুক মখোয়বু মখোয়গী কাদা পুশীল্লি।

ট্রেলরগী শারং শারবা মতুংদা নেগল অমদি নেগলীবু মতম অমদা পুনিংবা মফম অমদা পুবা য়াইনখি। মথংগী নুমিত্তা মখোয়বু ট্রেলরদা হাপ্লগা মদু জীপ্তা পানশিন্দুনা প্রকাশ, মনোহর অমদি ঐনা চৎপা হৌই।মখোয় তুরেন্দা পুদুনা ইরুজবিরগা হল্লক্কে লেপ্লে। নেগলনা জঙ্গলদা নুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা অমদি নেগলীনা অহানবা ওইনা চৎকদৌরিবনি। মখোয় ট্রেলরদা অদুম হল্লক্কদ্রা?অসিগুম্বা চমম্নবা কয়ানা ঐখোয়বু ৱাখল খলহনখি।ঐখোয়না থৌরী অমা অমদি হাপ্নবা অমদা শদুম খর পুই। তুরেন্দু কিলোমিটর ৩ তমক লাপ্পী। নোংজুথা লোইদ্রি অমদি ঈচেল চাউরি। তুরেলগী ঈচেলদা য়াম্না লানশীনবা ওইখোক্লমদে। মবম অসিনা ঐখোয়না ইন্দ্রাবতী তুরেল তোবর্বান্দা জীপ থাই অমদি নেগলীবু থাদোক্ত্রিঙৈদা কোয়না য়েংখি। শা নৎত্রগা মী অমত্তা লৈত্রে খঙলবা মতুংদা ট্রেলরগী মনিংগী থোঙ হাংদোকখি। জীপ্তা তোংবা অমদি লম্বীগী কোংকুৎনা মরম ওইদুনা মখোয অনিমক লাংতরুখি। অনিমক ফমদুনা লৈখোকখি। নেগলীনা হান্না হৌগৎলি, ট্রেলরগী মখাদা য়েংথৈ অমদি চোংথদুনা চৎপা হৌই। নেগলনা মতুং ইন্নৈ অমদি কন্না চেনবা হৌই। মাগা খোঙকাপ মান্ননবা হোৎনবদা ঐখোয় অৱাবা ওই। মহাক্কা তুরেল তোবর্বানগী উ পাম্বী অমদা কাখৎলি অমদি অফৈবা উশা অমদা ফম্নগা খুজিল শেংবা হৌই। নেগলীনা মনাক অকোয়বদু মনম নমদুনা তপ্না চৎলি অমদি ঐখোযগী নাক্তা লাক্নুনা নুংশাদা ফম্রে। অসুম তৌবদা খুদোংথিবা অমত্তা লৈত্রে খন্দুনা ঐখোয় ফমথৈ। ঙাইহাক্কী মতুংদা নেগলনা প্রকাশকী মনাক্তা তপ্না লাকই। মোংশোং নাকন্দা মানা মযুং হাল্লগা রাইট এঙ্গলদা ওম্থোক্লগা মখা তানা চৎখি, খর চৎলগা অতোপ্পা মোংশোং অমদা মযুং অমুক হন্না হাল্লগা রাইট এঙ্গলদা লৈখোক্নুনা মখা তানা চথৈ। অসুম তৌনা মাগী মফম লেপথোকই। ঐখোয়না চংশীন্দুনা অহানবা মোংশোংদা লেপ্পী।মানা মফমদুদা লাকখি। মানা লেপথোক্লবা মফমদুদগী হেন্দোক্রবদি মদু ঙক্কদবনি। পূং ১গী মতুংদা মানা ট্রেলব মনাক্তা লাকপদা ঐখোযনা মাবু মনুং চংহনখি। মাবুসু মনুংদা

হাপচিল্লগা ঐখোয় যুমদা হল্লকখি। ঐখোয়দা করিগুম্বা মখল অমগী অৱাবা লৈখিদে। ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইখি অমদি মখোয়বু চয়োলদা অনিরক তুরেলদা পুগে লেপখি। মতুংদা মখোয়বু তুরেলদা পুবদা নেগলীগী মমৈ পায়দুনা মমাঙ থাহনখি। নেগলনা প্রকাশপু ঈশিংদা ইন্নৈ। ঈশিংগী অরুবা হেঙ্গৎলকপদা মানা প্রকাশতা কোনখি। নেগলীনা ঈশিংদগী হন্না হন্না কাখৎলকই। অদুবু নেগল উরবা মতুংদা মহাকসু কুম্থদুনা মফমদুদা লৈ। মখোয়না ফনা কুইনা শান্নমিন্নৈ। কবোকৈনা ঈশিংদা শান্নবা পামদে হায়না ঐনা পাখ্রে,মদু নেগলীগীদমক্তদি চুমগদবা মাল্লম্মী অদুম ওইনমক নেগলদি ঈশিংদা ঙাউজে। মহাক কাখৎলক্লবা হায়বদা মতম য়াম্না চংখি। লৈঙোই মথক্তা ফম্লগা ঐখোয় হনবগী মতম য়ৌরে খনখি। করিগুম্বদা মতম চানা যুম য়ৌদ্রবদি নেগলনা অকায়বা পীরম্বা য়াই হায়নফাও ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা ৱাগনি। নেগল ঈশিংদা শান্নরবা মতুংদা অদুক্কী মতিক চোকথৈ মদুদি মহাক্না ইঞ্চি অমা ফাওবা লেঙনিংদে। মরম অসিদগী ঐখোয়বু জীপ্তা তান্নরক্কনি খন্দুনা চেনবা হৌরবসু মহাক শুক্লেং লেঙলমদে। মতমদুদা মহাক কে:জি: ২৪ লূপ্লে। মী অমনা মাবু থাংলগা জীপ তান্না পুবা ওইথোক্তে। মরম অসিনা প্রকাশনা মমাঙগী খোঙ অমদি ঐনা মনিংগী খোঙ ফাদুনা মাবু জীপ তান্না পুই। ঐনা রানি নীংশিংলকখি। নেগলনা প্রকাশকী খোঙ ময়ানা ফানবা হোৎনৈ।

হৌজিক্তি পুম্নমক অফবা ওইরি। অমুক খুদিংগী ঐখোয়গা কোয়মিন্নরবা মতুংদা কবোকৈ অনিদু ট্রেলরদা ফাজীল্লি। চয়োল অমদা তুরেলদা অনিরক পুথোকপিবদা মখোয়না য়াম্না নুংঙাইজখি। ঐখোয়না জীপ হেক ঙংবদা মখোয় হরাওবনা চেন-চোংবা হৌই। অসুম অসুম ঐখোয়না কবোকৈবু ট্রেলরদা হাপ্লগা পুই হায়বা ৱাফম অসি শন্দোকখি। ঐখোয়গী জীপ উবদা চীংমী অমদি অতৈ মীওইশিংনা ট্রেলরগী মনিংদা য়েংনৈ। ঐখোয়গী পোমরানিয়ন হূই পিঙ্কীনা কবোকৈশিংগা তুরেলদা হেক-হেক লোয়নৈ। নেগল, পোমরানিয়ন

হূই অসিগী পিক্কীঙেদগী লোয়নখিবা মরুপ্পি। নেগলনা পিক্কী নৎত্রগা টিপুবু শাউহন্দে। নেগলীদি হৌবদগী মতোমতা লাপথোকচখি। মশানা পামজনা মানা কৈদৌঙেদসু অতোপ্পদা অয়েৎপা পীদে।

নভেম্বর থাদা ঐ পুনেদা থা অমগীদমক চৎলি। ঐনা নেগলীবু নুমিৎ খুদিংগী নীংশিংখি। পুনেদা লৈবা মরুপশিংনা ঐবু নাপল তৌরিবনি খনখি। মখোয়না করিগীদমক ঐনা কবোকৈগী ফোটো পুবক্ত্রিবনো হংই। মখোয় পীজনবগী শেল ফাওবা কোন্নদনা কনানা ফোটোগীদমক খরচ্ তৌগনি? ঐনা ফোটোগ্রাফর মরুপ অমদা মফমদুদা লাক্লগা ফোটো কাপ্লবা হায়খি। শ্রীরামভাভেনা লাক্কে হায। নভেম্বর ২৫ দা ঐ হেমলকসাদা অমদি অহিংদুমক্তদা প্রোজেক্টতা থুংখি। মথংগী অয়ুক্তা প্রকাশকী নাক্তা চৎখি। নেগলনা ঐবু কাউথোক্লবজাৎলা?

খল্লুরিবা অসি চুমখিদে। ঐনা কা মনুংদা চংবদা নেগলনা মীকুপ খব যেংলকখি। যাম্না থুনা ইনাক্তা চংশীল্লকই। ঐ লেপ্তুনা লৈ। মানা মকোক্তা ঐগী ফৈগন অমদি খোঙদা তকপা হৌই। ঐনা মনঙ্গদা নানবিখি। খুদক্তদা প্রকাশ চংশীল্লকখি। মানা প্রকাশকী নাক্তা চখোকই। নেগলীনা ঐখোযবু কাচিন অমদগী য়েংই। 'নেগলী নঙ ঐবু খঙদ্রমাল্লে?' ঐনা হাযখি। মানা হৌগৎলগা ইনাক্তা চংশীন্দুনা নোম্বৈ, খোঙ ফায অমদি মযানা ঐগী খুবোম ফানবা হোৎনৈ। নেগলীগী শান্নবা মওংসি ঐখোয়দা শুক্লুং নুংঙাইতে। মাগী খুজিন্না ঐগী খোঙদা থীল্লি অদুবু হাযরিবা নুমিত্তুদি মানা তৌবা খুদিংমক ঙাকপিখি। ঐ নুংঙাইবগী মপান নাইখিদে। ঐনা পুনেদা লৈরিঙেদা প্রকাশনা জীপকী অমনবা টযাব অমা কা মনুংদা যানখি। মসি নেগল অমদি নেগলীনা শান্নজবদা নুংঙাইবা পোৎ অমা ওইখি। ঐনা খুৎ টয়ারদা থম্লগা লেপ্তুনা লৈ। নেগল টযাবদা চোংশীন্নবগী ফীভমদা লৈখি। মহাক লৈমাযদা তাশীল্লি। প্রকাশ অমদি ঐনা হৌনা নোকথোকখি। লৈমাযদা হীপথদুনা নেগলনা ঐখোযদা যেংলকই। প্রকাশনা লাউবা ঙমহৌদ্রিঙৈ মমাঙদা মানা ঐঙোন্দা থবাক্তা খুজিন্না

খোত্তুনা চোংশীল্লকখি। ঐ খোঙফম কায়দুনা নেগলগী মথক্তা তুশীনখি। মানা ঐগী খ্বাং নাম্বোত্তুনা পুক্তা ফম্মী। মঙক ফাদুনা মাগী ময়াদু ঐঙোন্দগী লৈখোকহনখি। মানা প্রকাশ লোমদা চখোকখ্রগা মকোক্লা প্রকাশতা তক্কুনা ঙংলম্মী। ঐখোয়না তৌগে হায়না তুমিন্না লৈখি। মহাক তুবদা নোকখিবগীকদমক মহাক্লা ঐখোয়দা শাউরম্মী। মানা চৈরাক পীখ্রে। ঐনা মনাক্তা চংশীনখি। খুৎ ২না মঙক পায়দুনা ইনাক্তা চিংশীনখি। মানা ঐগী খুৎ লেকপা হৌখি। মনা লেকখদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকই।

ঙরাং নুংখিল পূং ৪ তাবদা হায়নখিবা মতুং ইন্না শ্রীরামভাভে কেমেরা ১ পায়রদুনা থুংলখি। চা লোইবা ঙাইঙমদনা মহাক্লা কবোকৈশিং য়েংনিংখি। শারং কদাইদা লৈবগে হংখি। ঐনা কবোকৈদু শারংদা থমদে প্রকাশকী কাদা থম্মী হায়খি। মহাক মতোমদা চৎপা হৌখি। মঙোন্দা খোঙনাওদগী য়েংনবা ঐখোয়না হায়খি। ঐখোয় মনুংদা চংবনিনা মাসু চংলক্কে হায়। নেগলনা কনাগুম্বনা ঐখোয়গা লোয়নদুনা চংবদা করিসু তৌরোই খঙবনা শ্রীরাম ঐখোয়গা লোয়নখি। নেগলনা প্রকাশকী মনাক্তা চংশীল্লকখি। শ্রীরাম্না প্রকাশকী মতুংদা অমদি ঐনা শ্রীরামগী তুংদা লৈখি। করিমত্তা খঙহন্দনা অমদি প্রকাশকী নাক্তা চংবা শাদুনা নেগলনা শ্রীরামদা চোংশীনবদা মহাক লাউখি। নেগলনা খুজিল তিংথোক্কুনা মাবু ফাখি। ঐনা খুদক্তা নেগলগী মঙক ফাখি। মখোঙ ফাজীন্দুনা প্রকাশনা নেগল চিংথোকখি। শ্রীরাম জীন শেৎপা মরম্না নেগলগী খুজিলনা কা হেন্না শোকখিদে। নেগল ফাজীল্লিবা প্রকাশনা শ্রীরামদা মখুৎ তিংথোক্লবা হায়খি। নেগলনা মনম নমদুনা মথক্তা য়েংখৎখি অমদি নুংশা শোর শাংনা হোনখি। হৌজিক মহাক মনমদু নীংশিংগদৌরিবনি। থেংনরকপদগী ঐখোয়না নেগলনা ব্রাখল খল্লি অমদি মানা মনম খরদি কাউদনা থম্মী হায়বা খঙখি। করিগুম্বা মতমদা মানা মনম খঙবগুম তৌরবদি মকোক থাঙ্গৎলি, নৌনা নীংশিংনবা হোৎনৈ অমদি মানা তৌগদবদু তৌই। ঐখোয়না মীওই মখল খায়দনা মঙোন্দা খঙনহন্

দ। ঐখোয়না মঙোন্দা কনাগুম্বগী মনম খঙহল্লবা মতমদুদা ঐনা পনখিবা মওংদা নীংশিংনবা হোৎনৈ। অনৌবা মী অদু ঐখোয়না শক্তাকপা মরম্না থাজবা য়াই হায়না মানা খনবা ওইরম্বসু য়াই।

নেগল অমদি নেগলী পুন্না লৈমিন্নবদা ফজনা চাউখৎলক্লম্মী। মখোয়দা শদুম পীজনবা হোৎনবা অৱাবা ওইরম্মী। ওকশিংদু ঐখোয়গী প্রোজেক্টতগী কি: মি: ২০/২২ লাপ্পা মফমদা লৈ। করিগুম্বা মতমদা পাউ মতম চানা য়ৌদবনা ওক মতম চানা য়ৌরক্তে অমদি চানবা অমত্তা লৈতে। ঐখোয়না অচম্বা থেব খর য়োকপা হৌখি। চিরবা মতমদা ঐখোয়না মদু শীজিন্নৈ। থেব অমনা নোংমদি চৎনৈ। দিসেম্বর থাদগী নেগল অমদি নেগলীনা নোংমদা চংবা শাগী চাংদগী হেন্না নোংমদা অমুক লেপ্পগা পীজবা হৌখি। কবোকৈনা জঙ্গলদা হূই হাৎলগা চায় হায়বা ঐখোয়না তাখ্রে। মদু মখোয়না চানবা শা-ষন ফংদবদগী তৌবা ওইবা য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু কবোকৈনা হূই চায়। অমুকথক ঐনা নেগলগীদমক হূই অমা হাৎলি। মীওই খুদিংমক্লা ঐবু চৈখি অদুবু নেগল অমদি নেগলীনা হূইগী শাদু চাখিদে। মখোয়না চাবা তারবদি ঐখোয়গী অকোয়বদা মখোয়দা পীজবা য়াবা মপু পান্দবা হূই কয়ামরুম লৈ।

দিসেম্বর থাদা নহা ওইরিবী ফ্রেঞ্চ নুপী ২ থক ঐখোয়গী প্রোজেক্ট য়েংবা লাকখি। অহানবা নুমিত্তা নেগল অমদি নেগলীনা কোয়বা চৎপা অমদি য়ুমদা শান্নমিন্নবা উবদা য়াম্না থাগত্তুনা য়েংখি। নুমিদাংৱাইরমদা মখোয়বু শারং মনুংদা ঐখোয়না থম্বদা য়ানিংদবা উৎখি। মখোয়না ঐখোয়দা শাশিংদু শারংদা থম্লোইদবনি হায়খি। ঐনা মখোয় থাদোকপদা মীগা শান্নগনি ১দি মীনা মখোয়গা শান্নবা ঙম্লোই, মখোয়গী খুজিন্না খোৎপদা শোক্লগা নেগল অমদি নেগলীবু মীংচৎ থীহনগনি হায়। নুপী অনিদুনা নেগল অমদি নেগলীনা ঐখোয়বুনা শোকহন্দ্রগা অতৈবুনা করিগী শোকহনগনি হায়না য়ানিংখিদে। ঐখোয়না ঐখোয়দি পীক্লিকৈঙদগী লোয়নরকপা মরম্নি শন্দোক্লা হায়খি। ঐখোয় অমগা অমগা নুংশিনৈ। য়ুমদা য়োকপদা কবোকৈনা করম্না হূইগুম তৌরিবনো?

মখোয় ঐখোয়না হায়বা য়ানিংদে। মসিগী মতুংদা য়েৎনদনবা ঐখোয় চাং য়েংলসি হায়খি। ঐখোয়না নেগলবু মাগী কাদগী পুখোকখি। মহাক মাঙ্গোম্দা লাকই। কোয়রকপশিংগা ঐখোয়গা ঙসাইদগী লৈরক্লি। মখোয় লৈবা উশীন্নদনা নেগলনা অতোপ্পা মায়কৈদা য়েংখি। ঐ নোকপা হৌখি। ঐ অমদি প্রকাশ করি থোক্কদবা খঙহৌদে, কোয়রকপশিং অদুনা চেকশীনহৌদবা মীকুপ্তা নেগলনা মখোয়গী মরক্তা অমগী মখ্বাংদা ফাখি। মহাক লাউদুনা চেল্লি। মহাক্না অহানবগীদু চেলহল্লগা অতোপ্পা অমদুগী মতুং অমুক তান্নে। ঐখোয়না চৈখি। অচেনবদুগী মখোঙদা খর শোকখি। অহানবগীনা মখ্বাংদা খর শোকখি। ঐখোয়না নেগলবু মকোম্দা হাপচীল্লগা কোয়রকপশিংবু হীদাক পীনবা হোৎনখি।

থা অসিমক্তদা ঐখোয়গী মরুপ রাম মোহন মাগী নুপী, মচানুপী অমদি মেম নুপী অমগা লোয়ননা মফমসিদা লাকখি। নেগল অমদি নেগলীনা পুক্লিং চিংশীন্নবগী মচাক ওইখি। মেম নুপীসিনা আরতিগা নেগলগা লোয়নবা য়াউনা পিকচর কয়া লৌখি। মহাক্না ৱারী শাবা হৌরম্মী। মানা অহানবদা হায়খিবা ৱাহৈদু 'নেগল' নি। মানা নেগলগী মহুত্তা 'গেগল' হায়না হায়। প্রকাশনা নেগলগী কাদা ফনা কুইনা চংদ্রবা মানা 'গেগল' 'গেগল' হাযদুনা চংনবা হায। নেগল মাগী শান্নবা শগোল ওই। মানা মাবু কিবা লৈতনা মনা পায়দুনা তোংই। মাগী শান্নবা লোইদ্রিবা ফাওবা নেগলনা তুমিন্না ফম্মী। রাম মোহন্না নেগলগী পিকচর লমহাংদা লৌবা পাম্বনা ঐখোয়না তুরেলদা চৎনবা লেপ্পখি। মীওই পুম্নমক চৎপা পামখি। রাম মোহনগী নুপী গীতা, মখোয়গী মীরৈবাক্কী মরুপ অমদি অঙাংশিং পুম্নমক জীপ্তা পুল্লপ নম্মী। নেগল অমদি নেগলীদি জীপকী ট্রেলরদা তোংখি। ঐখোয়না তুরেলদা অয়ুক্তদা চৎপনি অদুবু নুমিত্তুমদি নুমিদাংৱাইরমদা চৎখি। অহানবদা ঐখোয়গী লাকমিন্নবা মীওই পুম্নমকপু মায়কৈ খুদিং খুমজিনবা জীপ্তা লৈহল্লি। পুম্নমক্না থোঙনাও হায়দোক্লগা মনুংদা ফম্মী। প্রকাশ, রাম মোহন অমদি ঐহাক কুমথৈ। রাম মোহন ঐখোয়গা মান্নবা ফিজোল

অঙৌবা টি সার্ট অমদি খোঙগ্রাউ মকক্ শেৎলি। নুমিৎ নিনি নেগল অমদি নেগলীনা রাম মোহন্না মখোয়বু পিকচর কাপ্পা উরক্লী। মরুওইবা অমনা মখোয়না রাম মোহনবু ঐখোয়গা লোয়নবা উই। মখোয়না মঙোন্দদি লান্দাদে। মানা পিকচর লৌখি। ঐখোয়না তুরেলদা চৎপদা নেগলনা অকক্লবা উপাৱী অমদা কাখৎলি। মসি ঐখোয়না রাম মোহন্দা হান্নবা হায়দুনা খঙহনখিবনি।

ট্রেলরদগী হেক কুমথরকপা মতুংদা নেগলনা উ কাখৎখি। মসিসু ফোটো কাপ্পা য়াবা অমনি। অতৈ পুম্নমক জীপ মনুংদা লৈবনা নেগল অমদি নেগলীবু ট্রেলরদা অমুক ফাজীনখি। মতুংদা ঐখোয়না জীপকী থোঙ হাংদোকখি। কবোকৈশিংদু ফজনা ফাজীল্লে খঙলবা মতুংদা গীতা অমদি অতৈ কুমথরকখি। ঐখোয় পুম্নমক তুরেল তোবর্বান তম্না চৎলি। প্রকাশ, রাম মোহন অমদি ঐ জীপকী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শায়। ট্রেলরগী জালি মনুংদগী নেগলনা ঐখোয়বু হরাওনা য়েংলকখি। মানা থোরক্লগা পুম্নমক্কা শান্নবা পামখি। মাগী মাযথোংদা কিবা নৎত্রগা নুংশিদবা নৎত্রগা খঙনদবগী মমি তাবা উদে। ঙাইহাক্কী মমাঙদা মখোয় থাদোক্লগা অতৈনা জীপ মনুংদা ফম্বদা মখোয ইহৈ হৈনখিদে। ঐখোয়না য়োংগী মতাঙদসু ৱারী শান্নখি। ঐখোয়না মী অমদি য়োংগী লমচত্তা ইখেন-খেন্নবা লৈতে হায়নৈ। য়োং মমানা ঈশিংনা মঙক য়ৌনা থুমজীল্লক্লবদা মচা ইহোকপগী ৱারীসু পন্নে। য়োং অমদি মীনা মান্নবা শাজৎ চৎলি হায়বা ৱাফমবু রাম মোহন্দি য়ানিংদে। মহাক্না মীওইবদি য়াম্না ফগৎলে অমদি লাইরিক তম্বনা অহোংবা কয়া পুরকহল্লে হায়বনচিংবা ৱাখল পীনবা হোৎনৈ। ঐ য়েৎনবা অমদি মরম চানা ৱাফাংনবা হৈরক্তে অমদি হৌজিক্না শাগা চহী কয়া লোয়নদুনা লৈবনা ঐনা মরৈদগী থেংনরকপশিংবু হেন্না থাজবা হৌখি। ঐনা রাম মোহন্দা গীতা, মেম নুপী অমদি অঙাংশিংগা ৱারী শান্নরি হায়। মখোয় পুম্নমক্না নেগল শারংদা লৈ হায়বদু খঙই। মানা ইচম চম্না মখোয়দা 'নেগল লাক্লে, চেল্লু' হায়রগা করি তৌগে য়েংসি হায়। ঐখোয়না মখোয়গী মনাক্তা খরগা হেন্না চংশীল্লি। রাম মোহন্না মাগী নুপীদা 'নেগল লাক্লে,

চেল্লু' হায়না লাউরম্মী। অঙাংশিংদি লৈঙোইদা শান্নদুনা লৈরম্মী। অঙাংশিংনা মমা করিগীদমক্তা চেল্লিবনো য়েংথোরকখি। কিবনা মরম ওইদুনা নুপীশিং অদুনা মচাগীদমক করি তৌগদবনো খন্নবা তাঞ্জা পীদে। ঐখোয় নোকখি। রাম মোহন মাগী নুপীনা তৌথোরকপগা চান্নদদুনা লানবা তাখি। নুপী ২ মক করি থোকখ্রবনো খঙদ্রিঙৈ ফাওবদি কিখি। মতুংদা মখোয়না মচাশিংবু লোয়না কাউথোক্লুবা খঙলকপদা ইকাইবা ফাওখি। মতুংদা ৱাফমসি নাথৈনবা নাতৈ চাদনা ফাগী তৌবগীদমক ঐখোয়দা ঙাংলম্মী।

নেগল অমদি নেগলী ফজনা চাউখৎলক্লম্মী। ঐখোযনা মখোযবু থা খুদিংগী অরুম্বা ওল্লি। জানুৱারিদা নেগল কে:জি: ৩২ অদুগা নেগলীনা কে:জি: ২২ লূমখি। হৌজিক ঐখোযনা নেগল থাঙ্গৎপা ঙম্লমদে। প্রকাশনা ওন্নবা ফালাদা নেগল নঙ্গন্দা পোদুনা হেক হেক লেপ্পী।

জানুৱারি ৭ তা নেগল চহী অমা ফারে। মাগী মপোক নুমিৎ ঐখোয়না ইহান হানবা ওইনা অহিংবা ইরোই অমা হাত্তুনা পাংথোকখি। নেগল অমদি নেগলী অনিসিদনা শা চাবা ফংই। চীংমী অমনা মখোঙ শেকপা ইরোই অমা ঐখোযদা য়োল্লকখি। ঐখোযনা মঙোন্দা শুপ্নতগী লুপা ১২০/- তমক পীবা তায়। মখোঙ শেকপা ইরোইদু মঙোন্দদি থোইনা কান্নদ্রে অদুবু ঐখোয়দদি মসিনা য়াম্না কান্নহনখি। খোঙগী অচৌবা শরু নত্তুনা ঐখোয়না হকচাংগী শরুক খুদিংমক ককথৎলগা রিফ্রিজরেটরদা হাপচিল্লি। ইরোইগী শাদু চাউরাক্লা থা অমরোম চৎখি। কবোকৈদা নোংমগী শা পীজনবা শুপ্নতগী লুপা ৫/- ফাওবা চাদিং তৌবা হায়বসি অচৌবা ৱাফম অমা ওই। সরকারগী শায়োকশঙদদি মখোযগীদমক নোংমদা লুপা ৬০-৭০/- ফাওবা চাদিং তৌই। ঐখোয়গীনা নেগল অদুগা শ্রীনকভীগী কবোকৈনা অল্লাপল্লীদা য়োক্লি। হায়রিবা কবোকৈ অসিগীদি তঙাইফদ্রবদি মাগী শা চন্দ্রপুরদগী ফাওবা পুরকই। লম্লক্কী শাবু যুমদা য়োকপদা ফজনা চাউরোইদবগী মরমদি মখোযনা অককৃবা শাদমক চাবা তাবা অসিননি। ঐখোয়না হকচাংগী তোখায়-তোখায়বা শরুক হাযবদি মউন, শরু, মরিন, থোপ, ঈশিং-

য়াফম, ফিরাক অমদি থবোশ্বীনচিংবা চাং মান্ননা লৌরগা তোঙান তোঙানবা হাপ্লবদা থম্মী। ঐখোয়গী কবোকৈশিংনা হায়রিবশিং অসিগী শরুক খর খর নুংতিগী চাবা ফংবনা মখোয়গী হকচাং ফৈ। মখোয়দা ভিটামিন পীজদ্রবসু য়ারে। ঐখোয়না ওক হাৎপদা করিগুম্বদা রাওন্দ ৱার্ম থেংনরবদি নেগলদা থাদুমা নাদনবা হীদাক পীজৈ।

জানুৱারী, ইং ১৯৭৮ দা ঐখোয়গী দিভিজ্নল ফোরেষ্ট ওফিসার শ্রীদোর্লেনা মাগী মরুপ তাদোবা ফোরেষ্ট পাক্কী দি. এফ. ও., শ্রী মরাথেগা লোয়ননা মফমসিদা লাকখি। মসি ঐখোয়না মতম কয়াগী মমাঙদগী নীংলকপনি। শ্রী মরাথেনা ঙা কোরিয়ালগী মরমদা খিজীল্লম্মী। মহাক থুংলবগা মানা ঙা কোরিয়াল লৈবা মায়কৈদা চত্তুনা মখোয়বু মশা লোংথোকহনখি। অমাংথোঙদা খুৎশা খিংজীন্দুনা করম্না লাবা অমোম খঙদোক্কনি হায়বা তাকখি। ঐখোয়গী অহানবা ঙা কোরিয়ালদু অমোম্নি অদুগা অমদুনা লাবনি। মখোয় অনিমক চহী ৬ শুরে। মখোয়না চহী ২ গী মতুংদা মচা পোকপা ঙমগনি হায়দুনা মহাক্না হায়। হেন্না খুদোংচাবা কয়া লৈগদবা অচৌবা শারং অমা শাবা তঙাইফদে, মদু শাবদা শ্রীমরাথেনা মাগী মী শ্রীরামানন্দগী মতেঙ পীগে হায়খি। ঙা কোরিয়ালগী শারংগীদমক্তদি চহী ২ ঙাইবা য়াই অদুবু নেগল অমদি নেগলীগী মকোনসু য়াম্নমক পীকই। শাশিংদি য়াম্না চাউরে। ঐখোয়গী অতোপ্পা ইথৌ হেঙ্গৎলকপনা মখোয়বু মতম পুম্নমক্তা তুরেলদা পুনবা শীনবা ঙম্লমদে। মরম অসিনা মখোয়বু অয়ুক খুদিংগী ঙাইহাক্তা ওইরবসু থাদোকপা তাই। ঐখোয়গী প্রোজেক্টকী মফম ১দা মমায় অমমমতা ফাৎপা অচৌবা গাড়ী থমফম অনি লৈ। মখোয় ট্রক অমা থম্বা য়ানা চাউই। মদুগী থংনবদা মমায় ফাৎপা কা মচা অমসু লৈ। মতমদুদা গাড়ী থমফম অমখক্তনা শীনবা য়াবা মরম্না ঐখোয়না গাড়ী থম্ফম অমা ১দি অপীকপা কাদু শারং ওম্থোক্লবা লেপ্লে। হান্নানা লৈজরম্বা গাড়ী থম্ফমশিংদা ঐখোয়না মসিগী মমাঙদা ১দি মনিং থংবা কাদা য়োৎকী থোঙ অমমম, থোঙনাও ৩ গীদমক য়োৎকী থোঙবা,ময়ায়গী থোঙনাওগী মহুত্তা চিংথোক-চিংশিন য়াবা থোঙ অমা পান্নবা অমদি কবোকৈনা মপুংফানা

ইরুপ্পা য়াবা তেক্কী অমা পৈশা চঙনা শেম্নবা লৈপ্রেগোম্দিয়াগী শ্রীদাদা সাহেব কুলকরনিনা শেলগী মতেঙ পীবিরকপনা নেগলগী মকোন শাবা থীহুখিদে।

শারংদু ফেব্রুৱারি থাদা শাবা লোইখি। ফেব্রুৱারি ১২ দা নেগলবু প্রকাশকী য়ুমদগী শারংসিদা হোংদোকখি। অয়ুক খুদিংগী শারংসিদগী পূংখায় অমা মাবু পুথোকই। অয়ুক্তা নুংশা মঙাল ফংনবা গাড়ী থম্ফমগী নোংপোক ওন্না থোঙনাওশিং পাল্লি। কা অনিদুগী তোঙানবা থোঙশিং পাল্লি অমদি মরক্তা চিংথোক-চিংশিন য়াবা থোঙ অমসু পাল্লি। অপাম্বা মতমদা শাশিংদু কা অমদা থমজীল্লগা অতোপ্পা কাদু শেংদোকপা য়াই। নুমিৎয়ুংবা মতুং খুদিংদা প্রকাশনা শারং মনুংদা আরতিগা লোয়ননা ফম্মী। পিক্কী অমদি টিপু-হূইশিংনসু মখোয়গা মরক মরক্তা লোয়নৈ। মার্চ থাদা পিক্কী শিখি। হৌজিক্তি টিপুখক মখোয়গা লোয়নবা ফংই। ঙসি ফাওবা অসুম্না তৌরি। ঐখোয়না শারং মনুংদা পুন্না ৱারী শাদুনা নুমিৎয়ুংবা মতুং অমদি নুমিদাংৱাইরমদা য়াম্না তোয়না ফম্মী। নেগল অমসুং নেগলীনা মখোয় মশেল নৎত্রগা ঐখোয়গা শান্নৈ। প্রকাশনা শারং ময়ায়দা নেগলগা লাক্ল-ফানা তৌবগী অকিবা লৈতনা ফম্মী। ঐদি ফক্লাংদা ঙাদুনা ফমদবা য়াদে। নঙ্গন ফক্লাং ওম্দুনা ফমদ্রবদি নেগলনা ঐঙোম্দা তুংলোমদগী চোংশীল্লক্কনি ১ দি ফনা ঙাকথোক্লবা হোৎনদুনসু ঐবু ইল্লুগনি। মানা শান্নবা পাম্মী অদুবু মদুদা খুজিন্না শোকই। লুম্না লৈবা পামজদুনা মানা প্রকাশকী তম্পাক্তা কুল্লি। নেগলীনা ঐখোয়গী নাক্তা অয়াম্বদা মতম কুইনা কান্নরগা চংশীল্লকই। মানা লৈমায়দা হীপথদুনা মখোঙ ঐখোয়রোমদা তিংথোক্কনি, মখোঙ অমদি মবুক শোকহন্নবা তৌগনি অমদি মবুক খোৎপিবদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা ফোংদোকই। করিগুম্বা মতমদা মমীৎ উইশিন্দুনা কুহৈ। মহাক্ল া পামজবা মতমদদি ঐখোয়দা লাক্ল-ফানা তৌগনি। নেগলনা ঐখোয়গা শান্নবা উবদা মাসু চপ মান্ননা তৌগনি অমদি কৈদৌঙৈদা ঐখোয়বু চীক্লোই। ঐখোয়গী খুৎ নৎত্রগা থোঙ, মাগী ময়াদা থম্বদা ময়ানা তপ্পা থেংগনি। অদুম ওইনমক মানা খুজিল তিংথোক্লনা শান্নবদি

হৈতে। ঐখোয়গা মানা পামজবা মওংদা শান্নবা পাম্মী। মমাঙদদি মহাক ফনা শাথিবনি। হৌজিক্তি মহাক্না নুংশিবা তম্লে। মরক-মবক্তা মানা প্রকাশকী খুত্তগী পোৎ লৌদুনা চায়।

মতম খরদি নেগলনা ঐখোয় ব্রাহনখি। মানা মতোমতা চাদনা ইনবিনবা তকই, মদুনা প্রকাশকী নোংমগী থবক ওই। প্রকাশ লৈতবা মতমদা মানা ঐ নৎত্রগা দাদা নৎত্রগা মনোহরগী খুত্তগী চায অদুবু প্রকাশ লৈববদি মহাক্না প্রকাশতবু পীজহন্নিংই। মমৈদা নেগলীসু অসুম্না তৌবকখি। মানা ঐখোযগী খুত্তগী চাবা যাম্না তাঙনা থোকই। ঐখোযনা শদুম পীবদা ঐখোযগী খুত্তা মখুৎনা থাই নৎত্রগা খুৎ ফায। মানা অদুম ঙাইগনি অমদি শা মচেৎশিং অমমম লংশিল্লবা মতমদতা চায়। মাগা শান্নবদা মাগী হৈনিংবা অমদি অপাম্বা ঐখোযনা খঙবা ঙম্মী। ঐখোযনা মাগী হৈনিংবগী মতুংইন্না শান্নে। প্রকাশ অমদি ঐনা পুন্না নেগলীগী মনাক্তা চংলবদি নেগলনা নুংঙাইতে। মহাক্না ঐখোযবু শাউদুনা ব্রাহনগনি নৎত্রগনা ঐখোযদা শাউবদু তায়ননবা নেগলীদা খৎনবা হৌগনি। লেপ্তুনা চাবদগী মহাক হেন্না হেন্না নোযবে। নেগলীদি মাগা চাংদম্নবদা মশা পায। যৈনবা নৎত্রগা শান্নবদা মহাক্না নেগলদগী হেক্তা নাম্বোকপা ঙম্মী। অসিগুম্বা মতমদা মহাক তুগনি ১দি ঐখোযনা নোক্লুগনি। মানা ঐখোযদা মমায ওনশীল্লক্কনি, মতুংদা নেগলী মতোমতা থনম্লগা ঐঙোম্দা চেনশীল্লক্কনি। নেগলীগুম হকচাং পাদবা মরম্না ঐ চংজবা তাই। মানা ঐবু ব্রাহনগনি, মমৈদা প্রকাশনা মাবু থিংগনি। প্রকাশনা নোকপগীসু ঐঙোম্দা চৈরাক ফংহনগনি। অমুকথক শান্নবদা নেগলীগী খুজিন্না প্রকাশতা শোকখি। মদু হামু হামুনি অদুবু নুমিত্তুমদি খব থীনা শোকখি। ঈ থোকপা হৌরম্মী। প্রকাশকী ব্রাখলদা কবি লৈবা ঐ খঙদে অদুবু মানা খুদক্তা মখুত্তু নেগলগী মাঙদা থম্মী, মদুদা নেগলনা লেকপা হৌখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা ঈ থোকপা লেপখি। ঐনা কবোকৈ নৎত্রগা কৈ অমনা মীওইবগী ঈ তংখ্রবদি মহাক্না মদুদা লাইচুই হায়না তাথি অদুম ওইনমক ঐখোযদি নেগলনা অসুম্না খক তৌবোই থাজখি। নেগলনা মাগী খুৎ যাম্না তপ্না লেকই হাযনা প্রকাশনা ঐঙোম্দা হায।

অতোপ্পা মতমদা মহাক্না খোঙ-খুৎ, ঙক নৎত্রগা নঙ্গন লেকপদা মরৈদু থোক্তে অদুবু অশোকপা অমা লেকপদদি মহাক্না চেকশীন্না তৌই। ঐসু মথংগী চয়োলদা মসিগী মহাও তংখি। মসিগী মতুংদদি করিগুম্বা নেগলনা অশোকপা অমা খুদক্তা লেক্লবদি মদুদা হীদাক হাপত্রবসু য়াম্না থুনা ফৈ হায়বা খঙখি। মতুংদা ঐখোয়না ঈ থোকপদা অসুম হায়না হেক-হেক তৌহনখি। মানা ঐখোয়গী ঈ লেক্লুনসু মদুদা লাইচুদে মরমদি মহাক্না ঐখোয়বু ঙসি ফাওবা অতম্বনা ঈ থোকহনবা লৈতে।

অসুম তৌনা হায়রিবা শাশিং অসিবু লান্না লৌবা কয়া অমা লৈ। মান্নবা মওংদা ঐখোয়গী চাংয়েংগীদমক ঐখোয়বু লান্না লৌবসু কোঙ্গাইনি। লান্না থাজরিবা কয়া অদুগী মচীন্দগী থোরকপা ব্রাঙাংদুনা ঐখোয়দা হেন্না শোকহল্লি। ঐখোয়গী ব্রাখলদা ব্রাবনা ঈ কাহল্লি। মখোয়দি ঐখোয় নৎত্রগা ঐখোয়গী শানা শোয়রকপা অমা ঙাইদুনা লৈ। মরম অসিনা কনানা কনাবু তমথি হায়গদৌরিবনো? ঐখোযবু য়েংশিনবা পান্বশিংদু ঐখোয়গী ঈদা লাইচুরবা জাৎনি।

মার্চ থাদা ঐখোয়না বার্কিং দিয়ারবু অচৌবা শজিগী শারংদা হোংদোকখি। বার্কিং দিয়ার য়াম্না ইকাইথী অমদি থৌনা লৈতে। অচৌবা শারং মনুংদা মসিনা চম্মম্নে অমদি মফম মরাঙ খঙদনা পংচেন্দা চেল্লি। মখোয়বু অমুক হন্না ফাবা ওইথোক্তে। মসিনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা শজিশিংসু চেনবা হৌই। বার্কিং দিয়ার অমোম য়াউদনা মতোমতা লৈবা মরম্না মাবু অতোপ্পা শারংদা থম্মী। নুমিদাংব্রাইদা শারংদগী থুনা থোরকপদা মখোঙ অনিমক তেকখি। মমাঙদা ঐখোয়না বেনগী খোঙদা প্লষ্টর তৌখি। শজিদদি অসুম্না তৌবা হেন্না লুরম্মী। মাগী ফৈগনগী শরু অনিমক তেক্লে। ঐখোয়না মফৈগন অনিমক প্লষ্টর হৈরগা মাবু নাকল অমদা পুখোকখি। হৌজিক মাবু চেকশীন্না য়েংবা তঙাইফরমদে। মহাক চৎপা ঙম্লমদে। মনাক্তা ফমদুনা ঐখোয়না মাবু নোংমদা ৩/৪ রক মচীঞ্জাক ইল্লি। মোৎশীল্লক্তুনবা মাবু নোংমদা ২/৩ লক মফম হোংদোকই। ৪ নিশুবা নুমিত্তা মসিনা শেক্ল-শেক্লা চৎপা হৌখি। চয়োল অমগী মতমদা মসিনা মথোং মরম খঙদনা চৎপা হৌখি। মহাক হিংগনি

হায়বা ঐখোয়না থাজখিদে। চযোল মঙাগী মতুংদা প্লষ্টর লৌখোকপদা মখোঙ পুংফ-ফরম্না থেংনৈ। মতুংদা মাগী মপাঙ অমোম অমসু ফংখি। ঙসিদি মহাক মচা লাবা-অমোমশিংগা লোযননা চেন-চোংলি। কনামত্তনা ৰারীসি লীবদা থাজদে।

ফেব্রুৱারিদা নেগল ফিল্ম ২দা উখি। মানা লম্লক্কী কবোকৈগী শক্তম লৌবনা মানা অদুম্না উহনবা তাই। শ্রীমনোহব ভেবনেনা চীংদা লৈবা বড়া মাড়ীয়া চীংমীশিংগী দোকুমেণ্টরি অমা কাপ্পা লাকখি। মানা হায়জবদগী ঐখোযনা নেগলবু ২রক তুরেলদা পুই। নুমিত্তুদা নেগলবু ফিল্ম কাপ্পবগী মফম চাউনা কনবা মরম্না ঙাইহাক্কী ওইনা ট্রেলরদগী থাদোকখি। মখোযনা নেগলনা কেমেবা তম্না চংলকপগী মওং পামখি। মদু অরাইবা ওইরম্মী। প্রকাশনা নেগল খর লাপ্পা পুখোকখি। ঐনা কেমেরা মাযওন শেল্লগা নেগলদা নঙ্গন ওনশীন্দুনা ফম্লম্মী। ঐগী নঙ্গন উবদা মহাক্না খঙশীন্নদবা শানা লাকখি অমদি মতুংদ৷ ঐগী নঙ্গন ফংনবা চেল্লকখি। মখোয়না পামজবা কেমেরাগী খুকাপ ফংখি। শ্রীভেরনেনা মাবু অদুম ওইনমক লম্লক্কী কবোকৈ হায়না পনখি। মতাঙ অসি ফিল্মদুগী অহৌবনি। অদুম ওইনমক অসিগুম্লবা নেগলগী শক্তম লাংবা অসিদগী মহাক মীয়াম্না থোইনা খঙখিবা লৈতে।

থা অসিমক্তদা সুহাসিনি মুলেনা জঙ্গলগী দোকুমেণ্টরি অমা নম-নবা লাকখি। ঐখোযগা লৈমিন্নদুনা তুরেলদা চৎলগা মানা নেগলগী দোকুমেণ্টরি অমা নমখি। মদু হৌজিক ফাওবা ফোংদোক্ত্রি। মানা নেগলবু মরুওইবা শক্তম লৌহল্লগা মঙোন্দা যুমফম ওইবা ৰারী মচা অমা ফিল্ম নম্নবা হোৎনৈ। অদুম ওইনমক মদু করিমত্তা ওইদ্রি। নেগলনা দোকুমেণ্টরি ফিল্মদা কবম্না উবগে হায়বা ফাওবা ঐখোয়না উবা ফংদ্রি। মতমদুদা ঐখোয়গী ফিল্মগী কেমেবা অমা অমদি মরুপ প্রভাকরগী নমদ্রিবা ফিল্ম অমগা লৈ। ঐখোযনা সুহাসিনিদা ফিল্ম অদু নম্বীযু হাযবদা মানা নম্বীখি। মসি ঙসি ফাওবা ঐখোযগী আনন্দৱন প্রোজেক্টতা উৎনরি। ঐখোযগী হেমলকসাদা মৈ ফংদ্রবসু কবোকৈদি ফংই।

মার্চ থাদা মুম্বাইগী শ্রীবঙ্গনাথন্না ঐখোযগীসিদা কেমেবাকাপ্পা মীওই

২ গা লোয়ননা লাকই। মাগীদমক ঐখোয়না নুমিৎ নিনি থংন -থংননা তুরেন্দা চৎখি। হৌজিক্তি নেগল অমদি নেগলীনা কেমেরা পায়বা মী খঙবা ঙম্নে অমদি খুদোংথিবা অমত্তা থোকহন্দ্রে। ঐনা খঞ্জবা অমা লৈ মদুদি করিগুম্বা মতমদা তৌগে মতাগুম মখোয়না তোঙান্বা শক্তম উৎলি। মখোযনা মচু শংবা ফি অমদি ফজবা কুচুদনা হেন্না খোয়দাবগুম্মী। নেগলনা সুহাসিনি মুলে অমদি শ্রীরঙ্গনাথনবু কুচু ঙৌবগীদমক ফায় অমদি মাগী খুজিলগী মহাও ফংহনখি। শ্রীরঙ্গনাথন অমদি মাগী লোয়নবশিংনা নেগল অমদি অকোয়বগী ফীভম চামবক হেন্না ফোটো কাপখি। মখোয়না ঐখোযগা মরী থম্মী অমদি তোঙান তোঙান্বা হীরমদা মতেঙ পাংনৈ। মহৌশা খুৎশেম নুংশিবা লুপ অমনা 'কব' কৌবা চেফোং অমা ফোংলকখি। চেফোং অদুদা ঐখোয়গী ফোটো খর ফোংলক্কুনা প্রোজেক্টপু পাক শন্না খঙনখি।

মতম অসিদা নেগল পাক-শন্না খঙনরে। অরাপ্পদগী মীশিংনা মা য়েংবা লাক্লে। মখোয়না শ্রীনকভীগী অল্লাপল্লীদা লৈবা কবোকৈ 'শেরু' উরুরবা মতুংদা লাকপনি। মখোয় মশেল চাউখৎলক্লিবা নেগল অমদি শেরু চাংদমন্নদুনা ৱাবী শান্নবা ঐখোয়না তায়। এপ্রিলদা মহাক কে:জি: ৪১ লূম্মী অমদি ফুট ৭কা ইঞ্চি মাপল মথায় শাংই। পীক্লিভৈদা নাবা ১দি মাগী চীঞ্জাক্লা মরম ওইদুনা মাগী ময়া ফরমদে। অমুক্তি টযারদা শান্নবদা মাগী হূইয়া অমা তেকখি। থা১০ শুবদা মাগী শীল্লরোইদবা য়া হৌরকখি। অদুবু মাগী তেকখিবা হূইয়া অদুদি অমুকহন্না হৌরক্লে।

গাড়ী থমফমগী লৈমায় অন্তর তৌই। অচৌবা উ অকংবা অমা মশা মরেং য়াউহন্দুনা শারং মনুংদা শান্নজনবা অমদি খুজিল শেংদোকচনবা থমখি। মসি মখোয়না হায়রিবা ৱাফম অসিগীদমক শীজিন্নৈ। নেগলী হীরম পুম্নমক্তা নীং-খা তম্লে। মাগী মথৌ মতোমতা তৌজরে। ওগষ্ট থাদা নেগলী চহী অমা ফারে। নেগল অমদি নেগলীনা লাকপদগী ঐখোয়না কবোকৈগী মরমদা খঙনবা লাইরিক কয়া পাদুনা মচাক খোমজীল্লম্মী। ওগষ্ট থাদা নেগলনা লেপ্পগা মপান থোকপা হৌথি। মসি অফবা খুদম্নি। মহাক মপুং-মরৈ ফারে অমদি মাগী চিরোন

হেঙ্গৎলক্লে। মাগী চানিং থক্লিংবসু হেঙ্গৎলে। মানা চোংশীল্লকপা নৎত্রগা কোনশীল্লকপা মতমদা ঐখোয়গী ফীরেপ ঙাকপা ৱারে। মাগী অরুম্বা ওনবদা প্রকাশ খুদোং চাদবা কয়া থেংনরে, হান্নগুম মানা প্রকাশকী নঙ্গ দা তুমিন্না লৈরমদে। নেগলীদি হৌজিক মপুং-মরৈ ফাবা ৱাৎলি। মখোয়না মফমসিদা মচা পোক্কদরা? কবোকৈবু ফাজীন্দুনা থম্বদসু মচা পোকই, অদুবু জঙ্গলদগীদি মতম য়াম্না কুইনা চংই হায়বা ঐখোয়না লাইরিক পাবদা থেংনখ্রে।

মার্চ থাদা ঐখোয়গী খ্বাইদগী কুইরবা নীলগায়দু শজি ১গা চীক্ত বদা শোকখি। অহিংদা অরাংবা শজি লাবগী মচীনা শোকপজাৎনি। অয়ুক অঙনবদা মানা শারং মনুংদা কুন্দুনা লৈবা থেংনৈ। মহাক থৱায় কন্নবা ঐখোয়না কন্না হোৎনখি অদুবু নুমিৎয়ুংবা মতমদা মহাক শিখি। মহাক ঐখোয়গীসিদা নীলগায় মশিং হেঙ্গৎহনখিবা ইহান হানবা নীলগায়নি। মরম অসিদগী ঐখোয় নুংঙাইতবা পোকখি অদুবু মাগী শদুমদি মাঙহনখিদে। নেগল অমদি নেগলীনা য়াম্না পামজনা থা ১ শজিগী শা চায়। নেগলীগী মিংচৎ ফোরেষ্ট লোয়শঙগী খুত্থাংদগী সরকারগী পব্লিসিটি অমদি টেলিভিজন লোয়শঙয়ৌখি। শ্রীমহাজন্না মাগী টি.ভি. খোঙবু লোয়নদুনা লাকখি। মে থাদা মানা তুরেল মনাক্তা দোকুমেণ্টরি অমা নমখি। নেগল কদায়দগী অমদি করম্না য়োকপনো হায়বা মখোয়না খঙহন্দনা ফিল্মদু নাগপুরগী টি. ভি. সেন্টরদগী কয়ারক হন্না উখোকখি। নেগলনা মরম ওইদুনা ঐখোয়সু টি. ভি.দা থোকপা ফংলে। অয়ুক্তা নেগল পুখোকপা মাগী কা হেজ্ঞিনবা লমচৎ লৈবনা ওইখোক্লমদে। মানা তোরোৎ-খোদানদবা মী নৎত্রগা শা অমা উবদা ঐখোয় অনিনা লাকশীনবা ৱারে। মরম অসিদগী ঐখোয়না মাবু নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্তা পুখোকপা লেপ্পী। পুখোক্তবনা মহাক মকোন্দা মথী ফায়বা তারম্মী ১দি ঐখোয়না ফনা তোয়না শেংদুনসু মথী পৈখৎলকখি। মরম অসিদগী ঐখোয়না শারংগী মনিংদা লৈবা অতোপ্পা কা অমা মথক জালিনা কুপ্পুনা নুংশা মঙাল নীংথিনা ফংহন্নবা হোৎনখি। গাড়ী থমফম কাগী মনিংদা লৈবা কাদগী মায়োক্লবা কাসিদা চংবা য়ানবা ঐখোয়না চিংথোক-

চিংশিন য়াবা থোঙ অমা পাল্লী। কাসিদা মপাল্লোমদগী চংনবগীদমকসু ঐখোয়না য়োৎকী থোঙ অমা পাল্লী। ঐখোয়না নোংমদি নেগলীনা মচা পোক্লকপা যাই খন্দুনা অসুম্না তৌবনি। অনৌবা কাগী লৈমায়দি লৈবাক্কীনি ১দি মথক্তা লৈঙোইযাম্না চাইশীনখি। মখোয়বু অয়ুক খুদিংগী হায়রিবা কাসিদা মথী ফায়হন্নবা ঐখোয়না থমখি। হৌজিক শারং চংবা মীসি ঐখোয ৪থক হায়বদি প্রকাশ, দাদাপঞ্চাল, মনোহর য়েম্পলব্বর অমদি ঐ ইশামক্তি। ৫ শুবদি আরতিনি। নেগলনা অকিবা ফংনা চাউদুনসু আরতিবু কৈদৌঙৈদা অব্বাবা পীদে। শ্রীরামমোহন্না অমুক হন্না লাক্তুনা আরতি অমদি নেগলগী ফোটো লৌথি অমদি মদু বেঙ্গলোরগী চেফোংদা ফোংদোকখি। হায়রিবা ফোটোশিং অসিনা মীয়ামদা য়াম্ন মক খঙনিং-হৈনিংবা পোক্লহনখি। অমেরিকাগী চেফোং অমনা মসিগী দিল্লীদা লৈবা পাউমী খর ফোটো কাপ্পবা থারকখি।

হৌজিক নেগল মপুং-মরৈ ফারে। ঐখোয়না শাবং মপান্দা লেপ্তুনা লৈবদা ঐখোয়দা মাগী মপান থোকপগী ঈশিং চাইশীল্লকপনা মাগী তাৎ অমা ওইরে। ঐখোযনা শারং মনুংদা চংবদা মানা লাক্ল-ফানা তৌবা অমদি খ্বাংদা খুবাম্না ফাবা হেঙ্গৎলকখি। নেগলীসু তপ্না তপ্না চাউখৎলি, নেগলগা চাংদম্নবদা মহাক য়াম্না পীক্না উই। নেগলনা হৌজিক কিলোগ্রাম ৪৯ অমদি নেগলীনা কিলোগ্রাম ৩১ লূম্লে। দিসেম্বর, ইং ১৯৮৯ দা নেগলী থা ১৮ শুরগনি। নেগলগী অনিশুবা মপোক নুমিৎ জানুৱারী ৭, ইং ১৯৮৫ দা তাখি। মহৌশাগুম ঐখোয়না শারং মনুংদা মচীঞ্জাক পুদুনা চংখি। নুমিত্তুদা নেগলনা পামজবা হামেংগী শদুম শেমখি। প্রকাশনা মহৌশাগুম নেগলদা পীজবা হৌই। নেগলীনা কাচিন অমদা ফম্মী। ঐনা মঙোন্দা মচেৎ অমা লংশীনখি। মহাক ঙংখি। ঐনা মানা পামজবা ফিরাক্কী শরুক মচেৎ খন্দোক্তুনা মঙোন্দা লংশীনখি। মানা মসিদা য়েংবা ফাওবা য়েংদনা ওন্ন-তৈনবদা ঐঙোন্দা হৌনা ঙংলদুনা চংশীল্লকখি। অসিগুম্না ঙংবা অসি ঐখোয়না মমাঙদা অমুক্তা তাখিদ্রি। খুদক্তা ঐ হৌগৎখি। প্রকাশসু মদু খঙলদুনা হৌগৎলি। মানা তপ্না চংশীল্লকই। নেগলী চৈনা কনবা য়াম্না কিবনি

অদুবু ঐ চৈদি পায়দে। চহী ২গী মনুংদা অহানবা ওইনা ঐ কিবা পোকখি ১দি মহাক্না হৌরক্লবদি করি তৌগনি হায়না কোয়না য়েংখি। প্রকাশনা ইনাক্তা নকশীল্লকখি। মাগী অপাম্বা করিনো ঐখোয়না খঙদোকপা ঙমখিদে। হৌখিবা চহী অমা মখাযদা মানা কনাদসু খৎনবা হৌখিদ্রি। প্রকাশ অমদি ঐনা নাকন-নাকন্দা লেপখি। মঙোন্দা খৎনবা হৌরুরবা মানা ঙক হেক্তা উমগনি হায়বা খঙলবসু চোংশীল্লকপগী মহুত্তা মানা ঐখোয়গী খোঙদা কুল্লখি। অহানবা ওইনা মানা খুজিল তিংথোক্তুনা ঐখোযগী খোঙদা কোল্লি অমদি লেকপা হৌই। মতুংদা হেন্না হৌনা ঙংলদুনা মহাক হৌগত্তুনা চথোকখি ১দি অমুক হন্না লাক্লগা ঐখোযগী খোঙদা ঙারখি। নেগলনা হৌগত্তুনা মাগী মমৈ মপাদা মনম নমখি। নেগলী মখোয কায়। মরম চাদনা লান্না ঐখোযদা মহাক্না খৎনবা হৌরক্লনি খল্লুবগীদমক ঐখোয় নোকখি। মহাক চহী মপুং ফাবদুনা পাদোংনিংলম্মী। মহাক্না কবোকৈ লাবা অমগা লোযনবা পামখি। ঐখোযগী নেগল চাউজরবসু ঐখোয়না খঙলবা মতুংদতা হাযরিবসি খঙখি। হৌজিক নেগলীনা ঐখোযদগী লাপথোক্তুনা নেগলদা অমুক্তা তাদ্রিবাখোঞ্জেলদা মনাতোন্না তকই, নেগলনা কিরদুনা চেল্লম্মী।মহাক্না মনাক্তা হন্না হন্না চংশীনখি। নেগল ঙসিদি ঐখোয়না নোকপদা করিমত্তা থব্বায় চংলমদে।করিগুম্বা হান্নগা মান্নদবা মওং অমা লৈদুনসু মদু করম্না চুশীন্নগনি মহাক খঙলমদে। নেগলীনা অঙকপা খোঞ্জেলদা খোংবদা মহাক কিরম্মী। অসিগুম্বা মতাঙদা অনিমক শাউগল্লি হাযনা লাইরিক্তা থেংনখিবা মরম্না ঐখোয়না শারংদগী থোরকখি।

মতুং নুমিৎ মরিনিসু নেগলী ইরাং লৈ। নেগল নুমিৎ খরনিদি পাংলমদে, মসিদগী নাম্বোকপা ঙমদনা মঙোন্দা কাবা হৌখি অদুম ওইনমক ঐখোয়না মখোয় পাদোংনৈ হায়বদি উবা ফংদে। হায়রিবা নুমিৎ মরি অসিদা কবোকৈশিংনা নোংমদা চাম্মদগী চাম্মকুন ফাওবা লোয়নৈ হায়বা ঐখোয়না লাইরিক্তা পাম্লে। নেগলীনা হন্না হন্না নেগলগী মমাঙদা ফমদুনা কায়হৌখি। নুমিৎচুপ্পা মহাক নুমিৎ মরিনি অসি পোত্থাফম খঙলমদে অমদি শদুম মচেৎ অমা ফাওবা চাদে। নুমিদাংদা ঐখোয়না

শারং মনুংদা শদুম খর থম্বদা খরদি লৈরমদে মদু নেগলনা চাবা ওইরম্বসু য়াই। নিনিশুবা নুমিত্তগী ঐখোয়না নুমিৎ খুদিংগী পূং মরিদগী মঙা ফাওবা শারং মনুংদা ফম্বদা মখোয়না শাউনিংবা উৎলক্তে। নেগলীনা ঐখোয়গী নাক্তা হেক হেক লাক্লুনা তম্পাক্তা ফৈব্রে। নুমিৎ মরিনি চাদবা মরম্না মহাকময়াং কংশীনখি।মসিগী মতুংদসু নুমিৎ নিনিদি মহাক য়াম্না চাখিদে। ফীভম অসিদা মহাক মীরোনবা ঙমগনি নীংলমদে। কবোকৈ অমোম অমনা অহানবা তাঙক্তা শোয়বা লৈতনা মীরোনবা ঙম্রা হায়বসি করিগুম্বা মতাঙ অমত্তদসু ইবা থেংনদে।

ফেব্রুবারি থাদা টাদোবা ফোরেষ্ট প্রোজেক্টকী দেপ্যুটি দিভিজ্নল ওফিসার শ্রীরামানন্দ ঐখোয়গী মরুপ শ্রীভাস্কর ভট্টকা লোয়ননা লাকখি। ঐখোয়না ঙা কোরিয়ালশিংবু অমুক হন্না পুখোকখি। মখোয়গী মরক্তা লাবা অমোম খঙদোকপদু অমুক হন্না তশেংহন্নবা হোৎনৈ। মমাঙগী চহীদা অহুমশুবা ঙা কোরিয়ালগী চহী নৌবা মরম্না লাবা অমোম খঙদোকপা ঙমখিদে। মসি অমোম ওইরমখি। য়াম্না লাইবক ফনা অমোম অনি লাবা অমা ওইরম্মী। শ্রীরামানন্দনা ঙা কোরিয়ালগী মমৈদা লৈবা তুমখৎপা শরুক্তু কক্লগা করম্না পোকপগী চহী অমদি লাবা অমোম খঙদোক্কনি হায়বদু ঐখোয়দা উৎখি। ঐখোয়না মদুম্না তৌরগা মখোয়বু ঈশিংদা অমুক চৎহনখি। হৌজিক্তি ঐখোয়না অরাপ্পদগী ফাওবা ঙা কোরিযালগী চহী ১দি লাবা অমোম হায়বা ঙম্রে। ঐখোয়না ঙা কোরিয়ালগী অচৌবা মকোল করম্না শেমগনি খনৈ।শ্রীরামানন্দনা ঐখোয়গী প্রোজেক্টতা শাবা য়াবা মফম অনি অহুম পল্লী। প্রোজেক্টকী বিল্ডিং শাবা মতমদা হান্নবা ফুট ১২ X ১২ পাকপা তেঙ্কী অমা শাখি। শেল তিংবা খর হম্বগদবা মরম্না মসি শীজিন্নবা লেপ্লে।নেগলী মপুং-মরৈ ফারে অমদি চহী ১গী মনুংদা মচা চেল্লগনি খঙবদা শ্রীরামানন্দনা নুংঙাইবা পোক্লদুনা কবোকৈনা পাদোংনবা মতমদা ঐখোযনা খর লাপ্পা মফমদগী ওইরবসু ফোটো কাপকদবনি হায়রম্মী। ঐখোয়না অসুম্না তৌরবদি শ্রীভট্টনা হীরম অসিদা ব্লারেং অমা ইগনি। শ্রীরামানন্দনা অসুম্নসু হাযরম্মী মদুদি-- নেগলীনা নুমিৎ ১৫-২০ অমুক হন্না

পাদোংনিংবগী মওং উৎত্রবদি মহাক মীরোল্লে হায়না ঐখোয়না লৌগদবনি। মদুম্মা থোক্লবা, নুমিৎ ১৫ খুদিংগী ৪/৫ রক মহাক্না মীরোন্দ্রিবা ফাওবা মমাঙগী ফীভমদা ইরাং লৈগনি।

জানুৱারি থাগী নুমিৎ ২০ অমদি ফেব্রুৱারিগী নুমিৎ ১০ হৌখ্রে। নেগলী ইরাং অমুক হন্না লাকই। ঐনা হরাওজনা নেগলী মীরোল্লবা জাৎলা খঞ্জখি। মবুক নান্দুনা য়েংবদা খুদম অমত্তা উবা ঙমদে। অহানবদা মানা মচা অমথক পোক্কদ্রা? নৎত্রগা অনি পোক্কদ্রা? কবোকৈ মচাদি পোকপদা য়াম্না পীকই। মচা অমথক পোক্কদবা ওইরবদি মপান্দগী খঙবা ঙমগদ্রা? কবোকৈনা নাওপুবগী মতমসি নুমিৎ ৯২ নি। কবিগুম্বা মানা জানুৱাবি ১০ দা মীরোল্লবা, মহাক কালেনগী অশাবা মতমদা মচা পোকপা তাই। মদুনা মঙোন্দা ৱাহল্লোইদ্রা? মনিং থংবা কাগী লৈমাযদু চরুনা কুপশীনগদ্রা? ঐনা মতম পুম্বদা খন্দুনতা লৈ। ফেব্রুৱারি ১৬ তা নেগলী মমাঙগী ফীভমদা অমুক হঞ্জিনখি অমদি ঐহাক নুংঙাইবগী নুংশা শোর হোনখি। হৌজিক মহাক খমথেংবা কালেনগী মতমদদি মচা পোক্লরোই।

হন্দকসু মহাক করিমত্তা চারমদে। নেগল হৌজিক্তি নেগলীনা থোকহনবা খোঞ্জেলদা কিবা পোক্রে। মহাক হৈনরবগুম উরে। মকোন্দা চংবদসু মখোয়না ঐখোযদা খোযজংদে। নেগল হৌজিক কে:জি: ৫২ লূমদুনা মপাঙ্গল যাম্না কল্লে। মহাক হান্ননা মপুং-মরৈ ফাখ্রে। হন্দক্তি নেগলীনা শুকশোয শোযদনা মীরোনগনি খনখি। অহানবা নুমিৎ খরদি ওইগদবা মানখি। অদুবু নেগলনা কা হেন্না চংশীনখিদে। মানা নেগলীবু কানবা হোৎনৈ। মাগী মশা চাউবা অমদি লূম্বা মরম্না মহাক থুনা ৱাবদগী নাকন্দা চখোক্লুনা লৈথোকই। হন্দক্তি ঐখোয়না মহয অমত্তা ফংগনি লৌদে। অমুক হন্না নুমিৎ ৮নি মচীঞ্জাক চাদবনা নেগলী ময়াং য়াম্না কংখি। ওকশাদা মহাওগী শরুক য়াম্না য়াউই অমদি নেগলীনা মসি পামজৈ। মরম অসিদগী ঐখোযনা নেগলীগীদমক ষনশা লৈনা লৈনা ওক মচা অমা হাৎখি। ঐখোযনা মাবু ওকশা পীজবা যানবা নেগলীদগী খাযদোকই। নেগলনা মখোয অনিবু তোঙানবা মচীঞ্জাক পীজবা

চীংনখি। মানা চাদনা থোঙনাওদা ফমদুনা ঐনা নেগলীদা ওকশা পীজবা য়েংই অমদি মনম নম্লম্মী। প্রকাশনা নেগলদা শদুম পীজবদা মানা শাউনা খুবাম থাঙ্গৎলি অমদি ঙংখি। মরম অসিনা হায়রিবসিনা হৌজিক অনৌবা অমা ওইরে। ষনশা মরাঙ কায়না শেমদুনা থম্বদুসু লোয়না হন্দোকপা হায়বসিমসু ওইথোক্কে। অতোপ্পা ওক অমা হাৎলগা থম্নবা রিফ্রিজরেটরগী মফমসু লৈতে। মরম অসিদগী ঐনা নেগলগী ওকশা শরুক খর লৌরগা নেগলগী শদুমদা হাপচিল্লি। শিংফাত্তবা মহাক্না ওকশাগা য়ান্নবা ষনশাদু প্রকাশসু লৈনা লৈনা ঐগী খুত্তগী লৌদুনা চায়। মতুংদা অসুম্না তৌবসি নুংতিগী পাংথোকপা অমা ওইখি। ষনশা লোইখ্রবা মতুংদা ওকশাদা ঙায়হৌখি, নেগলনা অদুম্মক নেগলীগী পুখমদগী ওকশা চাবা পামখি। মহাক অমুক হন্না মার্চ ৪ দা ইরাং লৈবা উখি। মরক্তা ওকশা চাবনা নেগলীগী মশা ফগৎলি। হন্দকসু নেগলনা হান্নগুম পাংথোক্লবা হোৎনৈ। ঐখোয়না ২রক মাবু থাঙ্গত্তুনা ফাওবা নেগলীগী মথক্তা কাহনখি। নুমিৎ ৮নিগী মতুংদা মহাক লৈতাজখি।

ঐখোয়না নেগলীগীদমক ৱাজদুনা অখন্নবা হকচাং ফনবা হীদাক পীজনবা লেপ্পে। নেগলী হন্না হন্না ফীভমদুদা লৈ অমদি মচীঞ্জাক চাদবনা য়াম্না শোম্বরম্মী। হৌজিক মখোয় অনিমক ওকশা পীজরে, মসিনা নেগলদদি লূম্বা হেঙ্গৎহল্লে। মার্চ থাদা মহাক কে:জি: ৫৮ লূমখি। হন্দক মাগী অরূম্বা ওনবদা ঐখোয অনিমক খুজিলনা শোকহনখি। মহাক মতুংদা অমুক ওনবা ঙমগদবা মান্দ্রে। নেগলী কে:জি: ৩৫ লূম্লম্মী। মীরোন্নবগী মতম অমদা মানা কে:জি: অনি মখায়দগী অহুম ফাওবা ময়েং তাখি। অতৈ মতমদা ঐখোয়না মাবু মরাঙ কায়না পীজদুনা মশা হঙ্গৎহনবা হোৎনখি। য়াম্না লাইব্বক ফবা অমনা মানা ওকশাগী মহাও য়াম্না পামজবসিনি। মার্চ ২০দা মহাক অমুক হন্না ইরাং লাকখি। হৌজিক ঐখোয়না মহাক নেগলদগী মীরোনবা ঙম্লক্নোই খনখি। মাগী শাজত্তু ঐখোয়দা উত্তবনা হেন্না ফরে। হন্দক্তি ঐখোয়না কেমেরা অমা

শীজিন্নদুনা ফিল্ম নম্লম্মী। প্রকাশ ৱারোবাদা থবক অমগীদমক চৎখি। ঐনা নেগল অমদি নেগলীগী পিকচর ফুট ৩/৪ লাপ্পা শারং মপান্দগী লৌখি। নেগলনা মিনিট ৫/৬ খুদিংগী নেগলীদা কানবা হোৎনৈ। অমুক্তি ঐনা য়াম্না নক্লা চংশীল্লুবদা নেগলনা ঙংলদুনা খুদক্তাঐঙোন্দা চোংশীল্লকখি। ঐনা 'তৌনু' 'তৌনু' লাউবদা মানা নাকন্দা লৈথোকখ্রবসু খুবাম্না ঐঙোন্দা থারকখি। মানা ঐগী খুত্তা যৈবদা মফম অনিদা থোত্তুনা ঈ খব থোকখি। কেমেবাগী ফীভম খুৎ অমনা শেন্নবগা খুৎ নাম্মনা ঈ তৈথোকখি। নেগলনা মাগী অবানবা খঙখি। ঐনা নেগলী মাগীখক্লি হাযখি। ঐদি পিকচব লৌনবা হোৎনবখক্তনি। মানা মথৌ পাংথোকপা ঙমদ্রগা কবিগী ঐঙোন্দা শাউবিবা? মহাক ঐগী ৱাহৈদা নুংঙাইজবমদে। মানা শাউখিবগী নুংঙাইতবা ফোংদোক্লুনা ইনাক্তা লাকখি। ঐ লেপ্তুনা অসুম লৈ। মঙক থাঙ্গত্তুনা ঐবু মনম নমখি। মনম খঙলদুনা মখুবাম্না শোকখিবা অনাবদু লেকপা হৌরম্মী। লেক্তুনা অসুম লৈবদা নেগলীনা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। মানা ঐখোযদা ঙংলগা চংশীল্লকই অমদি ঐ ১দি নেগলদা ইল্লি। মানা থৌবাং তৌরগা ঐখোয অনিনা করম্বা ৱাখলদা চান্নরিবনো ফোংদোকই। মঙোন্দা অমুক যেংলবা মতুংদা নেগলনা ঐঙোন্দা অমুক হন্না লেকপা হৌই। মহাক্লা হৌজিক শাউরদুনা নেগলগী মনাদা য়াম্না কন্না য়েরম্মী। শাউরদুনা নেগলনা মনাক্তা চেনশীনখি।

ঐ নাকন্দা চথোকখি। করিগীদমক ঐনা মখোযগী অপাম নুংশিদা যেৎফম থোকই? নেগলীনা ঐখোয়গী নাক্তা চংশীল্লকপদা নেগলনা অহানবদা কবিগী থৌশাদ্রিবনো ঐঙোন্দা ৱাখল লাকখি। উদবদগী মাগী খুবাম্না যৈবদা ঐ ঈ থোকখিবনি, মানা ঐগী অশাউবা ঐগী মীত্তগী খঙখি। লানখিবা মশানা যাজবনা ঐবু থেম্নবা হোৎনৈ। নেগলীনা ইৱাং লাকপা খুদিংগী নেগলনা প্রকাশকা শান্নদুনা লৈবা পামদে অমদি পেন্দবা উৎলি। মাগী শাজৎনা ঐখোয লাপ্পা লৈগদবনি নৎত্রগা চথোকখিগদবনি হাযবদু ফোংদোকই। প্রকাশনা হল্লকপদা ঐনা পিকচর লৌহৌরে হাযবদা হরাওখি অদুম ওইনমক ঐখোয়

অনিমক নেগলীনা মীরোনবা ঙমগদ্রা নৎত্রগা মাবু মফম অমদা পুগদ্রা হায়না খনখি। মার্চ লোইখ্রে। ঐখোয়না অদুম ওইনমক অকোনবগী তাঞ্জাদা মহাক মীরোনবা তারবদি য়েনিংথাগী লোইরকপদা মচা পোক্কনি খনখি অদুম ওইনমক এপ্রিল হৌরকপদা ঐখোয় নীংবা কাযখি। মহাক অমুক হন্না নুমিৎ ২০নিগী মতুংদা ইবাং লাকখি। হৌজিক ঐখোয় তশেংনা করিমত্তা নীংলুবা তৌদ্রে ১দি থব্রায় য়াউশীন্দ্রে। মাগী মীরোন্নিঙাই মতম নুমিৎ ৪ নিদগী হেন্দ্রে। ঐখোয়না হন্দক্কী চহী অসিসু কান্নদ্রবনি লৌখি। মহাক মীরোনবা ঙমদ্রে ১দি মীরোম্নিংঙাই খোঙচৎ তোয়রে। ঐখোযনা লাইরিক্তা পাবদগী মহাক য়ামদ্রবদা থা ৭/৮ দি ইরাং লাকফম থোক্তে লৌখি। ঐখোয় নেগলদা শাউনিংখি। ঐখোয়না মহাক চাবদা চাবা, মশাদি চাউখৎপা অদুগা করিমত্তা কান্নব্দনি হায়বনচিংবা ব্রাবী শান্নে। অতৈ মীওইশিংদি অসিগুম্বা ব্রাফমদা থব্রায় যাউবজাৎ নত্তে। মখোয়না খনবা হায়ববু নেগলীনা মীরোন্দুনা মচা পোক্লবদি মহাক হেন্না শাখিগনি হায়বসিনি। মখোয়না নেগলীনা মচা চেন্দবা হাযবসি পামজরমগনি। ঐখোয়না শাউনিংবা ব্রাফমসিনা মরম ওইদুনা নেগলবু থৌশাদ্রে। মহাক্না নীংবা কাযনা ইনাক্তা চংলকই, নুংঙাইজদনা থেম্লবা হোৎনজে। মতমদুদা ঐখোয়না মাবু কোনশীঞ্জে।

এপ্রিল ২৫দা নেগলী অমুক হন্না ইরাং লাকখি। মসি হেনমল্লম্মী। ঐখোয়না মাবু থৌশাদ্রে। হুম্নি চনবা নুমিত্তা কনাগুম্বা অমনা অঙকপা খোঞ্জেল অমদা লাউরকপদা ঐখোয়না য়েংনবা চংশীন্দুনা ঙাইহাক ঙাইখি। নেগলনা নেগলীদা হন্না হন্না কায। অমুক হন্না হান্নগুম মানা খোংলগা চখোকখি। হন্দকসু মীরোন্নিংঙাই মতমদু নুমিৎ ৪ নিখক ওইখি। হৌজিক মতমদু মে থা ওইবনা কালেন থাগী অশাবা খাংঙমদে। নেগল ১দি নেগলীনা মনিং থংবা কাদা পুন্না লৈবা হৌখি।মসিদা ঈশিংগী তেঙ্কী অমা লৈ। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়না নেগল ঈশিং মনুংদা লৈবা থেংনৈ। ঐখোযনা মাবু অনিরক তুরেন্দা পুই। মেগী ময়ায়দা লাক্কনি খল্লম্বা নেগলীগী ইরাং লাক্তে। মাগী শাজত্তা অহোংবা কযা অমা ঐখোযনা উবা ফংখি। মহাক মীরোল্লবরা খঙনবা লম্বীদি

লৈতে।ঐখোযনা চহী অসিগী অয়াম্বা মতমসু অরেম্বা তারে লৌখি। নেগলীগী শাজত্তা অহোংবা লৈরকপা অদু ঐখোয়না খঙদোক্লবা লাক্লে মানা ঐখোয়গী নাক্তা লাক্তুনা মখুজিন্না শোকহনবা লৈতনা হান্নদগী হেন্না শান্নরে। মানা অকক্লবা শদুম চাবা হৌরে খঙবা নুমিত্তা ঐখোয় মহাক্না চীঞ্জাক খল্লকপা অসিনা মীরোল্লবজাৎলা হায়না হরাওজখি। শাশিংগী অসিগুম্বা অপাম্বা লৈবজাৎলা? ঐখোযনা কনাদা হংগনি? অসুম্না ঐখোয় নেগল অমদি নেগলীবু নুংশিরুবগী ফাগী তাই। অসিগুম্বা ব্রাহং হংলুবদা ঐখোয় অঙাওবা হেক্তা তাই। ঐগী ইমা মতমদুদা কোযরকখি। ঐনা মঙোন্দা নেগলীনা অখন্নবা চীঞ্জাক পাম্বগী মওং লৈবগী মতাঙদা হংখি। মানা মোমোন নোক্তুনা, 'ওইথোকপা যাই ঐসু নেগলীগী শাজৎ হন্দক খর হোংনা উই', হায়রকখি। ইমাসু মখোয় অনিমক নুংশিজৈ, মানা মখোযবু থাপ্লপ যেংই ১দি মদু তরাইনা খক লৌরমদে। মানা মখোয়বু যাম্না কুপ্না শোয়দ্রে খঙনবা যেংলম্মী। নোংমা নুমিৎযুংবা মতুং অমদা ইমানা ঐঙোন্দা নুমিত্তুদা নেগল ফজনা চাদবরা হংখি। ঐখোয়না নেগলবু মনিং ইথং-থংবা কাদা হেক-হেক মচীঞ্জাক পীজৈ। নুমিত্তুদা তশেংনা নেগলনা যাম্না চাখিদে। ঐনা খঙদবা শাশিন্নে অদুবু ইতোমতা খাংঙমদনা করম্না মদু খঙলিবনো, মানা মনিং থংবা কাদা চংলুবরা হংখি। ইমানা চংলুদে অমদি চংদুনা য়েংবসু মথৌ তাদে হায়রকখি। প্রকাশ অমদি ঐগী মায়দা তাবা মমিনা ফোংদোকখিবদি নেগলদা অশোয়বা অমা লৈরে হায়বসিনি। মানা ঐখোয়দা ফাগী তাহনবদা ঐনা মঙোন্দা য়েংবফাও য়েংখিদে। অদুম ওইনমক মহাক লাংতক্লবগুম তৌখি। ঐঙোন্দা চিংনখ্রবগুম তৌখি। ঐখোয়না নেগলবু ১দি মানা ঐখোয়বু নুংশিজবা পুম্নমক ঐখোয়গী শাজৎনা উৎলি অমদি মসিবু তশেং তশেংনা উহনবা ঙম্বা পোৎ অমা মরকসিদা লৈ। ঐনা ইমাগী মীৎয়েংদু যাম্না কুপ্পী হায়বা খঙবা ঙমজখি। অসুম্না মমা অমা ওইনা মানা ঐঙোন্দা মরক মরক্তা চেকশীন্নবা পাউতাক পী।

মে থা পুম্বা নেগলী ইরাং লাকপা হৌখি। মহাক মীরোল্লবা নৎত্রগা

মথংগী চহীদা ইরাং অমুক হন্না লাক্কদবা ওইরম্বা তাই। ঐখোয়না মহাক মীরোল্লন্নগনি লৌবা অদু নোংম-নোংমগী হেনখি। হৌজিক মহাক ঐখোয়গা লোয়নবা পাম্লে অমদি লেপ্পা লৈতনা ইনাক্তা লৈনবা হোৎনরে। মাগী লেঙ-ওৎপগী চাং তপথদে অদুবু নেগলগা লাক্ত - ফানা তৌবদি লেপখ্রে। শকখঙদবা মীওই অমনা শারং মনুংদা চংলুবদা মানা হান্নদগী হেন্না মশা চেকশীল্লে অমদি খৈদোক্লবা মফম অমা থুনা থি। মহাক ইকাইরপ তৌনা উই অমদি মমীৎকী লংবগী চাংসু হন্থে। মহাক ফজনা অদুম্মক চায়। মথবাক্কী খোমজীন খর চাউখৎপা উরবসু মবুক্তি কংখোক্তে। জুন থা লোইখ্রে। য়েন্নিংথা লাকপগী খুদম উবা হৌরকই। জুনগী অরোইবা চয়োলদা নেগলীগী মবুক খর চাউথোকপা উই। হৌজিক মহাক শুকশোই শোয়দনা মীরোল্লে হায়না ঐখোয়না খল্লম্মী।

মনিং ইথং থংবা অহাংবা কাদু নেগলীগী মচা পোকফম ওইহন্নবা খন্নখি। ঐখোয়না কাংখোন অমা নাকল অমা উপাক্লা য়ৈদুনা থম্মী। কাচিন অমদা মসি থমদুনা অতোপ্পা নাকল অনিসু ফক্লাংনা খুমজিনহল্লি। মরিশুবা নাকন্দু পীকই, মদু ফুট অমা পাকপা উপাক্লা লৈমায় থেংনা য়ৈদুনা খুমজীল্লি। দাদা, প্রকাশ অমদি ঐনা কাদুদা ফংবা মচাক শীজিন্নদুনা অসুম্মা শেমখি। নেগলনা ঐখোয়না তৌরিবসিদা ঐখোয়গী লম্বীদা ঙাইহাক লৈতনা লাকখি। ঐখোয়না করি তৌরিবনো মহাক খঙদে, নেগলীনা অতোপ্পা নাকন্দা তুমিন্না কুল্লী। মতমদু জুলাইনি। মহাক্লা জুলাই ৩১, ওগষ্ট ১ নৎত্রগা ২ দা মচা পোক্কদবনি। কা অসি জালিনা মথক খনবা মরম্না ফমুংদু নোংদগী ঙাকথোক্লবা ঐখোয়না টিন মনানা কুপশীনখি। হৌজিক্তি নুমিৎ খুদিংগী করি থোক্কনি হায়দুনা ঐখোয় ৱাখি। জুলাই থাদি নেগলীগী পামজবা শা মরাঙ কায়না ৱাত্তনবা ঐখোয়না হোৎনখি।

জুলাই ৩১ দা নেগলীনা অয়ুক্তা মনিং থংবা কাদা চংখি অমদি ঐখোয়না শেম্বীবা উগী মচা পোকফমদা মতোমতা চংখি। মতমদুদা মহাক মীকুপ অমদা হেক্তা মচা পোক্লগদবা মানখি। মাগা ঐখোয়গা

ফম্মীন্নখিবা নোংমগী মমাঙদা নুমিৎচুপ্পদুমা মহাক্না লৈমাযদা কুনখি। মতোমতা মচা পোকফমদা চংখিবনা ঐখোয়না মথংগী অয়ুক অঙনবদা মচা পোক্কনি খঙখি। নুমিদাংৱাইদা ঐখোযনা মরম খুদিংমক নীংখিনা য়েংশীন্নবা হোৎনৈ। নোং চুই অদুবু মচা পোকফমদা নোং মরিক অমত্তসু য়ুখিদে। ফক্লাংদা মা খর চৎপা ঐখোয়না থেংনখি। মরম অসিদগী ঐখোয়না খুদক্তা তীন হীদাক থোঙ অমদি থোঙনাওগী মপান্দা কাপথোকখি। মমশীল্লকপা মতমদা ঐখোযনা কা মনুংদা চংলগা মচা পোকফমদা তুমিন্না য়েংখি। নেগলীনা অপীকপা খোঞ্জেলদা মহাক করিসু তৌদে অমদি ঐখোয়না চংলক্লোইদবনি হায়বগী মতাংগুম মুরুম মুরুম শোল্লকই। নুমিদাংদা ফমুংদা হীপুনসু ঐ তুম্বা য়ারমদে। ঐনা অহিংদা অনিরক কাদুদা মখোন তানবা চৎখি অদুম ওইনমক পুমচীক চীক্লমই।

অঙনবা অয়ুক্তা প্রকাশনা কৌবা ঐনা তাখি। মহাক্কী খোঞ্জেন্দা যাউবা হবাওবা অমদি নুংঙাইবগী মওং লোৎপা ঙমদে। মসি ইং ১৯৮৫ গী ওগষ্টকী তাং ১ নি। 'হেমল' ওগষ্ট ১, ইং ১৯৮৫ দা পোকখি। মমা নেগলী লৈদুনসু ঐখোযনা মরম চাদনা পংৱাদা ৱাজখি। ঐখোয়না নেগলবু নুমিৎ ১০ নিখক শুবা মতমদগী যোক্লকখিবনি। মতমদুদা মমা যাউখিদে। হৌজিক নেগলী মশামক লৈনা ঐখোযনা হেমলগী ৱাজবা নাতৈ চাদবনি। অদুবু মদু নুংশিবগী মমলনি। শারং অদুগী অমগী মতুংদা অমা কা অহুম লৈ। মযায থংবা কাদু পীকচরবসু কাচিন্দা ঈশিং তেক্কী লৈ অমদি মদু অযাম্বা মতমদা খিংজীল্লি। অহানবা অমদি অনিশুবা কাগী মরক্তা চিংথোক -চিংশিন য়াবা মপান্দগী লোনবা যাবা য়োৎকী থোঙ পাল্লি। তুং ইথং থংবা অহুমশুবা কাদু কোন্না শেম্বনি। মসি মথক্তা জালিনা কুপ্পা মরম্না নুংশিৎ -নুংশা মরাঙ কাযনা ফংই। নেগলীগী উগী চাবোকফম অদু কাদুদা শেম্বনি। অনিশুবা অমদি অহুমশুবা কাগী মরক্তা চিংথোক-চিংশিন য়াবা অমদি মপান্দগী থিংবা যাবা যোৎকী থোঙ অমা পাল্লি। অমুকসু কা খুদিংগী অতোপ্পা থোঙ অমমম লৈ। নেগলীবু ময়ায থংবা কাদা থন্নগা ঐখোযনা মনুংথংবা

কাদা হেক-হেক চংই অমদি মচাদু মকোন্দগী য়েংনবা পুথোরকই। নেগলীনা য়োৎনা শাবা থোঙনাওদা ফমদুনা ঐখোয় য়েংই অমদি মাগী পামদবদু ঙংলদুনা ফোংদোকই অদুবু তশেংনমক হায়রবদা অশাউবগী মওংদি য়াউদে। ঐখোয়না কাশিংগী মরক্তা লৈবা থোঙশিংদু হাংদোক্লগা থোরকপদা মহাক্না খুদক্তা চংশীন্দুনা মচা হেমল করিসু তৌদে খঙদোকচৈ। চয়োল অমগী মতুংদা নেগলীনা মকোন্দা হেমলগা লৈরিঙৈদা ঐ অমদি প্রকাশ, ঐখোয় অনিনা ময়ায় থংবা কাদা থোঙ হাংদোক্লগা ৱারী শান্নদুনা লৈ। মকোন্দগী থোরক্লগা নেগলীনা ঐখোয়দা য়েংদুনা লেপ্পী। ঐখোয়না মাগী কাদা চংনিংবরা হায়বদু মহাক্না খঙদোক্লবা লাক্লে। নুংঙাইজনবা ঐনা হায়খি, ‘ নেগলী নঙগী নচানা কৈদৌরি হায়বা ঐখোয়দা য়েংহল্লোইদ্রা?’

নেগলীনা থুনমক কা মনুংদা চংখি অমদি মচাদু মঙক্তা চীক্তুনা থোরকখি। মকোক থাঙ্গতুনা ঙাইহাক ঙাইখি। মচাদু মখয়াত্তগী য়াহ্নে। ঐখোয় ঙক্তুনা লেপ্পী। মহাক্না হেমলবু মকোন্দা থম্লরগা হল্লকখি। অসুম্না নেগলীনা ঐখোয়গী ৱা অদুক্কী মতিক ফজনা খঙখি। মহাক্না হৌজিক ঐখোয়দা মচা উহল্লে অমদি কাদা চংবগী মথৌ তাদ্রে খল্লম্বা য়াই। হরাওনা ঐখোয়না মফমদু থাদোকখি।

পঙলবা নেগলদি পেঞ্জদবা ফীভমদা লৈ। অয়ুক্তা মাবু ঐখোয়না মমাঙ থংবা কাদা লৈহল্লী। মানা ময়ায় থংবা কাদা চংবা য়াই অদুবু অরোইবা হেমলনা লৈবা কাদা চংবদি য়াদে। নেগলীনা হায়রিবা কাদুদা হেমলগা অহিং চুপ্পা হেক-হেক লৈ। কাদুদা করি লৈবগে হায়বসি নেগলনা খঙদে। মানা কাদুদা অকিবা ফোংদোক্তুনা য়েংই। ঐখোয় অনিনা কাদুদা নেগলীবু ময়ায় থংবা কাদা থনম্লগা চংবা মহাক্না উখি। ঐখোয়না মদুদা চংলবদি মাদি করিগী চংলোইদৌরিবা? ৱাখল অসিনা মাবু শাউহল্লি। মমায়দা তাবা শক্তম্না ঐখোয় নোকহনখি। মদুদা মহাক নুংঙাইতে। নুমিৎযুংবা মতুংদা ঐখোয়না মনাক্তা চংলুবদা মাগী নুংঙাইতবা উৎলকখি।

তরাশুবা নুমিত্তা নেগলীনা হেমলগা লৈরিঙৈদা প্রকাশনা শারং

মনুংদা চংবদা ঐনা ইন্নে। মবুক্কা শিৎপা লেপ্তুনা হেমলনা মকোন্দগী মখোঙ মরিনা চৎপা হৌখি। নুমিৎ হুম্নিগী মমাঙদা মমীৎসু পাঙখ্রে। নেগলীনা প্রকাশ তম্না থুনা চংশীনখি। মঙক্তা মহাক্কা নানবিবদা মানা খুৎ লেকপা হৌই। মদুগী মতুংদা হেমলনা মকোন্দগী মমা করি তৌরি যেংনবা থোরকখি। ঐনা হেমলদা যেংলিঙৈদা নেগলীনা খঙহৌদনা ঐঙোন্দা চোংশীল্লকখি। প্রকাশ অমদি ঐনা 'তৌনু' 'তৌনু' হায়বদা মহাক তেথখি। ঐগী মীহুন তিং-তিং চোংখি। নেগলীনা ঐবু প্রকাশকুম থাজবা থম্বা পামদে। মওং অমদা মানা ঐবু মসি খঙহন্নবা তৌই অমদি মদুগী মতুংদগী ঐঙোন্দা থল্লায কয়া চংদে। মহাক্কা অনিরক অহুম্রক মখোল ফাজীন্না ঙংখি। হেমলনা মনিং হন্দুনা মকোন্দা লোৎখি।

নুমিৎ ১৫ নিগী মতুং ফাওবদা নেগলীনা মচাদু শেন্নে অমদি মাবু শদুম চাহন্দে। ঐখোযনা শদুম মচেৎ-মচেৎ মকোন্দা থাদৈ অদুবু মদু মচা পীজদনা মতোমতা চায়। মদুদা নত্তনা মচানা শা চাদৌরে খনবদা মানা মচাগী মচীন লেকথোকই। ঐখোয় হেমলনা শদুম চাবা যেংবা ঙাইঙমদে। মরম অসিদগী মকোন্দা ঐখোযনা শদুম হেক-হেক থাদরবসু নেগলীনা মচা পীজদনা মতোমতা চাথোকই। মসি শা মচানা মকোন্দগী থোরল্লগা শা চাবা য়াই খন্দুনা চাংযেং তৌবনি। কা মনুংদা শা থন্নগা ঐখোয়না ঙাইদুনা লৈ। নেগলীনা চোংশীন্দুনা মচাদু মকোন্দা নমদুনা লৈহন্নবা হোৎনৈ। মচাদুসু হাযরপ হৈ শিংই। মহাক্কা তৌগদবা তৌরোইদবা লৈদুনসু মকোন্দা চংদে। মহাক্কা ঐখোয়বু খঙবা হৌরকখি। নেগলীনা মঙোন্দা ঐখোয় মীতোপ কনা নত্তে তাক্লম্বা য়াই। নুমিৎ কয়ানিমুক চারমদবা নেগলী হৌজিক্তি মাগী শরুক অমত্তা খাক্তনা চারে। ঐখোয়নসু চানবা তকশীনখি। মথংগী নুমিত্তা ঐখোযনা অপীকপা শদুম পুদুনা শারং মনুংদা চংখি। নেগলী চাবা হৌরম্মী। হেমলনা চংশীল্লকপদা প্রকাশনা মাবু শদুম মচেৎ পীজবা হৌখি। মহাক্কা পামজনা চায অদুবু নেগলীনা মদু খঙলবদা মহাক চাবা লেপ্তুনা প্রকাশ তম্না লাকখি। প্রকাশনা শাদু খুবাক মনুংদা লোৎখি। মহাক্কা ঐখোয়দা

চিংনজৈ। মচাদু মচীন্না লৌখৎলগা চথোকখি। ঐখোয়না মফমদুদা কুম্মৈ য়েংনবা ঙাইরম্মী। খোঞ্জেল অমা তাবদা ময়ায় থংবা কাগী থোঙনাওদা ফমদুনা পুম্নমক য়েংলিবা মপা নেগলদা ঐখোয়না য়েংথোকখি। মহাক্না অরোইবা কাদা চংনবা হোৎনৈ। মহাক্না হেমলবু অহানবা ওইনা উবা ওইরম্বা যাই। মমীত্তা অঙকপা পোকপা উই। নেগলীনা নাকন অমদা ফমদুনা লৈ অমদি হেমলনা মহাক্কা শান্নরি। মরকসিদা হেমলনা মমাগী মীৎযেংদগী নাম্থোক্কুনা প্রকাশকী নাক্তা লাকখি। হৌগত্তুনা নেগলীনা হেমলবু মখুবাম্না থাবদা মহাক লৈমাযদা তুই। ঐখোযনা নোকপদা নেগলীনা নুংঙাইতবা মীৎয়েং উৎখি। মানা তশেংনা অমদি চেৎনা হেমল মাগী মচানি অমদি মসিদা ঐখোয়না খুৎ থীংজিনবগী মরম লৈতে ফোংদোকই। হেমলনা মমায মখুৎনা নাঞ্জদুনা চথোকখি। হৌজিক মহাক অহলশিংগী লাক্লনবা পোৎ অমা ওইরে। নেগল মহৌশানা ঙাউরকই অমদি মচা অসিসু মান্নবা মওং লৌই। ঐখোয় অমদি মাগী মরক্তা মমানা ফম্বা উবদা মহাক্না শা হাপ্পা পুখমলোমদা লৈশীনখি। নেগলী তুমিন্না ফমদুনা লৈ। হেমলনা অচৌবা মতুম অমা পুখমদগী কন্না হোৎনদুনা লৌথোকচৈ, নেগলীনা থুনমক চংশীন্দুনা ময়ানা মদু মুল্লগা চাথোকই। হেমলনা করি চৈরাক ফংগদবনো কিজখি। মমানা মাবু মঙক্তা ফায়, ঐখোয়গী নাক্তা পুরক্কুনা ফমথরৈ অমদি খুমাঙ অনিগী কারক্তা ফাদুনা থম্মী। হেমলনা নঙ্গন্না হীপথৈ অমদি অঙকপা মওংদা মমাগা শান্নবগুম তৌশিন্নৈ। প্রকাশনা মাবু হুই খোংদুনা কৌবা হৌই। হেমলগুম্না নেগলীসু খোঞ্জেলদুদা মাগী মনা য়ুংখত্তুনা খাঙজৈ হায়বা ঐখোয়না খঙঙী। হেমলনা শাগী মহাও খঙথ্রে। মহাক্কী অপীকপা ময়া তীংখংগুম থিংে দাকপা হৌরম্লগনি। মহাক খজিক্তুং চেকশীন্দবদা হেক্তা নাই। মহাক্না শান্নবদা লেপখৎলি অমদি প্রকাশ তম্না চৎলি। খোঙথাং অনি য়াম্না ব্লানা থাংবদা ঙাইরি নেগলীনা মাবু খুবাম মনুংদা ফাজীল্লি। নেগল অমদি নেগলীগী মপাঙ্গল খঙবনা হেমলনা মতোমতা নাম্থোকচবা ওইথোক্তে হায়বা ঐনা খঙই। মহাক নেগলীগী খুবাম মনুংদা ফ্রং-

ফ্রং চোংজৈ। মহাক্কা মচানা নাহোকচনবা হোৎনবদু তুমিন্না যেংদুনা লৈ। মমাঙদা তৌথিদ্রবসু ঐনা নেগলীদা শাউনিংখি। মহাক্কা মমানি, মানা লোইনা খঙই খল্লবসু মানা মমা ওইবিবসি ঐখোয়না মাবু নুংশিনা য়োক্লকপদগী নৎত্রা?

প্রকাশনা শা মচেৎশিংদু মখুত্তগী ঐঙোন্দা পীরক্লগা মহাক হৌগৎখি। নেগলীনা হেমলবু মাগী খুবামদগী প্রকাশনা থাদোক্কদৌবে নৎত্রগা নাহোকহনগদৌরে খল্লম্বা য়াই অদুবু প্রকাশনা অসুম্না তৌদে। মহাক্কা চুম্না চখোক্লগা উগী মকোন্দা কাখত্তুনা ফম্মী। প্রকাশনা মদুদা করিগী চৎখ্রিবনো খঙদবনা নেগলী পাখৎখি। মানা তৌরিবদু করিনো খন্দনা নেগলীনা চোংখৎখি অমদি প্রকাশকা নুংঙাইনা শান্নবা হৌই। মহাক প্রকাশকী মখুদা ঙাথৈ। ঙাইহাক্কী মতুংদা হেমল নাহোকচবে হাযবা খঙখি। মহাক্কা তিংলি-যাংলিদুনা প্রকাশনা মাগী শদুম ইনাক্তা থন্নম্বা খঙবগী মতাগুম চংশীল্লকখি। ঐনা মাবু ইনাক্তা চিংশীল্লগা শা মচেৎ অমগী মথংদা অমা পীজবা হৌখি। মানা শদুম ফংননবা হোৎনৈ। ঐ মহাক্কা শান্নবা লেপ্পমদে। ঐখোযনা অসুম্না শান্নবা অসিদা নুংশিবা ফংগনি খঙলুদে। নেগলগী মচা ওইবনা হেমলনা তপ্না চাগনি হাযবা খঙদে। মানা শদুম ফংবদা নুংঙাইজবদু তহা-তহা চাদুনা ফোংদোকই।

ঐহাক প্রকাশনা কৌবনা হান্না তাখিবরা নৎত্রগা নেগলীনা ইম্নুরকপনা হানবরা খঙবা ঙমদে। হেমলগী খোংবনা মহাকপু চেকশীনহনখি। ঐনা হেমলদা শা পীজবা উবদা মহাক্কা ইনাক্তা চংশীল্লকই। প্রকাশনা ঐঙোন্দা চেকশীন্নবা হায়খি তৌইগুম্বসুং মদুগী মমাঙদা নেগলীনা ঐগী নঙ্গন্দা থাবকখি। মানা ঐঙোন্দা লৈবা শদুমদু চায় অমদি মতুংদা ঐগী খুত্তা শাউনা য়েংই। অকিবা লোৎশীন্দুনা ঐনা মঙক্তা নানবিখি মদুদা মাগী অশাউবা মযেং তাই অদুবু পেন্দবা অদুম উৎলি। হৌজিক মানা হেমলদা ওনশীনখি। করি থোকখিবনো চমম্নদুনা হেমলনা মফমদুদা চঙক্লনা শদুম হেন্না ফংখিগনি খন্দুনা লেপ্পী। নেগলীনা মাবু খুবাম্না অদুক্কী মতিক কন্না থায মদুদি মহাক ফনা ব্লাংনা চোংখৎলি অমদি কপ্প্রিংনা খোংখি। অমুক হন্না মমানা মঙোন্দা ১দি

ঐখোয়দা করম্বা মতমদা হেমলনা শা চাবা য়াগনি হায়বদু মানা লেপচগদবনি হায়বা খঙহনখি। ঐখোয়গী পঙবনা মরম ওইদুনা হেমলনা অতোপ্পা চৈরাক ফংবা য়াই খন্দুনা ঐখোয়না মফমদু থাদোকখি। ঐখোয়না হেমলনা ঙন্না শা চাবা হৌরবদি খোম থকপা লেপ্তুনা মমাগী হকচাং ফগৎকনি খনখি। মচা পোকপা মতমদগী মহাক চাবগী চাং হল্লখি। মচানা মরম ওইদুনা মহাক ময়াং কংথৈ। অদুম ওইনমক ঐখোয়না তৌরিবসি মহাক্কী ফনবগীদমক্কি হায়না করম্না হায়গনি? অতোপ্পনদি হায়রকপা য়াই, 'মহাক্না জঙ্গলদা লৈরম্লবদি মানা করি তৌগনি?' অদুবু ঐখোয়না অসিগুম্বা ৱাখলনা শাবশিংসি তশেংনা খনবা পামদে।

জঙ্গলদা কবোকৈ লাবনা মচাগা কৈদৌঙৈদা লোয়নদে। ৱাফম অসিগী মতাঙদা ঐখোয়না করি তৌগদবনো খঙলমদে। ময়াম খারিবা থোঙনাওদগী নেগলনা হেমলবু পামজনা হেক-হেক যেংঙী। মানা কাদুদা চংনবা কন্না হোৎনৈ। নুমিৎ ২০ নিগী মতুং ফাওবা নেগলনা হেমলগা নক্লনিংখি। নেগলনা হেমলবু শোকহনবা থোক্লবদি? ঐখোয়না অদুম্না তৌগনি খন্দে অদুম ওইনমক থাজবদি ঙমখিদে। মমাঙদা প্রকাশনা মহাক নঙ্গন্দা থাঙ্গত্তুনা ওনবদা কে: জি: ৫৯ লূমখি। মহাক হৌজিক চহী অমা মখায় শুম্লে। ঐখোয় অনিনা মহাকপু হৌজিক থাঙ্গৎপদা অৱাবা ওইরে। মহাক য়ামদ্রবদা কে: জি: ৭০ দি লূম্লম্লগনি ৱাখলদা ফাওখি। মানা তাৎ-পাৎ তৌবা হেঙ্গৎলকই ১দি করিগুম্বদা হরাওনা হল্লকপদা ঐগী ফীভম ঙাক্লবা হোৎনবা ৱায়। খঙহৌদনা শোক্কদরা হায়বগী কিবা লৈরম্মী। নুমিদাংদা ঐখোয়না নেগলবু মমাঙ থংবা কাদা মতোমতা থমখি। মনিংগী কা ২ দুনা নেগলী ১দি হেমলগীনি। নেগলনা ময়ায় থংবা কাদা চংশীল্লবসু ফুট ৪ ৱাংনদি কাবা ঙমদে। অয়ুক খুদিংগী ময়ায় থংবা কাগী থোঙ হাংদ্রিঙৈদা ঐখোয়না অহুমশুবা কাগী থোঙ থিংই। হায়রিবা থোঙশিং অসি মপান্দগী থিংবা য়াবনা মকোন শেংদোকপা মীদুনা নুমিৎ খুদিংগী অসুম্না হেক-হেক তৌই। নেগলবু ময়ায় থংবা কাদা থম্লবদি মখোয়না মমাঙ থংবা কা

শেংবা ঙমই। ওগষ্ট ২০ দা তুকারাম্না মমাঙ থংবা কা শেংলিঙৈদা ঐনা মনিংথংবা কাদা হেমল কমদৌরিবগে য়েংবা চংখি। মহাক মকোনগী ৱাংমদা থোরক্কে। ঐনা মকোন্দা লৈরমগনি খন্দুনা কৌবা হৌখি। ঐনা শদুম পীজবা মরম্না মানা ঐগী খোঞ্জেল খঙঙী। ২/৩ লক কৌবদা মানা থোরক্রুবদি ঐনা ময়ায় থংবা কাগী খোঙ মনাক্তা য়ৌশিল্লি।

ময়ায় থংবা কাদা নেগলীনা ঈশিং তেঙ্কীগী মপান্দা তুমিন্না ফমদুনা লৈ। কা অসিদা উপাক্কী কাংথোল ১সু লৈ। অহানবদা ঐগী মীৎনা থাজদদুনা নেগলী ঈশিং তেঙ্কী মনাক্তা লৈব্রা হায়বদু তশেংনা খঙনবা হোৎনখি। নেগল উপাক্কী কাংথোল মখাদা মখোঙ হাইদুনা লৈ।হেমলনা মনঙ্গন্দা তোংদুনা মমাদা শান্ননবা হোৎনরম্মী। জঙ্গলদা কৈ অমোম্না মচাবু নুমিৎ ১৫ নি খুদিংগী মফম হোংদোকই হায়না ঐখোয়না পাখ্রে অদুবু ঐখোযগী মফম অসিদি অসুক্কী মতিক শাফরবনা নেগলীনা নুমিদাংদা মচাগী মফম হোংগনি খন্দে। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নেগলনা মচানুপা উনখ্রে অমদি উনফমসু থোকপনি খল্লদুনা ঐনা লেপখি। নেগলনা ঐবু মাগীদমক ৱাখল খন্দনা লৈবগী তাঞ্জা পীখ্রবরা? ঐবু কিহন্নবা মহৌশাগুম ঐঙোন্দা চেনশীল্লকখি। চেকশীনহৌদবদগী ঐহাক মিপাইখি, মাদি ঐঙোন্দা শীংনজবদা নুংঙাইজরম্বা য়াই অদুবু মনঙ্গন্দা লৈবা হেমলদি খর ৱাবা তাখি। অহৌবদা হেমলনা নেগলদা কোন্দুনা কন্না চেনশীল্লকই অদুবু মতুংদা কোনবদু নাম্বোকপদগী লৈমায়দা য়ৈশীনখি। নেগলীনা থুনমক মচাগী মনাক্তা চেনশীন্দুনা নুংশিনা লেকপা হৌই অমদি নেগলদা খোংদুনা চেনশীনখি। মানা মমৈ থাঙ্গত্তুনা চোংবদা মমাঙ থংবা কাগী খোঙ য়ৌখি। ঐনা মপান্দগী মনুং থংবা কাগী খোঙ খিংবগী কান্নবা লৈত্রবা মরম্না ঐনা মপান্দগী হাংদোকখি। নেগলীনা মচাদু মঙক্তা চীক্কুনা পুখৎখি অমদি খুচোং অমদা মকোন য়ৌখি। মহাক হৌগৎলকপদা নেগল কাদুদা লাকখি। মানা মকোন মনুংদা য়েংখি অমদি নুমিৎ কয়ানিগী মতুংদা কাদুদা লাকপা ঙম্বগী নুংঙাইবা চোং-ফন তৌদুনা

ফোংদোকখি।

হেমল চাউবা লেপ্তে। মচীঞ্জাক পীজবা মতমদা মখোয অহুম অমদি ঐখোয় অনি হেক-হেক পুল্লী। অসুম তৌদুনসু নেগলীনা হেমলবু থা অমমুক ঐখোয়না মচীঞ্জাক পীজবা য়াখিদে অদুবু মতুংদা হেমলনা ঙাইহাক লৈতনা মখোম থক্লবা হোৎনরকপদা মহাক অৱাবা ওই। মতুংদা ঐখোয়না মাবু তোঙানবা কাদা শদুম পীজবা হৌখি। হেমল যাম্না থুনা চাউখৎলি। থা অমদা মহাক পোকপদা লূমখিবা চাংগী শরুক ৪ হেঙ্গৎখি হায়বদি মহাক হৌজিক কে: জি: ২ লূম্লে। নেগলদদি অরুম্বা অসি য়ৌনবা হোৎনবদা থা ৪ চংখি। হেমলনা ঐখোয়গা লৈমিন্নবদা মাবু জীপ্তা পুদুনা ৩ লক তুরেলদা ইরুজমিন্নম্মী অমদি লৈঙোইদা পূং ২ নুংঙাইনা শান্নহল্লগা হল্লকখি। অযাম্বা মতমদা হনবা পামজদবা নেগলী হৌজিক হেমলনা জীপ্তা ঐখোয়গা লৈবা মরম্না থুনা কাখৎলকখি। অতোপ্পা নাকন্দনা ঐখোযনা হেমলবু হেন্না লুনা লোযনবদা নেগলনা তুরেলদা পেন্দবা ফোংদোকখি। হায়রিবা পেন্দবা অসি ঐঙোন্দদি অয়াম্বা মতমদা খুদোংথিবগী মচাক্লি।

থা অমগী মতুংদা অয়ুক্কী মচীঞ্জাক পীজবা লোইরগা হেমলবু মকোন্দা থম্বগী মহুত্তা প্রকাশকী য়ুমগী কা অমদা থাদোক্লগা থম্মী।মহাক্ল া নুমিৎচুপ্পা অনু, মোক্সা, আরতি ১দি জিঙ্কু (ঐগী ইচানুপা)গা লাক্ল-ফানা তৌই। নেগলীনা খর হৈনদবা ফাওরবসু হৌজিক্তি নেগল য়াউনা ঐখোয় পুম্নমক হেমলদগী হেক-হেক থাপ্তোক্লবা হোৎনৈ। ঐখোয়না হেমলবু সোমনাথ প্রোজেক্টতা থম্নবা লেপ্পখি। ঐখোয়গী মমাঙগী কবোকৈ অমোম 'রুপী' সোমনাথতা লৈত্রে। মখোয়না মফমদুদা কবোকৈ অমা পামজরম্মী। অসিদা নত্তনা ঐখোয়না মফমসিদা কবোকৈ মশিং য়ামখৎলকপদা মচীঞ্জাক হনবা ঙম্রোই। হেমল চাউখৎলকপগা লোয়ননা মাগী তাৎ-পাৎ হেঙ্গৎলকখি।

ঐহাক ভারত জোড়ো (নিট ইন্দিয়া) খোঙচৎকীদমক দিসেম্বর, ইং ১৯৮৫ দগী এপ্রিল, ইং ১৯৮৬ ফাওবা হেমলকসা থাদোকপা তাখি। নেগল ১দি নেগলীদগী থা ৫ লাপথোকপা হায়বসি অৱাবনি অদুবু মদু

তৌদবা য়ারমদে। খর ফগদবা ৱাফম হায়ববু প্রকাশতি প্রোজেক্ট মফম থাদোক্লোই। ঐনা হল্লক্লবা মতুংদা নেগল ১দি নেগলীনা ঐ নীংশিংলোই হাযবগী লান্না খনগদবা ৱাফম লৈতে। অদুম ওইনমক মখোয় য়াউদনা লৈবদা হৈনদবদি ফাওখি। দিসেম্বর ৮ গী অয়ুক্তা ঐনা নেগল ১দি নেগলীগী মকোন্দা চংদুনা চৎলুখিগে হাযরম্মী। হেমল পুরদুনা প্রকাশ ১দি ঐনা সোমনাথ প্রোজেক্টতা চৎখি। হেমলগীদমক ফজনা শীল্লম্লবা মতুংদা ঐহাক খোঙচত্তুগীদমক খোঙশানখি।

ভারত জোড়ো খোঙচৎ মনুংদা ফেব্রুৱারি, ইং ১৯৮৬ তা ঐনা অৱাবা পাউ তাখি। নেগল লিন্না চীকপদগী শিখি। তশেংনমক ঐ কপখি ১দি নিংবা যাম্না কায়খি। ঐ নেগলীগীদমক ৱাজখি। নেগলী ১দি ঐতনা প্রকাশকী ফীভম খঙবা ঙম্মী। মতম্না হৌখিবগা লোযন্না ঐনা মসি যারিবমখৈ খন্দনবা হোৎনজৈ অদুবু মসি ওইথোক্তে।

এপ্রিল, ইং ১৯৮৬ তা খোঙচৎ লোইরবা মতুংদা ঐহাক হেমলকসাদা থুংলখি। ঐনা লম্বীদা লৈবিঙৈদা নেগলীগী 'রাজা' কৌবা মপাঙ অমা লৈরে হায়বা পাউ তাখি। হেমলকসাদা থুংলবা মতুংদা ঐনা অহানবদা থওইনা নেগলী উন্নদনবা হোৎনখি। ঐনা শজি, নীলগায, রানি ১দি রাজুগী নাক্তা অদুগা প্রকাশকা লোযনন্না নেগলীগী নাক্তা চৎখি। অনৌবা কবোকৈ রাজাবু মমাঙ থংবা অচৌবা কাদা ফাজীন্দুনা থম্লগা ঐখোয়না ময়ায় থংবা কাদা চংখি। নেগলীনা য়াম্না খুৎলৈ থুনা লাকখি ১দি ঐঙোন্দা কপ্লিংনা য়েংখি। মঙোন্দা ঐনা করম্না ফাওবগে হায়রুবগী মখৌ তাদে। ময়ায থংবা কাগী জালিদগী রাজানা ঐঙোন্দা লাংতক্লনা য়েংলম্মী। প্রকাশনা খোঙনাওগী য়োৎচৈদা মখুৎ খিংজীন্দুনা মাবু নাল্লী। রাজা ঐনা খনবদগী হেন্না চাউরম্মী। মাগী অহানবা হৌবা হূইয়া কেন্দুনা শীল্লরোইদবা ওইনা হৌরে। মহাক য়ামদ্রবদা চহী অমা মখায়দি শুরম্লগনি। ঐ অমদি প্রকাশনা নেগলগী মরমদা খন্দুনতা লৈরবসু ঐখোয়না কাউঙমদনা ৱাবা অদু কাউনবা হোৎনৈ, নেগলীনসু মসি খঙই। ঐনা দিসেম্বর ৮ দা নেগল উনরগা কায়নবদু ঐখোয়গী অরোইবা উনবনি খল্লুদে।

হৌজিক ফাওবা মাগী মীৎয়েং শং-শং উই। নেগল শিবা নুমিত্তা প্রকাশসু প্রোজেক্টতা লৈতে হায়বা ঐনা মঙোন্দগী খঙখি। লিন্না চীক্লবা মতুংদা খুদক্তা লায়েং পীবা ঙমখিদে। প্রকাশ লৈরম্বা তারবদি করিগুম্বা খর তৌরম্বা য়াবনি। মসি 'করিগুম্বদা' ১দি 'ওইরবদি' হায়বদুনি। মতম অসিদা অল্লাপল্লীগী দিষ্ট্রিক্ট ফোরেষ্ট ওফিসার শ্রীসিংহগী মানা শাংথনালোয়বা পামদ্রবা কবোকৈ অমা লৈরম্মী।মহাক্না মদু শায়োকশঙ অমদা পীথোক্লবা খন্নখি। জানুৱারি ২৬, ইং ১৯৮৬ তা প্রকাশনা মদু মঙোন্দা পীথোক্লো হায়দ্রিঙৈদা মশানা পামজনা 'রাজা' ঐখোয়দা থারকখি। অসুম্না নেগলীনা শুপ্নতগী নুমিৎ ৬ নিখক্তা মতোমতা ঙায়খি। অল্লাপল্লীদা রাজা শারংদা য়োক্লকপনি। মহাক মঙক্তা অকনবা য়োৎলি ১না পুন্দুনা ঙাইহাক্তুং পুথোকই। মানা ঐখোয়গীদা লাকপা থা ১১ মপুং ফারে। পূং খরখক্কী মতুংদা প্রকাশ ১দি মহাক মরুপ ওইখি। নুমিৎ নিনিগী তুংদা নেগলীনা মাবু মাগী অনৌবা খোঙলোই ওইবা য়াখি।

কনাগুম্বনা প্রকাশতগী শাগা করম্না লোয়নগনি হায়বদু তমগদবনি। মানা অচৌবা কবোকৈ অমবু ইরায়-লায়না মরুপ ওইবা ঙম্বদা অতোপ্পনা মীত্রং হৈরমগনি হায়বা য়াই। তশেংবদি মাগী হনবা লৈতনা হোৎনবা থম্মোয় শেংনা শাশিং অসিবু নুংশিজবা মরম্না শাশিংনা ফনা শাথিদুনসু মাবু মখোয়গী মরক্তা অমগুম লৌবননি। ঐগী ওইনদি মসিদা চেৎনা থাজৈ। হৌখিবা চহী ১৪ প্রকাশকা লোয়নবদগী ঐসু শাশিং অসিগা লোয়নরকই অদুবু ঐদি মখোয়বু তশেংনমক নুংশিবা ঙমদে। থৌদোক কয়াদা মানা ঐঙোন্দা শাগা করম্না লোয়নগনি তাকই। নেগল ১দি নেগলী লোয়নবদি ঐনা মখোয়দা থাজবা লৈখি ১দি ঐনা প্রকাশতগী হেন্না খঙবা মতাঙসু য়াউখি। মসিগী মতুংদা ঐনা রাজাগা মরুপ ওইনবা হোৎনখি অদুবু ঐগী অশোনবা কয়া লৈখি। হায়রিবসিগী মরম অমনা ঐনা শারং মনুংদা চংবদা নেগলবু নীংশিংলুবা অদুগা অতোপ্পা ১না রাজানা ঐ চংলকপদা ফনা খন্দে হায়না লৌবদগীনি। অসিদা নত্তনা ঐনা থৌওং খুদিংদা রাজাবু নেগলগা চাংদম্নে , মসি ঐগী খ্বাইদগী

চাউবা অশোয়বা অমনি। ঐহাক হৌজিক মাবু শারংগী মপান্দগী নুংশিবা মীওইশিংগী থাক্তা চল্লে।

রাজা অমদি নেগলী চান্নবা লৈমিন্নে। নেগল শিখ্রবা মতুংদা নেগলী চহী ১দা তরারক ইরাং লৈখি অদুবু রাজানা মতমদুদা মপুং- মরৈ ফাদবা মরম্না মাগী ইরাংদু কান্নখিদে। হৌজিক মখোয ২ মক্তা শদুম মতিক চানা ফংহনবা ৱায়। করিগুম্বদা জঙ্গলগী মনুংদা শা অমা শিবদা ঐখোয ইশানা মফমদুদা চত্তুনা শাদু লৌরুই। মার্চ ৭, ইং ১৯৮৭ তা নেগলী রাজাদগী মীবোনখি। জুন ১৯ দা মহাক্না মচা ২, লাবা ১গা অমোম ১গা পোকখি। মনিংথংবা কাদা থম্বা মকোন্দু সিমেন্ট থাখি। নেগলীগী শাজৎ হান্নগুম অদুম্মক তৌই। রাজা লৈতবা মতমদা মমাগী মাঙদা ঐনা মচাশিংগা শান্নে।

থা ৩ গী মতুংদা অমোম মচা অদু সোমনাথতা হেমলগী মপাঙ ওইনা থমখি অদুগা লাবদুনা চন্দ্রপুরগী ফোরেষ্ট গার্দ শ্রীঅম্বস্করদা মযুমদা যোকচনবা পীথোকখি।

ইং ১৯৮৮ দা বাজা ১দি নেগলী ফীভম ফনা চাউখৎলি। ঐখোযগী খ্বাইদগী নুংশিজবা রানি মতমদুদা নাবম্মী। মাগী চাবগী চাং হন্থে ১দি মথী মহী লাঙবা লেপ্তুনা ফায়খি। ঐখোয়না মাবু সেলাইন ফাওবা পীদুনা লাযেংখি। ঐখোযগী হৈনিংবা খুদিংমক মাঙখি। মমৈদা এপ্রিল ৬ তা অরোইবা নুংশা শোর হোনখি। ঐখোযনা মাবু ফজনা ফুমখি। মহাক ঐখোযদা লম্লক্কী শাশিংবু নুংশিরবদি মখোযনা শরুক অনি হেন্না নুংশিগনি তম্বিরম্বা রানিনি। মাগী নুংশিবা অমদি লৌথুপ-লৌকোই লৈতবা লমচৎনা ঐখোয়না কবোকৈগুম্বা শা ফাওবগা করিসু নাচুংদনা তিন্নবা ঙমখিবনি। মহাক শিখ্রবসু মানা পীক্লিঙৈদা চীকখিবা অমদি খোৎখিবগী খুদমশিংদি ঐখোযদা পুন্সিসিমগী লৈহৌরগনি।

রানি কায়নবগী অৱাবদু কুইখিদে মরমদি পঞ্জাববাও এগ্রি য়ুনিভর্সিটিনা য়েৎনবা লৈতনা মহারাষ্ট্র বাগ, নাগপুরদগী নোংশা মচা অমা ঐখোয়দা পীগনি ৱারেপ্লখিবগী পাউ থারকখি। ঐখোয নোংশা

মচা অমা ফংবদা য়াম্না হরাওজখি। খজিক্তং ৱাজগদবা হায়ববু শা মচাসি থা ৫ মুক্তা ঙায়রি অদুবু করিদি তৌগনি? মমা ১দি অতোপ্পা মচা ৪ গা থা ৫ মুক লৈমিন্নরকপা নোংশা লাবা মচাসিনা ঐখোয়বু য়াগদ্রা হায়বা ৱাখলনা লাম্বা ফংখিদে। নোংশাবু শায়োকশঙদা য়োকপা ঐখোয়না পামখিদে ১দি পান্দমসু নত্তে। থেংনরগতা হায়বা ঙমগনি। ঐখোয়না নাগপুরদা জীপ্তা চৎখি অমদি মে ৩০, ইং ১৯৮৮ দা নোংশা মচাদু অহানবদা আনন্দৱন্দা পুরগা অহিংদুমক্তদা হেমলকসাদা পুরকখি।

নোংশা মচা অসিনা মশানা পামজনা ঐখোয়দা খৎনবা হৌদে। ঐখোয়না চংশীনবদা কাচিন ১দা লোৎখি অদুবু ঐখোয়না শোক্লবা হোৎনরুবদা মানা ঙংলদুনা ঐখোয়গী খুৎ লাম্নবা হোৎনৈ। মহাক মখৌনা লৈরমদে, ওন্ন-তৈনবদা ইকাইখী ১দি ঐখোয়বু চীংনৈ। মসি মহাক্কী মরাল নত্তে, থা ৫ মহাক্কী মমা ১ দি মপা নত্তনা কনাগুম্বা শা অমত্তগা লোইনহনখিদবননি। আনন্দৱন্দগী ঐখোযনা গ্রেট হাউন্দ ১ দি দোবরমনগা য়ান্নরগা পোকপা হূইনাও অমোম অমা পুরকখি। ঐখোয়না নোংশা মচাদু নেগল অমদি নেগলীনা চাউরকখিবা প্রকাশকী য়ুমগী কাদুদা থম্মী। মসিগী মথক্তা হূইনাও অমোমদু পূং ২৪ মাগা লোয়ননা থমখি। অহানবা নুমিৎ নিনিদি ঐখোয়না কাদা চংবা খুদিং নোংশা মচানা মতোমতা ঐখোয়দগী লাপ্পা লোৎচৈ অমদি হূইনাও মচানা ঐখোযগা লোয়ননা শান্নে। ঐখোয়না কাদুদা পূং কয়া অমা শা মচাদুগা লোয়নবা য়ানবা লৈরম্মী। কাদুদা উগী টেবল ১ লৈ। ঐখোয়না কাদা চংবা খুদিং মানা টেবল মখাদা কাচিন অমদা লোৎলি। ঐখোয়না টেবলগী চিদাই অনিদা ফম্বদা নোংশা মচাদু ঐখোয়গী মরক্তা কিনা লৈ। ঐখোয়না মাবু শোক্কে তৌবদা মানা অতোপ্পা কাচিন অমদা তপ্লি তপ্লি চৎলি। করিগুম্বদা ঐখোয়না মফমদুদা অমুক চংশীনবদা মানা মফম হোংখি। মানা হূইনাওগা লোয়নবদা করিসু তৌদ্রে উবদা ঐখোয়না হূইনাওদু ঐখোয়গা পুখোকপা হৌই। হূইনাওনা মনাক নক্লা ফম্বা মতমদা ঐখোয়না হূইনাওদা নানবদা মহাক করিসু তৌরমদে। চয়োল ১ গী

মতুংদা ফাওবা নোংশা মচাগী ফীভম করিমত্তা হোংদে। পুথম অমদা শদুম হাপ্পগা পীজবদা মানা মদু চায। মহাক থাদোকপদা করি তৌগনি খঙদবা মবম্না নুমিৎ ১০ নিগী মতুং ফাওবা ঐখোযনা মাবু কাদুদা থমখি। মানা কাদুদা মথী ফাযজীল্লি। ঐখোযনা হৈনদবা তৌনদনা নোংমদা কাদু মরিবক শেংঙী। হূইনাও মচাদু ফাজীন্দ্রবসু মহাক্না কা মনুংদা মথী ফাযজীল্লি, মসিনা হৈনিংদবা মীগী থবক হেঙ্গৎহনখি।

নোংমা ঐখোযনা হূইনাও মচাদু মপান্দা থাদোকপদা নোংশা মচাসু মাগা লোযননা থোবকখি। মতুংদা ফাগে তান্নবদা মহাক্না কিনা যাবা মবম্না ঐখোযনা লাঙদনা ভুমিন্না ইন্নৈ। হূইনাওনা লৈকোন্দা চংবদা মহাকসু মতুং ইনখি। মহাক্না হূইনাওনা চৎলিবা মফম খুদিং মতুং ইন্নৈ ১দি চেন্নবা তৌদে। পুং ২ ঐখোযনা মতুং ইন্নখি। মমৈদা ঐখোযনা হূইনাওদু কা মনুংদা [illegible]হনখি। নোংশা মচাদুসু ভুমিন্না কাদা হল্লকখি। মমৈদা হাযবিরমিনা নোংমগী হৈনবী ওইখি নোংশা মচাসিনা লৈকোন্দা অফা অপুং থাউদনা পুং কযামকম লৈ। হূইনাওদু যোৎথাল থাংলবা মতুংদা ঐখোযনা অতোপ্পা ইশৈ তৌবা ঙম্মি। নোংশা মচানা মাগা শান্নগনি নৎপগা মনাক্তা তুমগনি। নোংমা ঐখোযনা মতম খবগী তুংদা নোংশা মচাদু লৈবা উদবদগী থিবা থোরকখি ১দি কবি তৌগদবনো খঙলমদে। লৈকোনগী মফম পুম্বা থিবদা মহাক লৈবগী খুদম উবমদে। মহাক কদাযদা চৎখ্রবনো অমদি কবম্না হূইনাওবু মতোমতা থম্লম্লিবনো? প্রকাশনা হূইনাওগী মনা লৌখি। মনা পাযবদা মহাক খোংই। মসি মাবু নানবা তৌবা নত্তে, মসি থাজবা অমা ফংনবনি। নোংশা মচানা মবম ওইদুনা হূইনাওদু খঙনিংঙাই পোৎ ওগ্লোকই। হূইনাওনা খোংবা হৌবকপদা নোংশা মচাদু প্রকাশকী কাদগী থোরকখি। ঐখোয় নোকপা হৌখি। ঐখোযনা নোংশাগীদমক কৌনবা কাংশি অমা পুথোক্লে।

তুংদসু নোংশা মচানা হূইনাওগা লৈতবদা ঐখোযনা মনা পাযখি, মহাক্না লৈরম্বা মফমদগী খোংবগী মখোল তাবদা থোবকখি মদুদা ঐখোযনা মাবু মকোন্দা চংহল্লি। হৌজিক্তি হূইনাওসু চেকশীনবা

হৌরে। ঐখোয়না মনা হেক পায়নবা হোৎনবদা খোংবা হৌই। খুদক্তা নোংশা মচানা চেঙ্োরকই। নোংশা মচা লাকখিবা থা ১ ফারে। মহাক্না ঐখোয়বু তোঙান-তোঙান্না মশক খঙবা হৌরে ১দি চাউবসু হেঙ্গৎলে। অয়ুক খুদিংগী মাবু কোয়বা পুথোকই। হূইনাওনা অয়ুক্তা কোয়বা চৎপা পামদ্রবদি নোংশাসু লাক্তে। অয়ুক্তা মানা মাগী কাদা হেক-হেক লৈ। হৌজিক্তি নোংশা মচাসিনা প্রকাশকী নাক্তা মশানা পামজনা লাকপা হৌরে, মসি হূইনাওনা কাদা লৈবা মতমদতনি। ঐখোয়না প্রোজেক্টকী অকোয়বদা চৎপদা হূইনাওগী য়োৎলি থাদোকই। হূইনাও ১দি নোংশা মচানা ঐখোয়গা হরাওনা শান্নদুনা তুং ইল্লি। রানিগী চহী ১৩ গী নীংশিংবনা রাখলদা তত্তনা কায়হৌরকখি। মতমদুদা নেল্লীসু ঐখোয়গী মরুপ্নি। নোংম-নোংমগী খর খর লাপথোক্না চৎপা হেঙ্গৎহল্লগা থা ১ দা ঐখোয়না কি: মি: ২ য়ৌখি। চৎপনা নোংশাগী চানিংবা পোকহল্লি ১দি মশা হান্নদগী থুনা ফগৎখি। অতোপ্পা অরাবা অমনা হূইনাওসু মতমসিদা নাবা মরম্না অয়ুক অমদি নুমিদাংরাই অনিমক্তা চথোকপা পান্ত্রমদে।

জুন ২৬ তা নেগলীনা ৩ লক শুবা ওইনা মচা লাবা ২ পোকখি। মায়কৈ অমদা নোংশাদু চাউখৎলকখি ১দি অতোপ্পা মায়কৈদনা শারং মনুংদা কবোকৈ মচাশিংদু চাউখৎলম্মী। মরম অসিদগী ঐখোয়না নোংশাদু কবোকৈগা থম্বা ঙম্রমদে ১দি মসিনা ঐখোয়বু রাহনখি। ওগষ্ট থাদা হূইনাওদু শিখিবনা নোংশাদু মতোমতা ঙায়খি। মচাশিং পীক্লিবা মরম্না নেগলীনা নোংশাগা পুন্না লৈমিন্নৌ য়াগনি ঐখোয়না নীংখিদে। মখোয় নোংশাগা লৈমিন্নবা য়াগদ্রা য়েংনবা মচাশিংদু নুমিদাংরাইদা লৌথোক্কে লেপ্লখি। ঐখোয় য়াম্না চেকশীনবা তাখি। প্রকাশনা শাশিংদা তশেংনা থাজবা থম্বসি মপান নাইরমদে। নোংশানা মীওইবগা মান্নদনা অতোপ্পা থৱায়পানবশিংবু মরু ওইনা অপীকপা শাশিংবু মরম চাদনা অকায়বা পীদে। ঐখোয়না অসুম্না খঞ্জবদু চুম্না থোক্লম্মী। নোংশানা কবোকৈ মচা অনিদু মনম নম্বিদুনা লেকপা হৌখি। অপঙবা শা মচাশিংদু চীক্লকনি হায়বা খঙদে অদুবু ঙাইহাক্কী তুংদা মমা মপাগা শান্নবগুম

নীংতম্না শান্নবা হৌখি।

হৌজিক্তি নোংশাসি কবোকৈগী মকোন্দা থম্লগে খন্দুনা মাবু অহানবদা মতোমতা মযায় থংবা কাদা থম্বা হৌখি। মনিং থংবা কাদা নেগলীনা মচাশিংগা লোইননা লৈ ১দি রাজা কবোকৈনা মমাঙ থংবা কাদা লৈ। পূং ২/৩ গী মতুংদা অমনা অমবু খঙননিংবা লৈরম্বদু মাঙখি। বাজা ১দি নোংশানা ওগষ্ট ১ দগী পুন্না লৈবা হৌখি ১দি নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা নেগলীনসু মনাক্তা চংশীনবা হৌখি। মতুংদা মখোয ৫ পুন্না লৈমিন্নরে। নুমিদাংৱাই খুদিংগী ঐখোযনা নোংশাবু কোযবা পুথোকই।

ঐঙোন্দা হৌজিকসু হায়নিংবা ৱাবী কযা লৈরি। নুমিৎ খুদিংগী থেংনবা অহোংবা কযা কযানি ... ................................

ঐহাক মতাঙ অমদদি লেপ্পা তাই।

লোইরবা



*লাইরিক্তা যাউবা মমিং খোনবা শা খর অমদি মখল*

*(দিক্সনরি অমদি ৱাইল্ড লাইফ (প্রোটেক্সন) মনিপুর, কুলসদা য়ুম্ফম ওইবা)*

| মিং | | শা মখল |
|---|---|---|
| নেগলী | | অরাংবা কবোক্কৈ অমোম |
| পেন্টী | - | মচী মরি পানবা শজি |
| রেখা | - | ভারতকী অচৌবা মখলগী খৈবোই |
| চিকু | | লেব্রদর হূই অমোম |
| কালু | - | হূই অমোম |
| রেঞ্জর | - | লেব্রদর হূই ( শা তানবদা শীজিন্নখিবা) |
| ববলী | - | য়োং অমোম (মাড়ীয়া চীংমীগী উমং লাই 'ববলাই' দগী ফংবা) |
| রানি | - | শওম অমোম |
| রাজা | - | লম ইরোই |
| নেগল | - | অবাংবা কবোক্কৈ লাবা |
| পিল্লু | - | য়োং লাবা |
| নীল্লা | - | মচী মরি পানবা অচৌবা শজি |
| বিস্টু | | অচম্বা অরা ''া শজি |
| লিম্বু | - | য়োংমু |
| রাজু | | য়োং লাবা (ববলীগী মখল মান্নবা) |
| নাগু | | য়োং লাবা (ববলীগী মখল মান্নবা) |
| মাইনি | - | য়োং অমোম (ববলীগী মখল মান্নবা) |
| নেহী | | হূই অমোম |
| মেন্টী | - | মাউস দিয়ার (হামেংগী মখং মান্নবা শ্রীলঙ্কা, ভারত অমদি সাউথ আফ্রিকাদা ফংবা শা। |
| জোন | - | মচী মরি পাননা শজি |
| বোঁচে | | হাইহনা (এশিয়া অমদি আফ্রিকাদা ফংবা শাচং চাবা শা। |
| রাজো | | শওম লাবা (লম ইরোই শখা মমুং খোনবা) |
| গোট্যা | - | শওম মচা |
| চিন্টু | | মোইরাং শাথিবী |
| বেন | | কবোক্কৈ লাবা |
| লুসি | | কবোক্কৈ অমোম |
| বহাদুর | - | হামেং |
| সুভাষ | - | কবোক্কৈ মচা |
| ছোট্যা | - | শজি মচা |
| ছায়া | - | শজি মচা |
| সুফিয়া | - | কবোক্কৈ অমোম |
| সুফি | - | কবোক্কৈ লাবা |
| রাজিবাই | - | কবোক্কৈ অমোম (মী চাখিবা) |
| শোবি | - | কবোক্কৈ অমোম |
| শেরু | | কবোক্কৈ লাবা |
| পিঙ্কী | | হূই অমোম |
| টিবি | - | হূই অমোম |
| টিপু | | টিনিগী মচা |
| হেমন্ত | - | কবোক্কৈ (নেগল অমদি নেগলীগী মচা) |
| রুপী | - | কবোক্কৈ মচা |
| রাজা | | কবোক্কৈ মচা |



